ছৌগী ক্লব

# মশাগী ঈহল

(ৱারীমচাশিং)

এ ডি ট র

সনসম নবদ্বিপ



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা,
ৱাংজিং




An anthology of 20 Manipuri Short Stories

*Edited and Published by*
***S. Nabadwip***
*on behalf of Manipuri Shahitya Parishad,*
*Thoubal District Branch, Wangjing, Manipur*



অহানবা থোকপা : ২০০৯
কপী মশীং : ৫০০
মমল : লুপা - [illegible]
ময়ুম / লাইরিক মচিং : এডিটোরিয়েল বোর্ড

লামায় মশীং : ১০২

লাইরিক ফংফম : মরুওইবা লাইরিক যোনফমশিং

শাফম : ১। টাইপ সেটিং টি:বি:এস: কম্প্যুটর, মাংজিং বাংলে।
২। প্রি:প্রি: অফসেট, মাংজিং বজার।

M/

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা, ৱাংজিংনা কন্না হোৎনদুনা *মশাগী ঈস্কুল* কৌবা ৱারী মচাগী খোমজিনবা লাইরিক অমা ফোঙগদৌরি তাবদা নুংঙাইবা অমা পোকচৈ। দিষ্ট্রিক্ট মশা অসি খৃ:কু: ২০০২দা লিংখৎখিবনি, ঙসিদি চহি ৭ মপুং ফারে। সাহিত্য অমসু সংস্কৃতিবু নুংশিবা ইচিন- ইনাউশিংনা কন্না হোৎনদুনা থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাসি হেন্না চাউখৎনবা হোৎনরিবা অসি উবদা অপেনবা পোকচৈ।

মণিপুরী সহিত্য অসি মীয়ামদা পাক শন্না খঙহনবা, শন্দোকপা মথৌ তাই। মসিগী পান্দমদা সাহিত্য পরিষদনা মণিপুরগী মফম খরদা মসিগী মশা খরা লিংখৎচখি। ইম্ফালদা লৈজরিবা সাহিত্য পরিষদকী শেল- থুমগী ফিবম ফত্তবা মরম্না মসিগী মশাশিংদা মতীক চাবা শেলগী তেংবাং পীবা ঙমজদে। থৱায় য়াওবিবা মশাগী মেম্বরশিংনা কন্না হোৎনদুনা মশাশিং অসি হিংনবা তৌরিবনি। মসিগীদমক্তা মশাশিংবু থাগৎফম থোকই।

হৌজিক্কী মতমদা লাইরিক ফোঙবা হায়বসি অৱাবগী মশক্নি। অদুবু য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশানা হৌখিবা চহি ৭ অসিদা মখোয়গী মশা ওইরিবা পরিষদকী মিংদা লাইরিক ৮ লোম ফোঙবা ঙমখিবা অসি শীংথাবা য়াবা থবক অমনি হায়জনীংই। মসিমক্তা ৱাংজিংগী মেম্বরশিংনা মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবগী অৱাবা খৃদম অমা ওইরি।

য়াম্না ৱানা পৈশা খায়জিন্নরগা ফোঙলিবা ৱারী মচাগী খোমাজিনবা লাইরিক মশাগী ঈস্কুল অসি দিষ্ট্রিক্ট মশাগী লিংজিল মান্নবগী খুদম অমনি। ৱারী মচা ২০ য়াওবা লাইরিক অসিদা ...মিং চৎলবা অইবশিংগী ৱারী মচা খরসু য়াওবা থেংনে। মখোয়দি মোইরাংথেম রাজেন, ...ৱেংখোম ইন্দিরা, কারতিক মাইবা, নিংথৌ নাওরিয়া, নন্দকিশোর শর্মা অসিনচিংবনি। হায়রিবা ...ইবশিং অসিগী ৱারী মচাশিং অসিদি তশেংনা পাবা য়ারবা ৱারীমচা ঙাক্তনি। লাইরিক অসিদা ...না পোঙদনরক্লিবা, কলম পায়খৎলক্লিবা অইবা কয়াগী ৱারীশিংসু য়াওরি। মখোয় তুংদা ...ক্লবা ৱারী মচা ইবা ওইরকখিগনি হায়বগী খাজবা থমজরি।

থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশানা পুথোক্লিবা খোমজিনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীমচাগী পৃক্কৈদা অনৌবা খৃদোল অমা ওইরগনি নীংজে।

ইম্ফাল,
মে ৭, ২০০৯

প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
সভাপতি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

সমাজগী থৌদোক ৱাথোক কয়া কয়াবু মীয়াম সমাজদা পুথোক্নুনা উৎনরিবা অমদি তুংদা লাক্কদবা, মমাঙগী ৱাবু পাউদম্ন অতেনবা ৱারীবু চাউরাক্না ৱারীমচা হায়না খঙনৈ। মসিনা মীয়ামদা পুথোকলগা, মদুনা পাউজেল অমা পীবা ঙমলবদি অফবা মখলগী লাইরিকনি হায়না লৌনগনি। হন্দক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাগী মেম্বরশিংনা খোমজিনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অমা পুথোকচরি। ইং ২০০২ দগী হৌজিক লৈরিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা লিংলকপদগী মশা মশাগী মরন্নাই লাইরিক ওইনা পুথোক্লবদি খরা লৈখ্রে। উপন্যাস, ৱারী মচা, শৈরেং, ৱারেং, হংদাকপা অতৈ অতৈ ফোঙনখ্রে। মসিদি মরন্নাইনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। কনাগুম্বনা লাইরিক ৩/৪ ইদুনা ফোঙবা ময়াম অমা ফোংবা অথিংবা লৈতে। কনাগুম্বা মেম্বরশিংনা পৈশা লৈতদুনা ফোঙদোকপা ঙমদবা নত্রগা ইবা ঙমদদুনা ফোঙদবা কয়া কয়াসুনি। অৱাবা ময়াম অসিদগী খরদং কনবা ঙম্লবা, মশাগী মেম্বরশিংদগী শেল খরা খরদং পুথোক্লবগা, খরখরদং ইবশু তম্বগী মওংদা খল্লুরগা হন্দক্কী লাইরিক *"মশাগী ঈহূল"* পুথোক্লবা হোৎনজবনি। হান্না কলম মচিন থৌরবা কাংবুসু লৈজখ্রবনি, কলম মচিন চৎত্রিবা কয়াসু য়াওরিবনি, ইবা তমহনলগা ফোঙদোকহল্লগা মীয়াম মমাঙদা পুথোকলগা মখোয়গী থৌনা লিংজেল খরদং ওইববসু হেনগৎলক্লবা পান্দমদা য়াম্না লুম্বা নত্তবা য়াম্না য়াংবা মওংদা শিনজদুনা নৌনা সাহিত্যদা খোঙদারকলিবশিং লমজিং খরদং ওইনবা পান্দমনি। ঐখোয়গী মেম্মবশিং নারক্তা শাংপা লৈরাংনা খঙবীনবা লৈতনা অরেম্বদা কেনখিদুনা মাঙখিবগুম, নৌনা খোঙদাজরকলিববু মীয়াম্না শকখঙদনা মাঙখিগদ্রা খঞ্জদুনা, মীয়ামদা খরদং ওইরবসু শকখঙবীনবা পুথোকচবনি। লাইরিক অসিগী মমিং পারিষদ মশাগী থবক থৌরমশিংগী ঈহূল ফোঙদোকপা ওইনা *"মশাগী ঈহূল"* হায়না থোনজবনি। লাইরিক অসিদা অশোয়বা অরানবা কয়াসু য়াওরমগনি, অদুবু হন্না হন্না হোৎনরবা মতুংদা নোংমদি মীয়াম মরক্তা য়াওজবা ফংবা য়াই হায়না খঞ্জদুনা মেম্বরশিংনা য়াম্না অৱাবা ওইহন্দনা থাংজ পুজ তৌরগা পুথোকচরিবা অসি মীয়ামগী মফমদা লানথোকচরি, মসিদা অফ ফত্ত তাকপিরক্লবদি নুংঙাইজগনি, মথং মথং মশাগী অপুনবা পুথোকপা ঙম্লবা হোৎনজনীংই।

তাং ৩১।৫।২০০৯
তেন্থা

কারতিক মাইবা
প্রেসিডেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা

# এডিটরগী ৱারোল

" হৌজিক প্রিন্টিং টেক্নোলোজিনা অতিয়া পক্না চাওখৎলবসিদবু লাইরিক মচা অমতং ফোঙববু করি ৱানীংঙাই লৈবগে ? পৈশাগী ৱানি । স্ক্রিপ্ট থক পীশিনখ্রগা, টাইপ ফৎ তৌথোক্লগা, প্রিন্টিংদা শৎ থাথখ্রগা লোইরবদুবু, থোঙ্গাল খুদিং প্রিন্টিং প্রেস লৈরবসিদবু।"কয়াদা মানখ্রবা ৱাফমনো ? অদুবু তশেংবদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাসি চহি তরেৎলোম ফাররুবসিফাওবা অইবশিংনা মশা মশানা হোৎনদুনা পরিষদকী মীংদা ফোঙখিবা লাইরিক নিপাল্লোম নত্তনা পরিষদ মশাগী অইবশিংগী ওইবা অপুনবগী লাইরিক অমত্তংদি ফোঙসি হায়দুনা হোৎনবসিদা স্কৃপ খোমগৎপদদা থা তরালোম তেন্না লৌখি । তৌববুদি শকখঙনরবা অইবা য়ামদবা তমখৎলকপনা অয়াম্বা ওইবননি । পীখৎলক্লগা ৱারী মচা তারমদবা কয়া য়াওরমদুনা হন্দোক হঞ্জিন্দা মতম ফনা য়াম্না লৌখি । হৌজিক্ ৱারী মচাগী মগুন্দু লেখনা চেল্লবদি নত্ত্রি । খরদি উশিন্নদবা তাখি । লাইরিক অসিগী পান্দম কাংদোং ফারবা পাম্বীশিংদা হার হাপ্পা নত্তে, কাংখুলদা লৈরিবা কাংদোং ফাদ্রিবা চারশিংদা মখোঙ শোম্বা অমসুং হার হাপ্পনি লাইরিক অসিগী পান্দম । শেম্বোক লৈজদবা মশাগী লন্নাই লাইরিক অমা পুম্বোকপা ঙমজদবা অইবশিংবু পুক্নীং থৌগৎপনা মসিগী পান্দম্নি ।

অমরোমদা শেলগী মতাংসিসু পরিষদ মশা অসিগীদি সমস্যানি । পরিষদ মশাগী মেম্বর ওইনা লৈরিবা খরসিদগী থাগী শেলখায় লুপা ১০/১০ দং খায়বসিনদি অচৌবা ফন্দ অমা শাগৎপা ওইথোক্তে । অদুসু মেম্বর খরদনা চাং নাইনা পীবনি । কদায় কদায়দনো শেলথংনচিংবা খরা তান্নগদবসু পেমেন্ট বোদি অমা লৈবনিনা হেক্তা শর্মজিন্না তান্নবা য়াদবা, হেড ওফিসতগীসু শেলগী মতেং চাওনা পীরকপগী খোদোং চাবা লৈতবনা শেলগী মতাংসিদি হায়নীংঙাই লৈতনা ৱায় । লাইরিক অসিমক্কু অইবশিংনা শেলখায় পুথোক্লদুনা নমবনি । পান্দমদি মথং মথং ফোঙবনি । অদুবু পীকখ্রবা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা ওইখি । খনখি অমুক তৌবা য়াবা থবক নত্তে । অদুবু লাইরিক অসি মশক উবদগীদি মমানা মচা অপীশক্তু তাইবং খোঙদারকপা হেক উবগা নাওয়েক নাওপুগী অৱাবা পুম্বা কাউবগুমগ্রে ।

বনান, খুদম চাংদম্নচিংবা অইবা অমগা অমগা খরা খেৎনবা থেংনবিগনি । মসি ঐখোয়না অইবশিংদা খরা নীংতম্বা পীজরে । পাবদা নুংঙাইতবা থোকপা খরা থেংবিরবসু ঙাকপিগনি ।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা ৱাবিখিবা - প্রুপকি, ইডিটিংগী মতেং চাউনা পাংবিখিবা ওজা কারতিক, ওজা রাজেন অমসুং ইডিটোরিয়েল বোর্দকি মেম্বরশিং, টাইপ

সেট্টিং তৌবিখিবা টি:বি:এস: কম্প্যুটরগী ইয়াম্বা তখেল্লম্বম রনবির অমসুং ইনাও বিশ্বরজিৎ, প্রিন্টিং তৌবিখিবা বি: বি: ওফসেট, ৱাংজিংগী মপু অথোকপম বোবোমা সিংহ অমসুং খুমন্থেম সুরেন্দ্রো সিংহ পুম্নমকপু থাগচ্চরি। লাইরিক অসিগীদমক অঙম্বা শেলগী মতেং পীবিরকপা ওজা নিত্যাইচান, ওজা সনসম রামেশ্বর , ওজা অমুবা শাস্ত্রী, নোদিয়া ফর্নিচর, এস:কে: ৱাংজিংগী মপু নোদিয়াচান্দ অমসুং মেদাম কুঞ্জরানিনচিংবা পুম্নমকপু থাগচ্চরি।

শোয়দনমক অশোয় অঙামনা থল্লে হায়বিগদৌরবা লাইরিকসি ময়াম্না তাকপিরকপা অশোয় অঙামশিংদুনা মতুংগী তৌশিং ওইননবা ৱাখল্লোনদা লাইরিক অসি অইবশিং অমসুং পরিষদ মশাগী থৌগাইনাই মীহুৎ ওইনা মীয়ামগী মকমদা শিন্নজরি।

তাং ৩।৫।২০০৯
লমদিং

*সনসম নবদ্বিপ*
এডিটর/সেক্রেটারি

# মনুংগী লমায়শিংদা

# নমথাক্কী লন্ উৎপাত্তা তুমখি



*নিংথৌজম মনি সিংহ, শোক ১৯৩৩ দা খাঙবোক্ অৱাং লৈকাই, পার্ট ১দা পোক্পনি। নিংথৌজম ৺রতন সিংহ অমসুং নিংথৌজাম ওংবী ৺রাসমনি দেবী অনিগী মচা মরীগী মনুংদা অহন্নী। শোক ১৯৮৮ দা মেট্রিক পাস তৌরবদা প্রাইমারী স্কুল অমদা হেড মাষ্টর ওইনা পুরমলগা শোক্ ১৯৯১ ইংদা থবক্তগী পোখাই। হিন্দিদসু প্রভেস, পরিচয় অমসুং প্রবোধ পাস তৌরে। থবক্তগী পোখারবা মতুংদা মণিপুর সাহিত্য প্রচারক, সভা ৱাংজিংগী পেট্রোল মেম্বর ওইদুনা সাহিত্যদা খোঙ্দাজরকই। হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ৫ ফোঙখ্রে।*

পাম্মুবা য়াম্না ইনাক্ কৈরাক খুন্বা ইমুংদা পোক্পা মীশক্নি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না লীক্লা হৌরক্ই। করিসু লৈতবা পোৎশক্ অমবুসু চেকশিন্না যত্ন তৌনা থমজিল্লি। মাগী অসিগুম্বা অপাম্বা হৈনজবা ৱাখলসি খঙলদুনা মপা মমানা মাগী মমিং " পাম্মুবা " হায়না থোন্বীরে। মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী মহৈ মশিং তম্মীনরকপা মমান্নবা অমা লৈ। মহাক্তুদি য়াম্না লায়রবা ইমুংদা পোকপনি।

মপা মমানা মচাদুগী তুংগী পুন্সিদা ওইহৌগদবদু খল্লুবদা মচাদুগী য়াইফ- মঙ্গোল বিধি নোংদম্দা নিজরগা মমিং "নোংদম্বা" হায়না থোন্বীরে। পাম্মুবা অমসুং নোমদম্বা মখোয় অনি য়ামনা নুংশি চান্নবা তিন্নজবা মরুপ্নি। যৌবনগী মতম চংলকঅদুনা মখোয় অনিমক নুপী নহা থিদুনা ময়ুম মকৈ পান্নখ্রে। য়ুম পাল্লবনিনা মাগী মাগী য়ুম পুবা ঙম্নবা হোৎনখিবদা মখোয় অনীদু উনরক্তবা চহী ৭ / ৮ লোম ওইখ্রে। পাম্মুবগীদি মপা মপুনা লৌ- ইখ্রোল মরাঙ কায়না থন্বীরম্বনা মানা হোৎনজবা অদুগী ফৌদোয় শেন্দোয়দুনা জর- জর নুঙাইখৎলকই। মানা লায়রবা লৌমীশিংদা ফৌশংবায় অমা পুথোকপদা ফৌদোয় লীখায় অমনি। লুপা ১০০ পুখিবদা থাদা মখোয় লুপা ১০নি। অসুম্না খোমগৎখিবা ফৌদোয় শেন্দোয়না পৈশিল্লকপদুনা ইনাক খুন্বা মহাজন অমা ওইরকখিবনি।

নোংদম্বগী ইমুংদি লায়রবনা পৎ তৎলবনি। হায়ফম তৌফম লৈতবদগী মপা মমা, নুপী অঙাংশিংদু চরা শিংপা নুমিৎ নীনি শুরকএ। নোংদম্বা ৱাখল ফুম্বংনৈ, মফি মরোল শেৎচিল্লগা লমজাওরোমদা থোরকই। মতম কুইনা উনখিদ্রবা মাগী মরুপ পাম্মুবদু শেন্দোয় খোম্লুবদগী হল্লকপদা লম্বীদা কোক্ হেক্ থেংনরে। মতম কুইনা উনখিদ্রবা মরুপ অনীদুনা

উনরবদুদা কোন্নরগা মমিত্ত ঈরা শিন্থনৈ।

- নোংদম্বনা হৌদোরকই, 'মরূপ্তি নুংঙাই য়াইফরে হায়না তাই। ঐদি ৱাবনা খম থেংলে, মরূপকীদা চৎলগা করিনো খরদং নিজগে হায়দুনা থোকচরকপনি। ফরে মরূপ! অদুদি চৎলসি য়ুম য়ৌরগা করিনো করিনো খন্নরসি হায়দুনা মখোয় অনীদু লাকমিন্নরে। পাম্মুবনা মাগী থোঙ্গাল চুম্না চংলক্কদবদু চংদনা নাপল মতেক অমা উৎনীংদুনা মাগী ফিসরী ফার্ম তৌরিবা পুখ্রি অদোমদা লাকমিন্নৈ। পুখ্রিদুদা য়োকইবা ঙাশিংদু ঈশিং ঈচাওদা থোকখিবা ঙমদনবা পুখ্রিগী পল্লিদু থবী মরু শানা ৱাংনা থোনগৎলি।

পুখ্রিগী পল্লিদু মী অনী খৱাংনা চৎপা চন্দে, খোঙলম্বী অমতনি।পাম্মুবনা মাঙ থারগা নোংদম্বনা তুংদা ইন্দুনা লাকই। কালেনগী নুংশানা য়ৈবদা পল্লিগী লৈপাক্তু লৈক্রেক- লাওনা চেখায়রি। পুখ্রিদুনা মখল মখা কয়াগী চাউ- চাউরবা ঙাশিংনা চাদুনা লৈরি। নোংদম্বনা ঙাশিংদু য়েংনা- য়েংনা লাকপদা চেখায়রবা তেংলৈ অমদা নেৎলুবদা নীংখায়খিবদা মশাসু য়াওনা পুখ্রি অদুদা তাশিনখিদুনা লুপখ্রে, ঈশিংদু ফনা য়াম্না থকচিন্খ্রে।

ঈশিংদগী মঙকতু লীৎখৎলগা,'হো মরূপ! ঐগী থৱায়শি অমুক্তা কন্বীয়ু' হায়না হন্ন- হন্না লাউরকই। পাম্মুবনা মাগী ইখোলগী মনিংদা শম্বল খারিবা খোক ৱা অশাংবা অমা শৎলুরগা চেল্লকই।' মরূপ ৱাসিগী মতোন্দা নখুত্ত চেৎনা পায়শিল্লু ঐনা মকোকসিদা পায়রগা চিংখৎকে', হায়দুনা ৱাদু য়ুংথরকই। পাম্মুবনা মাগী মরূপ নোংদম্ববু পুখ্রিগী পল্লি মথক্তুদা চিংখৎলে। পাম্মুবনা নোংদম্বগী মবুক্তুদা মখুৎ অনীনা মেখবদা ঈশিংদু ফনা যাম্ন ওথোকখ্রে।

হৌজিক্তি নোংদম্বদু অৱাবা খরা ফরে। মখোয় অনীদু পাম্মুবগী য়ুম মনিংদা চঙখোক চঙশিন তৌনবা ফাৎলিবা তৌফক্কী থোঙদুদা ফাওজিন্দুনা য়েনখাবোমদগী শুমাঙদা চঙলকই। মখোয় অনীনা ওইরক্লিবা মতৌদু মপা মমা অমসুং নুপী অঙাংশিংনা ইঙক-ঙক্না য়েংনরি। পাম্মুবগী মপানা হংলকই,' ইবুংঙো! নখোয় অনীনা তৌরক্লিবা ফিভমসিবু করিনো?' - 'বাজি ! মসিগী ৱাফমসি কোন্না খন্নসি, মরূপকী চোৎলিবা ফিরোলসি অমুক্তা হান্না হোংদোক্লবা তৌসি।' নুপীনা খুদৈ অকংবা পুথোক্তুনা হোংদোকএ, শুদোক- চামথোক্তুনা ফৌদোকখ্রে।

চাক ঈশিং থোংবা লোইখ্রে। মপা মমা অমসুং মরূপ অনীদুসু ঈরুজরগা কোয়না ফমদুনা চামিন্নরে। এঞ্জাংনা কৌবী মশোয়গা হৱাই মঙ্গল অতিংবা খরগা অশিনবা থাক্তুনা চমথোং ওইনা থোংলম্মী। নোংদম্বদি চরা অনী চারক্তবনিনা অরাম খৌরাংনা কয়াদা হাউনা চারি। চানা চানা মানা অসুম য়েংথোকখিবদা অহল অনীদুগী পুখম্ মতাইদা ঙা মচেৎ অমা, ঙারী মতেক অমতসু য়াওবা উদে। মানা খল্লি,'মখোয়না লনগী মপু ওইদনা কনানা ওইদৌরিবা?'

চাবা থকপা লোইরদুনা পোখাদুনা ৱারী ৱাতায় শাদুনা ফম্মীন্নৈ। পাম্মুবগী মপানা হৌদোরকই।' ইবুঙো নংনা অসুক কুইরবা মতমসিদা নোংমতসু লাক্তগা ঙসিখক লাকপদি করি মরমগীনো?' -'বাজি! হায়দোক্কদবু ওহ্নোক্না ঈকায়বা ৱাফম্নিদা !' - 'হেরা ! হায়নীংবদু দোং দোং হেক্তা হায়দোকউ। ইচাগী মরূপ ওইরবনিনা নংবুসু ঐনা পোকচবা ইচাগুম্না খল্লগদবনি।' অহলদুগী ৱাহৈ তারবদা নোংদম্বদু ঈরা চেল্লকই।

'বাজি! অসুম্ তৌবনি, ইপা ইমা অনীমক মপাঙ্গল শোঙ্থবদুনা সু- নোঙ্গা ঙমশিল্লক্লে। ঐ ইদোমখক্লা হোৎনরুবনদি ইমুংগী অৱাৎ অপা ময়ামদু মেম্বদা খরা ৱারে। ঙসিগা থানা নুমিৎ নীনি শুরে, চরা শিংলকপা। ঐনা অসুম খঙ্থরুবদা মরুপকীদা চৎলগা বাজিগা মরুপকদা ফৌ শংবাই অমতদি লৌরুগে হায়না লাকচবনি।' মাগী ৱাদু তারবদা অহলদুনা হায়- 'হায় কনা- কনা লৈবনো ? ইচানা পুখিনবা ফৌ শংবাই অমা বোরাদা হাঞ্জিল্লগা পুথোরকউ।' মমৌ নুপীনা ফৌ বোরা পুরক্তুনা থন্নরে।

'অদুদি বাজি! নচাসু অমুক চৎচরগে' হায়দুনা ভক্তি তৌজে।' চৎলো চৎলো, নংনা খুদোং হেক চারক্তবদা লাক্কদবনি, করিসু ঈকায়রক্নু ।' মানা চৎলমদাই অদুদা পাম্মুবনা ফৈরেংনা ৱাফম অমা হৌদোরকই । মরুপ ! ঐখোয়দগী মীনা পুখিবা ফৌসি পোইনু লোক্লগা শিংলবদা ফৌদোয় লীখায় অমা হাপনৈ । অদুবু মরূপকীদি ফৌদোয়দি হাপ্পীরনু, মহুৎ শংবাই অদুখক্তদি পোইনু লোক্লগা য়ৌহনবিরকউ ।

পাম্মুবগী থাং য়াওদনা চঙহাক ৱাহৈ তাবদা ঈকায়খিবনা ফৌদু পুসিরা পুরোইসিবা মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি । ফৌসি পুদ্রগনা ইমুং মনুংগী অৱাবদু কোক্লোইদৌরি, পুরগনা নোংমা নীনিদা ওহরবসু অৱাবা মেন্নগদৌরি, পুবদি পুরগে খল্লে । মাগী মবুক মনুংদা খঞ্জরি, 'হে ঈশ্বর ইবুংঙো ননাইনা মরূপতগী পূজরিবা ফৌসিদদি শিংবা ঙম্বদু পীনবীয়ু।' নোংদম্বনা ফৌ বোরাদু পুদুনা ময়ুমদা চৎখ্রে । য়ুম য়ৌবদা মপা মমা, নুপী অঙাংদু হরাওনরে । নুপীনা মিলদা তকউরগা অরৈবা মনা মশিং খরগা থোংদুনা চামিন্নরে। চরা অনী শিংলবা মপা মমা অমসুং নুপী অঙাংশিংনা অরাম খৌরাংনা চানরি । নোংদম্বগী চাক শরুক্তুদি মচী কাঙদনা লৈরি ইবুংঙো নংদি চাদ্রবদি কৈদৌরে বাজি ! ঐদি মরুপকীদা মথেল লুকোয় য়াম্না চাশিল্লকপনা চানিংদ্রে ।' মানা মাগী মরুপ্পা হায়রকপা ৱাহৈশিংদু হঞ্জিন- হঞ্জিন নীংশিংলি ।

'মরুপ ঐখোয়দগী মীনা ফৌ পুখিবসি পোইনু লোক্লগা শিংলবদা ফৌদোয় লীখায় অমা হাপনৈ । অদুবু মরুপকীদি ফৌদোয়দি হাপ্পীরনু মহুৎ শংবাই অদুখক্তদি পোইনু লোক্লগা য়ৌহম্বীরকউ' মসিগী ৱাহৈসি হেক নীংশিংলুবদা মহাক ইচা- চাদনা মবুক্তু পীক থম্বনি । মানা চাদ্রবনিনা মাগী চাক শরুক্তু মচাশিংনা চাখ্রে ।

মীওইবসি শেল- থুম খরা মরাঙ কায়না পাইখৎলকঅবদি ৱাখল কাসি জাৎ-জাৎ খনগৎলকই । খুঙ্গং-খুঙ্গংশিংগী গ্রাম পঞ্চায়েটকী প্রধান লেপ্পবগী মতম নকশিল্লকএ । পাম্মুবদু প্রধান লেপকনি হায়না নীংফুং- নীংফুং ঙাংনবা তানরকএ ? মীনা নুংশিদবা পামদবা হায়বসিসু হীদাক লৈবা নত্তে, হেক উবদা কম্থি হৌবা জাৎনি । হন্দক্তি মানা লৌমী শিম্মী ঐখোয়দগী শুমদুনা মহী থকখিবদু ওথোকহন্নবগী তাঞ্জাদু ফংলদৌবনি ।

খুঙ্গংসিমক্তদা মীয়ামগী থবক্তা থৱায় য়াওজবা নীলচন্দ্রকৌবা সোসিএল ৱার্কর অমা লৈ । মহৈ মশিংসু য়াইমরপ হৈজরবনি । মানা প্রজা মীয়ামগীনিবু হায়রবদি তুম্বা চাবা কাউবমখৈ থৱায় য়াওজবনি । খুঙ্গংদুগী মচিন মৱা-চৎপা মীওই খরনা মীয়াম- তিনফমদা নীলচন্দবু কৌরম্মী । মানা, খুলগী অহল লম্মনশিংনা মাবু কৌরিবসি করি মরমগী ওইরমগবা

হায়দুনা মনিংশা থীনা হোবে- হোবে লাকই ।

অহল লম্মন তিনফমদুদা চঙলকলগা মখুৎ-লোন্নদুনা খুরুমই । 'ননাই ঐবু অহলশিংনা কৌবীবা করি তাকপীগদবা ?' - ' ইবুংঙো নীলচন্দ্র ! ঐখোয়না কৌবসি হন্দক্কী প্রধানসি নহাক লেপ্পু হায়গে কৌবনি।' - ' এঃ- এঃ কদায়দগী করিসু খঙজদবা ঐনা খুঙ্গংগী অদুক চাওখ্রবা থবক্তু করম্না পুগদৌরিবা, ইতিক ইপা চাবা নত্তে । অব্রাংগী তামো পাম্মুবসু প্রধান লেপকনি হায়না তারি, মাগা ঐনা করম্না লম্বা তৌগদৌরিবা ভোট লেপ্পা হায়বসিদা থেংনরিবা অব্রাবদু মীয়াম্না খঙবীরবনি ।'

'নঙগী পাম্মুবা হায়বদুগী ব্রাফমদু পুশিল্লকঅনু, মাগী লমচৎ শাজৎ ঐখোয়না লোয়না খঙদুনা লৈরবনি । মমিং অদুতা তাবদা হূমুক খারবনি । মাগী লম্বা অমা চোংথোক্রবদি ঐখোয়না নুংশিদে হায়দুনসু মানা অনকন্তেস্তা কাখিদৌরিবনি । নংগী ফিভম ঐখোয়না লোইনা খঙই নহাকপু করিসু ব্রাহল্লোই, ভোত লেপ্তুবা য়ারোই' হায়না কিৎ নমশিল্লে । নীলচন্দ্রগী কোকথক্তা পুঙল্লরোইদবা পোৎলুমগী ভারীদু থোংগৎপীরবদা মহাক নুংথিল পোবোপ্তা মঙ- মঙলি । হৌজিকপু ঐনা তৌগদসিবু করিনো ? মাঙ- তুং হন্না য়েংবদা ঐগীনি হায়দুনা ইপা ইমা ইচিল ইনাও অমা লৈজবসু নত্তে । ঐনা প্রধান লেপ্লি হায়দুনা মীয়ামগী সেবাদা চাঙাং অমফাও পীথক্রবগী শক্তিসু লৈজবা নত্তে ।

ভোত থাদগদবা মতম নকশিল্লকএ । পাম্মুবগী ককশাবী শাবা ব্রার্করশিংদুনা ভোতকী মী ফাননবা শেল লৌথরি । প্রধান লেপ্লিবা খুঙ্গং- খুঙ্গংশিংগী কেন্দিদেতশিংনা মনাক নকপা ডি- সি ওফিস্তা নোমিনেসন ফাইল তৌনরে । প্রধান লেপ্লিবা মরুপ মপাঙশিংদু হোটেলদা চা-বোরা থক চাদুনা জাৎ জাৎকী ব্রারী শানরি । নীলচন্দ্রদি ময়ামদুগী মরক্তা য়াওরুদে ।

ময়ামদুগী মরক্তা পাম্মুবনা অসুম্না হৌদোরকই , ' মীওইবসি মশা মশাগী ফিরেপ পনখৈদি খঙদনা মীসু তৌনৈদো হায়দুনা মতিক মপা নত্তনা থাক ব্রাংবা থবক তৌনীংবা মীওই কয়াসু য়াওদবা নত্তে । মাগী নীলচন্দ্র হায়বদুবু হৌফম চাফম, শাগৈ জাৎসু খঙদবা, লায়র চুদৎনরবা য়ুমথোঙ-য়ুমথোঙদা চঙলদা মীগী অরেমখাক খরা চারগা হিংলিবা লমজা শরানি । মাগুম্বনসু ঐগা লম্বা পাগনিদো হায়না চোংথোরকপা শারি ।'

পাম্মুবগী কল্লক পেম্বা ব্রাহৈদু তাবদা ফম্মীন্নবিবা ময়ামদু ব্রা লাওনা নোক্লকই। প্রধান লেপকদৌরিবা ময়ামদুগী মনুংদা লায়রববু শৌগৎনীংবা মীওই অমসু য়াওরল্লিবা মাল্লে । মপাঙ্গোংদনা পাম্মুবগী শারগা নুংদনা নীলচন্দ্রবু শৌগৎনীংবা অমনা অসুম্না হায়রকই, 'অহল- লম্মনগী পাউরৌদা 'পৈনাবু খোংলগা খঙই হায়বগুম ভোত থাদবা লোইরগা থীনবদা খঙনরগদবা ঙাক্লি ।' ময়ামদু জাৎ- জাৎকী ব্রারী শাবা লোইরদুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে ।

ভোত থাদগদবা নুমিৎ নকশিল্লক এ । পাম্মুবগী ব্রার্করশিংনা চাবগা থকপগা অয়ৌবী থাক্তা মাইক পান্দুনা ভোত খোল্লি নীলচন্দ্রগীদি ভোত লেপ্লি হায়বগী ঈরাংবু ইউ উদে । মাদি লৈকায়গী খুঙ্গংগী মীয়াম্না মনিল থোক্তনা খুৎনেক্তা লেপহম্বা কেন্দিদেতনি ।

হয়েংদি ভোত থাদগদবা নুমিৎনি । ঙসিগী নুমিদাংদুদা পাম্মুবগী ব্লার্কর শারিবা কানগী- লাইশিংদুনা মঙোন্দগী লৌথোরকপা শেলদুনা নীলচন্দ্রগীদমক অহীং মীশেন খাওদুনা খুঙ্গংদু থুংনা ভোত খোম্বা লোইখরে ।

নোং ঙাল্লে, অয়ুকী পুং ৬ তাবদগী ভোত্তরশিং থোক্লুরকপা য়াওরে । পাম্মুবগী ব্লার্কর শারম্বা মনুংদনা নীলচন্দ্রগী মী ওইরিবা কাওবুদুনা ঙক্কা ঙক্কা, মীখুৎ নাখুৎকা ইঙ্গিৎ তৌনৈ । পুং ৭ হেক তাবদগী ভোত থাদবা হৌখ্রে । নুংথিলগী পুং ৪ তাবদা ভোত থাথবা লোইরদুনা পোল্লিং ওফিসারনা সিল নম্লগা বেল্লোৎ বোক্সতু সেক্যুরীতিনা ঙাক শেন্দুনা ডি - সি ওফিসতা পুখৎখ্রে । ভোত্ থাদখিবা নুমিৎ মঙানি শুবদা ডি- সি ওফিস্তা ভোত্ মশিং থীবা হৌরে। তোঙান্ - তোঙাম্ব খুঙ্গংশিংদগী প্রধান্ কারক্পা কেন্দিদেত্শিংবু মাগী- মাগী ব্লার্করশিংনা লৈ পরেং হুক্অগা গাড়ীদা থাঙ্গত্তুনা লাউ লাউদুনা চৎনখ্রি। পাম্মুবা অমসুং নীরচন্দ্রগী ভোত্ মশিং কন্না থীরি।

অরোয়বা পুংজাদা কাউন্তর ওফিস্তগী লাউথোরকপা ফলদু তাননবগী নাকল অনিগী ব্লার্করশিংনা মনা থাঙ্গত্তুনা ঙাইনরি। কাউন্তরদগী লাউথোরকপদা পামুবদগী ভোত্ ৩২১০ হেন্না ফংলে। নীলচন্দ্রগী য়োৎপাক মার্কানা ভোত্ ৬০১০ ফংলে, মানা পাম্মুবদগী ভোত্ মশিং লীশিং ২৪০০ হেন্দুনা কারে হায়দুনা লাউথেরকএ।

মীয়ামগী লুচিংবা অমা ওইগে হায়রবদি শেল ঙাক্লসু য়াবা নত্তে। মীবু- মীনা থাজবা, নুংশিবা অমসুং কৎথোকপা হায়বা গুন অসি চেনগদবনি। মানা, ঐনা তৌথোরকপা থবক্তুনা মরাইনা লেপ্চগদবনি। হৌজিক্তি করি থোক্লে পাম্মুবদু। সনা লুপা মালচাং- খরা লৈরগা মীবু মী ওইনা উদবা, কৈথেলদা দুকান্দা য়োম্বা পোৎকুম্ লৈগে খল্লুবদু অরেস্নদা তারেদো। ময়ামগী শক্তিনা নীলচনদ্রনা খুঙ্গংদুগী প্রধান ওইরবদা প্রজা মীয়াম্গী চাওখৎ থৌরাংদা খুমাঙ চাওশিল্লকএ। মানা চহী ৫ প্রধান ওইরকপদগী খুঙ্গংগী লম্বী থোং, ঈরম, পুখ্রি - খোংবাল, য়ুম্লে কৈরৈ অমসুং মহৈ তম্লনবা লোয়শঙনচিংবা মরাঙ কায়না তরু তনাল্না লৈরে। পাম্মুবনা প্রধানগী ভোত্ লেপ্লদা মানা লায়রবা লৌমী শিন্মীশিংদগী কা হেন্না খোমগৎখিবা শেল থুমশিংদু মাগী ব্লার্কর শারম্বশিংদুনা ফনা য়াম্নদি তকথোকখ্রে । প্রধানগী তাম লোইশিনখিবা চহি মঙাদু হৌখিবা খঙহৌদনা হৌজিক এম:এল:এ: ইলেক্সনগী মতম নকশিল্লকএ। 'ইখোল্ চঙগনবা ষন্না ইখোলগী মহাও কাউঙমদে। জুব্বার শান্নবা পাম্বা মীনা জুব্বার শান্নফম্ কোয়থি থিরকই। অপাম্বদা লান্নে হায়নরিবদুনি। কক্চেংনা অথুম্বা পাম্বদগী চুহীদা লুপ্তুনা মথব্রায় মাঙই। লমচৎ চিঞ্জাক কাম্বা নুপী মরুম্বী(লোন্না নিপা-নুপী হকতিন্নবা) পাম্বা মীওইশিংবু ডাক্টরনা কম্বা ঙন্নারোইদবা এইদস্ হায়বা লায়নদু পক্তুনা পুক্সি কয়া খাঙঙু থক্তা মাঙনরি। রাজনিতিদা খোঙদারুরবা মীওই কয়ানা কাহৌদ্রগা মরন মথুম পুম্নমক তুম্নরি।'

পাম্মুবনা এম- এল- এ লেপকে হায়বসি মাগী ব্লাখলদা চপ্ য়ুংখ্রে। করম্বা পার্টিদা

লেপ্পগা মাগী সুবিধা খিত্তং ফংগদগে হায়দুনা নুমিদাং ফমুংদা লোংনা হীপ্পগা খন্থুরি। 'হুং কান্নদে ! ঐনা প্রধান লেপখিবা রাষ্ট্র পার্টিসি মীনা কয়া পান্নদবা মাল্লে, অদুননি ঐনা প্রধান কাখিদ্রিবা। পিপলস পার্টিসি রিজনেল্ পার্টিনি, কার য়েকপা মার্কাসিদা হেক্তা লেপ্পগে খল্লে।

- ভোত্তি নকশিল্লকএ, টিকেত ফংহৌনবা পি- পিগী লিদরশিংদা ৱানোম্বা কোয়চেন চেল্লি। পাম্মুবগী ৱাখলদু লিদরশিংনা খঙবনিনা টিকেত পীরক্ত্রে। মথগুদা, কিষান পার্টিদা চঙলুবদসু পীরক্ত্রে। রাষ্ট্র পার্টিদা চংলুবদসু অদুগী অদু মঙায়। কনাগী পার্টি পূম্নমক থুংলে। অমতসু পীরকত্রে ভোত্ লেপ্পা য়াবগী রাইট কনানসু থিংবা ঙমদে মশাগী হক্লি। লেপ্তুবদি য়াদে, পাম্মুবদু ইন্দিপেন্দেন্টদা তারে।

- ভোত্ ময়াসি এম: এল: এ: লেপ্কদবা কেন্দিদেতশিংসি দেব কর্ম্মগী বার্তনসি তোয়না তৌরকই। মসিদা পাম্মুবদি আশা অমা চাউনা শাগৎচরিবনিনা কর্ম্ম খুদিংমক্তা ইচিং- চিংথদনা চৎলি। পাইজমা খুদোন্ খুরবা অমা উপশিন্ ফুরীৎ অঙৌবা মক্লাক য়ৌনা চোল্লবা অমা লীৎলগা মোরেহ্গী চৌক্রি অমদা চীংলেম্না কর্ম্ম মফমদুদা ফমদুনা লৈরি।

হৌজিক মতমসিগী দেব কর্মসি মীয়াম্না হেন্না খঙবীরবনি। বেদপদ্ধতি (বেদগী নিয়ম) চৎনদ্রে, লোক্ পদদ্ধতি (মীনা শেম্বা) নিয়মদা চৎনরে। মন্দিরদা তরাচৎপীনা পুমচাই চাইরগা লেম্নবা ওইনরে। পুংয়ৈবা ইশৈ শকপা পালানচিংবদি হৌনরবনি। পাম্মুবনা লেন্নবগী মতাগুম মখুত্তা লীশিং চৎপি, চাম্মঙাচৎপী, চাম্মা চৎপী, য়াঙ্খৈ চৎপী, তরা চৎপী অমসুং মঙা চৎপীনচিংবা খুবাম থন্না পায়রগা য়াম্না চীং লেম্না মন্দিরদা শেল থাবা চঙলকই। পুং য়ৈবা ঈশৈশকপা পালানচিংবা মশিং খঙদোক্লগা পদৎ- পদৎলবা মঙা চৎপী অমমম্ থাররি। মমান্নবশিংনা তরা চৎপী থানরিবনি, মাদি থৌৱাসু শাদে।

পাম্মুববু মীনা মশক খঙবনিনা খুঙ্গংগী পুংয়ৈবা ইশৈ শকপা অমসুং দুহারদুনা লুপা ১০/১০ গা ক্বা তাঙ্গ মথক্তা হাপ্তুনা লাল্লকই। মানা মদু মীয়াম মমাঙদা উৎনীংবগী মতাগুম পান্না তাঙ্গদু মখুৎ য়েৎনা পায়রগা মোমোন তৌনা মন্দিরদগী থোরকই। মন্দিরগী মতাইদা মরুপ মপাঙশিংনা ফম্নবা থারিবা মোরেহ্গী চৌক্রি অমদা ফম্নগা ফুরীৎখাওদগী রুমাল লৌথোক্তুনা মরায়বক্তা শৌরিবা হুমাংদু তপ- তপ নপথোক্লি।

মানা মন্দিরদা পুংয়ৈবা, ইশৈশকপা পালানচিংবা মখোয় তরুক্তুদা থারম্বা লুপা মঙা চৎপী লুপা কুম্লাখক্তনি। পুংয়ৈবা ইশৈশকপা অমসুং দুহারনা লাল্লকপদি লুপা নিফুনি। ঙাইহাক্তুগী মনুংদা মানা লুপা তরা শেন্দোয় ওইনা ফংলে। মাগী হৈনবীসি ঙসিগীসিদা নত্তে, মানা চৎলু- চৎলুবা দেব কর্ম খুদিংমক্তসু অসিগী অসি মঙায়। মানা চৎলু- চৎলুবা কর্ম খুদিমক্তা থারম্বা শেলগী মশীং অমসুং য়ুম্নুদুগী মমিং মথা মাগী ডাইরিদা হেক্তা ইশিল্লি।

দেব কর্ম্মগী ৱাফমসি নাথৈরগা হৌজিক অমুক এম- এল- এ- ইলেক্সনগী মতাঙদা চৎথজগে।পাম্মুবগী নাপলগা লোয়ননা হাইগাৎলিবা মঙত্তু নম্হৎনবা কেন্দ্র ৱাংমদগী রাষ্ট্র পার্টিগী মীরেপ ওইনা জয়চন্দ্র কৌবা নিপা অমা থাজিল্লকএ। মহাক্ অহাম্বদদি ৱৌতক্ চারুরবনি,

মমৈথঙ্দা নাপল্ মতেক অমা কারকই।' হেরা! মাগী জয়চন্দ্র হায়বদু রাষ্ট্র পার্টিদা নপচরি তৌদুনা ঠিকা মচা মচা খরা তৌরগা লেবরশিংগী শেল হাৎলিবা মহাক্রা। মানা ভোত্ লেপ্পগা কনানবু মঙোন্দা ভোত্ পীরক্কদৌরিবা ?'

- 'লেপসনু লেপসনু, মগুন ইগুন য়েংনবা তরেদনা মানা ভোত্তর অমদা য়েনগে হায়না য়েল্লবদা লুপা ১০/২০ মঙায়দনা। মানা লুপা ১০০ য়েন্বদা ঐনা লুপা২০০ য়েনগনি মানা লুপা ২০০ য়েন্বদা ঐনা ৫০০, মসিদবু কনানা লীৎথোকখিদৌবা?'

চুফু কায়রগা কাক্লা হরাওবগুম, ভোত তোয়রগা কক্শাবী শাবা কাঙবুশিংনা কেন্দিদেতশিংদগী শেল লৌথোক্হৌনবা অহীং তূম্দমখৈ চেন্নরি। খুঙ্গংগী, লৈকায়গী পার্টি পার্টিগী মিতিং কয়া তৌনরি অমসুং লাউনরি।

মপান্থোংদনা পাম্মুবগী মী শারগা নুংদনা জয়চন্দ্রগী মী ওইরিবা ব্বার্কর ঙাক্তনি। 'তামো! ননাও ঐখোয়বু ভোত্ খোম্লনবা থাদোক্পিরিসিবু করম তৌদৌরিবা মওংনো? জয়চন্দ্রগীদি ভোত্তর অমদা লুপা ৫০০ গা ১০০০ গা অমুক্তোয়বা মাগী মী ঙাক্তা ওইখ্রে।

মাগী মাঙ- তাকউ হায়বা শনিগী দম্বাদু থুংলরবা মাল্লে। মাগী মখোয়দৌদুদা শনিনা কক্- কক্ চীক্লরবদা মানা নমথাক লৌনম্না লৌশিনখিবা শেলশিংদু উপুদগী শৎ-শৎ লৌথোক্অগা মশীং অদুক্লি খঙ্দমখৈ ব্বার্করশিংদুদা পীথরি।

নোং হেক ঙান্বগা ব্বাকরসশিংদু থরায় ব্বাবা শারদুনা হোবে- হোবে লাকই। 'তামোনা ঙরাং পীরকপা শেলদুদি য়েন্বদা লোইথোক্খ্রে,থুংহৌদবা নাকল অমদদি য়াম্না ব্বারৌনা লৈহৌরি।'- 'হৌজিক্ ঐগী উপু শঙননবা লুপা ১০০খক্ লৈরিবসি নত্তনা লৌথোক্লিঙাই লৈত্রে। ভোত্ কাদবা য়াদো ঐগী লৌ পরী মঙাসিগা ঙায়োক পুম্ব্রি অসিগা য়োন্থোখিনবা ইনাওশিংনা খরা শিন্বীরো।'

হাথু- হাথুনা য়োন্বা পোৎয়োন্নিনা মমল তানা তানা য়োন্থোকখ্রে। শেলশিংদু মাগী ব্বার্করশিংদা শিন্নখ্রে। ব্বার্করশিংদুনা শেনয়ামদু পুখ্রগা লোল্লা ব্বাতানৈ।- 'মানা পৈশিল্লিবা সনা লুপা লৌ ইঙ্খোলশিংসি ঐখোয়দগী মত্তুনা লেপশিনখিবা ঙাক্তনি। মীয়ামগী ওইবা থবক্তা শিকি- অমফাও পুথোকখিদে। হন্দক্কী মতাঙ অসিদনি, হেক য়ারিমখৈ চিংথোকহৌগদবা।'

পাম্মুবসি লন থুমদদা মরাঙ কায়বা নত্তনা নুপীসু ৬ লোন্দুনা নুংগী অমমম্না মচা ৫/৬ পোক্তুনা মচা নিপা নুপী ৩০ রোমগা মরাঙ কায়না পাল্লিবনি। নুপীশিংদুনা মনাদা মঙক্তা শিরম্বা য়াল্লম্বা, সনা লীকোন পূম্নমক তুমখ্রবনি। হৌজিক মাগীনি হায়দুনা লৈহৌরিবা হায়ববু য়ুম ইঙ্খোল অদুখক্তা মঙায়রে, মদুসু বন্ধোব থমদোকখ্রে।

মাগী ব্বার্করশিংদুনা শেল- থুম পূম্নমক তকথোকপা লোইখ্রে। হয়েংদি ভোত থাদগদবা নুমিৎনি হায়বদুগী অহীংদা ব্বার্করশিংদুনা জয়চন্দ্রগী ভোত কন্না খোল্লি। চাবা মচেৎ, তূম্বা মচেৎ থা অমনি ভোতক্বী চেন-চোংলুবদুদা ব্বারদুনা পাম্মুবদু চাক হেক তোকপগা ফমুংদা তাখিবগা নাখোক্তুনা তুমখ্রে।

নোংঙানগদবা পুংখায়মুক্তা মঙায়রে। পাক চাউখ্রবা তুরেললনি, লৈনাংগী ঈশিংনা

ঈরৈ তানা চাংজৌ পানা চেল্লি । হিরোয় অমনা তুরেলদুগী কল্লবা ঈরৈ অদুদা মাগী হিদু হঙ্গৎনা হোল্লক্লি । পামুবদু তুরেলদুগী তোবর্বান্দা ফমদুনা লৈরি । ইস! অসুক ঈচেল কন্না ঈরৈ তাদুনা চেল্লিবা তুরেল অসিদা ঐনা করম্না লানগদৌরিবা ?

মানা অসুম খন্দুনা লৈরিঙৈদা হিহোম্বা নিপা অমখক পীক্লবা হি অমা হোন্দুনা মাগী মপাদু য়ৌশিল্লক্লে । মানা হিহোম্বদুবু কৌরকই,' হো হিহোম্বা ! হিদু অসোমদা অমুক্তা হোঞ্জিনবীরকখো, ঐবু অমুক্তা লাম্থোকপীরম্মু, অৱামল মতিক চানা পীজগে।'

' কনানোনে ঐবু কৌরিসিবু 'হায়না য়েংথোকখিবদা নিপা অমখক তুরেলদুগী তোর্ববান্দা ফমদুনা লৈবদু উরে । মহাক্না খল্লি মীগী অৱাবদা উপাই তৌরম্বসি অচুম্বা ধর্ম্মনি খন্দুনা হিদু মাগী নৌদুনা শৎ হোঞ্জিল্লকএ । - ' মরুপ ! ঐবু কৌরিসিবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো? ঐ- ইদোমখক তোংবদা ফাও হিসি লুপ্লিং লুপমাং তৌরিবনি।'-'ঐহাক চত্তবা য়াদবা অরুবা থবক অমগীনি।' - ' ফরে, অদুদি কাখৎপীরো অদুগী ফমথরগা হিবানসিদা খুৎ অনিনা চেৎনা পায়শিম্বীয়ু।'

'মরুপ ! ঈশ্বরগী থৌজান্নি', হায়রল্লগা হিরোয়দুনা কল্লবা তুরেলগী ঈরৈ অদুদা হোল্লকপদু ঈয়াই য়ৌশিল্লকএ। ইখঙ্ খঙ্ হৌদনা অকম্বা নোংলৈ নুংশিৎ অমা হুমজিল্লক্তুনা হিদু উরু-রু লৈরক্ই। পাম্মুবদু পাখৎশ্রদুনা হিনুংদগা ঈয়ায়দা ওন্থখিদুনা ঈশিং মনুংদা লুপখ্রে। ঈশিংদু মবুক থন্না থকচিনখ্রে। ঈশিংগী ঈমায়দা মঙক্তু লিখৎলগা,- 'হো মরুপ! ঐগী থৱায়সি অমুক্তা কম্বীয়' হায়না কন্না কন্না লাউরক্ই।

মানা খোঞ্জেল হৌনা লাউরকপদু মাগী নুপীশিংনা তারদুনা তুম্ফম কাদা চেনশিল্লক্তু মাইবা মাইবা হায়না মশা নোম্দুনা হৌদোক্অরি। মঙ্ফাওনরবদা,' কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ঐদি মঙঙাক্ হরাকউরেদনা।' মানা য়াহৌরকপদা অয়ুক্কী পুং ৭/৮ লোম তারম্লে। ভোত্ হায়দোক্কদবা নুমিৎনিনা মাগী নুপী ৬ অদুনা চাক ঈশিং থোং থাকপা লোইখ্রে।

চাবা থকপা লোইরদুনা ফম্লেন্দা ফমদুনা ঙাইহাক পোত্থারি। মাগী নুপীশিংনা মানা শেৎ- ইনগদবা ফিরোন্দু ফক মথক্তা থল্লরি। ফিরোন্দু শেৎচিন ইনশিম্বা লোইরদুনা স্বর থৈ- থৈদুনা যাত্রাগী পুংফন্ ঙাইদুনা লৈরি। নুমিত্তুগী লৈফম থোকপা য়েৎকী স্বরদু ইফুল ফুল্লগা ওইরোমগী স্বরদু ইহো হোনা লৈরি।

চৎকদবা পুংফম্নদি নকশিল্লকঅবনিনা চৎননবা থৌরাং তৌরে। য়েৎকী স্বরদু ফুল্লবনিনা স্বর লৈবা ওইগী খোঙ্না থাংদুনা য়াত্রা তৌরক্এ। দারী মখাদা, বৃন্দা মখোঙদা ঈশিং থল্লবা সনাবুল, ধুপ থাওমৈ হৈরাং লৈরাংনচিংবা কত্তুনা পুজা তৌরি। থোঙ্গালগী লমজংদসু সনাবুল অনী লফু পাম্বী অনী য়ুংলগা ধুপ থাওমৈ হৈরা পাননচিংবা খিন্দুনা পুজা তৌদুনা থনম্বনি। মফম্ মরাঙ খঙহৌদনা ষন অমা চঙলক্তুনা লফু পাম্বীদু চিংথরগা লাদু চারগা সনাবুল অনীদুসু হৈদোক্তুনা লৈরম্লে।

মানা থোঙ্গালগী লমজংদু হেক য়ৌশিল্লকপদা চেকপলদা হৌদোং অনীখক্

চিংনরম্বদু হুইনা তান্নরকপদা মাগী মমাঙ্দা তুবৎ শমদুনা চেনখি। অমঙ্গোলগী খুদম কয়া উৎলবসু মানা করিসু নাচুংবিদে। "অমঙ্গোলগী খুদম্না কৈদৌনি, শেলনা ঙমদববু করিনো?" মহাক ভোত্ শোয়দনা কাগনি হায়বসি মাগী অচেৎপা আশানি।

পাম্মুবা মাগী পুঙ্গিদা তৌখিবা নমথাকশিংদুগী মহৈদু মানা তৌরকপা থৌরম খুদিংমক্তা অমঙ্গোল ওইরদৌরি। লায়র অনংশিংদগী ফৌদোয় শেন্দোয় কা হেন্না লৌখিবদুনা মাগী অহান্বা অমঙ্গোলগী খুদম্নি। মীবু মী ওইনা উদবা শেলনা লৈবা য়াবগুম্ খল্লুবদুনা প্রধান লেপ্পদা কাখিদবদু মাগী অনীশুবা অমঙ্গোলগী খুদম্নী। মাগী মমঙদা তুরেল অমদা হিদা তোংলগা লাম্থোক্লুবা তৌরুবদা লম্থুংফম্ য়ৌদনা ঈরাক্লখিবদু ভোত্ কারোইদবগী অহুমসুবা অমঙ্গোলগী খুদম্নি।

ভোত্ হায়দোক্কদবা নুমিত্তা চৎননবা স্বরগী য়াত্রা য়েংবদা য়েত্তা স্বর লৈফম থোকপদু ওইদা লৈদুনা ওইগী খোঙনা যাত্রা তৌখিবদু মাগী মরীশুবা অমঙ্গোলগী খুদম্নী। থোঙ্গালগী লমজংদা য়ুংলম্বা লফু পাম্বী ষন্না চাথোকলম্বা অদুদসু নত্তনা হৌদোংনা মাঙদা তুবৎ চেনখিবদু মাগী মঙাশুবা অমঙ্গোলগী খুদম্নি। লমজাও তারকপদা নুপী অঙাংশিংনা ঈশিং শোক্লনবা অহাঙবা পাত্র, সনাবুল, কোর্ফু অমসুং বালটিন্নচিংবা পায়দুনা পরেং পরেং থেংনরকপদু মানা ভোত্ কাররোই হায়বগী তরুক্ শুবা অমঙ্গোলগী খুদম্নী।

মতৌ অসুম্না অমঙ্গোলগী খুদম কয়ামুক থেংনবদু নমহৎলুনা লাকপনা ভোত হায়নোকফম ডি-সি ওফিসগী কম্পেক্স ব্রাংমদা লৈবা লম্পাক্লুনা থুংলগে। তোঙান- তোঙাখা কেন্দ্রগী এম-এল-এ কয়াসু মাগী- মাগী বার্কেরশিংগা হস্মীহ্লদুনা লাবি শানরি। পাম্মুবসু মাগী ব্রাকেরশিংদুগা মোন্দা নুংঙাইনা নোক্ খেদুনা রারী শানরি।

ভান হায়বসি অপাইবা লৈচিনগা পাম্মক্লি। রাখল হায়বাসিনা পুক্লিংদা শুংদুনা লোইরগা থবক্ ওইনা ওন্থোবক্কদবতা ঙায়ববা অদুবুনি। ভাবনা শাগৎপা দলানসি ওক্লেম্লগা থুম্বা ভাংনি। পুক্লিংনা মিস্তি ওইরগা মিংনা কুপ্পগী মনুংদা শাগৎপা লোইরিবনি। এসিনি পাম্মুবনা মঙদ্রংদা শাগৎলিবা ভোবকি দলান ভোত হায়দোক্লি মা কনবগা তৌগদৌরিবা প্লান্দি শেম্বা লোইখ্রে।

কেন্দ্র কেন্দ্রগী এম:এল: এ: গী ভোত্ মশীং কাউন্তরদগী ফোন লাউথোরকপা হৌরে। কারকপা কেন্দিদেতশিংবু মাগী মাগী ব্রার্করশিংনা লৈ-পরেংগা পরেংগা হৎকুনা গাড়ীদা হাপুনা কারে- কাবে হায়না লাউদুনা পুনখ্রি।

পাম্মুবা অমসুং জয়চন্দ্রগীদি ভোত্ কন্না থীথরি। খ্বায়গী পোলোইদা মথোয় অনিনা লেপ্লিবা কেন্দ্রদুগী ভোত্ মশিং লাউথোরকপা হৌরে। কাউন্তরদগী লাউথোরকপা ফলদু পাম্মুবা অমসুং জয়চন্দ্রগী ব্রার্করশিংনা তাননবা মনা থাঙ্গৎলুনা ঙাইহনরি। পাম্মুবগীদি মমিং ইপল পল্লক্তে। জয়চন্দ্রগীদি হায়দোরকপা পোল্লিং খুদিংমক্তা ভোত্ মশিং ৮০০লৈরম্বা ৭০০ লৈরম্বা,৬০০ লৈরম্বা,অমসুং ৪০০/৫০০ ইতৎতত্তনা তারম্মী।

পোল্লিং মফম অয়াম্বনা লোইশিল্লকএ । লৈহৌরিবা হায়বু পাম্মুবগী থোঙ্গাল মক্তদা

খিল্লিবা পোল্লিং অদুখক্তা মগুয়রে। ভোত থীবা লোইরদুনা কাউন্তরদগী ফল লাউথোরকই। অপুন্বা থাদখিবা ভোতকী মশীংনা লীশিং ১৮,৭৮৫ নি পাম্মুবনা ফংখিবা ভোতকী মশিংনা ৫২১ নি। জয়চন্দ্রনা ভোত মশীং লীশিং ১৮২৬৪নি, পাম্মুবদগী জয়চন্দ্রনা ভোত মশীং লীশিং ১৭৭৪৩ হেন্দুনা মানা ভোত কারে হায়দুনা লাউথোরকএ। পাম্মুবনা ফংলিবা ভোত ৫২১দুদি মাগী ইমুং মনুং শাগৈ নাতৈ খরদগীনি।

পাম্মুবদো ফন্নবদগী লোংনা হাইথরক্তুনা লৈমায়দা তাখ্রে। মমিৎ মনা য়ুংখৎখ্রে, মচিন্দা কোঙ্গোল কারে। মাগী নাক্তা চাথোক লৌথোক্লবা লৈরম্বা মহা কালগী লাইয়াম ওইরম্বা ৱার্করশিংদু মাবু হুন্দোক্লঅগা চেন্নখ্রে। হয়িংখোই মপীনা মহুমদগী পাইথোকখিবদা মচা ময়াম্না মপীনা কায়দোংলুবা মফমদা ওন্নুবগুম জয়চন্দ্রদা পুল্লপ ওন্নুরে।

মরী মতা অমসুং মচাশিংনা পাম্মুববু গাড়ীদা হাপকক্তুনা হোসপিতালদা পুখক্তুনা লায়কন্নরুরে। মাগী মাঙলুরবা জ্বান্দু তপ্না তপ্না হঞ্জিল্লকঅবদা হান্নগী নোর্মেলদা লৈরবদা ময়ুমদা পুথরকএ। চাগনি থক্কনি হায়বা লৈতে, মশাবু মশানা কাউরে। অঙাওবগী চৌইরোনগুম মচিন্দা মরুম- মরুম শোল্লি, শিবা ঙমদবগী অদুক লৈবা হায়বদুনি। অৱাবগীসু ৱানা নুংঙাইবগীসু নুংঙাইনা মতম্ন অসুম-সুম হৌজিনখি, কনাবুসু হন্না য়েংবিরমদে।

পাম্মুবনা অনুতাপ তৌরকই, 'ঐগী ইরাইবকসিবু কমদৌনা তন্বীরল্লিবা জাৎনো ? ঐনা কিষান পার্টিগী য়োৎপাক য়েকপা মার্কদা প্রধান লেপ্লদা মাগী লায়র তুচৎনরবা নীলচন্দ্র হায়বদুনা রাষ্ট্র পার্টিদা লেপ্লগা প্রধান কাখিবা হন্দক এম: এল:এ: লেপ্লদসু টিকেত ফংদবগী ইন্দিপেনদেন্ট ওইনা মিংশেল থাউমৈ মার্কদা লেপ্লুবনি। মসিদসু ঠিকা মচা খরা তৌজবা জয়চন্দ্রনা রাষ্ট্র পার্টিদা লেপ্লগা ঐবু মায়থীবা পীরম্বা। মাগী চিংনরকপা ৱাখল "নীলচন্দ্র অমসুং জয়চন্দ্র মখোয় অনীসি লাইপোক ওইরম্বা শোয়দ্রে"। নীলচন্দ্রগী অর্থনা কবি শংথান্নবা থাজ। জয়চন্দ্রগী অর্থনা থাজববু জয় তৌবা ঙম্বা, অদুননিদনা ঐনা মায়থীহৌরিবা।

মীওইবসি শেৎ- চাবনা মরাঙ কায়রিঙৈদদি ইমুংদু মনা মনিল নাইরমদে। শেৎ-চাবদুনা ৱাংলক্লবদি ইমুংদু মহী লাঙবা অসান্তী হায়বদু ওইরকই। পাম্মুবগী নুপী ৬ অদু শেংনীংবতা শেৎ, চানীংবতা চাদুনা নুংঙাই য়াইফবা য়ুম্বাল অমা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি পাম্মুবগী নুপী ৬ অদু মনাদা মঙক্তা সনা মচেং অমফাও য়াওদ্রে, শিদ্রে। শেৎননবা মফি মরোনশিংদুসু চমোৎ চমোৎলে।

তাইন্নফম লৈত্রবনিনা নুপী ৬ অদু ওনশিন- ওনশিন্নদুনা খৎনরকই। 'নুপী খৎনবা, হামেং ৱাইনবা অমসুং অয়ুক অঙন্বগী নোংহৌ হায়নরিবনি' মচিন- মচিন্দা থোরকপদু কল্লক পেন্না- পেন্না হায়দোরকই। 'হায়-হায়, ইকায়দবী পেরুক, য়েলাং থরোই য়োম্বী, ঐগী নিপানা থরোই চুপ্পা পান্বদগী নঙোন্দগী থরোই লৈরুবদা ইপুরোইবগী মতুং ইল্লকপ নত্ত্রা ?'

অমনা অমুক হায়রকই, 'হাই ! ইকায়দবী মায়থাবী, নংনা পাল দুকাল ফম্বদগী ইপুরোইদগী ক্বা মতপ অমমম্ পীজরগা মন্ত্র- যন্ত্রনা ফারগা ইপুরোইবগী মতুং ইল্লকপা নত্তরা?' অমনা অমুক হায় 'মায়থাবী ইশৈ তৌরিবনি হায়দুনা নাখোলদুদি মোরেহ হঙোইগী মখোল মাল্লদনা ইপুরোইবগী মরম চুপ্পা ইল্লকপা নত্তরা ?'

সিদ্র পুথোক্লদুনা মচিনগা মচিনগা লাউনরম্বদগী চেনশিন্নরক্তুনা খুৎ থোক্লরকএ।

নুপী খৎনবা হায়সিমক্তবু শল্লোমদা হান্না হেক্তা তাইনরকই । ঙাংন-শক্লরিবা খোন্দাদুনা মী মাঙবা য়াবা খোনচোপ ৱাহৈ মক্তনি । মখোয়দি ইকায়বা মপান থোকএ । তারুরিবা ঐখোয়না হেন্না ইকায়রবনি । অমগা অমগা মখুদাংদা য়েংলগা শমদু ফোয়নবদা লৈমায়দা থরো ওল্লি । মখোয়না শেৎলিবা ফিরোন্দু মশাদা অমতা য়াওনদ্রে, পুরা নেকেট ওইরে ।

খৎনবদুদা কন্থোক্লবা লৈকায়গী নুপা নুপীশিং চেনশিল্লকই, মখোয়গী মতৌদুদা মচিন খুন্নগা লৈথোক্লখি । নুপাশিংদুনা লৈথোকখিবা তাঞ্জাদা নুপীশিংদু চেনশিল্লক্তুনা মশম পায়নরিবা মখুক্তু শেক্তৎতুনা খামদোকঅগা মফি মরোন্দু শেৎচিন্বিররে ।

অসুম্না পাম্মুবনা পেথাফম খঙদনা লৈরিঙৈ তাল্লকসিদা মানা য়ুম ইখোল বনখোব থমখিবা নিপাদু থুংলরে । পাম্মুবনা, 'মরূপ ! মাঙ্গোলদা লেঙখৎপীরকউ, ফিদা সোমদা ফম্বিয়ু' হায়রকই । মরূপ্তু মাঙ্গোলদা কাখৎলগা ফিদাদা ফমথৈ । 'মরূপ্না লেঙ্‌বীরকপা করি তানশিগে ?' 'মরূপ! পাউদি তাজরে, ঐখোয়সু মরূপ্না কারনি হায়দুনা আশা চাউনা খঞ্জরম্বনি । মরূপ্না কারক্লবদি ঐখোয়গী কেন্দ্রসিগী চাওখৎ-থৌরাংদা ফরনি খঞ্জরম্বনি, অদুবু লাইবক্ থীখ্রে ।'

'ভোত্ লোইখিবা থা ৫ / ৬ লোমদি ওইখ্রে। মরূপনসু ই- পাউ- অমা খঙ্‌হন্বীরক্তবদু ঐ ইশামক্ লাক্চরিবনি । ঐনা লাক্চবিবসি মরূপ্তুদি য়ুম চাক্লিঙৈদা ইমন্ নিরবা থোক্লগদ্র ? মরূপ্তবু ভোত্ কাখ্রগা লোইরে খঞ্জদুনা মরূপকী নতেঙ থরা পাংজরুবনি । ঐগী লৈজরম্না নুপীগী সনা লীকোন, লৌ বন্দোব অমসুং ইখুৎশু যন পাবোৎ ফাওবা কায়খ্রবনি । মরূপকা ঐখোয অনী তৌনখিবদু হন্দোকপীরো হায়গে লাকচবনি ।'

পাম্মুবদু ঙইহাক মরু লুকথনা খল্লরগা অসুম্না হায়বক্ই, 'মরূপ! ফনা ইকায়বা ৱাফম্লি, ইকায়বে হায়দুনা চেম্বা য়াবদি নক্ত্রে । ঐনা হৌজিক মরূপ্তা হন্দোক্লবা শেলদু উপাই লৈত্রে । মরূপ্না ইতেঙ্ পাংবীবগী পাংবীবা ঐগী য়ুম ইখোলসি মরূপ্না লৌবীহৌরো নুপা লীশিং ১০.০০০ তদি হাপ্পীরম্মু ।' - 'এঃএঃ কদায়দগীনো মরূপ্না অসুক চঙখোন্না পাল্লবা য়ুম্ ইখোলসি ঐনা লৌহৌবা হায়বসি ইতিক ইপা ওইবা নত্তে । ঙসিগীদি ঐ য়ৌজখ্রগে, মরূপ্না ঙমগদবা নুমিৎ অমা লেপ্পীরো ।

পাম্মুবগী মরূপ্তু চৎননবা ফুক হৌগৎলি, 'মরূপ অমুক্তা প্লান্ তানা খন্নখিসি ফমথহীখো । ঐনা মরূপ্তা মতম্ থারুবগী দরকার ওইদ্রে । ঐনা হায়রিবসিনা অরেপ্পা ফিরেপ্নি । ঙমগদবা নুমিৎ অমা লেপ্পীরো ।'

মখোয় অনীনা খন্ন- নৈনরবা মতুংদা বন্থোব লৌরিবা মরূপ্তুনা মখা তারক্ই । 'ফরে, মরূপ্না অদু য়ৌনা হায়রবনিনা ঐসু য়ুমগী অহল- লম্মন অমসুং নুপী অঙাংশিংগা অমুক্তা তানরুখিগে । মরূপ্না হায়রিবা ৱাফমদু য়ুমদা খন্নবদা ফল তাগদবা লৈরদি নোংমা- নীনিসিগী মনুংদা অমুক লাক্চগে, ঙসিগীদি য়ৌখ্রগে হায়দুনা থোরক্এ ।'

য়ুমদা খন্নরুবদা ফল তারদুনা মহাক নুমিৎ নীনি শুবদা পাম্মুবগী য়ুমদা থুংলরে ।

'মরুপনা হায়বদু শোয়দ্রে, অদুবু ব্রাফম্ অমদংদি হায়জনীংই।' - 'করি ব্রাফমনো মরুপ্না হায়নীংলিবদু হেক্তা হায়দোক্পীয়ু।' - ' মীওইবসি তম্বা ঙমদে অশিবা মচানি, মরুপকা ঐখোয় অনী করার অমদি তৌনবা পামই ।' - ' চুমই মরুপ্না হায়বীরিবা পূন্নমক্তু ঐ লোইনা য়াজরে।' মখোয় অনী রেজিষ্টার ওফিস্তা চত্তুনা দলিন্ করার তৌনদুনা শাক্ষি শাবন য়াওনা রেজিস্টর নামজরি ফাওবা তৌনদুনা মানা হায়বা লুপা লীশিং ১০,০০০দু পীরম্লগা হল্লক্লে।

পাম্মুবনা লুপা লীশিং১০,০০০দু য়ুমদা পুখ্রগা মাগী নুপী অঙাংশিংদু মনাক্তা কৌশিল্লগা ব্রাতানৈ। হৌজিক্তি য়ম্ ইশ্খোলসি য়োনখ্রবনিনা ঐখোয়না লৈরুনবা মফম্ অমা থিরুরসি। নংগী- নংগী অরৈবা পোৎচৈ খরদু পুখিনবা পোৎয়োম খরা- খরা থৌরাং তৌরো। নুমিৎ থাবান্ ফবা নুমিৎ অমদা ঐখোয় খোঙ্ শানখিনবা তৌরসি।'

লাকলিবা নিংথৌকাবা পুর্নিমা নুমিৎসি অফবা নুমিৎনি, মসিদা ঐখোয় খোঙ শানগদবনি হায়না নুপী অঙাংশিংদা শিন্নরে। পুর্নিমা নুমিৎসিদা মখোয় খোঙ শান্নবা চাক ঈশিং চাবা লোয়দুনা লৈরি। তাঞ্জা অসিদা মাগী মরুপ্তুসু নুমিৎ অফবসিদা য়ুমদুদা হোংজিন্নবা গাড়িদা মপোৎ মচৈ পুরক্তুনা থুংলরে। য়ুম ইশ্খোল লৌবা মরুপ্তুবু উবদা পাম্মুবনা হায়রকই, 'ফরেদা মরুপ য়ৌবীরকপা তান চারে, ঐখোয় ঙসি থোকচরগে। মরুপ্না য়ুম ইশ্খোলসিগী মখাদা নুঙাই য়াইফনা পাম্বীহৌরে হায়না বিদায় তৌনবে।'

পাম্মুবনা মাগী নুপী অঙাংশিংদুগা পোৎয়োমগা পোৎয়োমগা থোরক্তুনা বৃন্দা দেবীদা মখোয় পূন্নমক খুরুমজরে। অদুদগী পোৎয়োমশিংদু মকোক্তা থোনগংলগা য়ুমদুবু হঞ্জিন হঞ্জিন্না য়েংলম্লগা মমিত্তা ঈবা চদুম - চদুম শিন্দুনা থোরকএ। নামঞাও তাবপদা লম্পাক্তা কালগী লাই মাগী ব্রাকর্রস ওইরম্বা কাঙব্দু ব্রারেম শুদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয়দি হান্নবা পাউসি তাখ্রবনি। খঙশিন্নদবা শারদুনা হংলকই।

খরনা, 'তামো, খরা অমনা ইনাও কৌরকপা য়াওই। কারিনো, নুপী অঙাং পূন্নমক্কা পোৎয়োমগা পোৎয়োমগা থোরকইবসিবু কদায়দা চৎপীদৌরিবনো ?' পাম্মুবনা খুন্নকই, ' ইয়াম্বশিং ইনাওশিং ঐ হৌজিক লমথুংফম কদাযদনো হায়বদু খঙদ্রি।' ময়ামদুদগী খরা অহল ওইরবা অমনা হায়রকই, 'অদুদি ইনাও! ঐখোয়না তাবদদি "খোইদুম" পাৎসি লৈহাও চেম্বা লৈবদসু নুংঙাইবা, তাংজ ফবা মফম্নি মদুদা ওইনা চৎপীরো।'

-' ইয়াম্বশিং ইনাওশিংনা তাকপীরিবা মফম অদুনা খরা খিৎ ফরদৌবা মাল্লে, ঐসু মফমদু পামই। ঐনা ভোত লেপ্পদা ইয়াম্বশিং ইনাওশিংগী শিংঙম্লরোইদবা লম্মন চাউনা তোনশিনখ্রবনি। অদুদি ঐ অমুক চৎচরুখিগে, ময়াম লৈবিহৌরো', হারম্লগা পোৎয়োমগা পোৎয়োমগা পরেং শানা চৎখ্রে। মানা চৎখ্রবা মতুংদা মীশুম কালগী লাইশিংনা ঙাংনহৌই। 'তস পেল্লেদা নিজ কর্মফল মশানা তৌজবা মহৈ ফংজরেদনা।'

পাম্মুবগী নুপী অঙাংশিংদুগা খোইদুম পাৎকী লমদমদু য়ৌশিল্লক্তুনা প্রধানগী য়ুমদা থুংলুরে। খুলদুগী প্রধান্না ময়ামদুবু উবদা ইঙক- ঙক্না হংলকই ,'ময়ামসিনা তৌবীরক্লিবসিবু করিনো, ঐবু ভাব অমুক্তা তাহম্বীয়ু?' পাম্মুবনা খুন্নকই,' প্রধান

সাহেব ঐগা লাকমিন্নরিবসি ঐগী ইমুংগী নুপী অঙাং ঙাক্তনি। ঐনা ভোত লেপ্পুবদা ঐগী লৈজরম্বা লৌ ইখোল পুম্নমক তুমখ্রে। লৈফম লৈত্রদুনা প্রধান সাহেবত্তা লম মচেৎ অমদং পীনবীনবা লাকচবনি।'

ভোত হেক পল্লকপদা মশাদু ভোত লেপ্পুবনিনা ভাব লোইনা তাক্লে। 'ফরে! অদুদি য়াম্মুঙ্ ঐ অমুক্তা হোৎনদুনা য়েংগে। ফল তারবদি য়াম্মুঙ্না নুপা লীশিং ৫,০০০দি পুথোকপীবা তারে।' প্রাধান্না লমগী চেক তৌরুবদা লৌ পরী অমরোম খরা হেন্না চাওবা মফম অমা ফংলে। মানা হল্লক্লগা,' য়াম্মুঙ্না হায়বা লমদু লৈরে শেলদু পীবীরকপা য়ারনি' হায়রবদা পাম্মুবনা লুপা লীশিং ৫,০০০দু প্রধান্দা পীশিনখ্রে।

হায়রিবা লমদু প্রধানগা লোয়ননা চৎলগা য়েংমিন্নরুরে। হল্লকঅগা লুপা লীশিং ৩,০০০ লোমগী ই- ব্রা লৈশিনদুনা খুদক্তা খুঙ্গংদুগী মখুৎ মশা হৈবশিংনা মতেঙ পাংবীদুনা কা ৬ কী শঙশাং অমা শাবা লোইরে। মথক কুপ্লে, ফল্লাং খাদুনা ব্রাই তৈবা লোইরদুনা থা মখায় অমরোমগী মনুংদা শঙ্গাদুনা চঙদুনা লৈরে।

লৈহাও চেম্বা লমলিনা থারু থারুবা মনা মশিং পুম্নমক ইফদা ফৈ মতম মতমগী মরু মরাং কোবী, হঙ্গাম, আলু খামেন অমসুং হব্রাইনচিংবা কয়ামুক থাই। মদুদগী থোক্লকপা পোখোক্তু য়োন্দুনা ইমুং মনুংগী অব্রাৎ- অপা ঙাচেৎ থুমচেৎ পুদুনা লেল্লি। শেম্থোক লম্বী ফরবনিনা নুপী অঙাংশিংসু মরম মোক্লে, য়াহৌসু ঙন্নরে।

মোইরাংগী চিংখুবা যুবরাজগী মমোম মজা ইবেম্মা থোইবীবু মপানা হায়বা ইন্দে হায়দুনা কবোদা লোই থাখি। মমা তরামথোইনা মচাগী প্রেমগীদমক মপুরোইবদা হায়জবদগী মোইরাংদা অমুক লোই কুল্লকখি। মশানা তৌজবা কমগী ফলদু মশানা ফংজদুনা পাম্মুববু খোইদুম পাত্তা লোইথাখিবদি কৌবীবনবা লৈতদুনা মাগী অরোয়বা পুন্সিগী মোংফমদু খোইদুম পাত্তা ওইগদৌরি। ০

# ইচানুপাদি মনেমগী ওইখ্রব্রা ?



*শ্রী সম্বান্দুরাম নন্দকিশ্বর সিংহ, ইং কুমজা ২-২-১৯৩৫দা ৱাংজিং সোরোখাইবম লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিং সম্বান্দুরাম গোকুলচান্দ সিংহ অদুগা অপোকপিগী মিংনা সম্বান্দুরাম ওংবী মধু দেবি কৌই। হিন্দিগী গ্রেজুয়েট টিচর ওইনা থবক্তুগী পোখাই। হিন্দিদা ভারতীয় হিন্দী পারঙ্গৎ, নঈ দিল্লীদগী ১৯৬৩ দা অদুগা শিক্ষন পারঙ্গৎ কেন্দ্রীয় হিন্দী শিক্ষন মণ্ডল আগরাদগী ১৯৯১দা ফংখি। লাইরিক ৪ ফোঙখ্রে। করি মাঙখ্রে করি ফংখ্রে (ট্রান্সলেসন), ভগবান শ্রীরাম (কাব্য), শ্রীহরি শায়োনতরা ৱাকৎ অমসুং সৌরজগৎকী লৈঙাকলোন, উপন্যাস পনবা য়াই।*

শরদকুমার মচে মরিগী মনুংদা মতোমতা অতোনবা ওইনা মমা চাউবীনা ফংজখিবা মচানুপানি। মহাক্না চহী মঙা সুরকপা মতমদা অপোকপা তোম্বা নোঙ্গাখ্রে। মচে মরিগী হোৎনজমন্না মহাক বীঃএঃ পাস তৌদুনা তেলিগ্রাফ ওফিসতা কেরানী ওইনা থবক তৌখরে, মতমগী মতুং ইন্না মচে মরিসু ময়ুম পান্নখরে। শরদকুমারসু মহাক্কী খুঙ্গংদগী নুপী অমা চেনশিল্লক্তুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাখ্রে। ইবেতোম্বী শরদকুমারগী নুপীগা ইমুং মনুংসু নুংঙাই য়াইফবা ওইরমদে। ইবেতোম্বীসু লুখ্রাবী মচানি। অদুনা মরম ওইদুনা মহাক লুহোংবা হায়দুমক্তি তৌখিদ্রে। পাউ হায়দোক্লুবা নুমিৎ অদুমক্তদা কৈনা কৎখি। ইবেতোম্বী মেট্রিক ফাওদি পাস তৌখি। ময়ুম পাল্লবা মতমদদি ধর্ম্ম কর্ম্মগী লাইরিক লৈদুনা অশংবা মতমদা পাই। অদুনা মরম ওইদুনা মনেম অমদি মপুবোইবগী সেবা পুক্লিং চঙনা হরাউ মোমোন তৌনা তৌই। ইবেতোম্বীগী চমজবা মতৌদুদা মনেমসু হরাউজে।

চাউবী অহল মতমগা ওইরকপগা খুঙ্গং লৈকাইগী লাইরিক তাবা তোয়না চৎলি। লাইরিক তাবা মতমদা বৃন্দাবনগী মতাং, নবদ্বিপ অমদি জগন্নাথক্ষেত্রগী মতাং তারু বদা বৃন্দাবন চৎনীংবগী ৱাখল অমা কন্না ফাওরকই। মথংগী ৱাকচিংদা বৃন্দাবন চৎকনি হায়দুনা মখোয়গী অহল ওইরবী কাংবু অমা থা থাগী লুপা চামঙা চামঙা পুখৎনদুনা বৃন্দাবন মরুপ হায়দুনা অমা লিংখৎকনি। চাউবী মরূপতু য়াম্না য়াওনীংই, শেনথোক লৈতবনা য়াওবা ঙমদে। নোংমা মচা নুপা শরদকুমারনা ওফিস্তগী হল্লকপা মতমদা মমানা মঙোন্দা ইবুংঙো লৈকাইগী অহলশিং নমাবোক তোনু, ননে লৈমখোয় বৃন্দাবন চৎনবা মরূপ অমা লিংখৎলি থা থাগী লুপা চামঙা পুখৎনৈ। ইমাসু য়াম্না য়াওনিংই মথংগী ৱাকচিংথাদা চৎকদৌবনি। হয়েং পুল্লপ পুথোকপদি ৱাগনি হায়দুনা হৌজিক খর খর পুখৎনহৌবনি। নহাকপু ঐগী শেনথাংশি খরা পুখৎপীয়ু হায়ববু ...।'

শরতকুমার,- ‘ইমা, ঐ অঙাং অনীগী বোর্দিংগী স্কুল ফী হুনবদা তলবকী শেনফম করিমত্তা লেপ্পা লৈতে। খরা লেমহৌবা অদুননি ঐখোয়গী চাকখুম মৈ মুৎত্রিবসি। বৃন্দাবন চৎলগা লাই হেক্তা ফংবা নত্তে ইমা। ঐখোয়গী মণিপুরদা লাইফম য়াম্না লৈ। শ্রীশ্রী গোবিন্দ, অরাম নিত্যাইনন্দ, হঙোই চুরা, গোপীনাথ, কাইনা, মোন্দুম মহাদেব ময়ামসে খুরম্বা চৎলু মদুগী ভারা নচানা পীনি। বৃন্দাবন, বৃন্দাবন...।’ চাউবীনা হায়রকই, ‘ইচানা ঙমদ্রবনিনা তোকএদনা। ঐনদি ঙম্বা নত্তবনিনা।’

মতম্না অসুম হৌখিবনা পোইনু লোইরক্কদৌরে। নোংমা নুমিদাংবাইরমদা ইবেতোম্বীগী মমা তথোৎ মচানুপীগী নাক্তা লাক্লম্মী। চাউবী মথ্বায় নুংঙাইতবনা লায়না ওইদুনা ফমুংদা তূম্বা হিপ্পসু তৌদে। ফমুংদা ঙাদুনা ফম্মী। তথোৎকা মচানুপীগা ৱারি শানবদু চাউবী তায় ইবেতোম্বীনা মমাদা হংই, ‘ইমানা বৃন্দাবন চৎনিংই হায়রিবদো মখোয় বাবানদি য়ারক্কদৌবা মান্দে। অবোক্না বৃন্দাবন চৎনবা মরূপ য়াওগে থা থাগী ওইনা শেনথাং লুপা চামঙা চামঙা খরা থাঙ্গৎপীয়ু হায়বদা শেল লৈতে হায়দুনা অবোক মরুপ য়াওখিদবনি। অদুবু মখোয় বাবা য়ৌরক্লনি, মহাক লাক্লগা ইমানা অমুক্তা হায়বীয়ু, ইমানা হায়রবদি অদুম য়ারক্কনিদা।’

‘হোয়! য়েংবা হায়বদুনি য়ারক্লে ফরে, য়ারক্লে ফরে।’

অশুম্না মাঙ্গোলদা মমা মচা ৱারী শান্নরিঙৈদুদা শরদকুমার ওফিস্তগী কুমলক্লে। মনেমবোক্তা চঙশিল্লক্লুনা ইমা খুরুমজরি হায়দুনা খুরুম্মী। মনেম্বোক্না য়ারে য়ারে হৌগৎলো হায়বদগী শরতকুমার হৌগৎলগা মনেমবোক্তা ‘ইমাবু ঐখোয়গীদা লাকপ্রা? কদায় চৎলুবনো?’

মনেম - ‘নখোয়গীদা লাকইবনি, অতৈ কদায়দসু ইমা চৎলুদে।’

শরতকুমার- ‘করি মরমগীনো ইমা?’

মনেম - ‘ঐখোয় লৈকায়গী বৃন্দাবন মরুপ্তো ৱাকচিংগী মঙানি পানবদা বৃন্দাবন চৎকনি হায় অদুদা ঐসু চৎনীংদুনা নখোয়দা অমুক্তা হংলুখিগে হায়দুনা লাকপনিদা।’

শরদ- ‘লুপাদি কয়া...?’

মনেম- ‘ভারাদি লুপা লিশিং তরুক ...।’

শবদ- ‘হোয় লৈকায়গী ময়াম চৎলিঙৈদা য়াওহৌবা ফৈ। ইমানা চৎনীংলবদি চৎপা তারেদনা । ভারাগী লুপা লিশিং তরুক্কা খরচ্ ওইনবা লুপা লিশিং অনীগা পুরদি য়ারোইদরনে ইমা?’

মনেম- ‘নিপানবু শুরবদি য়ারে, কনাসু অদুয়ৌনা পুনরল্লোইদা।’

শরদ- ‘মমা! লিশিং চৎপী তরেৎকা চাম্মা চৎপী তরাগা ইমাদা পীগ্রো।’

চাউবী ঙাংনরিবা ৱাশিংদু তারগা মীৎতগী পি শিন্থে। পি শৎ তৈথোকই। মতোমতা ‘ঐদি ইকাউবু কাউকরে লৈবাক্লা হায়নবা “ইচানুপাদি মমৌগীনি” হায়বদো ঐগী ইচানুপাদগী খঙঙেদনা। ফৈ ঐগীসু ইচানুপী মরিনি । মখোয় মরিদগী লুপা লিশিং অনী অনী পূন্না নিপাল, অহুম অহুম ওইরগনা তরানীথোয়। হয়েং অয়ুক হেক্তা চৎলগে। ঐগী ইমৌগীদি মরাল লৈতে ঐ খঙঙে।’ ০

# চন্দ্রদুহার

*সম্বান্দুরাম নন্দকিশোর সিংহ।*

চন্দ্রশিং হোৎনবা কনবা মশাদা অকিবা ফাওদবা মীশক্লি। মরায়বক ফবা হায়বদুমক্তি মহাক ওইখিদ্রে। মহাক্না মেট্রিক পাস তৌবা চহি অদুমক্তদা মপাবুং লৈখিদ্রে। মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা মহাক্না খ্বাইদগী অহলনি। অপোকপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মরাইবক্না ফম্মেন কাও তমম্বীরম্লে। ইমুং অদুদা মমা লুখ্রাবী অদু নত্তনা শুবা নোম্বা ঙম্বা মীওই অমফাও য়াওদে। মনাওনুপা অনী মচননুপী অনী মখোয়সু স্কুল কারিবা ঙাক্তনি। মখোয়গী লৈজরিবা লল থুম হায়ববু য়ুম লৈরিবা ইখোল লৌ লৌখাই অমুক চাউবুদুগা লৌ ফৌরেল লৌফম শঙম অমখক্তনি। শা শল লৈতে থোইদোকপা মীগী শেন্দোন নুংদোন্দি লৈরমদে। অরৈবা খরনা মপুকচেল শেংনা মমা মচা মখোয় অনী তানজদুনা লৈখিদ্রবা মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম পাঙথোকখি।

চন্দ্রশিং মপাবুংগী শ্রাদ্ধ কর্ম লোয়খ্রবা মতুংদদি তশেংনা অঙাওবা অমগী ফিবম ওইখ্রে। মহাক খল্লু খল্লুরগা হেন্না ব্রাখল ফু স্বংনরকই। মহাক লাইরিক মখা তমথবগী ব্রাখলসু লৈখিদ্রে, মরমদি মনাও নুপা অনীগা মচানুপী অনীগা লাইরিক তম্লিবদু তোকহল্লগা মানা করম্না লাইরিক মখা তমথরুগনি'। মহাক তাইবং লীলা ফম্বাকসিদা হৌজিক হৌজিক মথোৎ কারক্লিবা পাখং অমগী রোলসু লৌরি। য়ুমগী অহল অমগী রোলসু লৌরি। লৈকায়গী থৌদোক ব্রাথোক অশি অনাসু তঙাই ফদনা য়াওনিংদ। য়াওনিংদা য়াওদবা য়াদবা অমা ওইনা চিংথবা লৈতনা য়াওরি। পুম্নমকশিগা লোয়ননা লৌ ইখোল সুবসু তঙাই ফদনা তৌদবা য়াদ্রবা অমা ওইনা মমাগী লমজিং মখাদা তুম্বা চাবা খঙদব মখৈ মনাও মচনশিংগী খর্চা হুনবা ঙম্নবা অখাকপা লৈতনা হোৎনজরি। শুন শুনা, নোম্না নোম্না মহাক করি তৌশিগে করি তমসিগে হায়বগী ব্রাখন্দা উংদুনা লৈ।

মহাক লাইরিক তম্বদা মপুক্লিং চঙনা কন্না হোৎনজরকপগী মহৈনা ক্লাস তেন মহাক্না ক্লাস তেনগী ছাত্রদা বি:এ:,এম:এ: ওজা অমনা তাকপীবগুম তাকপীবা ঙম্মী। অরাপপদগী নত্রবসু খুঙ্গং লৈকাইগী ক্লাস আইত নাইন ফাওবগী ছাত্রশিংদি মাঙোন্দা প্রাইভেত তম্মী। ছাত্র তরা মঙা তরুক্তি মহাক্কীদা লাইরিক তম্লি। ছাত্রশিংদগী ত্যুশন ফী লুপা লিশিং অমা খরা হেন্না থা থাগী ফংজরে। মদুনা মমাদা পীশিল্লগা লৌগী ইখোলগী শু-নোম্বগী মী নেকপগী অঙাং মরি লাইরিক তম্বগী খর্চা কোন্ননবা শিলহল্লে। চন্দ্রদা মতম অহাংবা খরা লৈ। অহাংবা মতম অসিদা মহাক নট-সংকৃতনগী ইশৈ তম্লগে খল্লে। নোংমা অয়ুক্কী চাক চামিন্নবা মতমদা চন্দ্রনা মমাদা ব্রাফম অসি হৌদোকই। মমানা মচানা খল্লিবা ব্রাফম অদু হায়দুনা

খ্বাইদগী অফবা ব্রাখলনি হায়না থাগৎচৈ। মমানা হংই-নঙবু ওজা কনাদা তমগে খল্লিবগে ?
চন্দ্রনা- খঙদে ইমা ঐদি, ওজাদি ইমানা খনবীরো, ইমানা ফৈ হায়বদু ঐদি ইয়া য়াজরনি।
মমানা- লৈববুদি নপল তোমানসু লৈ, নঙগী মামা গোপালসু লৈ, অসিনা অনকপদনি। খরা থাপ্পদা হাইরগনা ঐখোয়গী থংনবা খুঙ্গংসিদা ওজা যুগোল, ওজা গোবিন্দচিংবা ওজা খরসু লৈ। চন্দ্রনা ইমা ঐ অথাপ্পদদি চৎপা ঙম্মোই। ঐনা সিদা অঙাংশিং খরসু লাইরিক তম্বীরিবনিনা।
মমানা- অদুসু চুমইনে, অদুদি ফরে নঙগী মামা গোপালদা তম্মো। ঐ হয়েং ঙাইহাক চৎলগা হংলুগে, মহাক্কা য়াবিরক্লগনা মঙোন্দা তল্লসি। মহাক্কা য়াম্না চিল্লি হায়রগনা নপল তোমালদা হংলগে। অনীশিগী মনুংদা অমদি শোয়দনা য়ারক্কনিনা। চন্দ্রনা- ফরে ইমানা হয়েং চৎপিরগা খঙদোকপিরো। অসি হায়রমলগা চন্দ্র চাক চাব তোকখ্রে।

চন্দ্রগী মমানা মথংগী অয়ুক্তা য়ুমগী থবক থনা লোয়শিল্লল্লগা ওজা গোপালগী য়ুমদা চৎখি। গোপালগা ব্রারী- ব্রাতাই পূন্না শান্নরে। চন্দ্র গোপালগী মচেগী মচানি অতোপ্পা কনা নত্তে, অদুনা গোপাল য়াম্না হরাউজে। মহাক্কা ব্রাখল অসি খলক্তুনা মমা মচা তানজরগা মচেনা লাকপদুদা। চন্দ্রগী মমানা- অদুদি ইবুংঙো হংচিং নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদা ইমা ইচা লাক্লগা গুরু বোরিনবা তৌরগে। - ফরে ইচে অফবা থবক তৌবদা হোরেন হয়েং তৌদুনা লৈবা কান্নদে, হংচিংতু লাকও। অসুম্না মচিন মৌপব্রা ব্রারেপ্পরগা বিদায় লৌনরে।

নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক্তা চন্দ্র মমা মচা ঈরু মাইথজদুনা চৎনবা থৌবাং তৌবা লোইখ্রে। চন্দ্রনা চন্দোন থিন্দুনা ফৈজোমকা শেৎতুনা থোক্লপদুদি কয়াদা ফজখ্রবা। চন্দ্রনা মাগী অব্রাবা মযাম্না লোৎশিন খুমজিন্দুনা থমজরিবা মথোৎ কারকপগী মমি অদু মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থমবা য়াদবগুম ঙসি মহাক্কী মপুক্লিংদা অব্রা-নুংঙাইতবগী মমি অমতা তাদ্রবদুদদি চন্দ্রগী মায়থোং থাজ য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মীওই কয়া অমসুং লৈরম্মে। কুচুনা সনা অহিংবা মচু, শাবান্না চাউদম শাংদম মরেপনা ঙল্লপ ঙৌরোক ঙৌরবা ফৈজোম অমদি পুময়াৎ, য়াঙদবা য়াদবগুম অঙৌবা ইন্নফি অমা য়ান মমানা অথেনপোৎকি শেঙ্গাদুদা অঙৌবা অমনা কুপ্লগা মাঙদা থা- মচানুপানা তুংদা, মমা মচা লাকপদুদা কনাগুম্বী খরদি লোন্না লুমদুনা য়েংজহৌরিবনি। চন্দ্রগী ফিজোন্দুদা ব্রাৎলিবা হায়বসি শুপ্লতগী কোয়েৎতা মঙাইরে। মসিনি লুমদুনা য়েংহৌরিবিশিংদুনা খন্নহৌরিবশি। চন্দ্র মমা-মচা মাগী মমা গোপালগী য়ুমদা য়ৌরক্লে। তুংথা- মাঙথা মমা মচা চঙলকপদুদা গোপালগী নুপী তোম্বীনৌদি কনা ওইরিগবা অথেনপোৎ লোয়ননা চংলকইবসিবো হায়দুনা চঙক্লনা লেপ্তুনা লৈ, খঙদবনিনা কৌশু- কৌদে ঙাংশু ঙাংদে। মমাঙ শঙ্গোইদা লাইখুরুম্ফম ব্রায় তৈথোক্তুনা লৈরিবা অদুদা চন্দ্রগী মমানা মকোক্তগী পোৎ থাদুনা থল্লগা ফৈজা অদু লৌথোক্তুনা ফুং লাউনা কনথোক্লল্লগা মাঙ্গোল তম্না চঙলক্লবদুদদি মনম্মা ওইরম্বদুদা পুমঙক ঙক্তুনা হংই-ইনম্মা ইবুংঙো চন্দ্রগা লোয়ননা অথেনপোৎকা পুদুনা লাকইবশিনা করিগী ? চন্দ্রগী মমা তম্ফানা-নহাল ঐ সিদা লাক্লম্মী নহাক চৎথোকখি

হায়দুনা লৈরমদে, নঙোন্দবু ইবুংঙোনা করিমতা তমদবরা? তোম্বীনৌ-মানদি ঐঙোন্দা করিমতা হায়দে,তমদে। তম্ফা- হৌজিকপু মহাক কদায়দা? - লাকঅনি ইনম্মা ঈরুজবা চৎখিবনি। ইবুংঙো চন্দ্র নঙদি অদুম লেপ্তুনা লৈরে। লাকউ মাঙ্গোলদা কাখৎলকও-সোফাসিদ ফম্মু,লাকও লাকও, ইনম্মসু ফকসিদা লেঙশিনবিরো। চন্দ্র সোফাদা ফম্মী তম্ফাসু ফকতা নে তানা ফমই। তোম্বীনৌনা - ইনম্মা করি হায়নখিবগে, কদায়দা চৎকদৌরিবনো? তম্ফা- তম্ফা-কদায়দা চৎকদৌবা নত্তে। সিদা ইবুংঙোদা ঈশৈ তমহনগে তৌবনি। ঙসি নুমিৎসু ফৈ- ঙসি গুরু বোরীনবা লাকপনে। তোম্বীনৌ- অদুদি য়াম্না ফৈয়ে, হৌজিক্কী মতম অসিদদি পুং ঈশৈ হৈবশিংদি লেম্লা মাঙদ্রবনি। চহি অমতং ফজনা তমবদা এম:এ:না কদৌনি। পুং ঈশৈ হায়বসি পোকপা শিবদা থাদোক্লবা য়াদ্রবা অমা ওইরবনি ঐখোয়গী মণিপুরদদি। অতৈদি- লাইরিদা ইবুংঙো চন্দ্রগী ফিজোনসিদা কোইয়েৎতংগা হাপলগা লুহোংফান্দা ফম্বদুনি ঐনা য়েংনিংলিবসি। চন্দ্র- ইনেবেম্মা মদু শোয়দনা ঐনা উহনগনি ঐনা অফাওবা শৈশকপা অমা ওইরবা মতমদা। মতমদুদা গোপাল ইরুজবা কারক্তুনা ঈশ্বরগী শেবানচিংবা তৌবা লোয়দুনা চন্দ্রবু কৌরকই।

চন্দনা চঙশিনজদুনা "মামো নমাক্লা খুরুমজরি হায়দুনা দণ্ডবত তৌদুনা খুরুম্মী। গোপাল- হৌগৎলো চন্দ্র হৌগৎলো। মাগী মাম্মোনা তাকপীবা মতুং ইন্না অথেনপোৎশিংদু ঈশ্বরদা কৎলে অদুগা নম- লেং য়াওরকপদুনা মাগী মাম্মোদা শাংনা তিংথোক্তুনা খুরুম্মলগা কৎলি। মাগী মাম্মোনা করি করিনো শোল্লদুনা মমাক নুপাদুগী মকোক্তা শর- শর নাম্বীরে -অদুগা গুরুবন্দনানা শিক্ষা পীবা হৌখরে। অসুম্না পুক্লিংচঙনা থবায় য়াওনা মহৈশিদংদি হৈরগে খন্না কন্না হোৎনজরকপনা চন্দ্র নটসংকৃতনগী বিচারগা লোয়ন- লোয়ননা চহি অমগী মনুংদা তম্বা লোয়রে। মাগী মাম্মনা ইশৈ শকপা চৎপদা পালাগী মনুংদা খোমদোল লংবদা খরা খরা য়াওহনদুনা মীরক তিন্নবা হায়বদু ওইজরে। কৈরোয়-লৈকাইগী দেব কর্ম অশি অনাগী থবক্তা চিংথবা লৈতনা য়াওরকপনা সংকৃতন অমগী ময়ায় লেপ্লা ঙমলক্লে চন্দ্র। লৈকায়গী লুহোংবা,ষোষ্টি পুজা অস্তি সঞ্চয় চিংবদি মহাক য়াওদবা লৈত্রে। শেম্লোক লৈরে মচন- মনাওশিং নিংথিনা শেম্বা ঙমখে চন্দ্র। লমচৎ ব্যবহার ফজবনা মহাক্কী মতিক মগুন ওইখ্রে। নৌনা কলাশিদা খোঙদারকপনিনা মহাকপু শ্রাদ্বনচিংবদা ময়াই লেপ্লা হায়বদুখক্তা মঙাইরে মহাক্লা ফংজদ্রিবসি। ফংগনি করিগী ফংলোই? মহাক্লা চহি অঙাং ওইবনা ফংদবনি,মহৈ ৱাক্তুনা মতিক চাদদুনা ময়াই লেপ্লা ফংদগী ৱাদি নত্তে।

চাউখ্রবা খুঙ্গং অদুগী নুপী পালা তরেৎ- নিপাল মহাক্লা কোইচেন চেন্দুনা তম্বীরিবনি, ঝুলোনগী কাংগী কৃষ্ণ জন্মগী। হৌজিক চন্দ্রগী মিংথোন ওজা চন্দ্রনা ওইরি। ওইরি পাখং হৌজিক ফাওবা লৈশাবী কয়াদি মঙোন্দা অশা থমদবদি নত্তে। হয়েং করম থোক্লগবা? মসিসু ময়াম্না খন্নরিবা ৱাফমনি। মহাক্কী নোম্লুকপা নুংশিবা ৱাঙাং শঙাং মনাও- মচন মমাগীদমক মহাক্লা ৱাজরিবা হোৎনজরিবা মরকসিদা কনাঅমতনা মঙোন্দা ৱাহৌবা ঙম্নদবনি। হৌজিক ফাওবদা মঙোন্দা তাইবংগী নুংশি নুংওনগী তিন চংবা ঙমদ্রি। হৌজিক মঙোন্দা চঙবা ঙম্লিবসি ঈশ্বরভক্তি অমসুং প্রেমতনি।

ওজাচন্দ্রগী লাইবক্কী থম্বাল শাৎলকপা হৌরক্লে। লৈকাইগী অঙাং অমা লৈখিদবগী শ্রাদ্ধদা মহাক্না ইশৈ হনগদৌরি । মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী অহানবা ময়াই লেপ্পা হায়বদু ওইদৌরিবনি । খুঙ্গংদা চন্দ্রনা শোরাংকী ইশৈ হনগদৌরি হায়না পুন্নাং লাওনে । পুন্নমক ঐসু চংকনি ঐসু চংকনি অসুম্না চন্দ্রনা বাশক, খুবাক ইশৈ তন্দীখিবশিংনা পুন্নাঙ লাঙইবনি ।

শোরাং নুমিংকী অয়ুক্কী ভেং কংপা অদুদসু চন্দ্রনা ইশৈ হন্দুনা পাঙথোকখি । মহাক্কী মশক মতৌ মহাক্কী খোজেন সুর অদুনা ভাবোক পুন্নমক শুমহংখি । মীয়াম্না অহাকপু অঙাংনি চহি য়ামদ্রি মহাকপু করম্না ময়াই লেপহনদৌরিবনো ? অসিনি মীয়াম্না খন্নরিবসি । ঙসিগী শোরাংকী ভেস্ত কংপদা মহাক্কী অবয়ব মুর্তিদু য়েংবদা কয়াদি ফজখরে । অখঙবা লৈকায়গী মীনা মাবু অঙাংনি হায়বগী ৱাখক্তনি । মহাকপু খঙদবশিংনদি অঙাংনি হায়বা ওন্না জাৎ নত্তে । অঙাং ওইগে ওইসনু ঐদি ঐগী কর্ম খুদিংদা মহাকপু ইশৈ শকহনগনি- মসিগী ৱারীসিনা পুমনিল নিল্লি । অসুম্না অয়ুক্কী উৎসব লোয়শিনখরে ।

কর্ম মপুদুনা শোরাংকী বার্তোন কয়া য়াম্না তৌরিবা শোরাং হৌনবগী ফি রোল শেৎনরকপা মতম অদুদা মীদি শোরাং মফম অদু পুমথন থনখ্রে । ঐ ৱাখল খল্লি পুং ইশৈগী বিদ্য অসিদি মী অমা ওইবগী মশক মতৌ ফজবা ৱাং চাউবগীসু তঙাই ফদনা লৈবোইরে হায়না। বোরিবা লোয়দুনা পালা ময়াম লেপখৎপা মান্দব মপুনা হরি ধবনি লাউদুনা শোবাং হৌখরে । রাগ তারগা ঙাইহাক ফম্নগা কৃষ্ণ বাল্যালিলা মতেক অমা শকখি । মদুদা শেন থাবগী ক্যু লেপ্তুনা ঙাইনখি । ভালোনা পুমনিল নিনখি । রাধা অভিশারগী মতাংদা ইবেম্মগী লৈতেংগী মতাংদা দুহারগা লোন্নবা শ্লোক অদুদা দুহার অদু মরোল থোকখিদরে, লোয়ননা চোলোম তৌনরবদুদা চন্দ্রনা কেনা থেক- খোয়না নুংশিরবা খোঞ্জন্দুনা ধনি রায় বিনোদিনি হায়দুনা ইংনা মেংনা থিনগৎলকপদুদদি অহল পুম্নমক প্রোপ প্রোপ তুনখরে । ভালোনা পুলিল তরা চংপীনা পুমচাই ।

নুমিৎ অদুগী শোরাং অপুনা চন্দ্রগী অহানবা লাইবক লেপ্পগী নুমিৎনি । চন্দ্রনা শোরাং লোয়রকপদুদা ভাবোক, অকোয়বদা ফম্মিবা অহল লমন নুপী ইমা ইবেন শিংনা লুপা তরা চংপী অমমম য়েল্লগা পুন্নমক্কী মফমদা খুরুমজে । পুন্নমকসু পুন্সিদা মায় পাকপা ওইয়ু হায়দুনা বর পীনবী। চন্দ্র তশেংনা মায় পাকপা হায়দু ওইরে । দুহার চংলিবা পুং য়ৈরিবশিংদুগীদি মচা শেবক মান্দোপ মনুংদা চংলক্তুনা মাগী মাগী ওজাশিংগী কোয়েৎ ফি- রোল লৌথোক্লুবা চংলকখি । চন্দ্রগীদি মচা সেবক লৈজদ্রিবনিনা শেলশিংদু শুকখোম খোমজিল্লগা ফি অমদা য়োমশিল্লগা পুথোক্লকখি । অসুম্না নুমিৎ অদুদা শোরাং ইশৈ শক্লুরগা লৈকাইগী মচে মনেমশিংগা য়ুমদা হনম্লিনরকখি । চন্দ্রগী মমানা চা মনাগা চিনি কিলো অমাগা পোলিথিন খাউ অমদা হাপ্লগা লাকপা লম্বীদা থেংলরে। চন্দ্রনা হংই-ইমা কদায়দনো,ইমানা চংকদৌরিবদু ? মমানা খুমই - ৱাংখৈ নপুবোক্তো য়াম্না কন্ন ঙমদ্রে হায়না পাউ লাকএ, ঐ নুমিৎ তাদ্রিঙৈসিদা অমুক্তা

চৎলুগে হায়দুনা লাকইবনি। যুমদা অঙাংশিং লোয়না লৈহৌরবনি। ছাত্রশিংদুসু ঙাইহৌবনি। চন্দ্র- ফরে ইমানা ঙসি য়ৌবীরুরো। হয়েং অয়ুক ঐসু চৎকে। চন্দ্রগী ঙসিগী ইশৈগী পাউ মমাসু ঙশাইনা লৈকাইগী মৌনহাশিংনা তম্বদা তাখ্রবনি। অদুনা মমাসু মপুন্নিং হরাউ নুংঙাইজে, লোয়ননা পিরাং শিষ্টবসু লেপ্তে।

চন্দ্রগী মমানা নপুবোক হায়রম্লিবা অসি চন্দ্রখোয়গী শাগৈমক্তি নত্তবা অহল চহি তরামুক্কী মমাঙদা মণিপুরগী ইদুকেসন মিনিষ্টর ওইরবম্বনি। থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাই য়াইফবা মীয়াম্লা, লৈকাইনা য়াম্লা নুংশিবা অহল অমনি। মমানা চৎলুবগী পাউ চন্দ্রদা তমদুনা তাহল্লে ? চন্দ্রসু অয়ুক্তা মপুবোক্কী অনাবা হংবা চৎলম্মী। তশেংনা হায়রবদা খুৎ থারবা মতাং য়ৌরবনি। মহাক লাকপদা ময়াম্বা মচে মতৈমনচিংবা পুম্নমক্লা হরাউ হরাউ কৌশিনবী। ইমুংগী মী পুম্নমক চাক চাননবগী থৌরাংনরবা মতমনি। মতৈমা অমনা হংলকই - ইবুংঙো চন্দ্র নহাকপু চাক চারক্লবা? - ইতৈমা ঐ চারক্লে। অদুদি ঐখোয় চাক ঙাইহাক চাগে নঙ নপুবোক্তো ঙাইহাক্তা শঙউ। ইবুঙো- ফনি ইতৈমা ঐ শংজগে ময়াম চাক চাবীরো। ফরে ফরে নহাক ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা শংলো। ময়ামসু চাক চাবা চঙনখরে, মাইবদুসু ময়াম চা মিন্নরশি হায়দুনা মাসু চাক চাখ্রে।

চন্দ্র মপুবোক্কী মনাক্তা ফমদুনা লৈ। ফি অমোনবা মচা অমনা অনাবগী হকচাংদুদা শিৎ- নান্দুনা লৈ। মহাক্লা 'ইপুবোক ইপুবোক' হায়দুনা কৌইজে। অনাবা মপুবোক্লদি করিগুম্বা অমতা ঙাঙদনা উতুপ তাবগুম অদুম লৈখ্রে। চন্দ্রনা খুদাংগী মিহুল লৈব্রা য়েংই, খুদাংগী মিহুল ফংদ্রে। তাঞ্জা মাঙহনবা য়াদ্রে খন্দুনা চন্দ্রনা 'ইপুবোক, ইপুবোক' হায়না কৌরগা কপখৎলক্লে। চাক চারিবা ময়াম অদু ফুক- ফুক হৌগৎনদুনা মখুৎ হামদোক্লরদা কৈদৌরে চন্দ্র, নপুবোক কৈদৌরে হায়দুনা চেনশিন্নরকই। চন্দ্রনা কপ্পা কপ্পা মপি তৈথোক্লদুনা অহিক খোনফমনবা ব্রহৈনা হায়রকই - 'ইপুবোক্লা ঐবু দুহার চৎলকউ হাযরিবা হায়দুনা তপা তপ্পা কপলি। মাইবনা হিহুল থাহুল য়েংদুনা লৈ। ময়াম্বা মতৈমশিংদুনা- অদুগী ওইরে নঙনা কপলিবদি ? চৎকদৌবনি ইনাওনা করি চত্তনি। ঙরাং নঙনা শোরাৎ শকপগী নুংঙাইবগী পাউ ময়াম্লা তম্বদগী নপুবোকসু তাখিবনি অদুনা নঙবু দুহার চৎলকউ হায়বমলিবনি। নপুবোক য়াম্লা হরাউজখিবনি। ঙাংবদি ঙমদবনি ময়ামদা ফোংদোকলমদবগী ব্রাখক্তনি। ঙাইহাক্তুদা ইমুং মনুংগী মীয়াম অদুনা অনাবগী ব্রাফম কাউথোক্লুনা চন্দ্রনা দুহার চৎকদৌবনি হায়দুনা পুন্নাঙ লাঙনৈ। মাইবনা ইচাশা মপানগী থবক লোয়শিল্লো ষাত্রা তৌবা য়ারক্লদৌরে, হায়রকপগী ময়াম কোইচেন চেন্নে। অসুম্লা সংস্কার লোয়রবা মতমদা দষাহগী লাইরিক তাবা লোইরবা মতুংদা শাগৈ নাতৈগী অহনশিং ফমদুনা শোরাৎকী মতাং খন্নবা হৌরক্লে। ইশৈনা কনা, দুহারনা কনা পুংনা কনা, নখোয়না অপাম্বাশিংদু হায়নরক্লো অদুগা খন্নরসি হায়দুনা শাগৈগী অহল অমনা হৌদোক্লক্লে।

য়ুমগী অহল ওইরিবা চন্দ্রগী ময়াম্বা তোমালনা শাগৈগী অহল অদুদা - খুরাহল পুং ঈশৈগী মতাং অদুদি খুরাহলখোয়না মানা শকপা য়ৈবনা ফনি হায়বদু অদুম তাকপীরো। মদু ঐখোয় লোয়না য়াজরগনি। অদুগা দুহার অদুমদি ঐখোয়গী চন্দ্রনা তঙাইফদনা দুহার চৎপা তারে। হৌজিক হৌজিক পাবুংনা থুপত্রিঙৈদা- 'দুহারদি চন্দ্রবু চৎহল্লকউ' হায়রম্মী। শাগৈগী অহল অদুনা 'অদুদি য়াম্না ফৈনা। ঙরাং মহাক্না সিরোম তোম্বগী মচাগী শোরাৎ শকখিবদু য়াম্না নুংঙাই, ইচা- ইশুনি হায়দুনা ঐখোয়না পংহায় হায়জিনবগী ব্রা নত্তে, মীয়াম্না ঙাংনা শোন্নরবনি। ঐখোয়মক্কী শাগৈমকসু নত্তে, মহাক য়াওবদা করিশু অকায়বা লৈতেনা, হায়দুনা শাগৈগী অহল অদুনা অয়াবা পীবিরে। চন্দ্রসু য়াওরিবনি মীফমদুদা। অহলদুনা চন্দ্রদা 'ইবুংঙো চন্দ্র, নহাক নশাসু য়াওরবনিনা ময়ামদা ভক্তি কৎলু' হায়রকপগী চন্দ্রনা ময়ামগী মফমদা ভক্তি কচৈ। পুম্নমক নুংঙাইরে নুংঙাইরে, নমায় পাকপা ওইজৌ হায়দুনা বরসু পীনবী।

অশুম্না ব্রাংখৈময়ুমগী ইদুকেসন মিনিষ্টরগী শোরাৎ অদুগী 'ওজা চন্দ্র' - 'চন্দ্রদুহার' হায়দুনা মমিং চৎখি। মী অতৈগী শোরাৎতদি চংলকপগা থোকখিবা তৌবনা শোরাৎ লোইরকপদা মান্দোপ অকোইবদা ফমলিবা ভাবোক অদু নত্তনা কনামতা লৈতবনি। হন্দক্কী ব্রাংখৈ ময়ুমগী শোরাৎ অসিদি শোরাৎ লোয়রমদাই ফাওবা ভাবোক অমতা হন্নখিদে। শেন- থাবদা পাম্মুদবা হায়বদু হন্দক্কী চন্দ্র দুহারদা থাবা সেল অসিমদি পাম্মুবা হায়বদু কনা মতা লৈনখিদ্রে। শোরাৎ লোয়রকপা মতমদা পুংয়ৈবা ঈশৈ শকপগী মনাক্তা চঙদূনা ফম্লগা শেল লুপা কয়া তাই হায়দুনা হংনবা লম লমগী মীওই খর- খরসু লৈনৈ। মখোয়না থৌওইনা চঙদুনা ওজা লুপা কয়া তাবগে হংবদা ঙশিগীসিদি লিশিং মঙাদা খরা হেল্লি হায়বতাই হায়দুনা খুমলকখি। হংলুরিবা মীদুদা পুংয়ৈবা ঈশৈ শকপনা লুপা১০/১০ সু পীরকখি। তরা অদু ফংনবগীনি মাখোয়না হংলুরিবসু। তশেংনমক চন্দ্রনা মমিং চৎখিবা অসি মশানা মশাগী মরাইবক শেমজখিগনি। ০

# পাজি! চাক লোইরে ঈরুজথোকপিরুরো



*মোইরাংথোম রাজেন্দ্র সিংহ, ইং ১৯৪১গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১৫,থাংজ নুমিত্তা তেম্থা খুঞ্জাও ময়ায় লৈকায়দা মোইরাংথেম ইবোতোম্বা সিংহ অমসুং নাওরেম নীংঙোল কুমতী দেবী অনিগী মপারী ওইনা খোঙদারকখি। কলেজগী ওজা ওইনা থবক্তগী পোত্থাই। ১৯৭৮ ইংদা সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্দ ফঙখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল ; পোগ্রেসিভ রাইটরস এসোসিয়েসন, মনিপুর; সাহিত্য প্রজারকসভা, ৱাংজিংনচিংবা সাহিত্যগী সংস্থান তরারোমগা মরী লৈননা থবক তৌরি। পরিষদ মশাগী ত্রেজরর ওইরি।*

নিংথমথানি, ৱাকচিংগী উল পুবা নুংশিংনা উ উ শীংলি। শুভদিন তাবা নুমিৎনি। নোংয়ায় মতুং পূং অনীরোম তারে। করিগুম্বা ইংরাজী তারীখকী(খৃষ্টাব্দগী) মতুংইন্না পাবা তারবদি মথংগী নুমিৎ চঙলক্লবনি। ঐখোয়গী থাবালগী মতুং ইন্নদি মথং নুমিৎকী পুংফম চঙদ্রি। নুমিৎ অদু ব্রত তৌগদবা নুমিৎনি। কনাগুম্বা ধর্ম্মদা য়ক লাউবা খরদি নুমিৎ অদুগী নুংথিলগী চারাসু ব্রত কংলগা নুমিদাংগী চারাসু ব্রতগী পুংফম লোইদ্রিবা ফাওবা ব্রত তৌনরিবনি। মখোয়দুগী মনুংদা মোইরাংথেম রাজেনসু অমনি। ঙা চাদবা রাজেন্নি। মহাক্না হরাওজবসি মীনা "রাজেন ঙা চাদে, ভেজিটরিয়ান্নি" হায়বসিনি। করিগুম্বা থৌদোক অমগী মীয়াম চাক পুন্না চাবদা ভেজিটরিয়ান কাঙবুগী তোঙান্না চাক্লুক থাবা, ঙা চাবশিংনা মখোয়দা হাইফেৎকা য়েংলকপা অদুদা রাজেন্না নুংঙাইজবসিদি মহা হায়বদুনি।" আমিস (শা- ঙানচিংবা চাবা) চাবদগীনি নিরামিস চাবা (ভেজিটরিয়ান) ঐখোয়বু মীনা ইকায়খুম্নবা হেল্লি" হায়না নাপল কাজরিবা রাজেন্নি। নুমিৎ অদুগী থেঙলবা অহিংদা ঈংবনা তর তর চিংশিল্লবা ঈশিংদা ঈরুজরুবদগী নিংথম্বনা মশা থক থক নীক্লবা রাজেন নীক্ল নীক্ল নীংশিংই মমৌনুপীনা হায়খিবা "পাজি ! চাক লোইরে ঈরুজথোকপিরো।"

রাজেন অঙকপা মখলগী মীনি। কনাগুম্বা মীনা কৌনৈ মাবু "বৈষ্ণব রাজেন।" খঙদে মহাক অসি করম্বা মখলগী পক্কা বৈষ্ণবনো। মহাক্কী বৈষ্ণব মওই অসিদি অতৈ বৈষ্ণবশিংনা তৌজশারিবা অসিদি কচ্চা হায়বদুনি। কনাগুম্বনা অমুক হায়নবা য়াওই "মাগী

বৈষ্ণব মওই অসিদি কপট (তৌশিন্নবা) বৈষ্ণব হায়বদুনি। ঙা পায়বা মীনা থোংবা চাকতি চাদ্রগা ঙা লৈবা তুরেলদগী শোকপা ঈশিংনবু ওইরবসু, ঙা য়োকপা পুম্রীদগীনা ওইরবসু ঈশিংদুনা থোংবা চাক ইন্দাংদি করিগী চারি?' কনাগুম্বনা অমুক হায়নবা য়াওই "মানা তৌরিবসিদি ইমু- মনুং মচা- মমৌ ব্রাহ্মনবনি, পুন্য নত্তে পাপ লঙশীনবনি।"

সুমতীনা হায়জে "পাজি! ঐহাক পাজিগী সেবা ফংজগে লাকপনি, পাজিনা চাক থোংলগা চাবসি নুংঙাইজদে, ঐহাক থোংজগে।" খুম্মী রাজেন্না "ইবেম্মা! ঐদি ঙা চাবা মীনা থোংবা চাক চাদে, নমাসু ঙা চায় হায়দুনা থোংহন্দবনি, ঐগী তোঙানবা চাকশঙ অমদা ঐনা থোংজরগা চারিবসিনি।" খুম্মী সুমতীনা "পাজি! ঐ ঙা চাজরোই, পাজিগী থোংবদা ঐগীসু য়াওনা থোংলগা চমীন্নসি" মোমোন নোক্লা রাজেন্না মখা তাই: "অদুবু ইচানা (ইমৌনা) থোংবা পাজিনা (ইকুনা) চানীংদবগী ব্রা নত্তে, ঐহাকত্তি ঙা চাদবনা থোংবা চাদবতা নত্তনা ঙা পায়বা মীনা থোংবা ফাওবা চাররোই হায়না চাদ্রবনি, ব্রারবসু ব্রানা ঐহাক ঐনা থোংলগা অদুম চাজরগে।" মকুগী সেবা নিংথীনা তৌজনীংলবী সুমতীনা "ইখুৎ চাবীনিবু হায়রবদি ঙা হায়বদু সুকপায় পায়জররোই।"

অসুম্না য়ানবা অমগী মখাদা সুমতীনা থোংবা চাক রাজেন্না চাখি। মাগী খুৎ চাবীরে হায়দুনা সুমতী হরাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। ইকুগী সেবা ফংজরে হায়বসিদনি মহাক্লা নুংঙাইজবা। অখঙবা লৈকায়গী মীনা সুমতীবু "বৈষ্ণবী সুমতী" হায়না কৌনরকখি। সুমতী মাগী লমচৎ শাজৎ, পূকচেল, থম্মোয়গা মাগী মিংগা চনবনি। সুমতী হায়রগা অফবা গুণ, অফবা পূকচেল, অফবদা পূক্লিং লূপশিনববু খঙনৈ(সু:- অফবা, মতী:- জ্ঞান, বুদ্ধি মত, অপান্না, অনীংবা, পাউতাক)। শম্না হায়রবদা সুমতী অফববুনি, অশিংবীবুনি, অফবা পূক্লিংবুনি। সুমতী রাজেনগী মমৌনি, লুহোংবা কুইদ্রি। লুহোংলবা মতুং নুমিৎ ১০নীমুক্কী মতুংদনি মহাক্লা মকুবোক্কী মফমদা হায়জখিবা ব্রাফমসি৷ মরা- মপুরোইবগী সেবা তৌবগা লোয়নননা মকু- মনেমগীসু ফজনা অঙম্বী থাকতা সেবা তৌজনীংবীনি। মকুগী সেবা তৌবদা মকুগী অনীংবদু পাঙথোকপদা তরায় তরায়বা থবক্তি নত্তে। মনেম অমসুং মপুরোইবগী অয়াবসু লৌবা তাবনি। অদুনা হায় জৈ মপুরোইবদা "পাজিনা অহলগী মতম লোইশিল্লক্লবা মতম অসিদা মখুৎনা চাক থোংলগা নুমিৎ খুদিংগী হেক হেক চাবসি য়েংবদা নুংঙাইজদে, পুক্কিগী অসিগুম্বা চহী মতাং অসি য়ৌরক্কবদা পাজিবু পেলহনবা হায়বসি মচা- মমৌ ওইবা ঐখোয়গী ইথৌনি, পাজিনা পেন্ননবা ঐহাক ঙা চাজররোই, চুম্না চাদবত্তা নত্তনা ইখুৎসিনা ঙা কৌবদা পায়জররোই, পাজিগী চাক থোংবা অসি য়ানবা ঐহাক্লা হায়জরিবা অসিতদি য়াবীবু।" নোরেন তূমীন্না লৈ, ব্রা ঙাঙদে। মাগী নৌজরিবী লোয়নবীনা হায়জবা অসি করম্না য়াগনি, করম্নসু য়ারোই। মশাবুংগী সেবাগীদমক লোয়নবীগী ব্রাফম অদু কয়াদা ফজগ্রবা। চহী নৌরিবী মহাক্লা ঙা চাদবা, ঙা পায়দবা অদুদা মীনা করি হায়নগনি। অদুগা অমুক ইমুংগী মী অতৈদি ঙা চাবনিনা নুমিৎ খুদিংগী মহাক ইমুংদুগী চাক থোংদবা তত্রা ? লুখম হোৎল- হোৎলদুনা

তগ্গা হায়রকই নোরেন্না: "খণ্ডদ্রেদা করি হায়গদৌবনো?" "কেদৌবগে ঐহাক্কী অপান্বসিদদি ফংহনবীমুবা" সুমতীনা অমুক্কা হন্না হায়জে।

বীনো চঙলকই। "করিনো নহাক্কী অপান্বা হায়রিদুবো" বীনোনা মমৌ সুমতীদা হংই। মনেমগী মফমদা সুমতীনা ব্বারম পূন্না খণ্ডহল্লি, নোরেন্নসু সুমতীগী অপান্বদু ফোংদোকই। "খণ্ডদ্রেদা করি হায়গদবনো "হায়দুনা বীনো নুংশা সোর মপী শাংনা হোল্লি। মহাকমক্কা ঙমদবা চাউরবা থৌদাং অমা হন্দকতা লুহোংলকপী মমৌনা পাঙথোকচগে হায়রকপা অদুদা খরদি ইকায়রপ তৌই। তৌবমক্তি থবকসিদি বীনোনা পাঙথোকফম থোকপনি। বীনো মসি খণ্ডদবা নত্তে, ঙল্লোইদবসু নত্তে। অদুবু মপুরোইবগী কা হেঞ্জিনবা খোঙথাং অদুদা মাসু য়াওশিনবা তারবদি ইমুং- মনুংগী মচা মশূগী পুন্সিগী লমদদি করম তৌবা তাবা? চুম্নতা ঙা চাদবদা ওইরবদি ফগদবা, ঙা ফাওবা পায়বা য়াদে হায়বা মপুরোইবগী ব্বাফম অদুদনি লুরিবসি। পিক্কিবা অঙাংশিংগী য়োক-থাকপা মতাংদসু ঙা পায়দবা তারব্রা? মচানুপী ইবেমচা চঙলকই। মাসু খন্নবা য়াওই। ব্বাফম পূন্না খঙলবী ইবেমচানা হায়রকই 'ফরে ইনম্মনা পাজিগী সেবা তৌবীরো, ইম্নং- মনুংগী থোং- থাকপগী থবকসি ইমাগা ঐগনা পাঙথোক্লসি।" অসুম্না য়ানবা অমগী মখাদা সুমতীনা মকুবোক্কী সেবা তৌখি, ঙা চাখিদে, ঙা পায়খিদে।

লৈকায়গী মীনা, মচেম মনেম ওইবী কয়ানা হংনরকই, হায়নরকই:"সুমতীদুবু চাক পূক থন্না চাবা ঙল্লিবরা?" বীনোনা খুম্মী "ওহোক্লা ফগ্রবা ইমৌনিনে, শৌগ্রীগা আলুগতা থোংববু চাক পূখম অমা শীৎ নানবা মখে চাথোকই,করি অমত্তা হাউই হাউতে হায়দে । অহলসিনা তৌরিবসি খরসু হেনমন লাকমনখ্রে, মাদা চাদ্রগা লোইরে" বীনোনা খুম্মী । "মানা নীংবা থুংজরসনু, চহী ৮০ চঙলক্লবনি, করিগুম্বা মানা লৈখিদবা থোক্লবসু কা- হেন্না নীংঙমদবদি তৌহৌররোই।"

সুমতীনা মকু অমসুং মহাক্কী চাক ইজ্ঞাং থোংদুনা অদুগা বীনো অমসুং ইবেমচানা ইমুং- মনুংগী থোং থাকতুনা অসুম্না লৈরকপনা চহী ৫ ফাজিল্লক্লে। সুমতীসু মচানুপা অমগা মচানুপী অমগা ফংজরে। মচানুপা অহল চহী ৪ অদুগা মচানুপীনা ২ মপূং ফারকলে। অঙাংশিংগী চান- থক্লবগী থবক্তা ঙা য়াওবা তারবদি বীনোগা ইবেমচাগনা অদুগা য়াওদবা তারগনা সুমতীনা অসুম্না পুন্সি লেল্লকপনি। রাজেনসু শোনবা য়াম্না হেঞ্জিল্লক্লে, চহী ৮৫ শুজিল্লকলে। নোংমদি চৈশু পায়না, চৈশুদু শু শুদুনা লৈকায়গী লৈতবা অমগী য়ূমদা চংখি, মরী মতা থোকপা অমগী য়ূম শঙ্গাবা য়াওবা বীনোসু চংথোকখি, নোরেন কদায়দনো অয়ুক ঙন্তা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লকত্রি, ইবেমচাদি মমান্নবা অমগীদা চংখিবদগী মাসু য়ূমদা লৈতে, মহাক হল্লক্লগা ইমুংগী চাক থোংলগদৌরিবনি, চহী অনীতা ঙায়রীবী নুপীমচা ফমুংদা তূমলি, মচানুপা অদুসু ফুলদা চংখি, নোরেন্না হল্লক্লগা লৌরুগদৌরিবনি। সুমতী মকুবোক অমসুং মহাক্কী চাক থোংনবা থৌরাং তৌরি। ঈরু মায়থজবা লোইরবনি, অশেংফি হোংদেক্লবীনি। তাঞ্জা অসিদা ঙায়োনবী

খোমদোম্বী শুমাঙদা চঙলকই। "ইনম্মা ইনম্মা" হায়দুনা বীনোবু কৌরকই । খুমদে লৈতবনিনা। "কনা কনা লৈবগে ঙাসি লৌশিলহৌ" হায়রকই। সুমতী ইমুংদগী থোরকই। "ইবেম্মা! ননেম্মা ঙরাং রৌ চানীংই হায়দুনা পুরকপনি, মমলদি মাগা ঙাওনরে, লৌশিল্লুসে"হায়দুনা ঙাদু থনম্লগা চৎখ্রে। সুমতীনা ঙাদু পুশিনগে হায়দুনা পায়খৎপা মতম অদুমক্তদা রাজেন চঙলকই। চহী মতাং চায় চাদে খঙদনা খংশাউ শাউরকই।" ঙা পায়রোই হায়রগা করিগী পায়রি, নখূৎ চারোই নহালমখৈ ঐঙোন্দা ঝূৎ তৌরিবোই"হায়না ফ্রং শাউনা মহাক মশানা চাক থোংজরগনি, কনামক্তা থোংবীরনু হায়দুনা চাক থোংনবা থৌরাং তৌখি। "ঐবু ঙাকপিয়ু ঐনা লানখ্রে,কনা অমত্তা লৈতবদুদা লৌশিনজবনি" হায়জে সুমতীনা। খুরুমজদুনা হায়জবনি। অদুবু রাজেনগী থম্মোয় নৌবা তৌদে, মাগী মচিং করিমত্তা হম্ভদে। তাঞ্জা অদুদা নোরেল অমসুং ইবেমচাসু হল্লকই। থৌদোক অদু খঙলবা তুংদা নোরেল অমসুং ইবেমচানসু তাঞ্জানা য়াদবগী তৌখিবনি হায়জে। অসুম্না ঙাঙনদুনা লৈরকপনা নুংথিলগী পুং ১ তাশিল্লকলে। বীনোসু হল্লক্লে। মখোয় ময়াম্না হায়বা পূম্বা রাজেনগী মনাদা হাপখিদে। থোঙ্গালদা মারুতি ভান অমা থৌজিল্লকই। চাউভল ভান অদুদগী কূমথরগা চৈশূ পায়দুনা চঙলকই। চাউভল রাজেনগী মরূপনি। উনদবা কুইরে, অমা খঙদে অমা খঙদে শিদ্রিবৈদা অমুক্তদি উনহৌগে খনবদগী লাকপনি। ওম্থোকপা পুংফমদা মহাকসু হেক থুংলখি। ব্রারম পূম্বা বীনোগী মফমদগী তারে। "তাদ ! তাদনা অমুক্তা থেমজিনবীয়ু", হায়জে বীনোনা । অসিগুম্বা থৌদোক: থেমজিন- খোৎচিনবদা হৈত্রবা চাউভলনি। রাজেনগী মবূক ফাগনবা অহানবদা মহাক্লা বীনোবু থীনা চৈ, ঙায়োনবীদা ঙা শীংনখ্রগা করিগী চংথোকই, চংথোকপা তারগসু ঙা লৌশিন্নবা কনাগুম্বা অমদা শিন্নরম্বা য়াদ্রা, মথংদা সুমতীদা "নকুগী সেবাদগী ঙানা হেন্না লুব্রা, ঙাদু হূইনা চাগে চাসনু, হৌদোংনা চেনগে চেনখিসনু অহলগী সেবা য়াম্না লুবনি, করিগী হায়খিবা ব্রাফম ঙাক্তে, নকুগী অপাম্বা খঙলবা নংত্রা " হায়না ঙাংথরকই। নোরেন অমসুং ইবেমচাদসু "নখোয়সু অসি মঙায়, করিগী অহল অসিবু শাউহল্লি,নখোয় লৈরম্লগবু সুমতীগী দষা অসি অসুম তারমগদ্রা" হায়না চৈথরকই।

মাগী মীচঙ চঙদুনা চাউভলনা ইমুংগী মীওই পূম্বা অমমমতা ওইনা ঙাংথরকপা অদুদদি রাজেনগী থম্মোয় পেৎথরকই, ঙাঙন- শক্রুবা য়ারকই। রাজেন্না হায় "ইতাউ সিনি তৌরিবসি, অহল অমা শাউনি,ব্রারৌখিনি করি'মত্তা হেক খন্দবনি মখোয়না তৌরিবসি।" চুম্মী ইতাও, মখোয়না তৌরিবসি য়ানীংদদুনা চৈথখিবদুনি। অদুবু ইতাও! তৌরিবা পূম্বা অসি তাঞ্জানা য়াদবা মতাং ওইবদগী থোকখিবনি। মীপূম খুদিং য়ূমদা সুম লৈবা য়াবা নত্তে, চত্তবা য়াদবা ওইবদগী চংথোক্লুবনি, সুমতীসু লৌশিন্দবা য়াদবদগী লৌশিল্লুবনি, তৌদবা য়াদবা হায়বসি ওম্থোক্লা লুখ্রে, ইতাওসু লৈতবদুগী য়ূমদুদা চত্তবা য়াদদুনা চংথোক্লুবনি, ইতাওগী য়ূমদা সি সি তৌনৈ লৈকায়না ঙাঙনবদা ইতাওবুসু খরা থীৎ হেনমখ্রে হায়নবা য়াওরক্কনি,

সুমতীনা চুম্মা পায়রগা পুশিনগে তৌবতনি। সুক চাউশ্রবা ঙাসিবু হুন্দোকতুনা সুম থমগদ্রনে, ইতাওনা চাদে হায়বগী ৱানি, মীদি ফংনদ্রিবনি, চহী মতাং অসিদা ইতাওসু ঈংথবা ময়ারে।" অসি হায়দুনা রাজেনগী পূক্লিং চাউভন্না ফাথখি। সুমতীদা "নঙগী পাজি চাক লান্নন্নগনি, থোংদোক্লুরো মতুংদদি অমুক তৌরনুকো" হায়দুনা সুমতীবু চৈশিন্নদুনা ইম্মুংদু হান্নগী ফিবমদা তাহনখি।

ঙা চাদবা রাজেন অসুম্না মতম লেপ্লকপনা চহী ৯০ শুজিল্লক্লে। নোংমগী নুমিৎনি, শুভদিননি। ৱাকচিং থানি, ৱাকচিংগী উলেন হায়নরিবনি। ব্রত তৌগদবা নুমিৎনি। নুমিৎ অদুগী ব্রতগী পূংফম অদু ওস্থোক্লা শাংখ্রে। নোংয়ায় মতুং ফাওবনি, হৌবনা অয়ুক অঙনবদগীনি। নুমিৎ অসিদা ব্রত তৌরবদি মহয় ওস্থোক্লা চাউই হায়নরিবনি, যঞ্জ কয়া তৌবদগী মহয় হেন্না চাউই, কীর্তন কৎপনা শোকপা য়াদে ঙাঙনবা ব্রতনি । ব্রতগী পূংফম নোংয়ায় মতুং পূং অমা ফাওবনি। মতমসি লোইহ্রগা লূক হৌরগা রাজেন প্রসাদী সেবা ফংগদৌরিবনি। হায়রিবা নোংয়ায় মতুং পূং অমা হায়বদু হৌখ্রে। ব্রতগী পূংফম লোইহ্রবনিনা লূক হৌবা য়ারে। সুমতী চাক থোংনবা থৌরাং তৌরে। রাজেন্না হায়:"ইবেম্মা উইবা য়াদে, উইরবদি চাকতু মাংই নশাসু মাংই, অমুক ঈরুজথোক্লগা থোংগদবনি।" "ফনি ফনি পাজি" হায়দুনা সুমতী চাক থোংই। চাক থোংনা থোংনা অইংবা অহিংদুদা মৈগী মৈশা ফংবদা সুমতী হাইফেৎ উইরুই, মীৎ লৎকক তৌই। তাঞ্জাদুনা রাজেন্না সুমতীবু উখি।"ইবেম্মা! নহাক উইরেনা, ঈরুজথোক্লরগা নশা শেংদোকতুনা অমুক হুন্না চাক থোংঙু" হায়খি। উইরুরমাল্লে খঙলবী সুমতী ঈরুজথোক্লগা অমুক হুন্না লূক হৌরে, থোংবা লোইরে অদুগা হায়রকই: পাজি! চাক লোইরে ঈরুজথোকপিরুরো।" উইরুবা রাজেন খংপ্রেক খংই মমীৎ খংশিং- শিংই অদুগা হায়রকই "ঙসাইনা লুজরেনা ঐদি।" মখা তাই সুমতীনা," পাজি! ঙাইহাক উইবিরুমাল্লে, অদুনা হায়জবনি।" রাজেন ৱা ঙাঙদে। ঈরুজনবা থৌরাং তৌই। সুমতিনা অমুক মখা তানা হায়, "পাজি ! তেকসি অচৌবদা লৈরিবা ঈশিংসি অশাবনি, ঙসাই ঐনা উইনা উইনা শাহনবনি, মসিনা হকচাং শেংদোকপা য়ারোইদ্রা য়াদ্রগনা অমা অমুক শাহনখিগদ্রা?" রাজেন খুমদে। মপাল থোকখ্রে। পৃথ্রীগী অঈংবা ঈশিংদা ঈরুজরুরগা কারকই। মাগী মতৌ: তর তর চিংশিল্লবা ঈশিংদা ঈরুজরুবদগী মশা থক থক নীকপা অতে কনা উদ্রবসু অতিয়াগী থৱানমিচাকশিংনদি উরমাল্লে অহলসিনা তৌরিবসি য়েংউ য়েংউ" হায়না অমগা অমগা মীৎচি খৎনবগী মওংদা কূপফেৎ কাপফেৎ তৌনা য়েংথরকপগুম তৌখি। ফি অশেংবা অমসুং চন্দোল উপু পুথোরকপা মমৌবু উবদা নীংশিংই ওর্থোদোক্সতা কা হেঞ্জিল্লবা মোইরাংথোম রাজেন্না "পাজি! চাক লোইরে ঈরুজথোপিরুরো।" ০

# পোৎয়েং লুপা য়াখ্খে য়াখ্খে

*মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

ফাইরেন থানি, পানখৎলকপা থাখায়নি, লুহোংবা খোংদোংবা মতমনি। নোংমা বসন্ত মহৌশাদগী খরা থেঙথনা হোতেলদা চৎলি। হোতেল অদু মাগী লৈকায়গী লৈরক মচীন্দা লৈবনি। মাগা চা হেক হেক থকমিন্নবশিংদি হান্ননা লৈরম্লে। মহাক্কা হোতেলদুগী মনাক য়ৌরকপদা মনূংদগী হায়রকপা খোঞ্জেল অমা তাই। "ওজা বসন্তদি য়াখ্খে য়াখ্খেদমক পী" হায়বা খোঞ্জেল (ব্রাঙাঙ)সি তাবদা চপ লেপ্লী। মখা অমুক করি ঙাঙনবগে তানীংবনা হোতেলদুগী য়েনখাদা থৈদোকই, অউবা কনাগুম্বনা করি তৌরিবগে হংলকপা য়াই খনবদগী করিগুম্বা খরা য়েংশিন্নবা শাদুনা লৈ। মমীৎনা অমদা মনাকোংনা অমদা। হোতেল মনুংদা ঙাঙনবদু মুন্না তায়, ফজনা তায়। খুল্লক্কী লৈকায়গী হোতেলনিদনা, কাবোক কাবোকতং ফকলাং খাবনি,। মপান্দা লোইনা তাই ঙাঙনরিবা ব্রাফম অদুদা মহাক্কী মরমসু য়াওরি।

হোতেলদু মাগী লৈকায়গী খুঙ্গংগী অয়ুক অমসুং নুমিদাংব্রাই য়াচঙবগী মী পূনফমি, উনফমনি, চা থকফমনি। জাৎ জাৎকী ব্রারী শান্নফমনি: রাজনীতিগী, শোরাৎকী, খৎনবগী, নুপী খাইনবগী, য়ু ফাবগী, লাই হরাওবগী, লীলাগী অসিনচিংবা। নুমিৎ অদুগী হোতেলদুদা ঙাঙনবা অয়ুক্কী তোপিকতি শোরাৎ অমসুং লুহোংবগী পোৎয়েংগী মরমদনি। বসন্তনা মফম অদুদা থুংলদ্রিঙৈদা হান্না লাকলম্বা মখোয়না শান্নরম্বসি পোৎয়েংগী মতাংদনি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকইঃ 'ঙসিদি বার্তন মরি লৈ, লুহোংবগী অনী শোরাৎকী অনী, চামঙা চামঙাদা পাবদা লুপা লীশিং অনীদি চৎপা তারে। থোকচোমগীসু, মাইবমগীসু, মখালৈকায়গীসু,ময়ায় লৈকায়গীসু অমত্তা হেক চিৎথদে। অমনা খুমলকইঃ "ঐঙোন্দসু লাক্লিবসি মরিনি, লুহোংবগী অনীদুনে, শোরাৎকী অনীদুনে, মফম অনী অমদি পান্দাদা শেঞ্জং অমুক অমুকতং চঙদ্রবদি ফজয়োইদৌরিবনি।" অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রকইঃ "ঙসিগীসি নত্তবা হয়েংগীসু বার্তন অনী, হংচিৎকীদি হৌজিক ফাওবদি অমত্তা লৈহৌদ্রি, মদুবু খঙদে হোরেল য়ূমদা হঞ্জিলখিবদা লৈরমগদ্রা নৎত্রগা কোন্না লাক্কদরা, মশেমগীদি চুরাকরণ অমা থারগা অহুম সুহৌরে। পুবা থাংবা ঙমদ্রেদা লৈবাকসে করম থোক্লগবা! ফাইরেন লমতাসিদা ওন্থোক্কা য়ামখ্রে।"

অহানবা অদুনা হায়রকই, "পোৎয়েংনি হায়দুনা তৌরিবসিনা য়াঙখৈ চাম্মমা য়াবা মতমসু নৎত্রেদো, চামঙা লীশিং নৎত্রবদি চৎনদ্রেদো, তঙায় ফদ্রবা মতাংদা কনাগুম্বগীদা চাম্মানি পিক্লবদা, চাম্মা অসিসু ইকাইনরবনি।"

মতাং অসিদা সনাতোম্বগী লোয়নবী সনাতোম্বীনা হায়রকই, " ওজা বসন্তদি য়াম্খে য়াম্খেদমক পী, লীকসু লীকমনগ্রে মাগীসিদি।"

সনাতোম্বীনা হেক হায়রকপা তাঞ্জা অসিদনি বসন্তনা হোতেলদা থুংলবা। মহাক্কী মিং পনবা তাবদা মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা খরা ঙাঙনরে খঙখি। করি করি ঙাঙনবগে খঙনীংবদগী হোতেলদা চঙদদুনা য়েনখাদা থৈদেক্লগা বসন্ত লোন্না তাখিবনি।"

অহানবা হায়খিবা অদুনা হায়রকই:

"তৌদবা য়াদবনি হায়দুনা পাৎ তংলবা মী ফাওবা কদায়দগীনো থিদুনা চামা ফাওবদি পীরিবনি।"

মখা শমথৈ সনাতোম্বীনা:

"ওজাসু ওইরিবনি তলব চারীবনি ওজা বসন্তদুবু ইকায়রমলোইদ্রা, নহানগী মখা লৈকায়গী কোইজমগী শোরাংতুদা মখোয়গী ইচে বসন্তী লাকই, লুপা য়াম্খে পী ঐদি চামঙা পীরম্মী, মাগীদুবু ইশিনহৌবরা ইশিনহৌদবরা খঙদ্রেদা, ইশিন্দমালেদা।"

অমনা অমুক হায়রকই:

"ঙরাংনিনে রাইখোমগী লুহোংবদু। বর মপাদা পোংয়েং পীবদু লীশীংগী মপৈ অমা, চামঙাগী মথা অমা, চাম্মগী মপৈ অমা। য়াম্খে পীবদি অনীদনি: অমনা নুপী অহল অমা, অমনা ওজা বসন্ত"।

খুদক অদুদা বসন্ত হোতেল অদুদা চঙই। ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ। বসন্তনা হায়:

"করিগীনো ঐ হেক চঙলকপগা রারী শাবা পুমলেপ লেপলিবসিনো ?"

কনামত্তা পাউখুম পীদে। বসন্তনা খুদকতা মখা তাই:

" ঐগী মরমদা করি কবিনো খবা ঙাঙনত্রবা জাৎলা, ঐ মদুগী মরমদা কোকতা কারমত্তে চঙদে, ঐনা মাথা শারিবনি ঙসিগী বার্তনসিনি: বার্তন মরি ফংই: লুহোংবগী অমী শোরাংকী অমী, হয়েংগীস্ লৈরিবনি, হয়েংনা হয়েংগী থোকপা হায়বদনি, ইমাংঙেন্সি ওর্গানবসি ঙসিগীসিনি লুপা য়াম্খে য়াম্খেদি তিংলগনি,পুন্না চনী, লুহোংবা অমদি চামা য়ৌদ্রবদি নুংঙাইরোইদৌরি, অদুনদি চনী য়াম্খেদি তিংবা তাবে, শোরাংনা ঐনা অমা চংপা নুপীনা অমা চংহনবা হায়বদুনি, শোরাং লোইরগা লুহোংবদুসু অমমম চংনবা হায়বদুনি, চাম্মা পীগদবা মফমদুদি নুপী চংহল্লগে, য়াম্খে পীগদবদনা ঐ ওইনা চংলগে করিগুম্বা চাম্মা পীগদবা অদুদা ঐনা চংপা তারবদি নুপী অমনা মানা চংপদনা চাম্মা পুই ঐঙোন্দনা য়াম্খেদমক পী হায়দুনা পিগুম শুক্কদবা, মচীন তুমথোরক্কদবা অদু য়েংনীংদে"। ময়াম জা নোকই।

"নোকপা লোইরম লোইফাংগ্রিঙৈদা হান্না ফম্লম্বা ওজা অমনা হায়রকই "হৌজিকপু পোংয়েং য়াম্খে পীববিবু চংনরিবরা, ইকায়দ্রা ?"

সনাতোম্বীসু মতেং পাংলকই:

"ঐদি য়াম্খে পীগদব ওইরবদি ইকায়, চংলোই চত্তবনা হেন্না ফৈ"।

মতম অদুদা বসন্ত লুপা য়াঙ্খে পুথোরক্লগা "ঐখোয় ৱারীদমক মশায়, পোৎতি শুকলৈ লৈদে, হোতেল মপুনা খোয়দৌ শাউগৎপদা লোইরম্মনি।" হায়দুনা নুপী অমনা চলাইবা হোটে লদুগী মপুদা, "ইবেম্মা! ময়ামসিগী চাগা চানবগা পীয়ুসে হায়দুনা লুপা ৫০ দু পীশিল্লি। ময়াম্না "ঐখোয়গীদি য়ারে য়ারে, ঐখোয় হান্না থক্লল্লবনি" খুম্বদা বসন্তনা "অমুক্কা থকমীম্লখিসি, ৱারী মখা তানা শামীন্নখিসি, ঐখোয়না ফমজীল্লবনিনা মীসু চঙলক্লরোই" হায়দুনা ৱারী মখা শমথনবা হোৎনৈ। ঙসাই ওজা অমনা "হৌজিকপু পোৎয়েং য়াঙ্খে পীবসিবু চৎনরিবরা ইকায়দ্রা" হায়খিবা ওজাদু বসন্তগা কোইনদবা মীশকনি। হায়নীংবা শৎশৎ হায়দোক্লবা মীশক্কি। মহাক্কী ৱাঙাঙগী পাউখুম ওইনা বসন্তনা হায়রকই ঃ

"য়াম্মু য়ামমল্লবনি য়াঙ্খে হায়রিবসি, ফজদে নুংঙাইতে হায়দুনা পোৎয়েং পীগদৌরিবনি, ইমাগীদসু ইপাগীদসু শোরাৎতা মখোয়দগী পোৎয়েং লৌখিদ্রবনি, পালাদা শেলসু থাহনখিদ্রবনি, মীনা পোৎয়েং লুপা ৫০০/৫০০ নৎত্রগা ১০০০/১০০০ পীনরিবসি কখোকপা নত্তে অমুক হল্লক্লবনি, ঐগী য়াঙ্খে অসিদি কৎথোক্লবনি, অমুক হল্লক্লবা নত্তে, মতুং তাবদা ঐগীদা অমুক থোক্লকপদসু পোৎয়েং লৌরোইদৌরিবনি শেলসু থাহল্লোইদৌরিবনি, লুপা ৫০০ নি খঙদে লীশিংনি খঙদে পোযেং পীনরিবা অসিসু অয়াম্বদি অমুক হল্লকপা ঙমগদবা মীদা পীবনি, ঙমলোইদবা মীদদি য়াঙ্খে চাম্মতমক পীনবিবনি, অমুক হল্লকপা হল্লক্তবা থিদনা মতেং পাংবনি কখোকপনি হায়বগী ভাবতা লৈত লায়রবা ইমুংদা লুপা ৫০০।১০০০ পোৎয়েং পীরম্বা অসিদি কনাগুম্বা মীওই খরতনি।"

বসন্তগী ৱা তাবদা ময়াম তৃমীন তৃমীনা লৈর্নখি।

মতম অদুদা অহল অহুম হোতেলদুদা চঙলকই। মখোয় উবদা বসন্তনা "ইবেম্মা! অহল অহুমসিগী চা পীয়ুসে হায়দুনা লুপা তরা পুথোকই। অমুক্কা হায়রকই ঃ ইহে ঐদি ভাব ওইহৌদ্রে, ময়ামগী হান্নগী চা বোরাগী কয়া তারবগে পীদ্রিবা নৎত্রা কয়া তারবগে ঐ পীজবগে হায়দুনা লুপা ৫০ অমসু পুথোকতুনা হোতেলদা পী। হান্নগী ফল্লম্বা অনীনা "করিনো করিনো ঐখোয়না পীগদবনি"। হায়বদা বসন্তনা "ঐ পীজগে" হায়দুনা লুপা ৫০ দু পীবনি।

ঙাইহাক লৈরগা অমনা হায়রকই : "ফনা য়াম্না থেঙজিল্লকলে, হন্নরসি, শোরাৎ চৎনবা থৌরাং তৌনরুরসি, শোরাৎ লোইরগা অমুক লুহোংফমদা উনরসি, মফম য়াম্বনিনা শোরাৎসু লুহোংবসু অমদা অমুক চেন অমদা অমুক চেন তৌবা হায়বদুনি, হোতেলসু ঐখোয়না কনশিল্লবনিনা অতে মীসু চঙলকত্রে, হোতেলগী মীনসু শাউরল্লগনি।" মসিগী মতুংদা হোতেলগী সভা অদু কায়দুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।

শোরাৎ মফমগা সনাতোম্বগী য়ুমগা লাপ্লদে, য়াম্না নক্রে। অদুবু সনাতোম্বগী লোয়নবী সনাতোম্বীদি খোঙনা চৎপা হৈনদে, গাড়ীনা থিন্দ্রবদি চৎশিপোৎ নত্তে, কারদা মাবু থিল্লকই। শোরাৎ শোনফমগী থোঙ্গালদা বসন্তগী লোইন্নবি বসন্তীগা উনরে। মখোয় অনী অতে খরগা

লোয়ননা চঙশিন্দুনা ফমমীন্নরে। সনাতোম্বী মতাং চাবা য়েংদুনা পালাদা শেল থারবা মতুংদা থৌবুদা লুপা ১০০০ পোৎয়েংপী, বসন্তীসু লুপা ৫০ পোৎয়েং পী। সনাতোম্বীগী পোৎয়েংদু ফজনা ইশিল্লি, বসন্তীগীদু ইশিন্দ্রবসু য়ারে খল্লমাল্লে ইশিনবা উদে। সনাতোম্বীনা খল্লি ঃ "হৌজিকসিদবু য়াম্মৈ পীনি হায়দুনা লাল্লিবসিবু ইকায়দবা জাৎলা, মখোয়গীদা পোৎয়েং লৌখিদ্রে হায়দুনা য়াম্মৈদমক পীরিসিবু ঙকত্রা, ফরসু ফক্ত্রবসু বসন্ত কলেজগী ওজানি, তলব ফন্না চাউরিবসি, তলবকা য়েংনবদা ওম্বোক্লা চাং তাখ্রে, মখোয়গীদি "পোৎয়েং য়াম্মৈ য়াম্মৈ' হায়বসিদা চপয়ুংনা লৈপ্রবোই।"ঙাইহাক ফমমিন্নরে, মী হন্নখরে, সনাতোম্বীসু বসন্তীসু থোরকলে, মখোয় অনী য়ুম নক্লে লম্বী তিন্নৈ, চৎমীন্নবা য়াবনি অদুবু সনাতোম্বী মতোমতা মাগী ড্রাইভরনা গাড়ীদা পুদুনা চৎখ্রে, বসন্তীনা খোঙনা লাকখি। শেম্বোক ব্রাৎত্রবা সনাতোম্বগী লোয়নবী সনাতোম্বী ওম্বোকপা মওংগী পুন্সিদা মতম লেল্লকই, অব্রাবা হায়বদু করিনো খঙদবগুম তৌখি, শেল চবূল চুল নোংমা কাংদনা ময়ুমদা লাকহ্‌। জাৎ জাৎকী অরোনবা করবারনি সনাতোম্বনা তৌরিবা, অদুননি মহাক্কী শেম্বোক ব্রাৎতবা। মদুদা নুংঙাইজৈ হ্রাওজৈ, নোকফেৎ তৌজৈ সনাতোম্বী। থা ফানা চৎনদে মাগী সনাগী লীককোল, লৈ, খুজী। দিজাইন পামদ্রে হায়দুনা অমা হেক্তা হোংবা, থা খুদিংগী সনা হাপচিল হাপ চিল্লবা। সনা শাবা কোনশঙ অনীদি মী অতৌবী ওর্দর লৌবা শংখিদে, সনাতোম্বীগী হোৎনবদা। হ্রাওজবদা লোইরে সনাতোম্বীদু।

"তমেংলোং দিস্ট্রিকতা হৌখিবা নুমিৎ ১০ নিরোমগী মমাঙদা ইঞ্জিনিয়ায়গা লৌতুনরগা শুকশেম শেমদনা লম্বী শেম্বা লোইরে কোইলাস থাবা মপুং ফারে হায়দুনা লৌথোকখিবা শেলফম অদুদগী লুপা লাক্ষ ১০ থৌরাং তৌদুনা থনম্মু, নোংমা হেক্তা ঐখোয় লাক্কনি মদুদা খূৎশিন্নগদবনি" হায়না ইবা চেরোল য়াওবা চিঠি অমা সনাতোম্বনা নোংমা ফংখি। ময়ূমদা চেকশিন থৌরাং কন্না হোৎনবদগী কনা অমত্তা লাক্কু না শেলফম অদু লৌবা ঙমখিদে। নোংমা নোংমা হৌখিবগা লোয়ননা চেকশিল্লম্বা থৌরাংসু কোমথোরক্লে, থৌশারকএ। খুদোংচাবা য়েংদুনা নোংমদি মাবু শকখঙদবশিংনা ফাদুনা পুখ্রে। থাদোকমল ওইনা লুপা লাক্ষ ১০ পীরবা মতুংদা সনাতোম্ববু থাদোরকখি। নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা পাউ চে কয়াদা সনাতোম্বা অদু অদুগী কষ্টদিদা লৈরে খঙহল্লকখি, মতুংদা তেক্ত কায়দনা থাদোরক্লে হায়না ফোঙলকখি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে সনাতোম্বগী ইমুংদদি কল্লবা চৈথেং ফংখি।

খরা লৈরগা ব্রাঞ্চ মন্ত্রীনা মাগী তমেংলোং খোঙচৎ অমদা মথকতা পনখিবা থবক তৌদনা তৌরে হায়দুনা বিল কাইথোকখিবা লম্বীগী মতাং অদু কনাগুম্বনা কমপেন তৌরকপদগী লম্বী অদুদা মন্ত্রীগী পুক্লিং চিংশিনখি। মন্ত্রী মশামক্লা কৃপ্না য়েংশিনবদা লম্বী শেম্বগী খুদম করিমত্তা ফংখিদে। শাউরবা মন্ত্রীনা খুদক্তা লম্বী অদু মরী লৈনবা ঠিকাদার অমদি ইঞ্জিনিয়ারদা অমুক শেম্নবা অকনবা ইনষ্ট্রক্সন পীখি। মন্ত্রীগী ইনষ্ট্রক্সসন খুদক্তা পাঙথোকপা তাবদা

সনাতোম্বগী মফমদদি লেন তাবা কুমদা লু কোকপা হায়বদু ওইগ্রে । ব্রেক লিষ্টতা চন্দনবা হোৎনবদা ঠিকাদার সনাতোম্বা লম্বী অদু শেম্বা তাখি । তমেংলোংগী লম্বী অমগী ব্রাথোক লৈরিঙে মতম অসিমক্তদা পল্লেন পুলিসনা ষ্টেসন্দা মোরেলোমদগী পুরকপা ইন্টরনেসনেল মার্কেটতা লুপা লাক্ষ ৯০ লোম ওইগদবা হেরোইন গ্রাম কয়া অমা ফাবগী পাউ তাখি । মদুদা সনাতোম্বসু চেন্নে হায়বগী ব্রাফম অচুম্বা ওইখি । মতমসিদা সনাতোম্বা মীওই মখল মখলগা তিন্নদুনা মাগী হান্নগী ইনকম হন্থদনবা খোঙজঙ কয়ামরুম চঙশিনখি । এন্টি সোসিয়েল ওইবা থবক কয়াদা মায় ওনশিল্লকখি । ঙাকপিফম থোকত্রবা মরাল কয়া মঙোন্দা লৈরকখি । শেল পায়ননবা উপায়দি ব্রাদনা তানবা অসিনি হায়বসিদা মাগী চপ য়ুংবা ফিরেপ লৈখি । ঠিকাগী থবক্তা মীনা হায়নবা “আকাশ বিল” অদু মহাক চীন্‌ফা পুই । করম করম্বা মীশক তিন্নরগা লায়না শেল তানগদগে হায়বসিদনি মানা চৎপা, হীপ্পা, চাবা মতমদা খল্লিবা । “ঐ ঠিকা তৌরি, মদুগী বিল ফংলগা শোয়দনা পীগে” হায়দুনা মীঙোন্দগী পূবা লেপ্পে । ঙাঙবসু য়াম্না হৈ, মীবু থাজনবা শেমদুনা ঙাঙবদা ওইদা ওইরবোই নীংনৈ । মঙোন্দা থৌবা চৎপশিংদা মরম অসি অসি লৈবদগী মদুগী বিল অদু থিংজিনখ্রে, পার্সেন্টেজ খরা খরা ককখিবদা থোং অদুগীদি করি অমত্তা লেমহৌদ্রে, মদুগী বিল হেক ফংবদা শেংদোকচরগে, থা ৩ দংদি ঙাইবিয়ু অসিনচিংবা হায়দুনা লৈথোক লৈশিল, থৈদোক থৈজিন তৌদুনা অসুম লেল্লকখি । অমরোমদা য়ুমগী মানচাং লেপশিনবা, লৌ ঈখোল লৈশিনবদি লেপ্পে । মীগী অতোনবা শেল শিংগে হায়বগী ব্রা খনবদি লৈতে । অসুম্না ওৎলৈ পাৎলৈ তৌদুনা লৈরকপা নমথাক কয়া তৌরকপা, মতম শাংথনবা হোৎনরকপা অসিনা মমৈদদি হায়ফম থোকতবা তৌফম থোকতবা কয়াগী মফমদসু হায়রুরে, তৌরুরে । মরালনা মপোৎ ফারে । ও ! মাগী মতম য়ৌরক্লমালে । নোংমদি মাবু ফাদুনা পুখ্রে শকখঙদবা অনীনা মাগী গীড়িগা লোয়ননা । মথংগী নুমিৎতা য়াওরকই পাউ চে কয়াদা “ মী অমা হাৎলল্লে, গাড়িসু মৈ থাদোকলল্লে ” । ময়াম খবর পানৈ । হাৎলমলিবা মফমনা বারুণী চিংখোঙদনি গাড়ি মৈ থারমফমসু মনাক অদুদনি, শিদুনা লৈরম্বা মীশক অদুনা সনাতোম্বনি হায়বা খবরগী ব্রারোলদগী শেংনা খঙবা ঙম্লখি ।

মীওইবগী লাইবক কনানা খঙবা ঙমগনি । ঙরাং নিংথৌ ওইরম্বা হয়েং চাকনিবা ওইরকপা য়াই । ঙরাং চাকনিবা ওইরম্বা হয়েং মন্ত্রী ওইগনি কনানা খঙবা । লাইবক্কী ব্রা ঙাক্তা নক্তে মানা মানা তৌজবা থবক্কী মহৈসুনি । নোংমা কাংদনা শেল চবূল চবূল, লাক্লম্বা সনাতোম্বগী ইমুংদা পীবা লাকপা মীগী মহুৎতা শেল থৌবা লাকপশিংনা শিন্দোকখ্রে । সনাতোম্বনা লৌখিবা শেলফম কয়া সনাতোম্বী খঙবসু য়াওই খঙদবসু য়াওই । অখঙবা মতাংদনা “ ইবেম্মা ! সনাতোম্বগা নখোয় অনী লাকতুনা লৌখিবদুনি ”, “ইচেগা ইবাইগনা লৌখিবদুনি”, “ইতেমগা তাদগা লাকমিন্নবনি” অসিনচিংবা কয়া নৌহৌনা নীংশিংহল্লি । খঙদবা মতাংদনা সনাতোম্বীবু খঙননবা কয়া অমা হোৎনখি । মথোইগী ব্রা তোক্লগা মরেপ্পু শোয়দ্রবদি হায়দুনা থৌবা লাকপা

কয়ানি, মাঙবা তারে হায়দুনা পাখৎনবসু কোঙ্গায়নি । মশুরোইবগী শোরাৎ কুমওন ফিরোই লোইশ্রবসু শেল থৌরিবা মীদি লেপ্পা লৈতে । শোরাৎসু ওহ্হোক্লা চাউখ্রবা শোরাৎনি । শেল পুথোকখিবশিং মাগী মাগী শেল ফংননবা হায়দুনা পোৎয়েং চাউনা চাউনা পীদুনা পালাদা শেল হন্না হন্না থাদুনা শোরাৎ য়াওই । অদুবু পোৎয়েংগী অতাবা শেল অদুনদি করি তৌরুনি, ঙরী লৈনবা হায়বদুনি । সনাতোম্বী থবক শুই শুফম খণ্ডদে, চৎলি চৎফম খণ্ডদে, চায় চাফম খণ্ডদে। মীগী শোরাৎ লুহোংবা চৎপা তৌখিদ্রে, মাগীদা চাউনা চাউনা পোৎয়েং পীরম্বা হনগনি খনখিদ্রে । মমৈদা মীনা বার্তন ফংলগা লাকপা উদে হায়বা তত্তনা তারকপদগী ইকায়বা অমদি মশাদা ফাওবগুম তৌমাল্লে । চৎতববুদি চৎপনা হেন্না ফদৌমাল্লে খল্লকলে। মীগী দেব কর্ম্ম লুহোংবনচিংবা চৎপা হৌরকলে । মতম অমদা অনকপদসু অরাপ্পদসু গাড়িনা থিল্লম্বদ হন্দকতি বসন্তী হৌদুনা খোঙনা চৎমীন্নরে । ইজ্জৎনি হায়দুনা মতম অমদা খৃৎচাউ থারম্বা, মাগীদসু মীনা চাউনা পীরক্লবা পান্দমদা লুপা ৫০০ / ১০০০ পীরম্বা সনাতোম্বী ঙসিদি করি ফিবম ! হৌজিকতি মহাক শোরাৎতসু লুহোংবদসু *"পোৎয়েং লুপা য়াঙ্খে য়াঙ্খে।"* ০

## শম্বলদুগী মরুমদা



*শ্রীমথুরাবাসীময়ুম নন্দকিশোর শর্মা, (১৯৪১): কবিনি অমসুং অনুবাদকনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী লাইফ মেম্বরনি। মশানা ইবা লাইরিক নিপান ফোঙখ্রে। অৱার্দীনি। ফংখ্রবা মনাশিং- (১)সাহিত্য সেবক, ইবোতোম্বা এৱার্দ,(২) ডা: বাবা সাহেব অম্বেদকর ফেলোসিভ এৱার্দ (২০০৩) (৩) শিক্ষকরত্ন দলিত সাহিত্য একাদমি, পুনে (২০০৯) অমসুং (৪) বাবু জগজীবন রাম সম্মান পদক (২০০৯) নি। ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা একাদশী মাহাত্ম, কল্কি পুরান বৈরাগ্য ভক্ত, নুংশি লম্বী চংপা (অনুবাদ) অমসুং থম্বালনু (খণ্ডকাবা) শীংথানীংঙাই ওই।*

পুজা লোইহনদুনা প্রসাদ ভোগ ফংমিন্নরগা ময়াম পুম্নমক্তু কায়নখিরম্মী। অদুবু বসন্ত অমসুং য়াওশঙ অনিদুদি ঐখোয়গী নাক য়েৎ অকোয়বদা অদুম কোয়চৎ চত্তুনা লৈরম্মী। নুমিৎ থাগা উনদুনা, লৈগা ৱাৱী শানদুনা, লৈনম ওইনা মালংদা তোংদুনা. য়েন্নিংলক্তা নোক্তুনা অমসুং কোকিল ওইনা খোংদুনা। নহা- অহল, পাখং- লৈশা অমদি অচৎ- চত্ত পুম্নমক্কী মফমদা অমসুং থম্মোয়দা য়ৌবিদুনা পুম্নমক্তা 'নবজাগরন'গী মচু শঙবিরম্মী। কুমগী নোংনসু চামথোক্লবা ঐখোয়বু পুমশেং শেংদোকপিরল্লে অমসুং ইনৌ নৌহল্লল্লে হায়না লৌই। ঙাক্লানবা মচুনা লৈতেংলবী, অঙাংবা- অশংবা মচু কয়াগী ফিজোল খোল্লবী বাসন্তী দেবীনা অমৃত থন্না হৈথবীদুনা পুমমক্তা খুজোক থন্ন থন্ন পিথক্লম্মী। খুজোক কয়া থকপদা পেনবা নাইদবা মহাও অদু তংনরম্মী। অনৌবা মহাও অমা হায়রগদি মৈ থারবা তুংদা নুপামচাশিংগী কণ্ডলুপ্পা খেঙ্লবা অহিং ফাওবা লৈরক- খুল্লক্তা 'হরিবোল - হে হরি ' লাউ লাউদুনা য়ুমথোঙ শীংনা নাখ থেংবা অদুবুনি। ইমুংগী মীনা হরাও হরাও পৈশা পীবা, মদুদা অঙাংশিংদুনা মবুকচেন শেংনা 'নুংঙাইরো, য়াইফরো হায়না বর পীরম পীয়ল্লগা হনখিবা অদুগী নুংশিবা মতৌদুনি, নুংশি খুদোল তম্নবদুনি। মরম অদুনা হায়দবা ঙমদে মদুদি জিরিবামদা য়াওশঙ অদুম্মক হিংলি, ফিভম হোংদনা অমদি মপোপ কায়দনা। কাছাড়গী খুঙ্গং লৈকংদসুনি। থাবল চোংই, চীক লেম্ন মোং হাদনা, তঙাই ফদবা মহৌশাগীনি খন্ন লাইগী শোয়দনবা মতৌদা অনৌবা মতমগী বেশু চোংবনা মহৎ শিন্দুনা। লোয়ননা ক্লবকী অঙাংশিংনা শিন লাঙদুনা শান্ন- খোংনবগী কুম্মৈ পাঙথোক্লে। অহিং অথেংবা ফাওবা চথে। অদুনদি লমদমসিদা অরি অনৌ অনিমক পুন্না শাগৎমিন্নদুনা পাঙথোকমিন্নে হায়বা তাই।

মথং নুমিৎকী থৌরম নৌহৌনা অরিবগী শকফম। পিচকারী নুমিৎকী অয়ুক্কি। ঐনা খরা থেঙনা হৌগৎলকপদা থেংনখি, ঙরাং অহিং অথেংবফাওবা শেন খায়বা কোয়চৎ চৎলম্না অঙাংশিংদু ঙসি অয়ুক্তি খাউ পায়দুনা অমুক য়ুম খুদিংদা চৎলম্মী। 'হরিবোল- হেহরি ...'গী নুংশিবা খোঞ্জেন্না পুমনিন নিল্লম্মী। য়ুম্নুশিংনা হরাউ হরাউ চেঙ পুথোরক্লুনা হাপ্পরম্মী। নুংঙাইরো হায়না বর পীনরম্মী। মদুনা পুন্যগী থৌরমদুবু থোইনা মহৈ য়ালহল্লম্মী, মদু উরুবদগী ঐগী থম্মোয়দা নৌহৌনা নীংশিংলকখি মদুদি অদুঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ইরমদম ইরৈকাইদা পাঙথোক্লুখিবা ঙাক্তনি। কল্লকইদকো। আ: হায়না তাকশি শোন্দুনা খাঙখি। হোলী দলশিনা অমুক্কা নুংথিলগী অন্নাংপা মেনখৎখি । উশিৎ থৌওইননা আবীর তৈনবা, লৈশাবীশিংনা পাখৎশিংদা আবীর তৈরগা পৈশা নিবগী তোপতোপ্পা চৎনবী অদুবু থাগত্তবা ঙমদে। পাখৎশিংনা হরাউ হারাউনা শরুক য়াহনবা অদুবুসু থোইদোক্না চৎনবী ঙাকপনি হায়না লৌবা তাই। হায়নীংই, শেংনা পাঙথোকপা থবক খুদিংমক শীংথানীঙাই ওই। পুম্নমক অশেংবা থবক থৌরম ঙাক্তনি।

য়েংবা হৈরগা কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাওনি অমসুং তাবা হৈরগসু ইশৈগী ইশৈ ঙাক্তা ওই। হায়নৈ, চন্দ্রা পিকচরবসু মগুণ লৈবা হৈনি। পিক্লবা কোকিল, মাগী সুর, তাইবং শীনবা থুংই। মিরবা অমসুং থুম্লবা 'কুহু' খোঞ্জেল মায়গৈ শাবা শল্লি। নোংঙাল্লমদাইদা মীকপ থোকহল্লি, অয়ুক্কী শিম্না পাঙ্ত্হল্লি, নুংথিন নুংশা খাঙহল্লি অমসুং য়াচঙবগী লাইশোন ওইজদুনা কয়াদা মথৌ পাঙ্ত্রবা মখোয়তগী নাইতোম লাঙজবনি। মখোয়গী অমৃত সুরনা তাইবং পূম্না নুংশিবা তম্বীদুনা শান্তি পীবা ঙম্না কোকিল লাবা অমোম্না শৈশকপা শৈশকপীগী শক্রোন লৌদুনা কয়াদা মনীং তম্না লেঞ্জরিবা। মখোয়গী খোঞ্জেল অমৃতনা ঐগী পুক্নিং ঈংহল্লি। নীংশিংবতদা পূক থল্লি। অমরোমদা বসন্তগী হৈনম লৈনম নুংশিবনা থম্মোয়গী লায়না কোকহল্লি । অনৌবা য়েন্নীংগী মতৌনা পূক্নিং ব্রাখল নৌহল্লি। তাইবং সনা ওলহনবা বসন্ত অমর ওইথ্রকো। ফজবা অমসুং নুংশিবা নঙগী মহৌশানি। অহল ওইরবা-ওইরবীশিংগী পুক্নিং ময়োন চোংহনবীনি। নঙগী নগুণ শকপদা কোকিলনা পোত্থাদবা। নঙগী বাদু মন্ত্রনা পুম্নমক্ পুম্না ঙম্না!

হকচাং শেংদোক্লগা ঐহাক নিতীগী মতৌগুম্না ইচম্না লাচ্চরিবা মূর্তিদুদা পূজা কৎলম্মী। স্তুতিপাঠ তৌরিঙৈদা কনানো খরা মপান্দা লাকপগী মখোল তাখি। মদুগী মরম্তা মিরবা নুপী খোঞ্জেল অমসু। মদুনা কোকিলবু হন্না নীংশিংহল্লকখি । ঐঙোন্দা কাউহন্দনবগী মচাক অমা ওইখি। মিকুপ খুদিংগী 'কুহু কুহু' মায়গৈ খুদিংগী 'কুহু কুহু'। কুহগী হুঁকারনা কনাবু কৌরিবনো নত্রগা 'কহাঁ কহাঁ হায়না কনাদা হংলিবনো নত্রগা কদায় কদায়দনো কোয়থি- থিরিবা? চান্নবা কনা কায়নবগী মৈচাক পুবা ঙমদনা থম্মোয় শেৎনা পিরাং শিঙ্খনা তেংথাবনো ? ফান-পুন্নবা ঙমদমখৈ ঙাওদুনা কোয়পাই পাইনা খোংলিবরা নত্রগা বসন্তগী কুম্মৈদা স্বর-ধ্বনিগী থুন্নবা মচল অমা হাপ্পবা হোৎনবরা ... ? পুম্নমক অদু নাথৈরগা স্বর অদু থম্মোয়দা তিনশিল্লম্মী। ঐগী স্তোত্রগা মাগী কুহুগা পূন্না শক -শোনমিন্নখি। জপ সাধনাগী লম্বী অমত্তদা চৎমিন্নদুনা ওইমিন্নখি পঞ্চম স্বর রাগ মিলন ! ভগবানগী স্তুতি আরাধন তৌমিন্নখি। তাইবং অসি মাগা ঐগগী সেবানুস্থান ওইমিন্নখি।

অয়ুক্কী সেবা লোইশিল্লগা মপান্দা থোরকপদা তাম্নাগী খোঞ্জেলগুম্না তারম্মী-'কুঁ...হুঁ' তা...ম্ন... অথাপ্নদা। হন্না-হন্না। ঐগী ইথৌদি লোইশিল্লে, অদুবু মাগীদি লোইবা নাইদ্রিমাল্লে। শুমাঙদা রাউণ্ড টেবলদা কোয়শিল্লগা মখোয় খরা ৱারী শামিন্নরম্মী। ঐবু উবদা নুপা অনিখক ফুক- ফুক হৌগৎলগা মখূৎ লোন্নদুনা ঐঙোন্দা নমস্তে তৌরকখি। ঐহাক্না চঙক্রবদু উবদা মখোয়নিনা শক তাক্লকখি। মদুদগী খঙবা ঙমখি, অমনা বামোন্নি। লম্লোঙ্দগীনি। অদুগা অমদুনা বামোন নিংঙোন মমৌ ওইবা মৈতৈনি। নম্বোল খাবীদগীনি হায়বা বামোন্দু এসঃডিঃসিঃ(এগ্রিকলচর)নি, অদুগা অমদুনা ভিটিন্যারীগী ডিরেক্টরনি হায়। মখোয়নিনা ঐবু য়াম্না ইকাইখুম্নখি।

"পাবুংনা পূজা পাঠ তৌবা অদু পুক্লিং চঙ্না তাজরল্লিবনি" হায়না হরাউবা ফোংদোকখি। লোয়ননা মখোয় অমদি মখোয়গী ইমুং মনুংগী নাকন্দসু ধর্মদা পুক্লিং লুপচবনি হায়না ফোংদোরকখি। চা থকমিন্নদুনা ৱারী শানবদা নম্বোলদগীদুনা হংলকখি, 'পাবুং ঐসি বামোন মানব্রা নত্রগা মীতৈ মানব্রা?' ঐনা মুন্না য়েংলগা বামোন মাল্লি হায়না খুল্লম্মী। মহাকহরাউনা নোক্লকখি। ঐনা খঙবা ঙমখি, মহাক বামোনগা সঙ্গ ওইবা পামজবা মীতানি। ৱারী শাবগী মরক্তসু থেৎচিল্লকখি মদুদি চিংথনবাতোক্লবগী মহুত্তা চিংখৎনবা হোৎনবনা হেন্না ফৈ। মসি ঈশানা ইশাগী ভাকফম থোকই। ঐনসু ৱাহৈ খরা ফোংদোকখি, ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী মচা ওাক্তেনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু চপ মান্নমা নুংশিরর্বদি পূম্নমক চপ মান্নে। অসুন্না ৱারী কয়া হৌদেক্লেদুনা শানরম্মী। মচং ওইবা কয়াসু য়াওরম্মী। শন্না পল্লবদা চীংলোন মাপনগী ৱাংমদা লৈবা মনিপুরীশিংনা মতৌশাগী ওইবা মবৈনাক মজাতিগী চংন লোনচং ভাক্লা চংপা পামজে; কাছাড় বোমগী নাকন্দা অসামিয়া থোইনা লৈ... বঙ্গালী, মনিপুরী অমদি বিহারীগুম্বনা নক্লা ভাই। মখোয় মশেন মশা মশাগী মজাতিগী হৌনবী ভাক্লা নুংশিনা... ... মতৌ... ... ... ... ...নুপী অমগা নাকপি; নুপীদুদি ...সু পূজাদা ...কপা ... ... ... সুমদা লৈবা বামোন্নি হায়। ঐনা পূজা তৌ...দা কোকিলগী স্বর মানবী ...মাগী নুপী ওইরম্মী। মাগী মপুরোইবদু এগ্রিগী থবক তৌরম্নি হায় নুপীদুদি য়েংবদা মশক্রে মতৌর চপ্দোয়ে চনে. মরা মখোন নুংশিবনে য়াম্না ঈংতম্বীনি। মখোয়নীনা ঐঙোন্দা ...তৌরম্মি, 'হোবেন নুমিদাংৱাইদা মখোয়গী য়ুমদা লাকপিয়ু চা থকমিন্নসি।' মপুরোইনা গোপীমোহন হয়েং গুৱাহাটি চৎকদৌরবগী থৌরাং তৌদুনা লৈবগ্না মখোয়না ঐখোয়বু লুনা চান্ন তৌবদু থাগৎলী ওইনি। মচা নুপা অহন্দুনা চোংথোকপুনা ঐসু ভরাং সন্দেশ চাবা য়াওরম্মী হায়না থৌনা লৈনা জগানগী হৌনবী মতৌদা শক তাক্লকপদুবু নুংশিনা খল্লুই। ৱা... ...বা নোকমিন্নখি।

করিগুম্বা ৱাহৈ অমনা স্বর্গ য়ৌই করিগুম্বা ৱাহৈ ৱাতোনা পাতাল য়ৌই অদুগা করিগুম্বা ৱাঙাং শাঙাংনসু মালেম শীনবা থুংনা শন্দোকখি। লোল হায়বসি থম্মোয়দগী ফোংদোরকপা মমিনি। কাছাড় জিরিবাম অমসুং চিংলোন মাপন্না কোয়শিনবা মৈএবাক্কী পল্লোম্নুংগী মীওই শিংগী অপূনবা মীফম্নি, মদুদা তোঙান তৌঙানবা মফমশিংগী লৈফমশিং অমদি মাগী পুন্সি মরেনগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়ামরুম হৌদোক্লদুনা থম্মোয় শুদোক্লখি। মতমগী লীচৎ-শাজৎ, সমাজগী তারক্লিবা মমি অমদি মতমগী মরি লৈনবা রাজনীতিনচিংবগী থবক থৌওংনচিংবা ৱাফম কয়া হৌদোক্লদুনা খন্ন নৈনখি, মানা মানা লৈনরিবা লমদমশিংদুগী মীহুৎকী শক্তম লৌনবগুম তৌখি। পনবা য়াবা খরদি, কাছারগী মণিপুরীশিংদা মণিপুরীগী

মনুংগী মীওইশিংনা মখোয়বু' কাছার মানু' হায়না পওথোকপিববু লমদমদুগী নাকমা নুংঙাইতনা হৌদোরকখি। জিরি অমদি কাছারগী মীওইশিংনা মহৌশাগী পরমপরা ঙাক্লা চৎপা পান্নগী রাফমগা লোয়ননা অনৌবা মতমগী অহোংবা মমি তাশিল্লকপা অমসুং মনিপুর মনুংগী হৌজিক ওইরিবা লৈতাফম খণ্ডবা, মদুনা শান্তি ওইদ্রে হায়বা অসিনচিংবনি। মদুনা লৈবাক্কী নীংখাতন্না মাঙখিগদৌবা, জাতিগী শক্তম মমি শান্নক্কদৌবা অমসুং তুংগী ফিভমদা হিরম কয়াগী অহোংবা কয়া লাক্কদৌবা অমদি ঐখোয়গী ঐতিহাসিক ওইবা রাফম কয়াদা হঙ্গোইনীংঙাই ওইহৌগদৌবা কয়াগী মতাংদসু হৌদোক্লদুনা নুংনাংবা ফোংদোক্লখি। ফোং ফোং শানা পুখৎলিবা জিরিবামগী জিলা খায়দোকপগী দাবীবু নৌহৌনা পল্লদুনা অনৌবা সরকারনা থবক ওইনা পাঙথোকপিরক্লবা স্বগত সম্মান থম্নগা লোয়ননা সরকারগী মিৎয়েং চিংশিনখি। ধর্ম কমগী আলোচনা তৌনখি। অসিগুম্না মচল কয়ানা তিল্লবা রারীশিংদু মরক্তুদা যুম্নুরেম্বীদুনা লাইব্রা তীলবা, মাইবী পাঞ্জিগী অমদি লাইফম তীনফমগী রাফম হৌদোরক্তুনা ঐঙোন্দা রাহং কয়াসু হংখি। মরন্নাইগী ওইবা রাফম কয়া থেৎচিল্লকখি। ঐনসু অখণ্ডবমখৈ খুমদুনা তাকখি। মাগী মশাগী হৈশিংবদু ঐনা চেৎনা খনখি। মবুকচেল নোপ্তবী মবুক মপাও ফবী মাল্লি। লোইশিল্লকপদা যুম্নুরেম্বী ইবেম্মদুনা মাইবীগী লাইফাওগুম ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা 'পাবুংসি নহা ওইরিঙৈদা য়াম্না ঙাওরমগনি। হৌজিকপুদি ফরেদা' তাবদা ইচননুপীসু মনম্মসু নোকএ। মখোয়গী নোকপা অদুনা রাফম অদু চুন্মি হায়না সমর্থন তৌবগুম থোকখি। গোপীমোহোনসু নোকপদা য়াওখি। ঐসু মখোয়গী নোকপদুগী শরুক খজিকথক নোকফেৎ তৌবা নত্তনা করিসু উপায় লৈখিদে। লু লূকথরগা মিৎ উইশিন্দুনা খাঙখি।

ঐখোয় অহুন্না থোরকপদা মখোয় অনীনা থোঙ্গান ফাওবা রারী শাদুনা থিন্দোরকখি। ঙরাংগী য়াওশং মৈথাবগী থৌরম অদুবুসু ইবেম্মদুনা য়াম্না ফজনা পাঙথোকই হায়না শোলহৌই। ঐঙোন্দা য়াম্না থাজবা থম্না থাগৎলকখি। কায়নবা মতমদা ইবেম্মদুনা ঐঙোন্দা অমুক হন্না পাওমেল্লকখি, "পাবুং! ঐনা ব্যবহার কায়না হংগৎখিবা রাফম অদু রারৌবিগনুকো।' মদুদা মনম্মনা ওক্তুনা খুল্লকখি, 'করিগী? অচুম্বা হায়ববু রারৌফম থোকপ্রা?' ঐনা' শাউদেদা' হায়রগা তেনশিনখি। আশাগী ত্রিবেনী সঙ্গমদুদা লুপমিন্নরগা ঈতিনফম লাম্থোক্তুনা চেম্থরকখি ঈখাই ওইনা।

য়াওশঙ মৈ থাবদি ঙরাং লোইখ্রে। অদুবু ঐগী মিত্তদি হৌজিকফাওবা মুৎত্রি। মাঙদা চাক্লি- 'ঙরং ঙরং - ঙরংঙরং ... !' নোকফেৎ নোকফেৎ ইঙ্গিৎ তৌনা হায়রকখি, 'ফজদ্রা ? য়েংঙু 'দু ...।' মৈরিদুনা ঐঙোন্দা অঙকপনা তিল্লবা কৃম্মৈ কয়া উহনখি। হৌজিক্তা মৈনুংদগী কোখোরকপা মৈঙাং ফনা ঙাঙ্লবা কোরী মতুম মানবা ১৬ নীগী থাজনা অশংবা নোংপোক চীংদোন্দগী নোক্ল- নোক্ল শাফোঙলকখি কেকু য়া ! অঙাংবা মচুগী থাবন্না ফিজোল ওইনা চীক্লা ঈংনা। থম্মোয়গী ফৈরাথক্তা বসন্তগী নোংইন্না থাজ মতৌ য়েংলগা কেনা নৌনা চোংজবা পুক্লিং মরাঙ হৌহল্লি । অনৌবা মালেমথক্তা অঙাংবা ফিজং খন্দুনা থাবন চোংবা উরগা নীংশিংই থাবল ইশৈ। থম্মোয় মরাঙ হৌরক্তুনা নীংশিংলকখি ইশৈদু " য়াওশঙ, হো য়াওশঙ, হো য়াওশঙ!" মতৌ অসুম্না য়াওশঙগী থোইদোকপবু থম্মোয়দা চিংশিনখি।

য়েন্নীংথাগী শৈথারোন শক্তুনা থাবন চোংবা লাই হরাউবা অমসুং মৈহৌরোনগী লাইয়াম্না শান্নখিবা মতৌদু মাগুদা পুন্না চোংথোরকখি। তাইবং পুন্সিগী মতৌ নৌনা তাকপা লমদা থাবু হন্ন হন্ন, হন্ন হন্ন থাগচৈ। য়াওশগুবু তরাম্না ওকচৈ। জিরি- কাছাড়গী য়াওশগুদা পুক্লিংগী তুংফম ওইখি । বরাক্না ঐবু লমজিং লমতাকপিরি 'পুন্সি ! ... ঈচেন্নি, চেন্থৌ।' অরিবা অমসুং অনৌবা অনিমক্কী মতৌ পুন্না য়েংগে হায়রবদি জিরিবাম অমসুং কাছাড়দা চৎলগা উগনি । লোয়ননা মপানগী নুংশিৎ-নোংহমসু শীৎচিল্লকপা থেংনগনি । খা- থংবা অসামগী পুন্সি মরেন তিন্ন লোয়না হিংমিন্নবা মশানা মশাবু ব্বারকচবা মফমসিগী মীওইনি । চাকচা ফম্ফম চেকশিনবা ফিদম্নীংঙাইনি । অচম্বা ব্বাখল মিৎয়েং তমজনীংঙাইনি । পুকচেন তপ্পগীদমক থাগৎনীংঙাইনি। হৌনদববু য়াম্না হঙ্গোইনা খন্নবা মফম্নি। মৈত্রবাক্কী নোংচুপ থোঙজাউ ওইরিবা জিরিবামগী বরাক তোর্বান্না পনখৈ ওইবা মফমদুদা কোকিলগী পুক্লিং হূবা খোজেন্না নুংশিনা পাউজেনবা, নুংশিববু কাউগনুকো পাউতাকপা নুংশিরবা লমদমদুগী থোইদোকপনি খঙ্হল্লি। ব্বাগী ব্বা কাউদনা ইশানা ইশাবু শন্নল খাজদুনা হিংবগী পারা ওরাইহনবা মফম্নী। ঐসু পারা খরা ফারদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা মদুগী মতৌ খরা হৌদোকপনা মচন ওইবা শিন্থানি খন্দুনা মৌবী ব্বানা শন্নন খাবা হৌরি। শন্নন্দুগী মরমদা কুহ্ খোজেন তারি। অদুবু খোজেন্দুগী অর্থদি হৌজিকফওবা মপৃং ফানা খঙদ্রি। নাকোংদা ঙংদুনা, থম্মোয়দা নৈদুনা ফোঙদোকপা ঙমদনা লৈরি। লোয়ননা নহা ওইরিহৈদো ঙাওরিনি হায়বদুগী অর্থসু শেংনা খঙ্বা ঙমদনা লৈরি। তাম্নাগী তেংথা, নোংইনগী জগোয় অমসুং কোকিলগী শৈরোন কনানা কাউবা ঙমগনি? মখোয়বু মনুং থীৎনা য়ৌনা খঙ্বা ঙম্না কনা লৈরমগনি? তাম্নাগী তেংথানা খায়নমৈচাক কলহল্লি নোংইনগী জগোয়না নুংশি ঈখৌ লাংবা কলহল্লি অদুগা কোকিলগী পঞ্চম সুরনা কোয়না ইশৌ লাংবগীদি পাউখুম বয়া পীদুনা অর্থলীশিং লখা হনবদা য়ৌরে হায়বা ঙমহৈরোই। মতৌ তব্বদা য়ৌহৈরোই। নহা ওইরিঙৈদো ঙাওরিনি হায়খিবদুগী মতৈগুম। অরোইব্বদা ব্বাহৈসিনা ইকাই নুংশি য়ান্নহনখি। কাউগ্মদে নুংশিহল্লি, জয়দেব কবিগী কলমদগী শিছ্রকখিবা ভাবান বনমালীগী অমৃতবচনঃ

"স্মরগরল খণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং
দেহি পদপল্লবমুদারম।
জ্বলতি ময়ি দারুনো মদন কদনানলো
হরতু তদুপাহিত বিকারম।।"

অশেংবা প্রেম ভাক্তিগী অয়ৌবা থাক্তা ইবুংঙোনা ইবেন্মদা পার্থনা তৌবা শ্লোকনি: হে প্রিয়ে ! নঙগী নীংথিরবা অনৌবা উনা মানবা নখোঙ্দুনা লৈতেংগী মশক ওইনাঐগী ইকোকথকসিদা হাপ্পিয়ুগবা, মদুনা তশেংনা ঐগী কোকথক্কী লৈতেং ওইবতা নত্তনা ঐবু পুংমাঙ্ মাঙ্হল্লিবসিসু কোক্লবনি। য়েংউ কামগী লায়নাগী তমথীরবা মৈনা ঐবু চাক থেক্লিবসি। নংগী চরননা শোকপদা মৈচাক্তুগী ওইবা হৌনদবসিবু কোকহল্লুগবা।"

সংসার উপানগী উনাগী উরুমদা চংজফম লৌদুনা তাংজরগা ব্বাইশংনা মৈচাক কোকচবা পাম্বদু করম্বা মতমদা ফংজগবা। ব্বাখল অসিখক্তনা তাইবং মৈশা কোকচনবা থৈদোকচবা পামজবনি। ০

# ইচে চাউবী



*য়েংখোম ইন্দিরা, শোক ১৯৪১, মার্চকী তাং ২৬, য়ুমশকৈশা নুমিত্তা পোকই। মহাক বি:এ: বি:টি: নি। মতম শাংনা ওঝা ওইরুরবগী তুংদা শোক ২০০২ গী মার্চ থাদা ডি:আই: ওফ স্কুলস ওইনা থবক্তগী পোখাই। হৌজিকফাওবদা মাগী য়ারিমচাগী লাইরিক অনি, শৈরেংগী লাইরিক অনি ফোঙদুনা মনিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমখ্রে। অইবী অসি সাহিত্যগী সংস্থান কয়া - মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; লৈকোল; ডি কলচরেল ফোরম, মণিপুর ; সিরেভস, মণিপুর ; মণিপুরী সাহিত্য সমিতি, থৌবালনচিংবদা লাইফ মেম্বর ওইরি। কলম অমসুং প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এসোসিয়েসনচিংবা সংস্থান কয়াদসু য়াওরি।*

য়াইফবা চা থক্লা থক্লা অয়ুক্কী খবর পারি । ও - - -হায়দুনা খংলাউ লাউরগা খবরদু শুপশায় পায়শিল্লি । মাগী নুপী লৈবাকলৈনা কৈদৌরে হায়দুনা খংচেন চেনশিল্লকই । খবরদু য়া ঙাংদনা লৈবাকলৈদা পীশিল্লি । উরকই - অইল ওইরবী চহী হুম্ফুতরা (৭০) রোম শুরবী নুপী অমা জীপতগী তাদুনা শিরে ।

লৈপাকলৈ খংপ্রেক খঙই - 'হাইমা ইনম্মা চাউবীবো !' মখা তানা পাথরকই, -'ঙরাং নুমিদাংয়াইরমগী পুং মঙামখায় (৫.৩০) রোম তাবদা তাংজেংগী গোলাই লৈরকপদা, চাউবী কৌবী চহী হুম্ফুতরা (৭০)রোম শুরবী নুপী অমা জীপতগী তাদুনা শিরে । মহাক কিয়াম সিফাইদগীনি হায়রি । জীপ মনীংদা য়াম্লা য়ানা য়াম্দুনা তোংলকপদগী খংহৌদনা মখুৎ নাহোক্তুনা তারকপনি ।'

- 'ঐনা নঙোন্দা ঐখোয়গী কারসি অমুক্তং জীপ অসিদগী হেনগৎলগা খামসি অদুগা মনিঙদা য়াম্লা য়ানা য়াম্দুনা তোংলিবা নুপী অ নি অহুমসিদং ঐখোয়গী গাড়িসিদা তোংহনসিরা হায়বদুনি। মখোয়গী মরক্তা ইচে চাউবী মানবা অমসু য়াওরি হায়খিবদাইনে ঐবু । নখোয়না মরোল অমা নুংশিৎ শিৎচিল্লকই, হা নুংশা শাই : সাইদ গ্লাস লৈখৎলুগা লৈথোগা, কল্লা থৌইগা থৌদেগা - - -। অমরোমদা, ইচে চাউবীখোয়না কয়াদা য়ানা তোংলিবা- মথয়ায়ফাওবা মাঙলেদনা । ওহোকপগী মতৌ হায়বদুনি ।'

- 'ওহোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা ইনম্মা চাউবীদো । খামলুরে ড্রাইভরদুনা করি হায়রক্কনি ফরক অমা ইতা হেক তাখিবা হায়বদুনিদা । ঐসু খামহল্লীংদবগীদি নঙেদা ।'

- 'ইচে চাউবীদো মচীনও- মখাও মীকৌ মীরম্না ফজরিবা নোংমতবু ঐখোয়না হান্না কৌবগা যংপোৎ নত্তে, ঐখোয়দসু অদুমঙাই ওন্থোক্লে নুংশিপ্রবা ইনম্মনি। নোংমা ফাদোক মপামদা লাকপদা করিগুম্বা পোৎ মচা অমতা ওইরবসু খাইরমদবা য়াওদে। পীরমনুগা য়াপোৎ নত্তে। ওন্থোক্লা ফগ্রবা নুমিৎচুপ্পগী নোকমী- নোকমী তৌদুনতা লৈবনি।

চাউবী,য়াইফবগী লৈকায়গী নীঙোলনি। মতম অমদা,মশক মতৌ ফজবদা, ব্যবহার- লমচৎ খঙবদা হায়নরম্লিবনি। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী অহল- লমনশিংনা মমৌ ওইজগে হায়দুনা হায়নরম্লিবনি। হৌজিক্তি ৱারী ওইনতা লৈহৌরেদনা।

নীঙোলগী লাইবক তম্বা ঙমদে। ৱাঙাং হৈবা, শঙবা কনবা লৈবাকলোৎপনা অহিং- নুংথিল নাইদনা শঙবদগী লৈবাকলোৎপদা ইচে চাউবী মশানা য়ানা চেঞ্জখিবনি। লৈবাকলোৎপা মশক ফজে, চাওদম- শাংদম নুপা অমা ওইবগী অৱাৎ- অপা লৈতে হায়বা তাই।

মীওইবগী শকফম হায়বসিসু ফনা লুবা জাৎনি। মশক্লা মতোইনা থিরবসু নুপীশিংনা মৱা- মপুরোয়বা ওইনিংদে। অদুবু শক্লা চৎনৱা মরম মোক্লগা লোইরে হায়দুনা য়ানিংদ- য়ানিংদ লৈখিবদুনা মমৈথংদদি ওন্থোক্লা নুংঙাইনা হাইন- হুম্ন পাঞ্জদুনা লৈখিবা কয়া য়াওখিদবা নত্তে। চাউবী মশকফজবা লৈবাকলোৎপদা লৈরুবদগী য়ুমপানবগী অৱা-মৈশা লাংবা ইকুই কুইদনা হৌখ্রে।

লৈবাকলোৎপা মতম খরদি দর্জি ওইদুনা ফুরিৎ- খোঙ্গ্রাউ তূদুনা মীগী দুকান অমদা ভাড়া পীদুনা লৈজরম্বনি। মানা তুবা ফুরিৎ পুময়াৎ, খুৎতূ ফজে হায়দুনা থাগৎনরম্বনি। মতম খরা লৈরগদি মাগী দুকানগী মমাং ওইরপ্পা থবক শুনিংদবা নহারোল খরা পুনশিন্দুনা- জুৱার খরা শান্ন, লগাউ খরা থাউ তৌদুনা লৈবা কাংবুদুদা য়াওশিনখিদুনা, মীগী ফুরিৎ-খোঙ্গ্রাউ তুবগী ওর্দর লৌবা ঙমলকখিদে।

চাউবীনা ফনা কন্না তোক্লবা হায়দুনা শেন্নজবনি অদুবু থওইনা তাখিদে। অদুদগী অমুকসু হেন্না লুশিল্লকখিবদি ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউ তূরিবা মাগী দুকান্দুদগী থোইদোক্লা ইথাপ-থাপতনা সিনেমা হোল অমসু লৈ। সিনেমা হোলদুদা নহা ওইরিবী মৱা- মপুরোয়বা কায়নখ্রবী মচা অনি লৈরবী টিকেট কলাবাজার তৌবী নুপী অমা হোলদুদা হেক- হেক লাকথোক লাকশিল তৌই। নুপী অদুগা মীত্তা নাতা তৌনদুনা কোক হেক খঙনখিবদগী লৈপাকলোৎপা শনিগী দষা চোংশিনখ্রে। মী ময়াম্না নিংফুং- নিংফুং ঙাংনবদগী তারদুনা ইচে চাউবীদো ফনা কন্না শেন্নজরম্বনি অদুবু তাগদবা মীদুনা তাবিখিদ্রবদা করি উপায়দি লৈরি।

মতম খরা লৈরগদি, লৈবাকলোৎপা নুপীদুদগী নান্থোকপা ঙমদ্রে, নুপীদু চেনশিল্লক্লে। মমিংদুদি আশা কৌই হায়বগুম তৌই। ঙাংবা শকপনা হৈরিবা মঙক হেক কেথরদুনা মীকৌ মীরম্না ফজরিবা লৈকায়গী মী খুদিংমক্তা- ইচেইবেম্মা, ইমাইবেম্মা, তাইবুংঙো, অবোকইবেম্মা অসিনচিংবা মী মীদুগী চান- চানবা য়েংলবা

কৌরিবা অঙকপনি। মাগী মতৌদুদা মী খুদিংমক্তা মাবু নুংশিদবা ঙমপোৎ নত্তে । তৌবগীবুদি অশাগী নুপা অদু ঙন্তা লৈখিদবদগী অসিগুম্বা দষা অসি তাররিবনি । হান্নগী নুপাদুগী মচা নুপী অমগা, নুপা অমগসু লৈরিবনি । মতম খরা লৈরগদি মচা অনিদুসু পুরক্তুনা লৈবাকলোৎপগা লৈমিন্নরে ।

লৈবাকলোৎপনা মানা পোকচদ্রবসু অশাগী মচাশিংদু মচাদগীবু হেন্না থুনা- চান্না তৌই । আশানা করি হায়খিদগে, করি খনখিগদগে হায়বা অমা মপুক্লিংদা অদুম খল্লগা হোৎনৈ।

চাউবীদি মানা হোৎনজরম্বা পুম্নমক অরেম্বা তারবনিনা, মতম খুদিংমক্তা, মফম খুদিংমক্তা অমসুং ব্রাঙাং খুদিংমক্তা অরানবদা তাদুনা লৈরে । মাগী লৈফম মশাগী য়ুম অদুদা লৈতবদৌনা তৌরে । অমরোমদা, চাউবীগী মপাদুসু ইকুই কুইদনা লৈখিদ্রে । মমাসু মপাঙ্গঁল ইশোল শোল্লি । মৌপব্রা অমবুদি লৈ । মৌপব্রাদুগী নুপীদুনা মচা অমগা য়াম্না ব্রানা নঙনা পানজৈ । মরম ময়াম অসি লৈবদগী চাউবী মপামদা হল্লক্তুনা লৈগদবসু খরা খৌতক চানা থোকই ।

চাউবীগী মমাগী মপামদি খরা নুংঙাই য়াইফে হায়বা তাই । হৌন- লমচৎসু খরা খঙবা ইমুং ওইনা তৌই । চাউবীগী মমাগা পোকমিন্নবা মামা অনি লৈ । মখোয় অনিমক থবক মচা অমমদা তৌজদুনা মাগী মাগী ইমুং- মনুং পুবদি ঙমজৈ । না- পুতানা, ব্যবহার লৈনা, অহল- লমন থকশি- খাশি নাইনা চৎপা ইমুংনি । চাউবীগী তৌরিবা মতৌদু উবদা নুঙাইত্রদুনা মাগী মামশিংনা লৈফম লম মচেৎ অমা পীবীদুনা মমা মচা মখোয় অহুম কাবক কাবকপা য়ুম মচা অমা শাবিরগা চাউবী মাগী মামগী মনাক্তা লৈখিবনি হায়নৈ । মাসু ফনদি কন্না খাঙজরম্বনি অদুবু অতোনবীদুগা মাগী নুপাদুগগী মতৌদুদা মীৎ নাদুনা মামগী ময়ূমদা লৈখিবনি ।

চাউবী য়েনশাং- নাপী অনৌ অপেৎ অহোংবা তিক্লগা খ্বাইরম্বদ কৈথেলদা হেক- হেক য়োনবা চৎপনি । নুমিৎ খুদিংগী পোৎ য়োনবা লোইরগা লল্লোনবা চৎমিন্নবা মখোয় খরা-হৌনরগা হেক হেক হল্লকমিন্নবনি । চাউবীগী মচানুপাদুসু মাগী মামশিংনা শিনবি- লাংবিদুনা ডিপার্টমেন্টে অমদা থবক মচা অমসু তৌজরবনি । মচানা থবক তৌরকপদগীদি মমাদা মচানুপানা হঙ্গৎ- হন্দা লল্লোন- ঈতিক চৎপদু চৎলনু হায়দুনা হায়জবনি অদুবু চাউবীনদা তুমিন্না লৈবা হৈনদদুনা চৎচবগী ব্রাতনি ।

চাউবীনা জীপতগী তাবা নুমিত্তু মমঙসু নুংঙাইতে, কোকসু চিকলি চিকলি তৌই পাম্বোমসু য়াম্না চোংই - নখোয় চেকশিন্না লৈয়ু । অঙাংদু ঈশিং- মাইশিংদা তানিকো হায়দুনা মমৌনুপীদা শিন্নরমলগা চৎখিবনি হায় ।

হৌজিক্কী মতমগী গাড়ীশিংসিনা মরোল অমা চিল্লিবা, বস খঙদে, কেন্টর খঙদে, জীপ খঙদে মীনা পীক পীক হেক্তা থল্লি । গাড়ী য়াম্না চেনবগী মতিক মীসু য়াম্না হেঙ্গৎলি। নুপীগী নুপাগী সাইদসু খায়দে । করিগুম্বদা বস অমা অনিদদি লেডিজ সাইদ, জেন্টস সাইদ

থাবদি ময়াওই। চুম্না শুম থাজবগী ৱাতনি, নীয়মদি ইনবা জাৎ নত্তে। নুপীনী অহল ওইরে ঐগী ফমফমসি ফমহনগে ঐখোয় লেপকেনা খনবীবা জাৎ নত্তে নুপা নহাওইবশিংসিনা। ইমাগুম্বনি অহল ওইরবী নুপী অমা- ৱানা লেপ্পী হায়রবদি কোকহেক হৌগক্লুনা ফমহল্লবদি ফৈদনা। হোয় নোংমফাদোক্তি চামগী মনুংদা কনাগুম্বা মীওই অমনগদি হৌগক্লুনা ফমহনববুদি ময়াওরম্বসু য়াই। অদুনবু ইচে চাউবীদু জীপতগী তাদুনা শিরিবনি। মনুংদা সিটতা নুংঙাইনা ফম্বা কাংবুদগী অমসুং হৌগক্লুনা ফমহনবিরমলবদি শিগদ্রদো? হৌজিক্তি শিরবনিনা মরল্লাই ওইজরেদনা। সি মঙায় ঐখোয়গী লৈবাকসিনা চৎনরিবসে।

অমরোমদদি শান্তিদো ইচে চাউবী শিরে তাবদা নোকফেৎ তৌরগা নুংঙাইতবা শাশিন্নদুনা মী অউবা খুদিংগী পেথ- পেথ নুঙাইতেদা হায়দুনা শোল্লিবা মহানি। হৌজিক্তি লৈবাকলোৎপসু অহল ওইশিল্লক্লে। মাসু মতম অমদা মাগী নুপীনি হায়দুনা চহী তরামুক করিমুক লৈমিন্নরমলবনিনা নুংঙাইতবা পোকপা জাৎনি অদুবু চাউবীখোয়গী মামশিংনা চঙহন্দে চঙহন্দ্রবদুদদি শান্তিগী নুংঙাইজবি লোইজরে। লৈবাকলোৎপদা - ' নুংঙাইতেদা নঙনা মতম অমদা লৈমিন্নজরম্বা নুপীনীদো চঙহন্দ্রবনিনা উপায় লৈতেনে ...', শান্তিনা হায়। হৈ হৈ, য়াম্না হৈ শান্তিদো। হৌজিকফাওবা লৈকায়না য়াবা নুপী হায়বদু ওইরি। তৌববুদি শান্তিগী শাজৎ- পুজৎ শেমজিন- শাজিন্দুনা পেথ- পেথ ঙাংবদু মীৎনাবা মীওই খরসু য়াওদববুদি নত্তে।

অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু ইচে চাউবীগী মরায়বক তমথিবা বিধিনা তমখ্রবা হায়বদুনি। নুংঙাইবা শরুক ফংজদনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।

ইচে চাউবীবু মুন্না মশক খঙবা লৈবাকলোৎপনা ঙসি খবরদা ইচে চাউবীনা জীপতগী তাদুনা শিবগী পাউ পানা পানা ঙরাং মশানা উনা উনা কনবা ঙমহৌদবগী তকশি শোন্দুনা শুপ্লায় পায়শিনখ্রিবা খবরদু ইচে চাউবীগী ৱাখলদা লুপ্তুনা ঙাইহাক লৈরুরবা মতুংদা শুপ্লায় পায়শিল্লুরবা খবরদু টেবলদা থমদুনা মখুৎনা তপ্না তপ্না নাম্থোকলমই। ০

# লাইবক্লা তম্বনি



*তোনজাও মৈদিংঙু, খ: ১৯৪৫ ইংগী লমদাগী ২৯নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা ৱাংজিং তেকচম লৈকায়দা পোকখি। অপোকপিগী মিং মাইবম চনু ˚রজনি লৈমা অপোকপগী মিংনা ˚বীরহরি কৌই। মেট্রিক পাসনি । ১৯৮৬ তা-তা য়ুনিভর্সেল থৌথোক লোন রিসার্চ কী লুচিংপুরেল ওইরম্মী। ২০০২দা নিউ দিল্লিনা সোসিয়েল লিটরেরি এৱার্দ পীখি। হৌজিক মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিককী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা ফম পুরি। লাইরিক ১২ ফোঙখ্রে।*

হঁ মৈতৈ য়েক চাশিংগী চৎনবী লিক্রমদা অফবা থবক থৌরম মাঙ্গোল কাবা, হৈজিংপোৎ পুবা, লুহোংবগী পোৎ পুবদা যত্রা লৈমা ওইবী মশক নাইনা থিনৈ। লৈমা ওইবিদু মাংগোল কারগা, হায়রগা লৌবা লৈমা (মৌ), মপারীনা অহল ওইবা, লুখ্রা শিংদা চনদ্রিবী, পু- পাং শুবা লৈমশিংবু যত্রা পুহন্নৈ দুগুস্বা নুপীদু অয়িংবীসু অমনি। অয়িংবীবু হৈজিংপোৎ পুন্নবগী যত্রা, লুহোংবগী যত্রা পুনবগী চৎনবী লৈবনিনা। থৌদোক খুদিংমক্তা চেপাউ চিৎথদে। অয়িংবীসু মঙোন্দা যত্রাগী ফমথোল অমা হাপ্লগুম লৈবসিদা মথৱাই হৱাও নুংঙাইজবগী মমি মাইথোংদা তাই।

ঙরাংসু লৈকায়গী মাংগোল কাবা নুমিৎ অমসু অয়িংবীবু যত্রা পুবিদবা য়াদে হায়না পুখি। ঙসিসু হৈজিংপোৎ পুগদবনি হায়না চেপাও পীররে। অয়িংবী শবান মুর্ত্তি চাওদম শাংদম ফাজৈ শেৎন্নবা ফি - রোল নাচোম লিক খুজি - খুদোপ হান্নদগী থৌরাং তৌদুনা লৈরবনি। মৈতৈ চনু লৈমনা মথাই থাইনদগী চৎনরিবা ফনেক ময়েক নাইবা, থম্বাল লৈখোক ফিদোন চিংখৎনা শেৎ, ৱাংখৈ ফি মপান্না মোইরাং ফিজন চনবা অঙৌবা ইন্নফি অমা ইন। চাউদম শাংদম কুচুনা কুলৈ কুচু শাবান্না ঙারোই শাবান য়েংবদা মীৎ পেল্লি অয়িংবী।

অয়িংবী লৈমনা লাংথ্রৈ মতোন্না নাচোম ওইনা চীনববু পামজৈ। চৎথোকলমদাইদা লাংথ্রৈ মতোন থওইনা হেকপা চৎলি। লাংথ্রৈ ফংদ্রগসু শংব্রৈ মতোনগা কাবোকলৈগা নপ্লগা চিঙ্গৈ। পোমশাংনবী লৈহাও লৈরেন অঙাংবা অমনা য়েংলোমগী শমজীদা পৈরপ চিঞ্জবা পামজৈ।

নুপী ময়ুমগা নুপা ময়ুমগা থাপ্লবনা গাড়িগী লম্বী ওইরবসু সুমাংদগী গাড়ি ফাওবদং পুথোকপদা মরি মরি মথং মনাও কায়দনা পুরগা চৎন্নরিবনি। পোৎ মশিং থিবদা চং শি চং

থিবদা চং তাহল্লিবনি। গাড়ী থৌরগা চৎলবসু অহানবদা লমদুগী লাইবু থৌনিজৈ করিগুম্বা কৈথেল লানবা তারবসু লমদুগী কৈথেল লাইরেম্বিবুসু খুরুমজৈ। মমৈদা করিগুম্বা গাড়ি য়াওদনা খোঙনা চৎনবা তারবসু পরেং পরেং ফিরুক লুকমাই পুদুনা কেনা কেনা চৎনবদসু অয়িংবীনা য়াত্রা পুদুনা চৎপদু কয়াদি ফাজে। নোংমগী লুহোংবা নুমিৎ অমদা অয়িংবী য়াত্রা পুবদগী ময়ামসু ফিরুক পুরুবদগী মাগী মাগী ফমফম লাংদা ফমনদুনা মশা মশাগী রুমান মচাদুনা হুমাই ওই করি ওই হুমদুনা পোত্থান্নরি।

অয়িংবী নুপী ময়ুমগী নকথা উখোং ময়া, মাংগোল খেনজোং লাংগী মতাই ওইরপ ফমদুনা হুমাই হুমদুনা পোত্থারিঙৈদা, মাঙ্গোলগী ফক্লাংদা থেৎলিবা অয়েকপা লাইশিং মমিশিং ফজ- ফজরবা হৈকোল- লৈকোলগী লাইশিং অদুগা লাইনিংথৌগী পাফলদু উরুবদগী লাইশিংদুদা মীৎয়েং খোইদারি। অসিল অরাং কাঙবুনা অচাপোৎ য়েল্লরি। অয়িংবীদু য়েল্লরিবা পোৎশিংদু লৌদি লৌই, অদুবু খোইদনা য়েংলিবদি মাঙ্গোলগী লাইশিং অদুগী মরক্তা পাফলদুনা হেন্না খোইদারি। মদু য়েংলুবদগী হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক নীংশিংলকই।

" অয়িংবী নঙদি সুম নহা ওইদুনা লৈরি।"

" হৈমা নঙদি কৈথেন কারক্লীবরা ?

" ঙাইহাকতং চা থকখিসিদনা।"

" হোয় বোরা অশাবা খরা চাগা থকসি "

অয়িংবী মসিগী ইচেসে নোংমসু চামিন থকমিন্নবনি। ক্লাকৈথেলদসু। নুংশিবসু নুংশিকো হেক উবগা। মহৌশাগী লৈশারিঙৈগী ফৌসু লংনরুবদো হেক নিংশিংলকই। নথক থোংবা মীগা তিন্নৌ হায়রিবনী অহন লমন্না।

চহি খরগী মতমগী ঋনি। অয়িংবী নোংমা হোতেলগী কোনলিক ফেংবা তুরেন্দা চৎলী। কা থোঙ লোল্লম্মী। তুরেন্দা কোরফু হেক ফেংলগা ইরু শদেংলগা হেক কোরফু ময়াম পুদুনা ময়ুমদা হল্লকই।

অয়িংবী নুমিৎতু কাউদ্রিয়ে। শাগোলশেন্নী। অয়িংবী তুরেন হেক চৎপগা কোরফু কোরফাং কোথক্তা ফৈজা শাদুনা, খুৎতা বার্তিন অমা য়ান্না তুরেল চৎলি। হৈ চাদুনা মৌ নহা অমা লৈবা থেংনখি। অয়িংবীনা মৌ নঙবু চোরোফোন চারীবরা হংলমই।

"হোয় ঐ হৈ চারিবনী "খুমই।

নোংমসু আ সোরোক ময়াদগী। লৈমসু কোন অমা পায়দুনা তুরেন চৎলি। রোশিনি মৌনহা ওইনা চোরোফোন চারি অপামবদা খোইদানা।

লৈমসু য়েংলগা মতিন কুৎ য়োৎলি হৈ চারিবরা হায়খিয়ে।

রোশিনি নহাদুনা হৈ চাবা লোইরগা ময়ুমদা হল্লকই।

লৈমসু ইরুজরুরগা ময়ুম মাযকৈ পাংনা লাকখিবনী।

রোশিনি ময়ুম হেক য়ৌবগা নোকপা লাউবা হৌরকই।

অয়িংবীনা তুরেল চৎপা খুদিংগী থেংনরীবা লৈকায়গী মৌসু অঙাংসু করি থোইনা ঙাংনদে। ঙশিদি ঐখোইগী মৌ অমা তুরেন চৎখীবদো থেংনরমগনী। মপা মপুগী নুংশিং অপাইবীদো চংলরিনি মৌদো।

মচন নুপীনা হায়,' তামো ইনস্মদু নোকপগা চিংথেকপগা লাও খোংবগা মতৌদো য়েংবা নুংঙাইত্রে অমুক্তা লাও হায়না কৌরি।'

ইঙেনজাও- লমপাক্তা খেল কন্না শান্নরি মীকুপ অমা কাইথোকপা য়াদবা মতমনী, চে শৎলি। অকুপ্পীনা, 'তাদা লাও, ইনম্মা কৈনোমা তৌরে', কৌই, ' কনাসু লৈতে।' ইঙেনজাও শাউনীংনা, 'শে নং পাইরম্মু ঐ য়ুম চংলুখিগে' হায়রল্লগা লাকই। রোশিনী নোকপা চিংথেকপা হৌরকই। ফাদুনা ফমুংদা লাকনৈ। খুরা মাইবা কৌরুই।'মাগী হৌনবীদো তৌরমলনী তাইরেন মশা লৌরু।'লাইব্রা শোন্দুনা ফনা কন্না লাকনৈ। হনবা লৈতে।'নখোই ময়াম মৌশে খরা ঙাক শেনবীয়ু।'

মকুবোক্লা, 'ঐগী ইমৌসিদি?'

মাইবা অমনা লাইব্রা শোন্দুনা লাইয়েংলী। অয়িংবীনা হায়,

'মখোয়গী মপা মপুনা, মনেম্মা শিন্নবা জাৎলামী মশানদি খঙবা ওইরলোই। নোংমা মৌনা চোরোফোন চারিঙৈদা থেংনবা উবদা হাওনিদা হায়রম্মী। মতম অদুদা হৌনবী মতুং ইন্না চোংশিনবা জাৎনিদা।' মাইবনা হায়, 'পাক হঙ্খৌ হায়বা য়াদে।'

তাইরেন্নসু ফুদনা শোনবীদুনা লায়েংবা কন্না হোৎনরি।'মসিদি ডাক্তরগী অনাবা নত্তে হায়দুনা লৈকায়গী মাইবা কৌরিবনি ।'অয়িংবী অমুক্তা থেংনদবদৌনা য়েংনীংবা অমগা লোয়ননা মতৌদু ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরে।

মাইবনা, 'ঐদি মশা শোকপা য়াদবনীনা, সে নখোয়না ঈশিং অশোনবসে খরা পিথকউ।'রোশিনী ময়া করক করক চিকশিনখ্রে। য়েন খোংগুম খোংলকই ,কন্না লাউই। মাইবনা হায় শানৈবী, মশানা ফুদুনা লাইয়েংলী মন্ত্রা শোল্লি। হনবা লৈতে তাইরেন মশানা ফু ফুদুনা হংই , 'নঙ কনানো, নঙ কনানো হাইয়ু।'

রোশিনী কন্না নোক, কন্না লাউরকই।

মাইবনা শোন্দুনা তাইরেন্না ফুদুনা, 'হায়দবা য়ারোই নং কনানো?'

অয়িংবী মখোইয় য়ামগা লৈকাই অমদা লৈরক অমদা লৈমিন্নরীবনি। লৈকায়গী অহন লমনগী মমিং পন্নরকপদা নীংশিংলকই। মমাই নাঙ্খোকপগা মখুৎ ফাবগা মখোং ফাবগা কন্না লাক্লরী।

মাইবা অমা অমুক কৌরুই। তাইরেন মশাদু লৌরু। মখুৎ পাইদুনা মীহুন য়েংই তাইরেন মশাদু ঈশিং কোন্দা লুপলগা কন্দুনা অমুক হংলকই, 'নঙ করি চানীংই হায়য়ু।'

নখোয়গী পুখ্রি ইকোন্দা য়োকপা ঙাক্রা চাগে হায়রকই। মাইবনা ইঙেনজাওগী নুপীনা নারিবা অদু য়েংলগা নঙগী ইকোল পুখ্রিদা য়োকলিবা ঙাক্রা ফারগা চরা অমা থোংলগা পিজৌ। করিনো অয়িংবী পাইমা চনিং তাবা ঙমদে। খোমলেন্দা থেংনগদবা থৌদোকপু অশেঙনা তাইবংদা থেংনরে।

অয়িংবীনা হংখি। রোশীনীনা হায়,নোংমা ঐনা চোরোফোন চারিঙৈদা মৌনহা অমা ইরু শাদেংবা লাকপদা থেংনখি নঙগী হৈদো হাউরিনিদা হায়না হায়রগা মতিন য়োংখীবা অদু মান্নীনে। নুমিৎ অদু হন্না নীংশিংলকই

অয়িংবীনা নুমিৎতো পীজরম্লবদি ফগদবা ?

নঙনা চারিবা চোরোফোনদো ওনথোক্লা হাউরনিদা হায়রম্না। মসিবু ওইথোকপা য়াবা ব্রাফমলা, অসুক চাওখৎলবা মতম অসিদবু ?অয়িংবী ঙক্লা ময়ুমদা হল্লকখি। অনাবদো মতম অয়াম্বদা হৌ হৌদুনা লৈরে। লাইয়েংবদা পাক কোকপা ঙমদ্রে । নুংশিং অপাইবীসু হিংচাবীসু হায়নৈ। নুশিৎ অসিনা থেংনখ্রবদা মাইবনা লায়য়েংবা পাক হেক ঙমদে য়ৈশিন্দুনা থম্বগা চপ মান্নে। অহৌবা নাইনা লৈ। মতম চুপ্পদা মপা মপু লিচৎ য়েংলগা চাহায় মৌহায়নবসু চৎনরি। মমা মপাগী শাজৎ লিচৎ য়েংলগা মৌ হাইগদবনি। অদুবু হেক্তা মৌ হায়বা চৎতো ষন য়েংবা শানা চৎলী হায়ব লৈ, হিংচাবীগী ধারা লিচৎপু লৌনদনবা মীওইবনা কন্না হোৎনবা ঙাক্তনী। তাইবঙ মীওইবনা,লৈশারিঙৈদসু হায়নবী লৈ হায়দুনা পাউথোকপদগী মচা মমৌ ওইনা লৌগদবা কিজে হায়দুনা থৌতক চানখিবনী। হায়নবী লৈবা নুপী লৌরবদি মৱা মপুরোইবা পুন্সিগনদে হায়দুনসু হায়নৈ। নোংমা মাইবনা অমদা খুবাক ময়ি য়েংখি। মাইবনা,'নঙগী হায়নবী অসি নপামদগী পুরকখিবনী। নঙনা লৈশারিঙৈ মতমদগী লৈখ্রবা নুংশিৎনি' হায়খি।

রোশিনী পলেম পম্বৌনদি নুপী ময়ুমদগী লৌবা লায়নানি হায়দনা মচানুপীবু লৌথোক্লবা নুপী মপাং খরগা লাকতুনা হাযরৈ , ' নঙবু য়ুমদা অমুক লায়য়েংগে। নঙগী নুপানা অহন শিংনা লায়য়েংবীদ্রবদি।'

মনেম অশোনবীনা,' নচা নুপীগী মচিন হংউ।'

মমানা,'রোশিনী নংবুনিনে,চৎলসি পলেম নমাখোয় লাকলিঙৈদা' হায়রে। রোশিনি,'পলেম ইমা। ঐ চৎলোইদা ইমং অনি সুহৈদে, লইয়েংলীয়ে অমাইবনা, কনানা হায়রিনো অসুক কন্না লায়য়েংলীবসিবো লাইয়েংদেনা কনানা হায়গেবা ?'মমাগী কাংবুনা হায়,'নঙগী ননাও নুপীনা হায়দুনা লাকলিবনি।'রোশিনী,'ঐগী নুপানা মাইবা কৌরুবা মতম চাদবগী ঙাংনা শক্লবনী। পলেম ইমাখোয়গসু খৎনদে,শাউনদে।ইমা নখোয় চৎলো' হায়খি । রোশিনি,'লাইবক্লা তম্বনী খনজে। ইপা ইপু পুরোন থিদনা থৌনিজেদা। লাই কয়াবু থৌনিজে, ঈ মরিক অমগী ইচা ফংজনিংলীবনি। লশ্মী সিদদি লাক্তরি। ফুংগা নাইনা য়ুমপানবা , ইচা পোকপা তান্নরীবনি,ঐগীদি কদায়নো? কনাদবু তাইনরুনী ?' অয়িংবী লৈকাই মচা অমা ওইনা হোতেল ফমদুনা মপামদা লৈবদগী । পিশক পিক্লিঙৈদগী খঙলকপা লিশাং শিংনা কাউবা ঙমদনা মীগী ৱারিসে নীংশিংলুরিবনি। রোশিনীগীদমক্তা অয়িংবীনা করি মতেং পাংবা পুন্সিদা লৈখিদেয়ে। খৈরে। ০

# তোর্বোত্তুবু লৈরমখিগদ্রা ?



*কারতিক মাইব, খৃ: কুম ১৯৪৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ৩, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা তেম্বা খুঞ্জাও মাইবম লৈকায়দা তাইবঙদা খোঙদারকখি। অপোকপগী কোলোয়না মাইবম অঙৌথোই, অপোকপীনা মোইরাংথেম নিঙোল তোম্মৈ দেবী কৌই। সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলুপকী ফাউন্দর প্রসিদেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক ব্রাঞ্চকী প্রসিদেন্ট ওইরি। মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভাগীসু ফাউণ্ডর প্রসিদেন্টনি। লাইরিক ৪ ফোঙখ্রে।*

ইবোচৌবদু মবুক কংখৎ কংখৎলগা মখোঙ হামথদুনা লৈরকপা নোংমা নিনি শুরে। মশাদু ইনুং নুংঙাইতদুনা মাঙ্গোল মচি অমদা ফক্ মচা অমদা ফি অমা শুপ্লদুনা মশাদু নুংঙাইরক্ত্রবা মতমদা শুগৎ শুগৎত্তুনা লৈ। ননাওগা নাওচাগা তেঙ্গোৎ অমদা চাক মুন্না মুন্না চজিক্তু চারি। ননাওনা নাওচাগী মখুত্তু ফারগা নঙনা হেন্না চাবা য়াব্রা হায়রগা চাক্তু চারি নাওচানা চাক চারম্বা খুৎতুনা কুনিংবগী মওং উৎলি। অনিদু খৎনরকই, নাওচা মরোল শেংফাৎত্রিবা অঙাংনি। অনিদু চিন্দা খৎনরকই। মাগী মাগী অকন অকম্বা মী হায়নরকই। নঙ পুলিসনা ফুহনলবদি, অমনা অনুক্ নহারোন কৌরগা ফুহনলবদি। অমনা অমুক ঐনা কমান্দো কৌরগা কাপথোকহল্লবদি, অমনা অমুক ঐগীদি জয় হনুমান, ঐগীদি শক্তিমান, ঐগী শোরালেন, নাওচাদু হায়ফম খঙলক্ত্রবদুদনি নঙ ঐনা তাং(থাঙ) না য়াল্লবদি। ইবোচৌবদু ঙসাইমখৈ ননাওগা নাওচাগা খৎনবদু য়েংলমবদগী মখোঙ হামনীংলক্তুনা মনিং লোমদা চেনখ্রে।

মতমদু লাইরবা মীওইশিংগী য়াম্না ৱাবা মতমনি, নহান মখৈদি লৌ লিংদুনা খুলঙ চৎলুরগসু নোংমগী চরা পুনরম্বনি, থৱান থানি লৌ লিংবসু লোইনখ্রে, লৌ হাবেংবসু লোইশিনরকলবা মতমনিনা লাইরবা মীদি শেনথোক লৈতবনা চরা হেনবা য়াওনরক্লবনি। ইবোহলগী ইমুংসু মদুমকনি, ঙরাং নহানদগী চেং কিলো ১না চারকপনি, ইবোহলগা মেম্মাগা অনিনা চারবসু চাদ্রবসু অঙাংশিংগীদমক্ খরদং খরদং পীজনবা হোৎনবনি। অদুগী মথক্তা মচা নুপা ইবোচৌবগী গুলি লৈনিংঙাই পৈশা লৈতবদগী পিজদনা লৈরকলবনি। অয়াম্বা মীশিংনা লৌ শুবা লোইরবকপদগী পাৎ থোক্তুনা ঙা ফারুরগা শেনথোক লম্বী ওইনরি। ইবোহলসু নদু খঙদবা নত্তে, খঙই করিদি উপাই লৈ। পাৎ থোকপা অরাইবদি নত্তে, লু লৈনবা লুপা

২০০/৩০০ ইবোহলগীদি লৈতে, লাং থাবা মী অমনা লাং উতোং ৫/১০ অদুগী মথক্তা হি অমা য়ামদ্রবদা লুপা লিশিং ২/৩ য়ামদ্রবদা লুপা লিশিং ১০ মুক হান্না লাঙদ্রবদি কদায়দগী ঙা ফাবা য়াগনি। ইবোহনগা মেম্মগা ৱাবদা খম থেংলবনি। দুকান্দগী শোৎপদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা দুকান্দারনসু পীনীংদ্রবনি।

নুমিৎ অদু মমাংগী মধু নহানমখে পাৎ কুমদুনা খোইতেক থারম্বদু ময়াম্বা চৌরজিৎনা তমেংলোংদা অচিনবা অমা লৈরে হায়বদগী তমেংলোংদা চৎখিরমই। মধুগী নোংমগী খোইতেক থানবগী লৈবাক তৌথোক্লগা তানবা তিন্দু চফু মচা থন্না ঙরাংদগী লৈরিবনি, অদুবু ঙরাং নুমিদাং ময়াম্বা চৌরজিৎনা ফোন তৌরক্লুনা খুদক্তা চৎতবা য়াদবগী চৎখিবনি। মধুনা তমেংলোংদা চৎখিবদা ইবোহলনা মধুগী খোইচাক অদু পুরগা পাৎ কুমখি। মীয়াম্মা পাৎ কুম্বদি হোরেন নুমিৎ তারমদাইদা কারক্কদবনিনা নুপী অঙাংশিংনা ঙরাংদগী নত্রগা অয়ুক ঙন্না চাক থোংদুনা পুহনলিবনি, মরমদি অহানবদা খোইদা তিন লেংলগা মথং মথং থারক্পদুনা হোরেন খোই থাবা লোইরগা খুৎশা হামদুনা ময়াম পুনশিন্নরগা চামিন্নে । অদুগা য়ুমদগী হাপলকপা ক্বাদু পুথোক্লুনা চামিন্নে, মাগী মাগী নত্রগা মীগী ৱারী শান্নদুনা ঙাইহাক ৱা-ৱা নোক্লরগা কুইদনা মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লবা হোৎনৈ । ঙা ফাবা মীশিংনা খ্বাইদগী মমল চঙদবা খুৎলাইদি খোইতেক্ থাবনি। খুৎলাই লৈবদা লু- লাং থাবদি মদু লৈনবা হোৎনবদা লুপা লিশিং ৩/৪ চংদবা য়াদে, খোইতেক থাবদি হিবু লৈরবদি লুপা ৩০০ না লাংবা য়াবনি। পাঙ্গলদি ৱানা শুই, শারবা নুংশাদা কোক্তা তুপি অপাকপা অমা উপলগা হিদা অদুম ফমদুনা খোই অমুক থা হি অমুক ইন নোংঙানবদগী নুমিৎ তারমদাই ফাওবা হোৎনবনি। পোত্থাবা হায়ববু খোই থাবা লোইরকপগী ঙাইহাক চাক চাবদুখক্তনি। ইবোহলদি হান্না খোইথাবা চৎনবা শেম শাবসু নত্তে, খুদক্তা মধুগী মপোৎ মচৈদু ফংবদগী হেক্তা চৎনবা হোৎনবনি, ঙরাং নুমিদাংদগী চরা হেল্লকলবনি . অয়ুক্কী চাক্ থোংদুনা পুগদবসু লৈতবনিনা লাংদে, মাগী হায়বদু য়ুমদা ঙসিদি মধু তমেংলোং চৎখি খঙবদগী মধুখোয়দগী তিনদু পুরগা হেক্তা লাকপনি, য়ুমদগী খাও অমা পায়রগা খোই থাবা চৎখিব[illegible] [illegible]াম খোইথাবা লোইরগা কৌশিন্নদুনা চাক চামিন্নবদু মাগীদি য়াওদবনিনা ইকায়দুনা নাথৈদুনা চৎলে। খোই থাবদু মকোক্তগী থাবা হৌবা মফমদুদগী খোই লৌশিনবা হৌই। অয়ুক পুং ৬/৭তগী থাবা হৌবদুনা খোই ২০০/৩০০দু থাবা লোইরকপদা পুং১১/১২ ফাওবা চঙবনিনা অদুগা চাক চারগা খোই লৌশিনবদা অদুম থেংলে। ইবোহল খোই থাবা লোইবগা ময়াম চাক চানবা কৌশিন্নরিঙৈদা মাদি খোই কাইবা হৌগ্রে। খোইতেক থাবদদি লৈরম্বা ঙা খুদিংমক্ থুই হায়বা য়াই । পোরোম, গোজার, মৈতৈ ঙমু, উকাবী, ঙাপাই, ঙাপ্রুম , ঙাক্রো, ঙাচিক অদুম থুরম থুরম্বা ফাবনি। মী অমনা কোজি ২/৩,৪/৫ ফাবসু য়াওই। দাউ য়াবা হায়গদ্রা ইবোহলসু কেজি৩/৪ রোম ওইবা য়াই মদুগী মরক্তা ঙমু মচা অমা থুরম্বনসু পোরোম মচা পুবি অমনা ঙমুদু লাক্লবা হোৎবদা পোরোমদু থুরম্বনসু মাগী

দাও য়াই হায়বা তাই। তান চাদ্রবদি ঙমু মচা পিশক ঙাক্তা থুরম্বা তারগদি কেজি ফাওবা ফাদবা য়াওরিবনি, ঙা খরা চাউবা থুরমলগা খলদা চংপনিনা খল হেক য়াম্বা, নোংম নোংমগী দাউ দাউদা লৈরে। ময়াম্না কানরক্ত্রিঙৈদা ইবোহল খরা ঙন্না ঙাদু পুরগা কারকই। কারকপদা মোন্দা অমদি নুংঙাই, লুপা ২০০/৩০০লোমদি ফংবা য়াইশে । মধুদুনা চৎথ্রিবা অদু নুমিৎ নিনি হুমনিদি চঙগনি, মা হলকত্রিফাওবা ঐসু খোইশিংসি থাবা য়াইনা, ঙরাংদগী চরা হেল্লকইবসি হোরেনদি শোয়দনা চেং ব্রাল্লগনি, ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্ হোরেন্দি চাক থন্না চারগনি, ঙশিসু থোংলগনি, করিগুম্বা মধুনা নুমিৎ৫/৬নি হল্লক্তবদি ঐসু হি মচা অমতং লৈরগা ময়ামগা খোই থাবসি চৎমিন্নবা য়াই । অদু ওইরবদি ইচাশিং মবুক থন্না পীজবা অদুগা লাইরিক তম্বসু থাবা ঙমলনি, দুকান্দগী চেং শোংকে য়াদবদু পৈশাবু লৈরবদি হেরা মখোয়দরা দুকান ফমববু। ঙসিগী ঙা অসি য়োল্লগা চেং কেজি১০ মুক্তি ফংলনিনা, হান্নগী শেনশোংসু খরবু ইনখৎপা য়াইনা, হোরেনদি ইবোচৌ মমাগা তিন য়াম্না তানমিন্নগে ব্রাখলদা মোন্দা নুংঙাইনা কারকই।

য়ুম য়ৌবগা ঙাদু হৈদোক্তুনা খন্দোক খনজিন তৌরগা হোরেনগী চাননবা ঙা খরা থমলগা ললোনবী অমুরৈদা য়োনলুবদা লুপা ৩০০ শিংলে। ইবোহলনা মাগী নুপী মেম্মা য়েংলগা হায়কই,

- ইবোচৌমমা দুকান্দগী চেংসি ব্রানলুরগা নুমিৎ ৩/৪ নিদি চারনি, মধুদুনা তমেংলোংদগী নুমিৎ ৪/৫নিদং হলক্ত্রবদি ঐনা পাৎ থোকতৌরিনি। হয়েংগীদমক তিন তানবা ফৈ।

-হোইদা তিনবুদি ময়াম তানবিগেনে।

- হয়েংদিনে নঙ ঙন্না হৌগৎলগা কোন মচা অমদা চাক থোংদোইবা ।মীনা চৎনরীবা অসি চাক পুনরক্তুনা ময়াম ব্রা-ব্রা নোক্তুনা চানরিবা, ক্বা পুরক্তুনা চানরিবা ঐদি করিমতসু পুদবনিনা ময়াম কৌশিন্নদুনা চাক চানবা মতমদা লোৎনা ঐ ঙসাইনা চারে হায়দুনা নাথৈদুনা লৈরিপোৎনি। ঐগী হায়ববু করিসু পুদে, বিরিগা মৈখেৎ অসিগনা লোইরে।

- হয়েং মখৈদি লোইনা লাংবা ঙমলনিদা।

- মধুনা করিগুম্বা নুমিৎ ৪/৫ হল্লকত্রবদি ঐসু হি মচা অমা লৈরগা হোৎনগে খল্লিবনি।

- অদুবু ওইরবদি ফৈনে।

হোরেনগী চাননবা ঙা খরা থমহৌবদু ননাওগা নাওচাগা অনিনা ঐগীসি ওইনি ঐগীসি ওইনি খোৎচিন্নরি, মদুদা ইবোহল ব্রাবনা থবৎ তত্তুনা লাকলবসু মচা অনিনা হোরেনদি ঙা চারনি মুন্নবদু উবদা অব্রাবা কয়া কাউথোক্তুনা মচা অনিদা খামদোকই। ‘হায় হায় ননাও- নাওচা ঙাদু মুন্ননু ঙাচিক য়াওরীবদু মচি থুদেক্তবনি, ঙাচিক মচিনা য়ুরবদি হু কাবনি, নাম্ব্রপোৎনি। ইবোচৌবা নঙনা কমদৌরী খরা ফত্রিবরনে?’ ব্রাংমগী

ব্রোজেনগী দুকান্দগী চেং ৱান্নবা মেম্মা চৎখি। মেম্মা লাকপা উবদা ব্রোজেন দুকান্দারদু থোঙ হেক লোলনিংলম্মী, মরমদি মেম্মানা পৈশা য়াওদনা চেং শোৎকে হায়রকলনি হায়দুনা, অদুবু ঙসিদি করি নুমিৎনো মখুত্তা লুপা চনি চহুম য়াওরকলে। পৈশাবু য়াওরকলবদি দুকান্দারদু হরাওই। চেং কেজি ১৫ লৌরগা ক্না খরগা বিরি মৈখেৎ লৈরম্মী, দুকান্দারদুনা ঙসিদি মেম্মসি মহাজন ওনল্লেকো হায়না লঙনরকই।

- ইবোচৌ মপাদু ঙসিদি খোই থাবা চৎলুবনি, মমাংগী মধুদু আ তমেংলোংদু চৎখি, অদুনা হয়েংসু চৎকনি, মমান্নবা ময়ামদি আদা চাক চায়। ঐখোয়সু হয়েংদি চাক্ থোংলগা পুহনদোইনি ।

- ফৈ ফৈ। হায়রগা দুকান্দারনা মাগী থুমোক্তা হাপচিল্লি। চেংদু থুমোক অমদা হাপলগা লাকই ।

ইবোহলসু ৱাংমদা লৈরম্বদা উরম্মী, মোই বাবা সি অমুক্তা লানথোকপিয়োশে। ইবোহলসু পরপ পরপ থোংদু লাল্লগা মেম্মাগী মকোক্তগী চেং থুমোক্তু তাপ লৌবগা কোক্তা হাপলগা লাল্লকই। তুরেন মথক্তা শাবা থোংদু ৱাগী উবোক থোংদুনি। ৱা অনি থাবগা ৱানা পাম্বে ওইবনি, তুরেনগী ঈশিংদু ঈঙাং ওইনা মরৈ মরৈ চেনবা তুরেননি, থোং অদু লৈবাই মপান য়ৌরমদাইদা ৱা অমদি পেক তেক্লুনা মখোঙদু শৎ নানথোকখি। মশা তাদনবা তোংবদা মকোক্তগী থুমোক্তু থোক চেপথদুনা চেংদু তুরেন্দা শর শর লোইনা হৈথখ্রে। ইবোহল তুরেন্দা অমুক য়েং থুমোক্তা অমুক য়েং মেম্মানা পবপ চংশিলক্লুনা মোইবাবা নখোংদা শোক্লরা হায়বকই।

- শোক্তে মমা ! তোর্বোৎতুবু লৈরমখিগদ্রা, অঙাংশিংগী উতি থোংননবা ? ০

# চোপলিবদি নঙনিনে

*কারতিক মাইবা*

মণিপুরদা চেন্নরিবা বস অয়াম্বা মমিং থোল্লগা চেন্নৈ। কনানা পানথোইবী, কৌরৌহনবা, ইকোপনিংথৌ, লনচেনবী, তমফা, মণিপুরগী লাইনিংথৌ লারেম্বীগী মমিং থোন্দুনা চেন্নবা কয়া অমা, অদুগা কনা অমনা গৌর ধর্ম্মচৎপা কাংবুগী লাই মমিং থোন্দুনা মহাদেব, সুর্জদেব, লক্ষ্মী, স্বরসতী, কালিমাই থোন্দুনা চেন্নবা কয়া অমা, অনিমক্কী মিং য়াওদনা মচা মশুগী মিং শাগৈগী মিং থোন্দুনা চেন্নবা কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে। অদুগা মণিপুরদা পাঙল, চীংমী কয়াসু লৈবনিনা মখোয়গী অদুম চেন্নৈ। চেন্নরিবা গাড়িশিং অদুগী মনুংদা মাগী মাগী অনীংবগী মখা পোন্না লাই অমা লাক্কুনা নোংমগী ধুপ থাদুনা পুজা তৌনবা য়াওই। লাৎলিবা লাইশিংগী মনুংদা কনা অমনা মহাদেব কনাগুম্বনা গনেস, কনাগুম্বনা লক্ষ্মি লাৎনবসু য়াওই। নোংমগী গাড়ি থৌরমদাইদা দ্রাইভরনা ধুপ থাদুনা পুজা তৌরগা খুরূমজরগা শোয়বী ঙাম্বীদবা পৈশা য়াম্না তানবা মঙ্গোল নিজে। অদুগা দ্রাইভর অদুনা লম্বীদা অসুম চৎপদা করিগুম্বা লাইফম অমতং লৈবদা মপা অদু য়ৌবদা স্টারিংদা মখুৎনা শোকলগা মরাইবক কৎনবা তৌই। কনাগুম্বা পেসেনজরশিংদুসু লাইফম মপা য়ৌবদা মমাঙদা থারিবা শিটকী ঙাথফম অদুদগী মখুৎনা শোকলগা মরাইবক কৎপা অসি তৌনবসু য়াওই। কনাগুম্বনা মরাইবক কৎলগা মপামবোম মরূ অনিমক, থবাক্তা অমুক অরোইবদা মচিন্দা চুপশিনবগী মওং তৌনৈ। অসিগুম্বা অসি মৈতৈ পাঙল অমসুং চীংগী ইচিন ইনাওসিংদি ইতৌ তৌনদে ।

গাড়িশিংদু হেক চোংখৎপদা দ্রাইভরগী মনাক্তা লাই মুর্ত্তি, নত্রগা লাই থেৎলমলবা অদু ওইরবদি মৈতৈশিংগী হায়বা খঙবা ঙমই। অদু নত্রগা করিগুম্বদা উর্দ্দু ময়েক নত্রগা মমাংদা মনিংদা মনুংদা ৭৮৬ থারম্লবা পাঙলগীনি হায়বা খঙবা ঙম্মী। ৭৮৬ অসি মখোয়গী লাইগী মমিংনি হায় মদুগী অশেংবা মরমদি অমদা অমদা পাকহেক হায়দোক্তে। মখোয়গী লাইগী মুর্ত্তি লৈতে, অতৈ কনাবুসু কিরুবা লৈতে অল্লাতনি অসিনা লোইরে। পাঙল দ্রাইভরনা থৌবদা লাইফম তিনফম খুরুমজবা তৌদে। মৈতৈ দ্রাইভর ওইরবদি চুম্না গাড়ি মচা জিপ, ভান মোতোর সাইকল ওইরবসু সুম লাকপদা মী লৈত্রবসু হোরোন মচা অমতং পিরগা লাইবক কৎপা তৌনবনা অয়াম্বনি।

হৰা গাড়ি বস লোইবা অসি হৌজিক্তি লুপা লাখ তরাগী মথক্তা লৈরবা ঙাক্তনি। "কৈগী মপান নাপিনা তাং, নাপিগী মপান কৈনা তাং" হায়বদু অচুম্বনি । গাড়ি বসনা প্রজাগী অৰা অনা পুই, প্রজানা গাড়িগী ভারা পীদুনা অনিমক্কী কান্নবগী কান্নবা ঙাক্তা লৌনরিবনি।

সঙ্গাইয়ুমফমদা লৈবা অব্দুলসতার মাগী অহল লমন্না থমলম্বা লৌ ইখোলদু বঙ্কান খরা থম, খরা য়োনথোক্, মশানা খরা তানজা তৌদুনা বস অমা লৈজবদুনা তেম্থা টু ইম্ফাল লাইন চেনবা হৌরকই। বস ২,৩ চেনবদু নোংমা নোংমগী অহান অকোন নাইদুনা চেন্নে। অহানবগী গাড়িনা নোং ঙানথোকলকপদা তেম্থাদগী থারগা পুং ৬কী মাঙওইননা ইম্ফালদা য়ৌনবা চৎনৈ। মনা মশিং য়োনবী ঙা য়োনবী, অদুগা ইম্ফাল মনুংদা রিক্সো থৌবা, অসিদসু নত্তনা মান থাবা হোনদোক হোনজিনগী মীওইশিংসু অহানবগী গাড়িদা তোংলগা চৎনৈ। মরমদি ইম্ফালদা ঙন্না য়ৌরিবমখৈ খুদোংচাবা ফংনৈ খন্দুনা ঙন্না চৎনৈ।

নোংমদি ঐসু মোইরাংদা ইমৌ নুপীগী ময়ুমদা চৎনবা ঙন্না হৌরগা অহানবা গাড়িদুদা য়াওই। নুমিৎ অদু অব্দুল সতারগী গাড়ি বস "হমসফর"দু তাদুনা য়াওই। গাড়ি ড্রাইভরদু অয়ুপ খাননা হেন্দিমেনগনা থৌরকই তেম্থাগী থোংখোং বস পার্কিংদগী পুং ৪ তাবদগী থাবা হৌই। অহানবদা থোংখোংদগী মী খরা হৈবুং থোংখোংদগী মী খরা, তেম্থা বজারদগী মী খরা তোংলগা থৌরকপদা সঙ্গাই য়ুমফমগী ইচিল ইনাওসিং খরসু তোংখৎনরকই। মনিংগী সিংতা নপুনা মহাজন য়াওরকই। সঙ্গাই য়ুমফম লোইরমদাইদদি হেন্দিমেন লতিফনা ৱাংজিং থৌবাল য়াওব্রা ভারা পীরো হায়না মথং মথং খোমগৎলকই। লতিফপু নুমিৎ খুদিংগী পোৎয়োনবী চৎলিবী ইমা ইবেনশিংনা লকনবী, অদুগা লুনসু তৌবী। মানসু নুতিগী চৎলিবী মীশিংবু মশক মুন্না খঙবনিনা মানসু ফাগী তৌই। ৱাংজিং থৌবালগী ভারা লতিফনা খোমলগা মাগী ফংলকপা পৈশাদু মহাজন অব্দুল সতরদা শিন্নে। অদুদা লুপা ৫,১০ দি অদুম মাগীসু য়েপশিল্লি, অদুদগী হেন্দিমেনদুদি মী, পোৎ অমুক থাংদোক অমগী অমুক থাংজিন, মথক্তা অমুক কা, তৌদুনা য়াম্না মথৌ চিনজবনি। থৌবাল হেন্দোরকপদগী মহাজন অসিনা তোংলিবা মীশিংদুগী ভারা লৌবা হৌরকই। মতমদু তেম্থাদগী ইম্ফাল ফাওবা ভারা লুপা ১৫, সঙ্গাইয়ুমফমদগী ১৩, ৱাংজিংদগী ১২ অসুম্না লৌদুনা অব্দুল সতারনা ভারা খোমগৎলকই। মথং মথং ভারা খোমলকপদা ঐগী নাক্তা জমারদিনসু লেপ্তুনা লৈ। জমারদিন্না মহাজনদা লুপা ১০ পী।

'য়ারোই খরা ৱাৎলি।'

'তু লৌরো য়াওদ্রে।'

'য়াদে হায়বা লুপা ২ ৱাৎলি।'

'তু ঙসিগীদি তুম ওইরে ...।'

'করি সিবু ঈশিংনা চেনব্রা, পৈশা য়াওদনা গাড়ি তোংবা য়াব্রা।' মহাজন্না শাউনা হায়রকই।

'ঐহাকসু খঙই, থাওনা চেনবনি, গাড়ি তোংলবদি ভারা পীগনি, পীদবদি নত্তেদনা পীরিদনা, খরা ৱাংলে, ঙসিগীদি তুম ওইরো হায়রেদনা।' য়াম্না তপ্না খুমলকই। গাড়ি মহাজনদু শাউগৎলকই।

'খঙলে জমারদিন নঙসে ওন্থোক্লা চোপগ্রবা মীনি নুমিৎকী খরা ব্রাৎলে খরা ব্রাৎলে, নোংমতা শুনা পীদবা লৈরিবা ময়ামসে কনাসু করিসু হায়নদে মাগী মাগী পীফম থোকপা অদুনা পীনরীবা ঙাক্তনি, তূননি পাঙন পাঙন হায়নরিবসে, নখোয়গুম্বা খরা অসি য়াওবননি।'

জমারদিন ঙসাই তপ্না তপ্না ঙাংলম্বদু মমিৎ মনা য়ুংখৎলক্তুনা মহাজনদুদা অমুক ওনশিলকই।

'চোপলিবদি নঙনিনে, ঐয়াকঙোন্দা চোপী হায়য়ে, এ! চোপলিবদি নঙনিনে।'

'ঐহাক্তি করম চোপলিবা?'

'ঐহাকখোয়সে নুমিৎকী চৎলবনি, নোংমগী লুপা ১০/২০, ১০/২০ নখোয়দা পীরিবনি, লৈত- লায়রগী নোংমগী শুরগা য়ুমগী খরসা তাল্লিবা, নখোয়গীসু ভারা পীবীরিবা, ঐয়াকখোয়গুম্বা অসিনা তোংদ্রবদি নখোয়গী গাড়িগী পৈশা কনানা শিংগৎপিগনি? অদুক চাউবা লুপা লাক্ষ ১০ পীবা গাড়ি লৈরগা নোংমদা লিশিং লিশিং পুশিল্লকইদু, য়ুমদা নুংঙাইনা পোথাদুনা লৈরগা তুম লাকচগদবদু নঙনা হেন্দিমেন শাদুনা গাড়িগী মনীংগী সিৎতা নপ্লগা ভারা খোমলিবা নঙবু, মীচোপতি নংনিনে নঙ। নঙ চোপমল্লি।'

অব্দুল সতর মমাই ঙাঙশঙ ঙাঙলকই, ঐহাকসু ঙসাইমখৈ অনিগী ঙাঙনবদু তাবদা খৎনরকলদ্রা খল্লুবনি, অমনা পীনীংদবনি, অমনা লৌনীংবনি, গাড়ি মনুংগী মীশিংদু অহানবদদি য়াম্না লাঙলম্বদু অনিদুনা ঙাঙনবদু তাবদা তুমিন মখোয় অনিদা মীৎ কুপতবমখৈ, য়া কাথোক্লদুনা য়েংনৈ। অব্দুল সতাব জমারদিনদ ওনসিন্দুনা পৈশা য়াওদ্রগা য়াওদে হায়য়ু লুপা ১০/২০ দুদি করিসু লৈবা নত্তে, হায়রমলগা মমাংগী মীশিংদা ভারা অমুক খোমখি। জমারদিনসু মথনতা মুরূম মুরূম শোল্লি।

'মহাজনশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চোপ্পা মীনি। ঐখোয় ময়ামগী মতেংনা মা ইনাকখুনবা ঙমজবনি, লায়রবা ময়াম্না শৌগৎপিরীবনি', মথং মথং ঙাংথরকই।

ঐগী ইনাক্তা লেপলিবা জমারদিনবু ঐনা মরেংবান্দা পোপ পোপ ফুবদুনা 'ভাই তোকলো তোকলো। মাসু অসিগুম্না কন্না চেকসিন্দ্রবদি কদাইদগী গাড়ি লৈবা ঙমগদগেদো' হায়না ব্রা ঙাঙবা লেপহল্লে।

মথং নুমিৎতগী অব্দুল সতার ভারা খোম্বা লেপখ্রমালে। মথংগী অয়ুক অঙনবদা মাগী গাড়িদা অতোপ্পা থবক অমা চৎকে হায়না তোংবদা মহাক ভারা খোমলমদ্রে। ০

# লম্মাঙ্নবা



*এন বীরেন (১৯৪৮), হৌজিক ফাওবদা শৈরেংগী লাইরিক ৫, রারী মচাগী ২ ফোঙথ্রে। মহাক্কী রেডিও ড্রামা ৫ শন্দোকখ্রে। ষ্টেজগী ড্রামা অনি শান্নখ্রে। রেডিও ড্রামা ১ সুং ষ্টেজ ড্রামা অনিমক্কী এক্টরনি। হায় স্কুলগী ওজা অমা ওইনা ষ্টেট টিচর এৱার্দ, বোল্ট এৱার্দ, লাইওন এৱার্দ ফংলে। হৌজিক্কা লমদিং গোভর্নমেন্ট হায় স্কুলগী হেদ মাষ্টর ওইরি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ থৌবাল দিষ্ট্রিক ব্রাঞ্চকী হান্নগী সেক্রেটরি জেনেরেল ওইরম্মী। সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিংগী ফাউণ্ডর সেক্রেটরিনি।*

*"লম্মাঙ্নববু কনানা পামগদগে? অদুবু লম্মাঙ্নবা শারগা পম্বুং ফংগে নিঙবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী লৈরম্লোই খল্লুবসু য়াদো"*

* * * * * * * *

রাশিগা ইবোচৌগা মশা মশা য়ানরগা লৌন-লৈনখিবা নত্তে। ইবোচৌবা মরম ওকই লাইরিক ফৈ, লমচৎ ফজে হায়দুনা রাশিবু অহলশিংনা থাজরকখিবনি। ইবোচৌবনা চহি খরা লিবদুদা অহানবদদি রাশি য়ারমদে, মমৈদা অহলশিংনা হায়মন-থেম্মনবদগী য়ারকখিবনি। মশক মতৌ ফিভম-মুর্ত্তি, মগুন-মরাশি অমত্তা হেক ৱাত্তে। মহাক্না শেৎলক-চারকপা খুদিংমক পত্তবা অমত্তা লৈতে। থবক্কা ইডুকেসন ওফিসতা কেরানী ওইরি। ডাইরেক্তরনা লুনা-চান্না তৌবা কেরানীশিংগী মনুংদা রাশিগী মিং পন্নে। মহাক্না হায়রবদি ডাইরেক্তরনা য়াদবা ইরে লৈতে। নোংমগী ওফিসতা থুম্বা লু-লাংদগী লুপা খরদি লেপ্তুনা ফংই। মাগী নুপা ইবোচৌবদি এল পি স্কুলগী ওজানি। ফিজেৎ চাকচা লমচৎ-শাজৎ ওহোক্না চমজখ্রবা মীনি। শক-চুদসু থোইরবা লল্-থুম পুশিল্লকপদসু হেল্লবনিনা রাশিনা ইমুংগী মকোক ওইনা থবক থৌরম পাঙথোকই। অঙাংদি নুপা অনি নুপি অনি, পাখং লৈশাবী ফারে।

কেবগা রাশিগা ওফিস অমত্তনি। কেবগী ফমদি কেরানি অচৌবনি। মহাক্না কে-মৌবা পাম্বসিদি 'কেবা' কৌবমক য়াবজাৎনি। নুমিৎ খুদিংগী কোই কক্‌ই, হাপ্তা খুদিংগী শম কক্‌ই, খুজিল কক্‌ই, চয়োল খুদিংগী মফি শুই। ইস্ত্রি মরম তাদবা ফি-রোল শেৎ-চাদে। গাড়িসু চক্কা অনি পানবা, চকা মরি পানবা মখল মখলগী তোংই। কেবগা রাশিগা অনি পুন্না থবক তৌবসিনা ওফিসকী ফজবা চীংলেম্বা হেনগৎপগুম তৌই। মখোয় অনি লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবনি, ওফিস কাবদা কুমবদা গাড়ি অমত্তদা চংমিন্নবা য়াওই। লৈকাইগী ৱারেমগুবশিংনা ঙাংনৈ-কেবগা রাশিগা, ইবোচৌগা নুংশিগা (কেবগী নুপি) ওহোক্লরগা লম্বা পান্নহল্লবদি

য়াম্না চুশিন্নগনি। মতম লেনবা দিল লেনবদা খ্বাইদগী নুংঙাইবসি ব্বারেম ঙাংনবনি ; নুংঙাইবা লিলা য়েংবগুম নুংঙাইবা জাৎনি। অদুবু ব্বারেম ঙাংনফম মীশক অদুমক্তি কনানসু ওইনীংদে।

কেবনা নুংশি লৌখিবগী নুংঙাইরবা ব্বারী লৈ। নৈকায়গী পাখঙ লৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকপনি। নুংশিনা কেববু পামজৈ নুংশিজৈ। কেবনদি থোইনা খল্লুবা লৈতে। নুংশিগা লম্নীদা থেংনবা খুদিং কেবনা ফাগী ওইনা হেক- হেক কৌই 'নুংশিবী নুংশি'। মিংগৌ অসিনা বাশিগী মফমদদি অচাকপা মৈদা ইকং হুজিনব গুম থোকখি। কেবনা চিঠি পিরক্কদ্রা খন্দুনা মতম ফনা কুইনা ঙাইরকখি। পিমল্লক্কলদুনা নুংশিনা কলম খুৎপায় চেৎনা পায় পুক্লিংগী অনিঙবা পুস্বা ফোংদোক্লদুনা থারক্লে কেবগী মফমদা নুংশি- চিঠি। লৈশাবীনা পাখঙগী মফমদা হান্না চিঠি থাবা হায়বসি চৎনদবনিনা কেব হায়কেৎ ঙকচানখি। মহাক্না নুংশিদা 'নুংশিবী' হায়না করিনুংগী ফাগী তৌরুবনো খল্লকই। 'ফাগীদগী অমাংবা য়াওই' হায়নবদু তাদনা তোক্লরনি।

নোংমা কেবনা নুংশিগী ময়মদা রা চমথোক্লরুগে খন্দুনা চৎলি। কেবনা ইথা থাজদনা লাকপদা নুংশিনা কযাগী মতিক হবা ওজবা ! কেবনা হায়রকই -

"নুংশি নঙবু ঐনা ইচলমক্লি খল্লি, নঙনসু ঐবু নবুংমক্লি খল্লু। মসি নত্তবা অতৈ ব্বাখল অমত্তা খন্নগুমসি।"

খল্লম্বদুগী ওন্ন- তৈননা হায়বকপদা নুংশিনা নিঙবা কায়খিদুনা মমিত্তগী মপি তানা কপ্লুনা থম্মোয়গী মৈচাক খাঙবদু উবদা কেবগী থম্মোয়সু মহী চেনখি। পোকপদগী নুংশিজাও ওইনা হৌরক্লবা কেবগী থম্মোয়দা কপচেৎপী নুংশিগী মফম অমত্তং কঞ্জবা অকবা ওইখিদে। নুংশিনা মহাকপু থম্মোয় শেংনা অখাকপা লৈতনা নুংশিবা উৎলকপদা মীনুংশি ফাওরকখিঃ খঙহৌদনা মীনুংশি অদুনা নুংশিবা ওনখি। ফাগী ফাগীদগী কেবনা নুংশি লৌখি। মচা নুপা অমা, নুপি অমা, ইনাকখুননা চানোক্লি।

কেবা মতমসিগী চপচানা মীনি। অহুম-অথৌ মন্ত্রি- ওফিসারশিংনা মাবু য়াম্না চাল্লি। মঙোন্দা ব্বানোম্বা চংবা ১০০ গী মনুংদা ৯৯দি শোয়দে। অমা অনি শোয়রবসু পৈশা শৎ হেক্তা হন্দোকখি, মখং অমুক হোৎনরসি হায় , মবুক নাহন্দে। লৈকাইদুদা কেবগুম্বা মী অতাঙবনি, মগুন দলাল শাগৎলকই, চহি হেক খুদিংগী মথোল হাপকৎলি, লৌ- শীঙ লেপশিনবা তোক্তে। নোং হেক ঙানব্রদগী মাগীদা চঙলকইনা মীয়ামসিনা মন্ত্রিগী য়ুমদু ঙাই! ব্বাৎলিববু য়ুনিফোর্ম শেৎপা নোংমৈ পায়বা খবদা ঙাইরে।

ওফিসকীদি তলব চাং নাইদবা লৈতে। তলব ফংদে হায়বগীসু থোইনা ব্বাদে। নোংমগী খর খর অদুম লেপ্তনা ফংননিনা ঙাচেৎ- থুমচেৎকিদি ব্বানিংঙাই লৈতে। মরৈ য়েৎকনবা পৈশা থাদরমদবা মীগী ফাইলদি লোৎশিল্লি, নুমিৎ কয়া থা কয়া ননশিনদুনা থম্মী। শেঞ্জাবনা খুল্লিংবা মফমদা অচুম্বা মী দযা তাহল্লি, কোক- তোন চপ মান্ননা চত্থরিবা হূরানবগী থবক্লিনা কনাদা ব্বাকৎলুনি ? অমোৎ- অকায় ময়াম্না হাজিন্দুনা লৈরবা মফমশিং

অসি শেংদোকপা অরায়বা নত্তে। মথৌনা লৈবা মশা কখোকপা ঙমবা নহারোলশিংনা অশি- অচঙগী লাঞ্জঙ অমা নত্তনদি পাক হেক ঙল্লরোই। অরানবা পাম্বৈনা নুংঙাই- য়াইফবা তান্নবগী ৱাখল্লোল অসি থাদোক্করক্কুনা করম্না মতমদনো অচুম্বনা মায় পাক্লা লমজাও সরক্তা মায়থোঙ মকা লাম্না চৎপা ফংলগদৌবা?

কেবদু এনজিও অমসু তৌরে। মচানুপাদু এমঃ এঃ লোইরগা সরকারগী থবক তৌনিংদে, তলব ঙাইদুনা মতম লেন্দৌ শরুক মীরৈবাক্তগী নত্রগা ইরৈবাক্তগী পৈশা দমা- দমাদা লৌথরগা মীয়ামগী থবকসু তৌবা, শেন্দালসু নুংঙাইবা এনজিও ওইনা তৌরগে হায়দুনা মদোমদা মায় ওনশিনখ্রে। মচাগী মিংদা তৌই হায়বগী ৱানি, থবক খুদিংমক কেবনা তৌবা ঙাক্তনি। পৃথিবীগী ইনাকখুল্লবা লৈবাকশিংগী কোটিপটিশিংনা পুন্সিল- পুন্সিল্লগা শেম্না সংস্থানশিংনা লাইরবা লৈবাকশিংদা শেল থাদরকই শোখরিবা হিরম খুদিংমক মেনখৎনবা। এনজিও তৌবা অরায়বা নত্তে। মন্ত্রি এমঃএলঃএঃ ওফিসার- কেরানি কয়াগী মতেং চঙবনিনা মখোয়দা নপুবা- খন্দবা য়াদে। শেলগী থবক ঙাক্তনি। লাক্ষ থাদরগা কোটি ফংগদৌরিবনি. পৈশানা পৈশা তানবনি। হায়বদা লায়বনি, থবক ওইনা তৌবদি লুরিবনি। অদুনা কান্নে খঙলবসু থবকসিদা খোঙ থাংজিনবা পাক ঙম্মদ্রিবনি। রাশিদু কেবগী এনজিওগী থবক্তা অশং- অশংবা তাঞ্জাদা য়াওশিল্লকপগী থবক্রিনা য়ুমদসু থোইনা য়াদবা লৈতে। পোৎ খুদিংমক্কী মহাও লৈ। পৈশাখক্তনা পুম্নমক্কী পাউখুম পিগনি খনবা মীশিংনা কান্নবা নুংঙাইবা লায়না ফংবা ঙম্মী। মশাগী মথৌ নিংথিনা শুদুনা, খুৎশুমন অদুনা ইমুং থাক্তনা ঈংনা পানবসু ঙম্বী। নুংঙাইবগী হৌরকফম অমদি তুংনফম অনিমক পুক্রিংনি। পৈশা ফনা পায়দুনসু পুক্রিংনুবু নুংঙাইত্রবদা করি উপাই লৈ? অদুগা হিংবদা পৈশা চংননিনা পুক্রিং নুংঙাইহনবদা পৈশা চঙই। ওজা অমা ওইনা য়াম্না চম্না ঈংনা লৈজরম্না ইবোচৌবা মচাশিং শেম্মনবা হোৎনবদা অৱাকোকথোংনরকই। মচাশিংগী দাবী পিবা ঙম্নবা শেল হেন্না তান্দবা য়ারক্তে। পেম্খোকপা হায়বা অদুদি পাখঙ লৈশাবীশিংগীদি অপাম্বা নত্তে।

এনজিও চলাইবগী মপুং ফাবা জ্ঞান তানশিল্লবা তুংদা রাশিনা কেবগী মতেং লৌরগা মাদগী ওইবা তোঙানবা অমা লিংনবা হোৎনরে। রেজিষ্টার তৌরে, শেলনা মেন্নরগা অরিবা সংস্থান অমা ওইহল্লে। পৈশানা ঙমদবা থবক অমত্তা লৈখিদ্রে। অশিবা মী হিংগৎহনবা ঙমদ্রবসু, শিগদৌরবা অনাবদু মতম য়ৈথোক্তনা শিহন্দনা থম্না ঙমলে পৈশানা। লুপা ক্রোড় অমা মখায়রোম তাবা প্রোজেক্ত রিপোর্ট শেম্না লোইরদুনা ষ্টেট সরকারগী মরী লৈনবা বিভাগকী অয়াবা লৌবে। হৌজিক অমুক কেন্দ্র সরকারগী সেক্রেটরীগী অয়াবা লৌনবা দিল্লিদা চৎপগী তঙাইফদবা লাক্লে। জর্মনিগী ফণ্ডিং এজেন্সি অমদগী লৌগদবা শেনফম্নি।

দিল্লিদা কনা- কনা চৎমিন্নগদগে হায়না ৱাতানৈ। ইবোচৌবদু লমকোয়বা

জমুনা গ্যান লৈবী, অখাং কনবী চৎন লোনচৎ খঙবী নোল্লুকপী, হৈশিংবী, হায়বা ইনবী, ব্রাত্তা পাদবী ইমুংগী মী ওইনা হৌরকপী ওইবনা নোংমতসু বিরেনখোয়গী ইমুংদা মৌ ওইনা লৈবদসু লৈমিন্নরিবা ইমুং মনুংগা অমকপা ব্রাহে খোনফম ঙাংবা চৈবা, মওং মরিল তাদবা থবক থৌরম অমতসু তৌখিদে। মরম অদুনা মী পুন্নমক্না জমুনাবু ইবেম্ম হায়বা নত্তনা অতৈ কৌদে হায়বা য়াই। অদুবু অব্রাবদি মহাক্কী মপুরোইবা বিরেনদি মাগী মতিক মগুন য়েংলুরবদি য়েংবদা মপাম্লোংদা মশক ফজবা মনুংদা তুমিৎঙাক্তা ঙাইবা হৈবোং অমুনবগুম্বনি। পুম্সিগী থাক লেপকদৌরীবা পুক্নিং থম্মোয়গী গুন্দি নোংদম্বনা লিক্লা হাপ্পিরম্লা খঙদে। থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা ফিদম ফোংদোকখিদ্রি। তশেংনা মমিত্তা মচা উরবা ফাওবদা মথৌনা মরিংজেন্না থবক শুবা চৎপদা পুক্নিং চংদ্রি। অহোয়ননা তিন্নবা শঙ্গনা মরম ওইরগা য়ু থকপা মরক মরক্তা উরকলে।

জমুনা - মোই বাবা!

বিরেন- করিনো?

জমুনা- মরক মরক্তা য়ু থক্লগা লাকপা থেংনৈ, য়ারবদি থাদোকপিয়ুবা, হৌজিক খর খর থকলম্বদগী অসুম অসুম হেনজিল্লক্লবদি য়ুদা লায়চুরবদি ঐখোয়বু করম তৌনি।

বিরেন জমুনাগী ফজরবা ব্রাফমদু তানা তানা করিসু খল্লুবা তৌদে। নোংমগী মমান্নবা থেংন থেংনবা পুন্দুনা তোয়না তোয়না থকপা হৌরক্লে। নুমিৎ খুদিংগী য়ু থক্তবদি লৈবা ঙমদবগী থাক য়ৌরে। অয়ুক নুমিদাং খায়রক্লে। মওং মতৌ ফিভম চাদবা কয়া জমুনা মশামক্লা থেংনরে। লৈকায় মীয়াম মচিন মনাওসিংনা ব্রারক ব্রাতেম তৌরসু নুংদা ইশিং চাইবগুম থোকপ্রে, মহাক য়ুদা লাইচুবা ওইখ্রে। নোংমসু বীরেনগী মপানা হায়খি "ময়েক্কীদি ঐনা হান্ন শিফম থোকপনি ঐগী শোরাৎ বিরেন্না শোনগদবনি, মরূপ চেংথাং মানা ফংদুনা চাহৌগদবনি অদুবু বিরেনগী শোরাৎ ঐনা শোনবা তারে," মতমসি বিরেনগী মচা নুপা অনী নুপী অমা অঙাং অহুম ফংজরবনি, জমুনা মচাগী ব্রাখলদা নুংঙাইজগদবদুগী মহুত্তা অব্রাবা মৈশা লাংজে। মপুরোইবগী ফিদম য়াওদবা পান্দম লৈতবা পুক্নী মরেল খঙলকলবদা, মচাগী কুমহৈদা নুংঙাইবা ঙমজদরে।

বিরেন নোংমা নোংমগী মশা ফৎচিলক্তবা, লোকখুবা, শ্বর ফুনবা, মঙক চেংশিল্লকপা, মমায় থোনথরকপা উরে। অদুফাওবদা য়ু থকপদি লেপ্পা লৈতে। মশাদা অনাবা লৈবদগী দাক্তরদা পুখক্তুনা য়েংবদসু দাক্তরনা য়ু থক্কনু হায়না পাউতাক পীরকপনি। নোংমা নিনি হিদাক চারিঙৈ হিদাক থকপা তোকলগসু খর ফরকপদা লোন্না চৎলগা য়ু হেক্ত থকচিল্লি। মাগী লাইয়েংবদা শেল ফনা য়াম্না তিংলবনি চহি ২/৩ হেলকল্লে, অনাবসু ফব কৌবা লৈত্রে, য়ু থকপসু লোন্না হূরান হূরান থক্তুনা লেপ্পা ঙমদ্রে। মহৌশাদি য়ু য়াম্না থকলবসু হকচাংদা অকনবা চৈনা ফংলমদে অদুবু অনাবনা মপুং ফারকলবা মতমদদি য়ু খজিত্তং থকলুবদা অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিনবগুম খংহেন হেল্লকলে। মসি পুমম্লক মপুরোইববু ঙাক শেল্লিবী জমুনা খঙই। করিদি উপাই লৈরি, লৈজরম্বা শেল থুম লোইশিল্লক্লে মপুরোইববু

অমুক্তং ফহন্দুনা লমচৎ চুমথোকপা ঙম্লনবা হোৎনবদি লেপ্তে। অমরোমদা মচাশিং চাউশিল্লকপগা মহে মশিং তমহন্দনা মমান্নবা মরক্তা তিনজনবা লৈকায়গী থবক থৌরম য়াওনবা য়ুমগী চান থকনবা মপুরোইবগী হিদাক লাংথক লৈনবা হোৎনবদি লেপ্তে। খুদিংমক অসি চহি তনৌ তনৌরিবী জমুনাগী মথক্তা পুম্লমক ননশিলকই। অদুফাওবা জমুনা হনবা লৈতনা হোৎনদুনা নোংমদি নুংঙাইরাখিনি হায়বগী আশাদা লৈজরম্লীনি। লৈশারিঙৈ মতমদা চানিংবা চা শেৎনিংবা শেত্তুনা নিংখা তম্লা লৈজরম্বা নুংঙাইরম্বা অদুগা ঙসিগী ওইরিবা অসিগা খেৎনরেদা। জমুনাগী মমানা হায়:- " ইবেম্মা নঙগী নুপাদো শেন্নবদা ইচাদি ভিক্ষ্যা নিবী ওইবা তারে। শিগে শিজরসনু পুবা থাংবা ঙমদ্রেদা" অসুম্না মচিন্দা হায়জরবফাও মপুক নিংদদি মচা জমুনা লুখ্রা ওইহৌনি মিপাইজবা থম্মোয়দা খন্দবদি নত্তে। য়ুমগী ভার পুবদা লৈজরম্বা মরন্নাই সম্পতি লোইশিলক্তুনা উপাই লৈতদুনা মীগী খুলং শুবা য়াওরে। জমুনা লাইরবী হায়বদু ওইরে। শেলগী দরকারদি নোংমা নোংমগী হেনজিল্লকলে। ফিভম অদু য়ৌরফাওবদা জমুনাগী থৌনাদি হনবা লৈত্রি, নোংমদি মমান মমান্নবগী থাক অদু য়ৌনা পানবা ঙমখিনি হায়বা আশা মাঙদ্রি। মপুরোইবগী খোং পায়রগা হায়জখি।" মোইবাবা দাক্তরনসু য়ু থকপা লেপত্ররবদি অনাবা ফররোই হায়রকই। মোই বাবা য়ু অসিমতদি থকপিরনু। য়ুবু থক্তবদি অহাওবসু পীজগে. ফজবসু শেৎহনগে, থবকসু শুবীনু, নুংঙাইনা লৈবীয়ু পুম্লমক ঙম্লবা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা হোৎনজগে" অসিগুম্বা থম্মোই শোকলবা আপিল অসি লায়য়েং হৌরকপদগী হায়জদুনা লাকখিবনি। অদুবু উপাই লৈতে, কল্লবা নুংগুম্বা থম্মোইদা ঈশিং চাইবনি । হায়জবা, কপচবা,খুরুম্বা হোৎনজবা পুম্বা শামু মনিংদা পেনা খোংবগুম্বনি। বিরেন জমুনা অনিগী পুন্সি অঙনবা শরুক্তা জমুনাগী মফমদা ঙাংখিবা পুম্নামক অরেম্বা তাখ্রে তাৎ ঙাক্তা ওইরমলে অচুম্বা চৎপা ঙমদবা চিনবান্দা খোইহি তৈবা হৌদোং লম্বোইবনা শাধু শাবা ওইরমলে, হৌজিক্তা জমুনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিনগুমলে। বীরেনদি ভিক্ষা নিরগা লেনজগদবা ওইরমলে। অসিগুম্বা পুন্সি মরেনসি মঙদা ফাওবা মঙলমদবনি। অদুবু জমুনা হনবা লৈতনা মপুরোইবতদি অমুক্তং কনজরমগে হায়দুনা পুন্সিগী শিন্থাদি শুগদবনি হোৎনগদবনি হায়না হোৎনরি।

জমুনা মাগী মতৌ অসিদা লৈকায়গী মীওইনা ধারীনরিবনি মাগী ফিদম লৌ হায়না অদুবু ঙসিদি উপাই লৈত্রে। খোঙ নামা তেকলবা মীনা লমজেল থোইরগা মেদল লৌনিংবগুম থোকখ্রে। জমুনা নীংবা কায়রে। মপুরোইবা বীরেনগী পুন্সি খোঙলোই ওইরুবা অসিনা পুন্সি লাইমন ওইয়ু তমখ্রবোই। জমুনা অশানা কায়খ্রবদা চিন্তাগী পোৎলুম পুবনা নহা ওইরিঙৈগী ফজরম্বা শক্তম ফজবা লৈতেং লোইনা মাঙশিলকলে। মপামদা হনসি কদায়, য়ুমদা লৈরৈ লৈতাদে মপুরোইবগী অনাবগী হিদাক লৈনবা অমসুং মচাশিংগী শেৎন চানবা মহে মশিং তম্বা খুদিংমক খুলং শুরগা মদুগী ফংলকপা খুৎশুমন্দুনা কোন্নদদুনা মীঙোন্দগী অমদি মরি মতাদগী লৌ- লৌদুনা অন্নাৎপা কয়া মেনখ্রে। খুলং শুবসু নুমিৎ খুদিংগী শুফম লৈতবনা করিনো তৌফম খঙদ্রে,মীঙোন্দগী নিদুনা লৌগদবসু ইকায়বনা হায়ফম তৌফম খঙলক্তে। জমুনা আশা য়াওদ্রবা মরু মরা ফুকলবা পাম্বীগুম সংসারসিদা হিংদুনা লৈনিংদ্রে, অসুম্না নুংঙাইবা

ফংদনা পুন্সি চুপ্পা হিংদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা হেন্না ফৈ খনপ্রে। তশেংনা জমুনা শিবরোমদা মায় ওলশিলকলে।জমুনা ব্রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লে। মপুরোইবগী মখোঙ কোন্দুনা মিংকী পিরাংগা লোয়ননা যুতদি থকপিগনু, থবকসু শুবীগনু অহাওবসু পীজগে, মন্দিরগী ঈশ্বোরগুম ইনাৎ পুজা তৌজগে মদুগীদমক থব্রাই খুবাক্তা হাপ্তুনা ঙব্বা মখৈ অয়ুক নুংথিল হোৎনজগে হায়দুনা চহি ২/৩ লায়েংদুনা লাকচবনি। অদুবু বীরেনগী ব্রাখলদা হোংঙু ময়াদ্রবসিদদি মথং মথং মণ্ডল মণ্ডল খলকখি। জমুনা শোয়দনা নৌনা লুখ্রা ওইহৌরগনি, নীংবা কায়হৌরনি নুপীগী মপুরোইবগী মাং থাদুনা শিজরবদি শ্বর্গ ফংই ইপুরোইবগী মাঙ থাদুনা শিখ্রগে চপ য়ুংনা নিংখ্রে। মচাশিংনা মমা মপা লৈত্রবা তুংদা লৈহৌগদবগী খল্লুবদা তুচুংবা পোক্তবা নত্তে। মচাশিংবু লোননা লোননা য়েংজরগা মিৎকি পিরাং শিন্থজরি। অমুকসু খল্লি, পুন্সি অসি শিগদবনি, ইপুরোইবা ওইনা হায়জবদা য়াবিদ্রবা, পুন্সিসে অসুম্না চাকনি ফিনিগুম, ইমা,ইপা ইয়াম্বা ইচিন ইনাও অমদি মরুপ মপাং লৈকাই খুঙ্গং ময়ামগী মমাঙদা হিংগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা হেন্না ফৈ খনবদগী জমুনা মপুরোইবগী মাঙ থানা শিখ্রগে হায়বা থম্মোয়নুংদা লেপখ্রে। মপামদসু কুইরে চংখিদবা থা ১/২ ফারবনে। মপামগী মবুং মৌপব্রাশিং অমদি মচিন মনাওসিংনা করিনো লাকউ অরৈ লৈতা খাইনরগা চামিন্নসি হায়না জমুনাগী ময়ুমদা ফাওবা লাক্লগা হায়জরবনি। অদুবু হন্দকতি চংখিদ্রে। মমাংদদি জমুনাগী লমচৎ ব্রাহে খোনফম ফিদম পুম্নমক উরগা মহাকপু নুংশিদবা য়াওদে। মপুরোইবগী লিচৎ নুংশিদ্রবসু মরাল লৈতবী ব্রাখল গ্যান লৈবী ফিদম পুম্নমক্ল লৈতেংলবী জমুনাবুদি লৈকায়না লুনা চান্না তৌবিরম্মী। মানা হায়রু নিরুবা খুদিং ফংদবা লৈতে। মদুমক্লা মপুরোইবা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙম্লিবনি। হিংবগী আশা থমদ্রবী জমুনানা য়েংলু য়েংলু উরুবা পোৎ খুদিংমক থম্মোয় শোকনা নুংশিরে। মচাশিংবু মিৎ পেন্না য়েংজরগা মিৎলু পিরাং শিন্থরী, মপুরোইবগী মখোঙদা লাইবক কৎচরগা হু লিকলি অমা পায়রগা তুমিন্না থোকখ্রে। শিরমদাইগী মতমদা চংখিগদবা অমসুং লৈহৌগদবা অনিগী পরিক্ষ্যা চপ চানা তৌরি। মপুরোইবা বীরেননা নুপা থোক্তবা অফবা গুন চেন্দবা, পুক্লিং ব্রারকপা ঙমদবা, মশানা মশাবু লাং থাকচবা, ইকাইব খঙদবা, বিরেন নহা ওইনা শিখ্রবদি,জমুনা লুখ্রা ওইহৌবা অদুগা অঙাং ২/৩গা লৈকাই খুঙ্গং মাঙদা লুখ্রাবী ওইনা লৈববুদি, ইপুরোইবগী মাঙ থাদুনা চংখিবনা হেন্ন ফৈ। ঐনা চংখ্রবা তুংদা ইপুরোইবনা নীংবা কায়দুনা হিদাক (য়ু) থকপা তোকলবদি মদুনা অফবা ওইহৌরসনু। ঐহাক ইপুরোইবগী মাং থাদুনা চংখিবনা হেন্না ফৈ হায়বা ব্রাখননা য়েরক্তুনা মীৎলুদা পিরাং ইহৌনা মখুংনা পায়রীবা হুদু থক্তুনা সংসারদগী বিদাই লৌখ্রে।

*　*　*　*　*

ময়াম পংলাং লাংলবসু শিরবদি পোৎলোইদবা য়াদবনিনা বীরেনবু শাওনিং শাওনিং পেন্দা পেন্দনা জমুনাগী হকচাং পোৎলোই।

ঙাংনবদি লেপ্তে বিরেন্না থোকহনবনি, য়ুম পানজগে হায়বা নুপীনি ওম্থোক্লা পামুখ্রেদা...। ০

# খুঙ্গংগী ঐখোয়না ঐখোয়গুম্বা



*ফুরাইলাংপম রেবতি শর্ম্মা, শক ১৯৫৫ গী ওক্টোবর ১৭ নিংথৌকাবা নুমিত্তা থৌবাল অৱাং লৈকায়দা পোকই। কৃষদাস শর্ম্মা অমসুং নিংঙোল্লেমা অপোকপা অপোকপীগী মিংনি। আর্টস গ্রেজুয়েটনি। পি: দব্লিউ: ডি: দা ড্রাউস্টমেন ওইরম্মী। দলিট সাহিত্য একাদামিগী ফেলোসিপ ২০০৪ দা ফংখ্রে। লাইরিক ৭ ৱারী মচাগী লাইরিক অহুম, নোভেল অনি, দিতেক্টটিভ ষ্টোরি অনি ফোঙলে। ওল ইন্দীয়া রেডিওগী প্লেরাইট অমসুনি। মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ, ইম্ফাল; কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল; ওল মনিপুর মেদিয়া রাইটরস এসোসিয়েসন্নচিংবগী মেম্বর ওইরি।*

পব্লীক ৱার্ক্স দির্পামেন্টতা ড্রাউফ্‌স্‌মেন ওইবী থোইদোক্লা শকহেনবী লৈশাবী ঙানথোইদু গাড়িমচা তোংদুনা পুং১০.৩০ দগী পি দব্লিউ দি ওফিসকি খোয়াথোংগী হেড ওফিস্তা নুংতিগী চাং নাইনা কারি। মোরেগী এ:ই, এস:ও পুম্নমক্তু কমপ্যুটরগী কা অদুদা ফম্নদুনা অয়াম্বা মতমদা থবক শুই। মোরেদা পুরিবা শকহেনবা এ:ই: পাখং মৈরাবনা মতম কয়াদগী শকহেনবী কেবা নৌবদা মপা লৈতনা ফজরবী ঙানথোইবু মিতারকপা কুইরকপগা লোয়ননা নুংশি লম্বীদা চৎমিন্নবা তৎতনা হৌরকই। ওফিসার অমসু ওইবা অদুগী মথক্তা পাখংসু ওইরিবা মশক হায়রা কা হেন্না থিবসু নত্তবা মৈরাবগী নুংশি লিচিংদা খন্থরক্তবদি নত্তে। এ:ই: নহা হায়বসে মথৌ ফজনা তৌরবা শঙ্গা লৈরবা অদু ওইরবদি চীফ ইঞ্জিনিয়ার ফাওবা কারোই হায়বা লৈতে। মতম অসিদা থাক ৱাংবদা তান্নবা হায়বসে মতমগী শকহেনবীশিংগী অশাসু ওইবনা ঙসিদি ঙানথোইদু মৈরাবনা শুমহৎপ্রসনু মতাগুম নান্না শারি ফুল নুংতিগী হোং হোংদুনা ওফিস কারকপনি।

অসোমদনা য়াইফবা হায়রিবা ইম্ফাল ৱেষ্টকি মনুং চন্না লৈবা খুঙ্গং শৈজাং হায়রিবদুদগী পাখং বি:এ: দি পাস তৌজরবসু ৱার্কচার্জ রেকোর্দ এসিষ্টেন্ট ওইনা লৈরগা ক্লার্ক ওইনা থবক পুবা বিল্ডীং দিভিজনদা থবক তৌরিবা অদুনা মতম অয়াম্বদা তুমিন তুমিন হুরপ হুরুপ ঙানথোইগী শুমহৎনিঙাই শক্তমদা ঙাওজদুনা ঙাছোইনা নুংতিগী ওফিস কারকপদু ঙাইজরগা তত্তনা য়েংজৈ। করিগুম্বদা লম্বী লমখাংদা ফাওবা মহাক্লা লাক্কদবা লম্বীদা য়াইফবনা ঙাইদুনা য়েংজবনি। মহাক্লা তশেংনসু খঙই অসুক ফজবী অদুগী মথক্তা ড্রাওফ্‌স্‌মেন গ্রেট টুসু ওইরিবী নুপীজা অসিবু মহাক্লা অশা তৌরিবা অদু অরেম্বনি, মরমদি মাগুম্বা করিসু লৈত্রবা

অমনা ঙানথোইগুম্বা অমবু ফংবদি ঙসি ঙসিগী মতম অসিদদি ওইথোক্রবা ব্রাফম্লি। ঙানথোই শোয়দনা হায় ওফিসার অমগা থুংনখ্রগদবনি । অদুবু ফজবা হেনমনখিবা থম্মোইনা শুমহৎখিবনা চুম্না পামজদুনা য়েংজরুবতনি। হায়বগুম্লদুনা য়াইফবগী মিৎমাং অদুদা এ: ই: ওইরিবা মৈরাবগা ঙানথোইগা প্রোগাম কয়া তৌবদু মমিৎমক্লা শং শংনা কয়ারক উরিবনি। অমরোমদা ঙানথোইনসু মপা মপু হাক্তকতগী চৎনরকপা লুহোংবগী অহিং নত্তনা লমখাংদা নুংশি মিলন ওইহনবদি মশাগী ওইনা অমদি শাগৈগী ইজৎ শনমানগী য়েংদুনা পামজদবনা হৈশিংনা ঙসিসু চৎতবা নত্তে।

ঙসিদি শকহেনবী অশা চাওবী ঙানথোইনা য়াইফবা কৌবা খুঙ্গংগী শুপ্পগী ব্রার্ক চার্জ ওইবা মখা থাবা অমনা তোয়না মাবু ইখৌ লাংনা য়েংলিবদু খঙলকই। ঙানথোইগী মপুক্লিংদা মসিগী খুঙ্গংগী নুপা অসিনা ঐবু তৎতনা ইখৌ লাংনা য়েংলিবসিবু করিগীনো মতিকসু মপাসু চাদনা হায়দুনা থম্মোয়দা খোইশাওননা চরাংনবা পোক্লকই। মতৌ অসিদা ইশাও শাওনিংলবা ঙানথোইনা "নঙনা ঐঙোন্দা তোয়না তোয়না য়েংলীবদুবু করিগীনো য়াইফবা "হায়না নোংমদি তাঞ্জা অমা লৌরগা হংলকই। ব্রাহং অদুদা য়াইফবনা, "চুম্না অদুক য়েংজবনি য়েংবদি য়াইনা" হায়না খুম্লকখি। উপাই লৈত্রবা ঙানথোইনা খঙলকই য়াইফবা হায়রিবা পাখঙ অসি লমলাইদগী খরা চৎলগা লৈবা শৈজাং হায়বা য়াম্না চাওখৎত্রিবা খুঙ্গং অমদগীনি। মহাক লৌউ শিংউবা, শীং য়ানবা অমদি অশংবা মতমদা ঙা ফাবা মীওইনি। মহাক্লা খোয়াথোং পি দব্লিউ দি দা থবক তৌজদুনা কারক্লীবসু ব্রার্ক চার্জদনি। মহাক্কুম্বনা খ্বাই য়াইস্কুলদা পোকপী রেগুলর ড্রাউফ্স্‌মেন অমসু ওইরিবী মঙোন্দা চুম্না পামজদুনা নুংশিদুনা য়েংজবদু ঙানথোইনা মতুংদদি মঙোন্দা য়েংলক্লনু, মহাক্তী ইনাক কৈরাক খুনবা অচৌবা ওফিসার অমগী মৌ ওইখ্রগদবনি হায়দুনা হায়জরবসু য়াইফবনা লৈকোনগী লৈরাংদা য়েংজববু হায়দুনা য়েংবদা অকায়বা পীহন্নীংদবগী মট ফোংদোকখি। অদুবু শাউববা ঙানথোইনা 'লৈগা প্রামান তৌগদবা নত্তে নহাক ঐবু অমুক হন্না য়েংলক্লগনু নঙগী করিসু কান্নবা ফংগদৌবা লৈতে' হায়না অকনবা ব্লাহৈ থাখি। মতম অদুদা য়াইফবনা 'অদুদি নুপী হায়বদু অমতা য়েংবা য়াদ্রে মরমদি নুপী অতৈ য়েংলকপা মতমদা নঙোন্দা মপা থোক্লু বসু য়াই হায়না তখৎলকপদদি ,' অহোই কদাজিৎ ওইখিবদুনা ওইখ্রে' হায়দুনা ঙানথোইগা য়ান্নখ্রে।

ঙসিসু মৈরাবগা ঙানথোইগা তোইনা চৎমিন্নরি। মতৌ অদুদা ঙানথোইনা য়াইফবনা য়েংলকপদা থেংনবদি য়াওখি অদুবু খোইজংলুদে। মহাক্লসু মহাক্কী শাগৈ নাতৈগী চৎনা লোনচৎ অমদি ইজৎ অদুদি কনজগে হায়দুনা থব্রাইনা তাজরবা মৈরাবদা হায়জদুনা ঙসিসু নুপী ওইবী ইজৎতি ঙাক্তুনা চৎলি। অমরোমদা মরাল লৈজদ্রবা য়াইফবগী মিৎয়েং অমদি মহাক্লা ঙাওবা ব্রাহৈদা কাহেন্না কন্না মাইয়োক্লদবনা নুপী নুপা থুংনবা থুংনদবা ওইরবসু অচম্বা পুন্সী অদুগী মওং অদুদা মিনুংশি পোকখিদবদি নত্তে।

নোংমদি ঙানথোইগী পাউনিলখোলদগী ব্রাংখৈদগী এ:ই:ওইবা মৈরাবনা য়াইফবদা ঙাঙখি। 'থিক নেম্বনা থক্তা থোকপা থাজ লামবা ফংগনি হায়বদুদি খনদবা ফৈ, নহাক সার্বিস্তসু নেম্মী লৈফমসু লোয়া লমগী খুঙ্গংনি। নঙগুম্বা অমনা য়েংলিবা মিংয়েংদুনা মঙোন্দা ইফেক্ট তৌগদবসু লৈতে অদুগা নঙগুম্বা অমনা ঙানথোইগুম্বী অমা ফংগদবসু লৈতে। নহাক লৌমীগী মচানি লৌমীওইনা নাপী অশোংবা শেংহন্দুনা লৈহনবসু ঐনা ঙম্মি' হায়না চাউনা ঙাঙখিবা ব্রাহে অদু য়াইফবতা নত্তনা ঙানথোইনা পোংনা য়েংদুনা তাখিবা অদু য়াইফবনা শেংনা উহৌই খঙহৌই। অদুম্নমক মহাক মখোয়গী অশাগী মাইয়োক্তদি মাইয়োক্লনা লৈজবা নৎচদে, 'সার' হায়দুনা নমস্তে তৌখিবদুসু ঙানথোইনা মনিৎ পেন্না য়েংখি। নোংমা শওমবুংদা মৈরাবনা ঙানথোই চাক চরা অমা চামিন্ননবা অমদি অরুবা তুংগী অশা খঙননবা ইম্ফাল ইষ্টকী দিভিজন অমদা পিওন ওইবা হাওরৈঙ্গুখোইগী য়ুমদা হান্না শিন্নদুনা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা থুংলরে। পিওন হাওরৈঙ্গুনা য়েনশানচিংবা থোংদুনা সাহেপকী সেবা ফংজরি। মৈরাবা এ:ই: না য়ু অঙাংবা কারদগী লৌথোক্নুনা থক্নুনা চাদুনা হাওরৈঙ্গুগী ইমুং অদুদা নিল খোংলদুনা লাংই। মতুংদা চাবা থকপা লোইরবদা এ:ই: মৈরাবনা পিওন হাওরৈঙ্গুগা লোয়ননা শিন্নদুনা অচিকপা অনানবা কা অমদা ঙাইহাক পোত্থানবা থৌরাং তৌজে। থোঙদু হায়রপা ঙাশিল্লম্লগা হাওরৈঙ্গু মপান্দা থোকখি। মৈরাবনা ফমুংদা হিপ্লদুনা ঙানথোইগা ব্রারী চিকথরকপদা লমহেনবা শাজৎ নিশানা ওইরো হৌরকই। অহানবদা শকহেনবী পুকচেল লেপ্লী ঙানথোইনা য়াবগুম তৌরম্লবসু মমৈদা লুহোংবগী অশেংবা শক্তমদা কাইরক্কদবা কয়াদু নীংশিংদুনা নুংশিজরবা মাগী মৈরাববু ইম্থোরকখি। শাউরবা মৈরাববু থেম্লদুনা 'মতম খজিক্তং খাঙবনা মখোয় অনীগী য়াইফগদনি' হায়রবসু মৈরাবনা লম হেনজিল্লকপদগী ঙানথোয়না চেন্ননবগী হোৎনরকপদা থোঙ মাঙজৌননা লোল্লমদুনা চেননবগী উপাই লৈখিদ্রে। মৈরাবনা নুপা ওইবগী শক্তিদু নিশান তৌরক্লবদা ঙানথোইনা 'ঐবু কনবিয়ু, ঐবু কনবিয়ু' হায়দুনা লাউরকখি। তাঞ্জা অদুদা লম্পী অদুদা ঈশ্বরগী নোংদমদগী চৎলম্লীব য়াইফবনা খোঞ্জেল অদু ঙানথোইগী খোঞ্জেল মানথ্রেদা হায়দুনা হাওরৈঙ্গুগী য়ুম মনিংদগী তারুবদা 'হৈ আক' তৌবা খোঞ্জেল তাবদুদা 'হৈ কনানো মশানা য়াদবা নুপীদা নম হাবদি' হায়দুনা থোংনাও থুগাইরকই। মৈরাবগী অশা পুম্নমক কায়খ্রদুনা থুনা য়াংনা থোং হাংদোক্লগা গাড়ী য়াংনা থৌগ্রে। য়াইফবগা হাওরৈঙ্গুগা তন্না চেনশিল্লক্নুনা থোং অদু হাংদোক্নুনা চংশিল্লুবদদি ঙানথোইগী মফি খরা শেগাইরম্লে। হাওরৈঙ্গুনা ফি খরা হুনজিনখি। য়াইফবনা হৌজিক্তী পুম্নমক্তু তশেংনা ভাব তারে। অদুম্নমক পুম্নমক অদু শক মায় অমসুং মিনুংশিদা অরান অহুই ঙাক্লরে। হাওরৈঙ্গুনা পীরকখিবা মফি মরোল অদু শেৎচিন ইনশিন্দুনা মাগী অব্রাৎ অপা কয়া হাওরৈঙ্গুগী মচলগী মতেংনা শিনজদুনা হোৎনরবা মতুংদা য়াইফবনা ঙানথোইবু পাওখোলগী শক্তমদুগা লোয়ননা হাওরৈঙ্গুদা ইম্ফাল বজার তম্না তঙ্গদনা থিন্ননবা শাউগৎলক্লে। তঙাইফদনা হাওরৈঙ্গুনা মাগী গাড়িদা ঙানথোইগী গাড়ি থমফম অদু

তম্না যাম্না চেকশিন্না থিল্লক্লে। মতম অদুদা ঙাম্ছোইনা য়াইফববুদি ময়েক শেংনা উহৌই। ঙানথোইনা ময়ুম য়ৌরক্লবদা ওফিসার মচা অদু নোংমদি শোয়দনা অচৌবা ওফিসার অমা ওইরক্কদবনি খল্লুবদুনা পুকচেল তিংনা মৈতে ওইবগী চৎনা লোনচৎতা নুংঙাই য়াইফনা পানমিন্নগদবা মতৌগী তুংগী অশা পুম্বদু থৌদোক্তুনা অরেম্বা অশা তাহনখ্রে। লুখ্রেদা মখোয়গুম্বগা য়ুম্বাননবনা কান্নগনি চাওখৎকনি খল্লুবা অদুদি খাঙ্ক থক্তা লৈমন চলহনগে থৌরাংবগা পাংখক ওইরম্লে খল্লুবদা ঙানথোইনা হেন্না নীংবা কায়না মঙলানগী ফুরা অদু থুগাইখ্রে। মথম্মোয় শেংনা কৎথোক্লুরবা মহকচাং অদু ইজৎতুম মাঙহন্দুনা লমখাংদা শান্নপোৎতুম ওইহনবা য়াবগী মতৌসু লৈবজাৎ ওইরে খঞ্জরকখ্রে। অসিগুম্বা মতৌ কয়া অসি হায়দোক্লন্দনা তুমিন্না লৈশিনবা কয়া ঙসিগী সমাজসিদা শোয়দনা য়াওরম্বা তারে হায়বসিদা ঙসিদি ঙানথোইনা খল্লক্লে। মহাক্লা অচৌবা অশা তৌরবসু অৱাংবা লম্বীদা চৎপা পান্নবসু নত্রগা পামদ্রবসু মরাইবক্লা তমজবদা ওইরবসু ওইবা য়াবদা ওইজবদা অশা তৌরক্লে।

ঙসিদি মতম খরা ওফিস্তা উরুদ্রবা মাবু য়েংবা লেপখ্রবা য়াইফববু মউরকত্রবদা মপাবুংগী কার অদু তোংদুনা ঙানথোইনা মতারোই অমগা য়াইঙংপোকপি লম্বীদা জিরি জিরি থৌথরক্লে। নুমিৎতুমক্তী য়াইফবগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরমই। অয়ুক অদুদা য়াইফবগী য়ুম থিরক্তুনা চংশিল্লকপদা য়াইফবনা 'ঙসিদি মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎনি' হায়দুনা পিরাং লোৎনা হায়জখ্রে ঙানথোইনা, 'মহৌশাদগী মহাকপু নুংশিবগুম্না তৌরকপা অদুদি মঙলাল্লা' হায়না পিরাংগা লোয়ননা হায়জরক্লে। মতৌদুদা য়াইফবনা হায়জখি, 'খুঙ্গংদা লৈজবা ঐখোয়না অদোমখোয়গুম্ববু অশা তৌবদি থিক নেম্বনা থাজ লাম্বগুম্বনি। সুপ্লগী ফজবা নিংথিজবা অদুগী য়েংজবনি, ঐখোয়দি খুঙ্গংদা লৈবনি, খুঙ্গংগী পুন্সিদি চক চনাই মরক্তা লেনবনি। মরম অদুনা মদুগা চান্নবা খুঙ্গংগী শানৌ ওইবীশিংতনা খুঙ্গংগী মীওই ঐখোয়গী মপু ওইফম থোকপনি, ৱারৌবিগনু' হায়না লুলুক্লখি। ০

# ইচা পোক্লমদবনা ফরম্বনি



*নিংথৌ নাওরিয়া, খৃ: কুম ১৯৫৬কী ওক্তোবরগী তাং ১৭দা তেম্বা খুঞ্জাও নাউরেম লৈকায়দা পোকই । অপোকপগী মিংনা নাউরেম নিলবাবু অপোকপীগী মিংনা লাইমুজম নিংখোল ইবেম্মা কৌই। সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলুপকী ফাউন্দর মেম্বরনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমসুং মণিপুরী সহিত্য প্রচারক সভা ব্রাংজিংগী লাইফ মেম্বরনি।*

থাবল মরাং কায়না ফরম্বদগী খঙহৌদনা নোংদুম মচা অমা লাকপদগী অতিয়া শিনবা থুংনা শন্দোকখি, লমতা শজিবুগী হৌনবী লেন য়াওবা অকনবা নুংশিৎ কয়া শিৎলক্লে, মতমসিদা শিৎপা নুংশিৎ উরু- উরু লৈদুনা য়ুম কৈ উরৈ ব্রারু ফাওবা ফুক্লুনা মথক মখা ওনবা অকিবগী মশক ওইনা শিৎপা নুংশিৎনি। ঙকই ঙহাক্কী মমাংদা ফরম্বা থাবলদুনা হৌজিক ওইরিবা মওং অসিগা কয়াদা খেনথ্রবনো ? পুন্সিসু অসি মঙাই খঙহৌদনা ওনলকপা মপৈ মপৈনি ।

- 'ও তাবিরিবরা চাক লোইরে চাবিবা য়ারনি।'
- 'হোয় হোয় মমা ঐসু চাক লামলে।'
- 'করিনো করেম্নবিরিবরা ঐবু লক্লবীরনু।'
- 'ইহে ঐদি ব্রাখল অমা তৌরুবে।'
- 'তৌনি ঐনা সোইনাইদবসিদা থৌশাবিদ্রে।'
- 'করিনো খৎনবা হৌরক্লিবরা?'
- 'নত্তে হৌরবদি মোই পাবুংনা হৌরগা।'

পুন্না নোকমিন্নৈ চন্দ্র অমসুং চন্দ্রজিনি মখোয়নি লুহোংখিবা চহি তরা শুরে, অদুগু লাইবক থিবদি মপারি মমোম অমফাওবা ফুইদবসিনি। মমা হায়বশিদি তাইবংগী য়ুম্বানরিবা খুদিংমক্তা ওইথোকপা য়াবা ফিভমনি । অদুবু মখোয়নিদি মচা অমতা ফংদবসিনি। কাউদুনা মচিন্দা হায়দোকনখিবা ব্রাহে খরদুদা থম্মোয়নুংদা খোইশাওনরী, অমনা অমদা মরাল শীজিন্নরি অদুবু থম্মোয় কায়বা নত্তনা করি উপায় লৈ। মচা ফংদবনা মচা ফংনিংবা মচা ফংলগা ব্রারক ব্রাতেম্না ঙমদবগী লমহেন তুহেন য়াওদুনা কোক শাবা মমা মপা মশীং নাইবা নত্তে। মখোয়নদি করিনুংগী ইচা পোকলুবনো পেল্লেদা ইচাকা ওকলে হায়বা মমা মপা য়াম্না লৈ। অদু হায়দুনসু

মচা পোকচদবা য়ুম্বানরবা নুপী নুপাগী মরূ ওইবা অপাম্বদি মচা ফংবনি। অদুবু অরাবনি চন্দ্র অমসুং চন্দ্রজিনি চহি অসুক কুইরফাওবা মচা ফংদবসিদা অমনা অমদা তাইশিন্দুনা লৈরক্কি। অদুবু খঙ্গুরুরগা লাইবক্লা তম্বনি খন্দুনা হেন্না নুংশি চান্না লৈমিন্নখ্রে। মণিপুরী খুন্নাই অসিদা য়াম্লা ফত্তবা চৎনবীদি নত্তবা মীরা ঙাংনবগী হৈনবী অমা লৈরি, মসিনা খ্বাইদগী ফত্তবা মহিক ওইদুনা ইমুং কয়া মহি লাংহনলি, মীনবু রা অমা হায়রবদি ওইবমগনি ওইরম্লোই খঙ্গদনা পংথাদা থাজবা মী য়াম্মী। অদুবু মীনা রা অমা তোয়না হায়জিল্লক্লবদি রাখল অমদি লাকই, মরক মরক্তা ইমুং মহি লাংবকাসু য়াওরকই। চন্দ্রজিনি মথন্তা রারৌজে "হে ঈশ্বর করিনো ঐগী লাইবকসি থিনসু তম্বীরম্মীদা নুপী ওইরগা ইচা পীবিদবসিবু গুন য়াওদবী নুপী হায়বদু ওইরে, করিগী পোকহনবিরিবনো?"

চন্দ্রজিনি নুপী অমা ওইনা নুপীগী গুন চেন্দবী ওইরে খল্লুবদা থম্মোয়দা খাংঙমদবা চৈনানা মশাফাওবা খুইথরবী হায়বদু ওইরে। চন্দ্রসু মাগী নুপীগী থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা কয়াদু উবনিনা মচা লৈতবগী রাখল থোয়না খনখিদ্রে, ইমাই পেন্মা মচা লৈতবা মী ময়াম হিংনরিসিদি করিবু তৌই হায়বগে হায়দুনা লৈথোকই। অদুবু চন্দ্রগী য়াম্না রায়োং চাদবা অমদি লৈ, য়ু থক্লগা অহল লমন্দা ওৎপগী হৈনবী লৈবদুনি খ্বাইদগী খুদোং চাদ্রিবা। য়ু থকলবদি মীসি শা ওল্লকই।

- 'হে হনুবা নঙদা শিখ্রো।'
- 'করিনো চন্দ্র নঙনা নয়ু থক্লগা ঐবু চৈবদি নচিন্দু পৎচনি।'
- 'নরা লৌদে ঐনা ইচা ফংদ্রিবশি হনুবা নঙনা নবুক চুমদদুনা তৌরিবনি।'
- 'ইহে মদুদি ঈশ্বরনা তম্বনি, নঙনা ঐবু ওৎপশি তৌহৈদে, ঐসি নঙবু পোকপা নপানি।'
- 'নখোয়না পামদুনা হায়জবা মৌসি মচাসু য়াওদে অখুংবী অমা থিবীরে, ঐসি মাঙলে।'
- 'হায় চীম্ফিবা নচিন্দু থিগনু, ইমৌসিনা তারগা নুংঙাইরোই।'
- 'হায়নীং হায়নীংবা হায়বদা কনানা ঐবু থিংগদৌরিবা।'
- 'হায় চন্দ্র নঙগী নতৌসি ঐ খাংদনা রাবে, নঙবু ইচা ওইনা ফংলুবসিদি লাইবক থিবা হায়বদু ওইরে। ফবে ইবো ঐননে অশেংবা মপা অমবু ওইরবদি 'নঙনে নঙমুক শাথিবা নচা অমা ফংজবো?'
- 'এ বর অমবু ফংলেনে, হনুবা নঙনাদি শাপনি হায়না খনলম্বা য়াই, মদুদি ঐগীদি বরনি নর ..।

খঙহৌদনা মপানা শাইরা হায়খিদনরা করিনো চন্দ্রজিনি মমা অমা ওইবগী লৈখোন লাক্লে। মদু উবদা হরাওবনা হায়নম খংদ্রে। মচাগীদমক আশা য়াম্লা তৌদুনা য়ুকা থকপা তোকখ্রে। চন্দ্রগী মপাদি মচাগী মথোং হক্তবা থৌদু উরূবদগী থম্মোয়দা নুংঙাইতনা নাবা হৌরকখি, নোংমা নোংমগী শোনজিনলক্তুনা ঈশ্বরগী খয়া তানখ্রে।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা চন্দ্র অমসুং চন্দ্রজিনি মচা নুপা অমা ফংজখি, মচা লৈরমদবা মীনা মচা ফংবদা কয়াদা নুংঙাইজরমগনি। সুকলৈ লৈরমদবা পোৎশক লৈরকপদা কয়াম হরাউরমগনি। মতৈ মনাও থবক শুবকা কাউবমখৈ লুনা তৌবদগী মচাদু হেন্দোক্লা কেমনখিদুনা ব্রা ঙাংবদাফাওবা হেক থোকখিদ্রে হায়বা য়াই, মী অমতগা খৎনবদা মীচং চঙদুনা লৈকায় ব্রাথোক ওইনরে। মচা খম্বন চঙবদা চন্দ্র অমসুং চন্দ্রজিনি লমদমসিদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা মমা মপা ওইরে। মতু নামা তৎপা য়ারোই হায়দুনা মশোং ফনলি। কেনা য়োকপা মচানা কেথোক মৌথোকপা হায়বসিদি সোয়দ্রে। ইবোহল কেবদা মমিং চৎলি, মমান্নবা মরক্তা মাগী অপাম্বনা অচুম্বনি হায়বগী হৈনবী মমা মপানা তশ্বীরবনিনা ইতৎ তৎতনা খৎনৈ চৈনৈ। খরা ব্রাখল খম্বুবা মমা মপাশিংদি মঙোন্দগী মচাশিং লাপখোক্লবা হোৎনরক্লে। মমা মপানা ইবোহলবু অচুম অরান খাক্তনা চুম্নবতা হোৎনবদগী হৈনবী ওইখ্রে। মতম হায়বসি খঙহৌদে ইবোহল পাখং ফারে, মাগী মশক মতৌ ফজবদুদা মমা মপা হরাওজে।

মীওইবগী পুন্সি অঙকপনি, মচা লৈরমদবা চন্দ্র চন্দ্রজিনি মচা পাখং ফারে, মশু ঙন্না উনিংবদগী মমৌ থিনবা খুঙ্গংদুদা কোয়চেন চেন্দুনা থিবা হৌরে। অমগী মচা য়েংলুই মশক থি, অমাগী য়েংলুই মরল মথুম লৈতে, মহৈ হৈতে, ঐখোয়গা লম্বা তৌবদা মতিক চাই চাদে হায়দুনা শিত্র অমা হেক্তা পি। মখোয়গী মতৌদুদা কনামতনা পীবিরক্লে, ইবোহলগী লমকেৎ লমহাইবা মতৌদা মচা নুপীদু ব্রান্ধনি খনবনরা করিনো য়াই হায়বা ইমুং অমফাওবা থিবা ফংদ্রে। চন্দ ব্রাখল খনলি, হেরা ঐসিবু কয়াম ফত্তবা মীনোনে, ঐগী মৌ ওইজৌ হায়বদা য়াদ্রবদি খঙগনি মীখুলদগী থিগে।

ইবোহলদি করিসু খৌশাদে, মানা খনবনা চুমইখক খনবনিনা মী উশিৎপা লৈতে। থকপা চাবা পংঙাও ঙাওথোকপা মাগী হৈনবী ওইরে। মমা মপানা নব্রাংনা য়োকপনিনা মানা তৌনীংবতা তৌই। মখুংঙ্গংগী নুপী মচাশিংদি মাগা মাই ওনশিন্নদে, অদুনা থাপনা থাপনাতা চৎতুনা কোয় লংবা হৌই। খরচ তৌগনবা মীশক ওইবনিনা মাগী গুন খঙদবা মীনদি ইজৎ লৈবা তৌগেদা তৌবা ঙম্বা মীনি হায়না লৌনৈ। মদুদা ইবোহলগী হৈনবী ওইরে মথোই কারে, ইরাং পাশ্বী নুপীমচা কয়াদি মাবু তান্নদবা য়াওদে। মচাবু নুপীমচা ময়াম্না মনি মুন্নবগুম মুন্নরে তাবদা মমা মপাসু খংব্রাং রাংখৎলকই।

- 'হেরা মমা ঐগী ইচানবু সোইবা হৌনবরা।'
- 'ও মমা লৌদুনা মশক ফজরিবনি।'
- 'অস মপা লৌবনরা করিনো ঙৌরোক ঙৌই। রাশিদি মপানি হায়নরিবনি।'
- 'ও মমাগী রাশি লৌবননি, মপাদি উতুপ মানলি- ।'
- 'হায় নঙ হেনমনলি, মশক ইথি হেক থিরদনা, তৎস খঙবরা, হেক নুংশিদবা।'
- 'হা ও হিংচাবা মী তানিনে, হনুরবমক্তদা ঙাহানব্রাইগী মঙাওদু হন্দ্রি।'

- 'ইস হনুবকা হায়রদনা, অদুম হায়জনু ঐদি মমা নঙবু লৈশাবী ওইনা উরি।'

পুন্না নোকমিন্নে, মচা ইবোহলগী মশক্তা নীংবা থুংনা ব্রারী শানৈ। ইবোহল লমকেং লমহায়বা অঙাং ওইবনিনা মথোং হক্তবা থবক য়াম্না তৌরকই। হন্দক ইবোহলসি মথোই কানা চাবা থকপা ঙাওবা য়াম্না হেনগৎলে, খুললানবা মমান্নবা য়াম্না তিন্নৈ। মীখুংঙ্গংগী লৈশাবীশিংগী মরক্তগী হেন্না ফজবী লেন্নবা য়াবা মৌ থিগে খন্দুনা খা চিক্তুনা হোৎনরি। হন্দক্কী য়াওশংসি ময়ুমদা ইহন হন্দে মাবু য়াবা নুপীমচা অনি লৈ মদুনা মাবু য়াম্না পাম্না তান্নৈ। ইবোহলনা পামজবী অদুমদি মাবু সুকয়া য়াদে, খরা শিংন ব্রাখন খন্থবী ওইনা তৌই, মাগী লমচৎ শাজৎতুনা লৈমিন্নবা থক নুংঙাইরোই খনবদগীনি। ইবোহল অয়াম্বা মতমদা মানা পামজবী নুপীমচাদুগী থোঙ্গাল ময়াদা য়ু ঙাওদুনা লৈথোকই। নুপীমচাদুগী অচিৎ অকোম য়েংদুনা লৈরে। নোংমা নুপীমচাদুনা য়াওশং থোরকপদা ফাদুনা পুখ্রে। ইবোহলবু পামজবী নুপীমচা অনিদুসু ইবোহলদা লৈরনি হায়দুনা হেক্তা লাকই। অঙকপনি মতমসিগী ব্রাখল খন্থদবী লৈশাবীশিং করি দশা তারগবা। নুপী ফাবগী চৎনবীশি খ্বাইদগী ফত্তবা হৈনবীনি, মীগী থম্মোয় জয় তৌদনা নমজা নমথেক্তুনা ফাদুনা লৌগনি হায়বসি খরদি হেনমনলি। মসিপুম্বা ইবোহনগীদি হান্নদগী তম্বীরকখিবা ময়ামদুগী ফলনি। ঙসিদি মমা মপাদা তাররে, হুই ঙাওরবদি হুইবু থিরকই, মচা ঙাওরবদি মমা মপা থিরক্লে।

নুপী ময়ুম অহুমগী মীশিংনা শাওবদগী চন্দ্রগী ময়ুম মৈনা তুম্না থাদোক্লে। চন্দ্রসু শাউবা য়াবা শাউরে ঙাংবা য়াবা ঙাংলে, অদুবু য়ুমদি মৈনা তুম্না চাকখ্রে। ফাকবা নুপীমচাদুদি খাইদোকখ্রে, অনিদুদি তাঙ্গোয় মরক্তা অনৌবা য়ুম্বানবগী আশা শাগৎতুনা লৈহৌরে। চন্দ্রগী মমৌ অনি খৎনদবা নুমিৎ য়াওদে, ফি সুবগীসু, ব্রাই তৈবগীসু, কোন ফেংবগীসু চাক থোংবগীসু পংফুদা ফুনৈ, মৌ অনিমক ঐনা অহলনি ঐনা অহলনি হায়বগী মথক থংবা তান্নবদা মশাইকা অমতা হৌনদ্রে। সোমদনা ইবোহলনা য়ু ঙাওদনা হলক্তবা নুমিৎ য়াওদে, ঐনা পামদবা নখোয় অনি চৎখ্রো হায়না পংফুদা ফুই, ইমুংসি ফরং খাগোক শারে। চন্দ্র অমসুং চন্দ্রজিনি মকোক্তা খুৎ হাপপমখৈ খারে, মচাদা হায়রে তাবীদে মমৌদা হায়রে থৌশাবীদে, ইমুং মথক মখা ওললে। মখোং মখুৎ তিংথোক্তুনা ও খোংনা কপলে। মপাবু খঙনীং হেক নীংশিংলকই - 'ও পাবুং ঐদি বরনি খলম্বনি শাপ ওইরম্লে, "নঙমুক শাথিবা নচা অমা ফংজরো" পাবুং নচা বরদু ফংজরে নচাবু লৌশিনবীরো।'

- 'হায় মমা লাওনে ঐ পাবুংদা লানখ্রে, ঐ নিংঙমলক্লে, ইবোহল নঙ খরদি হেনমনলি- ?'

- 'ঈশ্বর! ও! ঈশ্বর 'ইচা পোকলমদবনা ফরম্বনি।'

পুন্না মীতে মনাও ব্রাম্বদুনা তাখি। ০

# চাংয়েং তৌদ্রিবা পাত্র



*শ্রী এলাংবম কমল সিংহ, খৃ:১৯৬৪গী ফেব্রুৱারিগী ১ দা ৱাংজিং ৱাংখৈদা শ্রী এলাংবম য়াইমা সিং অমসুং এলাংবম ওংবি নৈয়নবি দেবী অনিগী মচা ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। খবর কাগজশিং, মেগাজিন্নচিংবা কয়াদা ৱারেং শৈরেং কয়া ইরকই। লাইরিক ওইনদি হৌজিক ফাওবগীদি পুথোকত্রি। মণিপুরি সাহিত্য পরিষদগী মেম্বরনি। বি:এ: ফাওবা জিওগ্রাফি সবজেক্টতা তমহৌই। হৌজিক ইংলিস স্কুল অমদা ওজা ওইরি।*

ইবেতোম্বী ৱাখলগী অয়ৌবি থাক্তা নিংদোন পোম্না খল্লুরগা পুবা ঙমদ্রদুনা মৈগী চীং পোখায়রকপগুম ঙরাকপীগী য়াক্লবা খোঞ্জেলদা, নোংমা কালেন থা লোইশিল্লকপা ইঙা থা পানখৎলকপগী থাজিন্দা, থম্মোয়গী অপাম্বদু পোখায়রকই।

"মাই পাবুং! তাবিরবো ঐনা হায়জরিবসি! কুমশিসি কুমদা অমনি। নোংদা খরা ৱাংপসিদা লৈকায়গী খ্বাই পুন্নমক করিনো করিনো পাম্বৈ থিনদুনা লৌবুক্তা শু- নোমদুনা তুংগী পোরম য়াৎনরি। অদুগা সুম উংদুনা লৈরিবসিবু নোংমৈ করি চাগে হায়রিনো?..."

মাগী ঈশ্বরমক্তি খঞ্জরিবা মপুরোয়বা থান্নিনগী মফমদনি মানা খেকথরকলিবসি। থানিল হোৎনবা য়াবা পুন্সীগী থৌদাং কয়া হোৎনরম্লবনি পুন্সিসি লৈখৎপা ইঙম ঙমদে। অচুম্বা, চম্না শুজ নোমজরিবা, নিয়ম চুম্না চৎচরিবা কাঙবুনা নোংমা নোংমগী পুখরক্লিবা, নমথাক তৌবা, ওইদবশিংনা খুৎলিংদুনা সমাজ অসি মথক মখা ওল্লিবা অসিগী মথক্তা করিনো মওং অমা তৌদুনা অহোংবা খরদসু পুরক্নুনা অইবা অমা ওইনা খুৎ থাদুনা অঙম্বা থৌদাং লৌরগে হায়দুনা ইবগী লমদাখোঙ থাংজিল্লকলিবনি। মতোমতা ৱাখলগী ইপাক্তা তাউদুনা মুরুম মুরুম শোল্লিঙৈ তাল্লকনি। লিকাপ তেনকাপ হৈবা শাদানবগী মমাঙদা খৌশারুবা শজিদু ঙায়রে। মাগী নুপীমক্না অসুম্না কন্না খোন থারক্কনি খল্লুদে। থনিন খ্বাই লাউই-

"ঐনা হাজরিবসি মোই পাবুংদনি। করিমতা তাদ্রবা শাদুনা, ৱা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙদনা উয়ুং শাদুনা লৈবিরিসিবু ... নোংসি ঙাল্লবনি ঙাল্লবা।" ইবেতোম্বীনা করিনো ইনবা উংলিবা মপুরোইবদা নোংশিল্লি। থানিন পুক্লীংগী অশাউবা পুম্না ফাথরগা শোম্থাংনবা খোঞ্জেন্না হায়রকই।

"মমা ঐ চাংয়েং তৌদ্রিবা পাত্র অমখক চাংয়েং তৌনীংলি। মসিদা নহাক্কি নতেং চঙগনি। ঐনা হোৎননীংলিবসি নঙ- ঐ অদুগা ইচাশিংসিগীতা নত্তনা তেকথরবা সমাজ অসিগী ওইননি।"

"করি চাংয়েংনো হৌজিক অমুক- য়ুম পাল্লকপসি ফনা কুইরবনি। ইচা পাখং- লৈশাবী ফাজিল্লক্লবনি। অঙাংশিংগী তুংগী করিনো খরদি শীল্লমসি হায়বনি, ঐনা হায়জরিবসে। মিৎতু অমুক্তা পাঙথোকপিয়ু কৈদৌবগে?

"হে মমা, ঐ তূম্বা নত্তে। ঐ শিরবা নত্তে। ঐ হিংলি, নঙগীদমক, ইচাশিংগীদমক। অদুদগী হেন্দোক্লনা লৈবাকসিগীদমক। ঐ লৈবাক অসিগীদমকসু হিংনিংলি। করিনো খজিক্তসু তৌনীংলি। নঙসু খল্লু ঐখোয়গী সমাজ অসি পূমলোয় লোইরে। লোইরে হায়হৈদে হায়বদাই অদুবু লোইবদি লোইরে। মপা- মমা, মচিন-মনাও মশক খঙনরিব্রা ? কনানা কনাবু মীওইনা উনরিবগে? সমাজ অসি শিরবগুম্বনি। ঐহাক মসিগীদমক করিগুম্বা খরদি তৌনীংলি।"

"কান্নদে মপা, মখারোমগী ইতৈ মনিসি নঙদৌনা, লৈকায়গীনি লৈবাক্কীনি হায়দুনা কোইচেল চেল্লম্বদু কান্নদ্রে হায়দুনা তোকখ্রবনি। হায়দুনা কান্নদে ,য়ুমদগী মপাল থোকখিদ্রে, অসিনা কমদৌবা?"

"মমা ঐ মীগী ব্রা কন্না ঙাঙনীংদে। তা মনি ফত্তে হায়দে ফৈ। অদুবু খরা শুর নোল্লগা পৈশা খরা পায়রগা হেক্তা ফরবা ওইবা নত্তে। মাগী মচা হেম্বদি কমদৌরি, লৈকায়গী ঙানু- য়েন হূরানবদা নত্তনা নিশা পুম্নমককি শান্নফম ওইরি। ঐগী ইচামত্তি মদু নত্ত্রি।"

"ও! ঐ নঙগা ওনশিন্দুনা ঙাঙনবকা ঙমজপোৎ নত্তে।"

" ঙম্বা ঙমদবগী ব্রা নত্তেনে।ঐনা হায়বদি ব্রাগী ব্রাদা হায়বনিনে। নঙবু খিৎ শাউখিনুনে। নঙনা শাউরগা থেম্নবা ঐগা ব্রাহৈ লৈতে। থেমগেসু খল্লুদে। ঐনা খল্লিবদি নহাক্তা ভাব তামিন্নবদুনি। নঙ ঐসি অঙাং নত্রে। ইচা চাউরবনি। অদুগীসু মথক্তা। নঙসু বি :এ:নি। করি হায়রুফম থোকপগে। নঙবু পঙগুমসিনে।"

"ও! ঐখোয়দি বি: এ: অপংবীনে। হৌজিক্তি লু তোং পুম্নমক শুল্লবনিনা হায়নিংবা হায়বিরো। ব্রাখল য়াওদে হায়বিরো।"

থান্নিল মহাক্কী কুইনা লৈমিন্নরক্লবা নুপীমকনা মাগী ব্রা খঙবিদবা অসিদা শাউনীংবা ফাওরক্লম্মী।

তাঞ্জাসিদা মচানিপা ইবোচৌবা হৌগৎলকতুনা মপা-মমা অনিনা নীংঙাই শঙদানদুনা য়েৎনরিবা, খৎনরিবা অদুবু তৌফম খঙদ্রদুনা মমানা খোন কল্লকপদা মমাদা অমুক য়েং, মপানা খোন খরা কল্লকপদা মপাদা অমুক য়েংজদুনা লৈরি। মহাক কলেজ কাজরদুনা মশাগী ফিরেপ, মিৎয়েং লৈজরবা মীওই ওইরবনি। মহাক হক্সৎ হন্দা চৎতুনা

থম্মোয়গী মীহুন ফাথজবা হোৎনরি। ষনবুগী শাজৈ শহুম ফংলবা- ষনগী মিহুলগুম মিপায়রবা থম্মোয়দু ফাথবা লাক্লুরি। অসিগুম্বা মতৌসিদা মমানা ইবোচৌবদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

"নিপামচা ঐনা হায়রিবসি নঙগীসু শরুক য়াওরিবনিনে। করিগীনো নঙনা রাগী ব্রাহে অমতসু হায়দনা লৈরিবদুবো?"

ঙসাইমখৈ তাঞ্জা ফংদদুনা লৈরম্বা ইবোচৌবদু মমানা পীরকপা খুদোংচাবদু মাঙহনলমদে। মমাদা মরাই লুকলপ তৌনা হায়রকই,

"ইমা নঙবু কৈদৌবগে খরা খিৎ ঙাঙলবদি তোকপিরো। ববানা হেক শাউরক্লিফাও ঙাংই। কৈরোয় লৈকায়না তারগা করি হায়নখিনি? মাইসি ইকায়বনা থমফম লৈররোই।"

"নমা নচা অমুক ওনশিন্নরো। ঐ অমুক কুমহৈ য়েংলগে। ঐদি লানদি লান্দবনিকো।"

"ইমা নঙবু কৈদৌবগে? ইমাসু খঙলিবদুনি। মীওইবা হায়বা ঐখোয়সি ঐখোয় অমনিদং নুঙাইরগা নুংঙাইবা সমাজ অমা কৌবা য়ারোই। ইমাসু ব্রারী লাইরিক্তা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মীয়ামগীদমক হোৎনখিবা কয়াগী ব্রারী থেংনবীরবনি। ইশাগীদমক খনবদগী খজিক্তং হায়দোক্তুনা সমাজগীদমক খজিক্তং হোৎনগে হায়বদা ইমানা শাউবিরিবা করিগীনো?"

"ইবুংঙোচৌব, পুম্নমক্তু ইমাসু খঙলিবনি। অদুবু ঐসু ঙসি ফাওবা ইচাশিংসিতবু মীওইরবদি, মীখা থাদনবু হিংজরবদি হায়দুনা চাবা মচেৎ, শুবা মপুম ওইদুনা হোৎনরিবনি।" ইবেতোম্বীনা নীংঙমদনা হায়রকই।

"অদুবু ইমা করিসু নত্তবা ব্রাফমদুগীদমক চীন্দা পাউদানবদি ঐদি তাবা ঙমদ্রে, য়ুমসিদকা লৈনীংদরে।"

"করিগী ইচানা য়ুমদা লৈনীংদ্রিবনো? ইমা ব্রা হায়গে তাউ।" মমানা মখা শমথরকই, "নুপী ওইবী কয়ানা হায়জবা তবীদবদগী নাতৈ চাদবা থৌদোক কয়া থোকখ্রিবদুনি। রমায়নদা শ্রী রাম্মা ইচুম চুম্না চৎচবী সিতাবু থাজবীদবদগী মাগী চাংয়েংদা মহাকপু ঈশ্বরমক্তি লাৎচরিবা মনাইবু মৈগী পরিক্ষ্যাদা মপুরোয়বা মচাশিং কায়নখি।"

"ঐদি নমা নচাগী অব্রাই অখুমসি ফনবু নুংঙাইরি। ইশাসি পঙথরে।" থানিন্না নোকফেৎ তৌনা হায়রকই। "নমা নচাগী মরৈসি ঐগী মিচংলোমদা শোয়দনা লাক্লগনি। ঐগী কলম মচীন থৌরনি। অনৌবা মঙাল ফংলে।"

"অদো ইমা" ইবোচৌবনা মমাবু থেমজিন্দুনা হায়রকই, "পুক্লিং খরা খিৎ ফাথদুনা নচাগী ব্রাহেসি অমুক্তং তাবিখো।"

"হায়য়ু হায়য়ু ইচানবু ননীং থুংলবদি ঐগীদি ...। নঙগী অমসুং নচলগী তুংগী অশাদা খরা খিৎ শু-নোমদুনা ইমুংসি ব্রাৎত পাদনবা হোৎননীংদুনা হায়বনি। শান্তি লৈনা

হিংনীংবগী ওম্না ওম্নবা হোৎনবদা ঈশৌ খরা খিৎ লাংজবতনি । ঐদি নখোয়নবু নুংঙাইহনি হায়রবদি কায়দে।"

"অদু পুন্নমক্তু ঐ ঙসাইনা ভাব তাজরে । ঙসাইনা মমাঙ থক্তা নীংশিংশ্রে পাবনা । ঐখোয়খক্তা নুংঙাইরগা সমাজ অসি নুংঙাইবা য়ারোই । অৱাৎ অপানা থল্লবা সমাজসিদা ঐখোয়দা ফরগা নুংঙাইনা লৈবা য়ারোই । সমাজনা ঐখোয়গী য়েক্রবা ওইরক্লনি। মসি থাজবীয়ু ইমা । সমাজ অমা ফহনবা হায়বসিদা মাইকৈ কয়াদগী হোৎনবা চঙই- বিজ্ঞানগী মায়কৈদগী, লৌউ শীংউগী নাক্কনদগী, অনা লায়য়েংগী হকশেনগী মীংয়েংদগী, কলা, লিলা, সিনেমাগী লমদগী। অসিগুম্না মীওই কয়া কয়ানা দায়ত্ব লৌনরবতদা চাউখৎপা হায়বদু ওইগদৌরিবনি । অসুম্না অইবশিংগীসু সমাজসিদা দায়ত্বসি য়াম্না চাউরিবনি।অফ- ফত্তা কয়া নৈনদুনা সমাজসি মায়কৈ লেপকদৌরিবনি । অদুনা ববানা সমাজসিগীদমক অইবা অমা ওইদুনা সমাজসি শেংদোকপগী থৌদাং লৌনিংলিবসি হোৎনরগা য়েংহনবদা করি কায়বগে ?"

ইবেতোম্বী মচাগী ৱাফমসি মুন্না তারগা লৈচিন্না খনজিল্লুরবা থাজনা মশক থোক্লকপগুম মায়থোঙ মকা লাম্না থানিনদা ওনশিন্দুনা হায়রকই," মাই পাবুঙ, ননাইবু ঙাকপিয়ু । ইমুং অসিদং ফিরেপ চানবা হোৎনবদা ঐগী মিৎয়েংদা অখুবা খজিক্তং য়াওখিবনা ঙাঙনা শক্লখিবশিংদু ঙাকপিয়ু। ৱারৌবিনু। ঙসিদি ঐগী মিৎসি অমুক হেন্না পাঙলে।"

"করিগী ৱারৌরুনি, মমা মীনা মীবু উনদ্রবা সমাজসিদা নহাক্না ইমুং অসিগী খোঙফম অমতং ফংনবা হোৎনবদা মৈশা লাংলবী নঙবু ঐগী থাম্মোয়না থাগত্তবা ঙমদে। থম্মোয়সিদা নঙগীদমক লোন্না চাউখোকচরিবনি।" থানিন্না থম্মোয় মহী লাঙথোক্লদুনা হায়রকই ।

"অদুনি ইমা, পাবুঙগী অনৌবা লম্বী অসি চাংয়েং তৌদ্রিবা পাত্রগুম্বনি, ঈশিং য়াওবা পাত্রদা অইংবা উন হাপচিন্দুনা শৌদোক্লক্তুনা ঈশিংগী ঈমায় হেনগৎহনবগুম পাবুংবু মগুন হাপসি।"

মমা মচাগী থোৎথরবা ৱাহৈশিং তাবদা থৌনা হাপ্লবা থানিন কলম পায়খত্তুনা ইনবা শেম শাখ্রে। মচানুপা ইবুংঙোচৌবনা মপাগী মহুৎ শীন্দুনা লবুক মাইকৈ পাঙখ্রে। ইবেতোম্বীনা মপুরোইবগী মহুৎ শীন্দুনা ইমুঙগী ভার পুম্বা পুনবা শেম শাখ্রে। ০

## ওক্তংবী



*শ্রী লাইশ্রম জুগেশ্বর সিংহ, ইং কুমজা ১৯৬১ দা ব্রাংজিং এস:কে: লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রী লাইশ্রম তোম্বা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি লাইশ্রম ওংবী মেমে দেবী কৌই। এম:এ: মণিপুরীনি। হৌজিক উ - শুবনা শিনফম ওইদুনা হিংলি। ইবগী লমদা নৌনা খোঙদারক্লিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকি অমসুং মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ব্রাংজিংগী মেম্বরনি।*

নুমিদাংগী পুং ৭.৩০ তারক্লে। তোমপোক মণিপুরী পাউ তাগদবগী মওংদা য়ুময়াই- য়ুমশাঙ কোইচৎ চক্কুনা য়ু ঙাওফিং ঙাওফিং তৌদুনা লৈ। নুংতিগী মওংগা ইমান মান্নদবগুম উই। মণিপুরী পাউ লাক্লে। পাউ লোইখ্রে মচীন্দা শোল্লি - "হায়রিসিবু অশেংবা ওইরিদ্রা ?" মেম্মানা করিনো হংই। মণিপুরী পাউদা অব্রাং লৈকাইগী য়ু তোমপোক্কী মমৌ সনা ঙসি নুংথিল পাওনা বাজারগী হোটেল অমদা নত্তবা শাজৎ চৎলম্বগীদমক মীয়াম্না ফারগা মরু কোক্লগা ব্রারকখ্রে হায়না য়াওরকই। পাউদু তাবদা তোমপোক শাউমনখিবনা য়োংখোক পায়দুনা মমৌ নুপীদু হাৎকনি হায়না চেপ্লোকখি। পাউদু মেম্মসু তারে। মেম্মনা তোম্পোক খাম্মী। মকোক্তা মখুৎ হাপ্পী। "ঐগী ইমৌনা লম্বীদুদা খোঙদারবা?"

"অমুক্তা তপথবিখো! ঐগী ইমৌ সনা লম্বীদুদা চৎলমগদবা মান্দে। মাদি শু- নোম্বা হালেংদবীনি। মচাশিংগীদমক কন্না হোৎনর্নাবিবনি। ইবুংঙোচৌবসু জেলদা লৈখ্রে।" মেম্মা মপুক্কি ংদদি চিংনৈ "ঙসি মঙা তরা কনিসি নোং লেপ্তুনা চুবদগী থবক শুবা চৎতবগুম তৌবনি।" মেম্মনা খাম্মি। তোমপোক য়াম্না শাউরম্মি। য়ুসু ঙাওরি। লৈকাই হুপ্চিল্লকই। মেম্মানা মমৌগী মনাক্তা চংলগা হায়রিবসি চুম্লিব্রা য়েংলম্মী। সনা ফিক্কক খুনজিন্দুনা হিক হিক কপ্তুনা লৈরম্মী। মচা পিশক্তুনা খোম থক্কদবগী হোৎনরম্মী। খরা চাউরবা মচাশিংদুনা মমানা চেং পুরক্কনি হায়না ঙাইরমবদগী মমানা তৌরিবা মতৌদুদা হিক্লা হিক্লা "করি তৌরে ইমা?" হায়না কপ্তুনা লৈরম্মী।

মমৌগী মতৌদুদা মেম্মা তৌফম খঙদনা "সনা! ইমৌসু ...!!" সনা মনেম উবদা - "ইমা ঐ হিংনিংদ্রে। ঐবু হাৎতোকপিরো! ঐ ইচাশিংগী মতৌ য়েংদুনা লৈবা ঙম্নরোই। ইচাশিংসি ঙসি হুম্নি শুরে চারক্লিবা।" মচাশিংদু মখোল থোক্লা কপ্লকই- "ইমা ... ইমা...!"

মেম্মা মগুশিংগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। কপ্পা কপ্পা মপুক্লিংদা মওন মওন ... মখোয়বু চরা অমত্তং পীজবসু ঙমদে। সনাসু শিবগী চৈরাক ফংলনি। অদুদগী মফম খঙদনা মাঙখ্রিবা মচা অতোনবা বোইচাবু নীংশিংলকই। লাইয়েংবিদনা শিখ্রবা মচানিঙোল থোইসনা নীংশিংলকই। থোইনা শিরমদাইদা

" ইমা ঐ ডাক্টরদা চৎনীংই। ডাক্টরদা চৎলবদি ঐ শোয়দনা ফগনি বাবা লাক্লগা চৎসিকো!" হায়খিবনি। "ওক্তবী ঐগী ইমৌদি ওক্তবী ওইবা তাবনি। ঐসু ইচাশিংগী মতৌ য়েংবা ঙমখিদে। ইচানা চরা মশীং খঙদনা হেনবা .... মপাগী নোংমগী য়ুথকশেল পিনিংঙাই লৈতদুনা মহাজল চাওবগী মফমদা ওক্তবী ওইখি। মীয়াম্না ঐবু কি তুক্কৎচখি। উপাই লৈতে।" মমৌ অমদি মগুগী মতৌ য়েংলগা কপ্পা কপ্পা মপান থোরকই।

তোপোক্লা মেম্মদা "পুম্নমকসি নঙনা থোকহনবনি। নঙ হান্না হাৎলগা লোইরে... ওক্তবী"। মেম্মা তম্না হোৎচিল্লকই। ময়াম্না খাম্নে। মৈরা পায়বী ময়াম হুপচিল্লকই। খরনা "হাৎতোক্কদবনি" , খরনা 'চিংথোরকউ", পুম্নাং লাংই। "ময়ুম মৈ থাদোক্কদবনি।"

মেম্মনা," মান্নি,ঐ ওক্তবীনি, ঐবু হান্না হাৎলু! তইবংগী অরাবা পুন্না কোকথোংনরবীনি। মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদবী, ঈজৎ মাঙলবী, হিংবগী কান্নদ্রবীনি। নঙ শিদ্রিঙৈগো ঐ হান্না শিজখ্রগে! শিরগদবা নঙগী চাকথাক হুন্দুনা লৈগদবগী শরুক নতু নচাগী খন্দবা নশাগীদা খনবা নঙগা লৈমিন্নগদবগী শরুক শিখিবনা শরুক চামা হেন্ন ফৈ।"

"পুম্নমক মাঙলে, নচাদা নত্তনা নগুফাও মাঙলনি। অহল লমনসু লোয়না মাঙখ্রে। মরী- মতা পূন্না নোরোক তারে। ইপু - ইবেনসু নঙগী হোৎনরিঙৈদা শিরমদাইদা মনিং থুংদনা য়াম্না ব্রানা শিখ্রবনি । ইপু ইবেননা অহল ওইরগা চানিংবা চাজনবা লোননা থমজবা পৈশা মখৈসু নঙনা লোইনা হুরানবীবা , য়ু থকতোকপা, জুব্রার শান্নদুনা মাঙহনবা! হনজিল্লকলগা বাজী (ইকুবোক)গা খৎনবা,ইমাগা (ইবেমবোক) খৎনবদসু ইকুবোক্লা খরা ঙাংই হায়দুনা নংনা অপায়বা পোৎনা থাজিনবিবা । ইবোক্লা শাউদুনা লমহেল্লি হায়না ঙাংলগা ইবোক্কী মখৌরি মেৎখাইবীবা। মদুগী ইপুসু লাইমন ওইদুনা শিখ্রে। কর্ম্মদি শোন্দবা য়াদবনিনা মীঙোন্দগী পুরগা লৌ য়োল্লগা শিংহনবা ! মতম খরা লৈরগা ফরবদি হায়দুনা বাজীনা মমা মপাগী করিগুম্বা অমা ফাওবা তৌখিদ্রে ইবুংঙোচৌবসু লাইরিক লাইশু নিংথিনা তম্বা ফংদবদগী নঙগী নতৌ তমদুনা য়ুদা লাইচুরকই। ব্রারেম ঙাংবনা মথৌওইরকই। য়ুমগী অরৈবা পোৎ- চৈ হুরান- হুরান্দুনা মাঙহল্লকই। মচা লৈরগা খরা ফগদ্রা খল্লি। হেন্না হেন্না ফৎচিল্লক্তে। মীগী মপোৎ হুরানলগা নিশাগী খরচ ওইনরকই। মীগী মপোৎ হুরানলুবগী জেলদা থমজিনখ্রে। নচা নুপীসু অকনবা অনাবসু নত্তবদা লাইয়েংবীদদুনা শিখ্রে। নচা অতোনবা বোইচাসু ইমুংগী খৎনবা চৈনবা নঙগী নতৌ য়েংনীংদবা মনিং থুংদবা কয়াদগী নহারোল য়াওখিব্রা মফম খঙখিদ্রে। চহি তরামুক গুজিল্লক্রে।"

"নঙগী লায়েংনবা অমদি ইচাশিংসি চাউনবা হোৎনবদা ঐগী ইমুং- মনুংসু লোইনা লৈখা তারে। নংনা য়ু থকমনবদগী নমাই- নমিৎ পোমদুনা নবুক কংখক্তুনা নাবদা অরে অরেবা ঐগী অউন পোৎসু লৌ য়াওনা লোয়না য়োনখ্রে। খরা ফরে। থক্লরোইদৌবা মাল্লি। খরা লৈরগা অমুক থকচিল্লে। অমুকসু নারে। ইপামদগী ইচা চাদবা য়াদে, নিপা লায়েংদবা য়াদে হায়দুনা হৌজ-হৌজ ইমা ইপাদগী ইবুং- ইপ্বাদগী লৌরুই। লৌমন্দুনা মখোয়সু পীনীংলক্রে। ঐসু উপাই লৈত্রে। ইচাশিং চরা হেনবনা মশীং খঙদ্রে। অদুগী মথক্তা নঙগী নোংমগী য়ুথকশেন ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। পীদ্রগা অঙম্বনি হায়দুনা লৈরনু নপাম চৎলো হায়দুনা হেক্তমক ফুবি। ঐ করম্না খাঙগনি। উপাই লৈতদুনা ঐসু মহাজন চাউবগী অরোনবা নুপী (ওক্তবী) ওইবা তাখি। "হা উরোক নমাংসু লাং নতুংসু তেন হায়বদুনি।" ইচাশিং অমদি নংবু থাকখি। নঙগী নোংমগী য়ু থকশেন হুনখি। মতমদু নঙদি খঙলোই। নঙদি রাধেসনাগীদা (অতোনবী) লৈখিবা মতমনি। ঐনা অঙাংশিংগী চরা হেন্দনবা হোৎনবা অমদি ইমা অনাবগী অঙম্বা মখে হোৎনজে। অদুবু কনবা ঙমদ্রে। নোংমা নুমিদাংব্রাইরম ঐনা হঞ্জিল্লকপদা বাজীনা ইকুগী ইবেম্মা হায়দনা কৌশিল্লকই। করিগুম্বা অমা হায়গদবা মাল্লি। ইকুদি করি হায়গনি? ইকুগী ইবেম্মা "ঐ খঙইনে, নঙ মপোক মপোক খুদিংদা নুংঙাইবা ওইয়ু। ইকুদি ইমৌগী তোংশা য়োল্লগা হিংবা পামদ্রে। ইকুদি স্বর্গদা চৎলগে" হায়রকই। "মতমদু বাজী ঙমদদুনা লৈবনি ।ঐ স্বাই লাওই। নহানমখে কনা খঙদে, কনা উদে হায়না খল্লম্বনি। ঙসিদি ঐগী উপাই লৈত্রে। ঐ শিরগে নীংখি। ঐ পাপ চেল্লবিনি খল্লি।"

"নুমিৎ অদুদগী বাজীসু করিগুম্বা অমত্তা চাও- থকউ হায়বা য়াদবা মখে মথন্তা আত্মাঘাট তৌবগী মওংদা শিজখ্রে। বাজী লৈতবগী পাউদু ইপামদা হায়রুবদা ববাসু লাকউ হায়বা য়াখিদ্রে। অদুগা কনামতসু লাকহনখিদ্রে। ঐসু য়ুমদা লাকপা য়ারোই হায়রকখি। "ঐদি ওক্তবীগী মপা নত্তে । মা ঐগী ইচা নত্তে", হায়রকই। মা শিগ্রবনি হায়না ঙাংলকই হায়। মৈবু ফিনা কুইনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদে হায়বগুম্না ঐগী শাজৎসি মীপুম খুদিংনা খঙনরক্লম্মী। নঙদি অদুম লাকখিদ্রে। নোংমা বাবানা কন্না নারবকান্দা ঐখোয়গী তোনদোনথা লাক্লম্মী। ঐনা হংবদা বাবানা নচেদু ব্রারমগনি য়েংলুচো হায়দুনা লাকপনি হায়রম্মী। অদুগা বাবানা পৈশা খরসু পীরকই হায়দুনা পীরম্মী। অদুগা মানা চৎলমদাইদা বাবাসু মশা কন্না ঙমদে হায়রম্মী। ঐনা ঐ লাকউ হায়ব্রা হংবদা তোনদোনবনা খুল্লমদে। খরা লৈরগা ববা লৈত্রে হায়বা তারে। ঐ য়ুমদা চৎপা ঙমদ্রে। ঐনা চৎলুরগা ইবুং ইপ্বাগী মমায় খুনবনি খল্লুবদা হিক্লা কপ্লগা খাঙজখি। বাবাদু ঐগী ব্রাখলদা শিবা ওইরমগনি।' ঙসাইমখে তুমিন্না তারম্বা তোমপোক্তু খাংবা ঙমদ্রমালে। 'তুমিন লৈরো ওক্তবী।'- 'মান্নি ঐ ওক্তবীনি, ঐবু হাৎলু! ঐ হাৎলগা নঙগী পেনগদবা লৈরবদি।"

মীয়াম ইরাং লাঙনরকই। ওক্তবীদি হাৎতোক্কনি। লৈকাইদগী তাঙ্খোকখিদগবনি। ময়ুম মৈ থাগদবনি। মথং মথং লাউরকই। য়ুম মৈ চাকখৎলকই। খা- ব্রাং মনিং মমাঙ কোইচেন চেন্নে। শিরে শিরে লাউরকই। গাড়ি যৌজিল্লক্তুনা তোমপোক পুখি য়ুমদু তুম্না মৈনা চাকখ্রে। সনাগী মৌপ্রাদু মৈ কনবা য়াওরমবজাৎনি। মপা লৈতবগী পাউ হায়বা লাকপা মাল্লি। তোমপোক্তু ডাক্তরদা পুখ্রে। মীয়াম্না নেৎখাইবদগী শিবা চঙবা খঙদনা, ঐসু তুম্নীংদুনা তুম্বা অদুম চংলে। খরা অমনা কপ্পা লাউনদুনা লৈহৌরি।

নোংঙানলকপদা মফম- মরাং খঙদবা য়াম্না নুংঙাইতবা মঙ অমা মঙলন্বদগী মীকপ খংথোক থোক্লকই।মীয়াম কপ্পা লাউনরম্মী। ঐদি তুম্লমদাইদা কপ্পা লাউনবদু ওইরবোই নীংলুই। ঙাইহাক লৈরগা তোমপোক শিরে খঙলম্মী। য়ু-তোমপোক শিবদা ঐ নুংঙাইরমদে। অমুক্তা হেন্না নুংঙাইতবদি লৈহৌরিবা মেম্মা অমদি মচাশিং- মশুশিং লোয়ননা ইবেম্মা সনাগী খল্লুবদা নুঙাইরমদে। করমদি তৌনি ? মতুং থোক্তনবা হোৎনবা হায়বদুনি? সংস্কার ঙাইহাক য়াওরুবা তাই।

সনা মপান থোকখিদ্রে। মখোয়গী য়ুমদু খুম্তাক লানশিবগুম তৌরে। নোংমদি সনাগী মচাশিংদু বজারগী হোটেল অমদা য়াওবা উরম্মী। ০

# কুরাও মপালদা খোইনিং



*সরত সলাম, খৃ:১৯৬৬ গী এপিলগী তাং ১৩ দা ব্রাংজিং হোদাম্বদা পোকখি। অপোকপগী মিং শ্রীসলাম লাইবা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মীংনা সলাম ওংবী য়ুম্নাম নীঙোল মাইমু দেবিনি। সরত সলাম ১৯৯১ দগী সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকখিবনি। হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ১৪ ফোঙথ্রে। ওল ইন্দিয়া রেদিও, ওল রেডিও ইম্ফালগী ঈশৈ অমসুং লিলা ইবা মীওইসু ওইরি। ২০০৩দা ডা:অম্বেদকর ফেলোসিপ এৱার্দ ফংখি। সাহিত্য প্রচারক সভা, ব্রাংজিংগী জেনেরেলসেক্রেটরি ওইরি। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদগী লাইফ মেম্বরনি।*

হেক উনবদা অহন অনি অদু মিংফম হোংদনা চপ- চপ লেপদুনা য়েংলে মিৎচানদুনা ঙাইহাক ব্রা - ঙাঙনদনা য়েংনরগা নুপাদুনা চিংনরপ তৌনা হায়,

"নঙবু চাউবী নত্ত্রনে?"

চাউবীসু চিংননা হংলকই।" তাদবু মাঙ্গোলজাওনিকো ?"

"মানিনে ঐ মাঙ্গোলজা ওনিনা?"

"তাদবু কমদৌরিবগে? শকপু ইয়োং হোংলমদেনে।"

"কমদৌনি হায়গে ইশ্বরনা হৌজানবীদুনা ঙাসিফাউবদি হিংলি। নঙসু নহাবু ওইরিনে? লৈশারিঙৈদা ফজখিবা শকতো হনলমদ্রিনে?"

"তাদনা নহা ওইরিঙৈদা উখিবা শকতো নিংশিংলঙুনা ওইরিনি"

"মপাদি? কমদৌরি?"

"কুইরেদা তাদ লৈখিদবা মখোয় মপাদি, চহি কুনমুক সুরম্মনি"

"ইচাশিংদি ইসু লোইনা উবমলনি?"

"ইচা নুপা অহুমনি নীংঙোলদি অমতনি মশু ফাওবা ময়ুম পাল্লে।"

"ইচা নুপাশিংদি?"

"মখোয়সু মচা ফাওবা মশু লোইনা উনরে তাদগীদি ইচাশিংদি কমদৌরি?"

"চাউবী ঐগীদি নুংঙাইরি ইচা নুপা মঙানি নীংঙোল অনিনি মশু ফাওবা লোইনা ফংনদুনা লৈনখরে। নুংঙাইসু লোইনা নুংঙাইরি। ব্রারিবা হায়ববু শিবা ঙাইনা হিংলিবা ঐখক্তা ঙাইবে।

"তাদগী সেবাদি?"

"সেবাগী ৱাদি চাউবী হায়দনা কান্নদে ইচা ইমৌ, ইশুনা লুনা তৌরি হায়ববু মমা লৈরিঙৈদা মমানা তৌবা সেবাদুগা মান্নবা হৌনদে, নীংবদি থুংবা ৱারে।'

"তাদগা অমহানি ঐসু মখোয় মপা লৈরিঙৈদদি ঐগী কুসি তৌরমই। হৌজিক্তী কুসি ঙমদ্রে।"

মঙ্গোলজাওনা পূক্লিং নুংশিনা চাউবীবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই।

"ঐখোয় মতমদো নুংঙাইবনিদা"

চাউবীসু লৈশারিঙৈদো নৌহৌননা নীংশিংলুবদা কপনীংলকই।

"অদুগী হায়রুরবদি তাদ মতমদো নীংশিংলুবদা কপতুম কপনিংলকই।"

"পুন্সিদা অমুক লাক্লরোইদবা মতমদো নুংশিদা, ঐনা নখোয়দা কোয়বা লাকপদা নখোয় পাজিনা চৈ পায়দুনা তানবদা ঐনা হৌদুনা চেনবদা নখোয় সুমাং মতোনগী কেতুকী পাম্বীদা তুশিনখিবদো"।

থম্মোয় শেংনা অনিমক নোকমিন্নৈ।

চাউবীনা মখা শমলকই,

"ঐনা থরোই থোংবদা পাখং লাকই হায়দুনা ইকাইমনখিদুনা থরোইদো খাবৈ ওৎতবদ অদুদা কাথি নমলকপদা তাদখোয়না, 'চৎচরগে ইনশাং ওৎতবী হায়না লক্লরম্বদো ?"

নোকফেৎ তৌনা মখা শমথরকই।

"অদুগী ৱাদি চাউবী লিককোল শান্নবদা নঙ কোয়বা পাখংশিং লাক্লবদা নঙনা তৌফম খঙদ্রদুনা ইমুং চংদুনা লৈথোকখিবদা ঐনা খুৎদাং পায়দুনা চিংথোক্লুনা লিকোল শান্নবদা পো কাংদবদগী ঐনা নখুত্তা হাপচরগেনে-কিহোম মমিৎ, শাইন জম- জম নিংথিজবী মোইরাংগী চিংখুনগী মচা মমোমলোই, থোইবীগুম ফজবী নহাকথক্কী মফমসে চায়নদৌরে হায়দুনা নখুত্তা ঐনা লিকোল মরুনা সুবদা নঙনা নামনখিদুনা ঐঙোন্দা শুগৎলকপদা ঐনা নুংশিজখিবদো। নুমিৎতুদা ঐনা নঙবু চেল্লনি হায়দুনা খুৎদাং পায়দুনা চিংগে তৌবদা নখোয় বাজিনা ফুখিবদো।"

চাউবীনা হা...হা...নোক্লগা।

"নঙদি কাউদ্রিবোইরে!"

"করিগী কাউরুনি।"

"অসুক কুইরবা মতমসিবো?"

"ঐদি ঙরাংতা ওইরবোই নীংই।"

চাউবীনা শকফম হঞ্জন্না,

"খঙদেদা তাদা খনজরুবনা অমা লাইবক্লা তম্বানা অমা হায়দুনি।"

"নখোয়গী সুমাং অচৌবা অদুদা ধুলোপ য়ৈরগা ঈশৈ হন্দুনা থাবল চোংবদো নুংঙাইখিবনিদা। অমুক হন্না চোংবা ফংখিদরে। নুংশি নুংশিবা ঈশৈ কয়া গ্রামোফোন রেকোর্দতা চন্দ্রকলাগী ঈশৈ খোংলগা ঐখোয় ময়াম কোইশিল্লগা, তামিন্নখিবদো নুঙাইখিবনি, হৌজিক মতমগদি য়াম্না খেৎনরে হে চাউবী।"

হৌখিবা মতম নীংশিংলক্তুনা মিৎতগী পি তৈথোক্লগা হান্নগী মতৌগুম পুক্লিং ইনৌ নৌনা, "লাইবক্লদি তম্নখিদ্রবনিনা কুইরেদো উনখিদবা ? ইপামদসু চৎখিদবা চহি য়ামলে, কেতুকীকাদু হৌখিদরে, মফমকাদু লোইনা য়ুম শাজিনখরে।"

"কুইরবগী তুংদা ঙসি উনবনিনা চা অমত্তং হোটেলসিদা থকলুসি হায়ববু ?..."

"হোইদহে, কৈদৌয়েগে অসুক অহল ওইরবা ঐখোয়নবু করি তৌনিয়েগে?"

অসুম্না মাঙ্গোলজাও অমসুং চাউবী পাখঙ লৈশারীঙৈদগী খঙনরকপনি। ঙসিদি চহি হুমফুদ্রা মরি/মঙা সুরক্লবা মতম অসিদা কৈথেলগী মচি অমদা থেংনবদা হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী নীংশিংনদুনা ঙাইহাক ৱাখল পূক্লিং নৌথোক্লরি।

চাউবীসু শন্নাংদো খোমগৎতুনা ফিজি ফিনা তাশিল্লি। মাঙ্গোলজাওসু মখূৎনা মশম অঙৌবা অদু শমহাৎ শেমজিল্লি অদুগী মখা তারকই।

"মতমসে থেংলে চাউবী।"

"মতুংদা অমুক উনরসি তা- মাঙ্গোলজাও"?

অসুম্না মাঙ্গোলজাও অমসুং চাওবী নহা ওইরিঙৈদা নুংশিনরকপা মখোয় অনিগী ৱারী লৈরিবনি। পাখঙ লৈশারিঙৈ মতমদা চাউবীগা ফোটো নমমিন্নখিবগী ফোটো এলবমদা য়াওখিবনি। নীংশিংলক্তুনা য়ুমগী চেকশিন্না থমলিবা উপু মনুংদগী ফোটো লৌথোক্লগা চাউবী য়েংহনগে খন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না ফুরিৎকী ফিখাউদুদা হাপচিল্লগা নুমিৎ অদুদা য়াম্না কেনা থাউ মনম নুংশিবা শমদা তৈদুনা মাইদসু মসু নুপীগী মাইদা তৈনবা থমলিবা ফিয়ব লপলিদু লৌথোক্লগা তৈরি। মাঙদা লৈরিবা শকয়েং মিংশেলদুদা লৈনা লৈনা মশা পুম্বা য়েংলি। মদু উবদা মসু নুপী সোনিয়ানা।

"দাধৌসে ঙসিদি পাখঙ মানলি।"

"অওইনদুম মানবরা ইসু তোনবী?"

"দাধৌনা মাইদা তৈরিবদো মচেৎ নাইরে দাধৌ ঐ তৈবীগে? মসুনুপী সোনিয়ানা নিংথিনা কেবীরগা হায়রকই।

"দাধৌ য়াম্না ফজরে মীনা উরগা মশক খঙলরোইএ।"

"ইসু তোম্বীনা ফজরে হায়রবদি য়ারে।"

"দাধৌনা কেরিবসিবু কদায়দা চৎতোইনো?"

"কদাইদসু চৎলোইদা ইসু তৌম্বী, কৈথেল ফাওবতা চৎথোকলুসিরা তৌবনি।"

"অদুদি ঐগী অচাপোৎ লৈরকও।"

"ইসুবু করি চানীংবগে?"

"বোরা সিংজু লৈরকও দাধৌ।"

অসুম্না মাঙ্গোলজাও নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা থেংনখিবা কৈথেলগী বোরা সিংজু য়োনফম মফমদুদা চাউবীবু ঙাইহিরি। চাউবীদি নোংমা মঙ্গোলজাওগা উনবা নুমিৎ অদুদগী লাইহৌ তৌরক্তুনা চৎথোকপা ঙমদনা লৈরে। মাঙ্গোলজাও মখোয় অনি পাখঙ ওইরিঙৈদা য়াম্না নুংশিনরকপানি মতম অদুদা চাউবীবু পামজবা অহল লমন অমনা মমৌ ওইনবগীদমক্তা হায়না শীংনদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংখি। ব্রাখলনা অমা লাইবক্না অমা তম্বা ঙম্বা নত্তে মীওইবগী পুন্সি। পোকপদগীনা ঙসিফাওবগীদি খঙলে পুন্সিসে মিৎকুপসিদগী হয়েং করি ওইনি তম্বা ঙমদ্রে। মাঙ্গোলজাও ঙাইবা য়াবা ঙাইরি নুংতি নুমিৎ খূদিংগী মঙানি তরানি।

নোংমা মাঙ্গোলজাও ফমুংদা লোংনা হিপলগা চাউবীগী ফোটো নহা ওইরিঙৈগা নমমিন্নখিবা অদু য়েংদুনা লৈরিঙৈদা মশুনুপী সোনিয়ানা।

"দাধৌ কনাগী ফোটোনো দাধৌনা য়েংলিবদুবো?"

মশুনুপীগী মমাঙদা ইকাইনা,

"কনাগী ফোটোসু নত্তেদা।"

"ঐ অমুক্তা য়েংগে দাধৌ।"

"নখোয়না খঙবা নত্তে ইসু তোম্বী।"

"দাধৌনা কপলিবা অদুবু করিগীনো?"

"কপ্পা নত্তে মিৎতা ফত্তবা চংখিদুনা তৌবনি।

তানজা অদুনা সোনিয়াগী মমানা মকুবোক্তা

"ইকুবোক নুপী অহল অমা ইকুবোকপু থিরকপা ওইরমাল্লে, চাউবী কৌই থৌবালদগীনি হায়!"

মাঙ্গোলজাও ঙক্লা,

"হা... চাউবী হায়বা?"...। ০

# লাই ওল্লবা মী



*সনসম নবদ্বিপ, খৃ: ১৯৬৯গী ওক্তোবরগী তাং ৩১ দা পোকই। অপোকপা অপোকপীগী মীং ইবোতোম্বী অমদি ইবেতোম্বী কৌই। লমদিংদা পোকপনি। মহৈ এম:এ: ফাওবা তমহৌই। প্রাইভেৎ স্কুলগী ওজানি। পাউচেদা, সাহিত্যগী চেকোংশিংদা অমসুং অতৈ চেফোংশিংদা আর্টিকলশিং মরক মরক্তা ইরি। ট্রান্সলেসন্না অয়াম্বা তৌই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক ব্রাঞ্চকী সেক্রেটরি জেনেরেল ওইরি। সাহিত্য প্রচারক সভা, ব্রাংজিংগী লাইফ মেম্বরনি।*

ইন্দক্কী য়াওশঙ লোইখিবদু ফনা ফুইরে হায়'তাই। অদুবু ঈনিলদি থা অনি অহুম হৌখ্রবা ফাওবসি লোইবা নাইদ্রি। ইবেম্মা ইবুংঙো, রাধা কৃষ্ণখোয় মিৎ মায় পাঙখিবা মফম অদুদাইদদি হৌজিক কালগী য়াওশঙশিং করম চথবিদৌনো খঙদে। অদুবু শরা লাপ্পপ্রা রাররা। ভৌবা ঈশাইদদি ফনা কল্লি হায়বা তাই। হাংন শুনবা, অশি অনা, বন্দ, ব্লোকেৎ শবকসিদা যাওশা ঙসু ফনা ফনেনা অদুম লিৎ লিৎতুনা পাঙ্গো চেঁই। নুমিৎ মঙানি অকনবা থবক ইনাখাং লেপ্তুনা য়াওশঙ পাঙখোক্লবা মতুং খানলচোবেনা অনুক মখা শমথহৌরে। মৈরি খোঙ্গা চাকথ্রবা মতুং মৈ তালনা ফনা ফুইনা তিফনে হায়বদুনি। মঙানি হেন্না চোংবা খারোই হায়জবগু থবলদ অশানা লৌ লৌদনা শক্তিবু য়ৌশিল্লকই। অথিবা কাঙবসু হায়জনবদি হেক্তা য়াই। চেডিজনীংবনা খিংলপ্পা ওইদা তাই। ছাত্রোশিংগী মক ওইত্রনা পরিক্ষা অনি-মৌনক, টুয়েন্টি পারিক্ষা কুমহৈনা থৌগল তৌদুনা হৌখি। অভিবুদা অমুক চৈথোংগা অনি শায়েন ভায়েন্নদুনা হথাও ওক্লপা লেপ্লিংঙ্গু লেংঙানদা কপসন থাগী লাই হৈরাওনাশিংনা অমুক ঙাইদুনা লৈরম্লে। কয়াদা লাইরেক ফঙ্গবনো মণিপুরদা ছাত্র ওইনা পোক্লুবা হায়বসি। মসিগী মথক্তা কুমহৈ কয়ানা কিয়ুদা ঙাইদুনা লৈরিবনি। বন্দ ব্লোকেৎশিংনা পোৎহাপ ওইনা তৌরিবনি।

খ্বাইরাকপমগী অহল ইবুংঙোদুনা মাগী ব্বারেং অমগী অহৌবা পরেংদা "মৈতৈ হায়বা ঐখোয়সি নুংঙাইবা হৈরবা জাৎনি" হায়না ইরম্বদু মশম কেনবমখৈ খল্লগা ইরমলিবা ওইবা তাই হায়না হৌজিক্তা খল্লকই। নুংঙাইনিঙাই ফীভম অমতা লৈত্রবা মফমসিদা কয়াদা নুংঙাইনা লেল্লিবা? চানা থক্লবগী মমলনা লায়র-অনংদি লায়রদনা ময়ায় ওইরপ শাফবা ইমুংনা ফাওবা তান্নবা ফংদবমখৈ মনীং তেকথোক্লুনা চেল্লি। ফেরাদেখোয়, এডিসনখোয়না

পুখোক্লম্বদা ঐখোয়গী শরুক য়াওরমদুব্রা খণ্ডদ্রে লমদমসিদা বিজুলিগী ফিভম নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লক্ত্রি। মম্বা নুমিৎকা লাক্তবা নুমিৎকগী লংদাই কৃৎশিল্লকই। অফবা থক্রুবা ঈশিং ফংদ্রি। লম্বী-থোং ফক্ত্রি। য়ুমলৈ-কৈরৈ য়াদ্রি। লৌউ-শীংউ চাওখৎত্রি। চৎথোক- চৎশিন পাম্বৈ ফক্ত্রি। শুফম নোমফম লৈনদ্রি। হায়দুনা কান্নদে অমতা য়াদ্রিসে। অদুবু কয়াদা নুংঙাইনা লেল্লিবা লমদমসিদা। তশেংনা নুংঙাইবা হৈরবা জাৎনি। ব্রাখল নুঙাইরগা ইনুংদা নুংঙাই হায়দুরা? অধ্যানতিক ওইমনদ্রা? আশন ফত্তনদি ধ্যান নুংঙাইরোইদা।

ঐখোয়গী অসিদা লাই মখল অসি লাৎপা কয়া কুইরবনো হায়বা ঐদি খঙদে। ঐনা হেক খঙলকঙৈদগী খুঙ্গং অসিদা উমংলাইনি হায়দুনা হরাউরিবসি চহী চহীগী অদুম হরাউদুনা লৈরমলে। অদুগা লাই মখল অসিনা লৈবাক অসিদা মরুওইনা খুঙ্গংসিদা কয়া য়াম্না চাউখৎপা, চাব থকপা ব্রাৎতবা, তংদু লৈতাবা পুন্সি পুরকখ্রবা হায়বদুসু হিসাব তৌরুবা ঙমদে, উবা ফংদে। হন্দক চহীগীসু খরা কুইনা থা অমরোম হরাউগদৌবা মাল্লি। সার্কলগী এম:এল:এ: দগীসু দোনেসন চাউনা পীরকই হায়নৈ। পীকখ্রবা খুন মচা অসি হরাউবদা হন্দক্কি চহী অমা অনি অসিদা চহীগী লুপা লিশিং ৫০-৬০দি চাদিং তৌরি। মণিপুরগী অয়াম্বা মফমশিংদা মখল মখা কয়াগী লাই হরাউরি। চহীগী লাক্ষ লাক্ষ হেন্না খরচ তৌনরি। চহী ৫-১০ দদি কয়াম ওইগনি। খরা চাউরনি। কালকুলেটর শীজিন্ননীংগনি। অদুবু কান্নরিবনা করিনো? কলচরেল ভেল্যুনা কয়াম লৈরিবা? স্লোগানবু করিনো? ‘খুঞ্জাও লৈচাউবা, ‘চাকহোঙ-ঙাহোঙবা’, ‘লাইথুং তিন্থুংদবা’, ‘তংদু লৈতাবা’ অসি নত্রা? খুঞ্জাও লৈচাউবা, মসিদি কান্নদ্রবা ব্রাফমনি; মীশিং য়ামদ্রিঙৈগীনি। নুংশিরবা ইচা ওইগদৌবিবা পুক্লুংগী অঙাং ফাওবা মীশিং য়ামদনবনি হায়দুনা ডাক্তর তানদুনা হাৎনরবা মতমসিদা ‘চাকহোঙ- ঙাহোঙবা’ ব্রাফমসিমা খন্নবা য়ারি। অদুবু মসিদি চোকথবা নাইদনা জাতি অসিনা নোম্লবতদা ওইগদৌবিবনি। নিয়ম চুম্না থৌশিল লৈববতদা কোক্কদবনি। লাই হরাউবগী থৌনিনা চাকহোঙ- ঙাহোঙবা পুরকপা হায়বসি ওইরোইদৌবা থাজবনি। চহী চহীগী লাইফম চাম্মা চাম্মদা লাই হরাউরি অদুবু মদুনা চাকহোঙ- ঙাহোঙবা পুরকপদি লায়রদুনা চানা থক্রুবা পোৎ চৈগী মমলদি পুরি পুরিদুনা হেনগৎলি। অনা-অয়েকসু অদুমঙাই তমথিরবা লায়না কয়ানা নোংমা নোংমগী লাঙ্গোই চল্লকলি। তংদু লৈতাবা পুন্সি হায়বদুসু উবা ফংজিল্লক্ত্রি। করি অমুক হায়রুগনি। পুন্নমক্লা খঙনরে। নুংগী পানগী পুন্নমক। খুন্নাই অসিদা কান্নবা অমতা পীদ্রবা কলচর অদুবু থম্লবগী করি কান্নরি? অমরোমদা লাই হরাউবগী নুংগী ওইবা ইথিক্স অদুবু মীয়ামসিনা কয়াম খঙনা হরাউরিবা ? মোরেল মোৎশিল্লক্লবগী মচাক ওইনদুম উরকলি। উমংলাই হরাউরিবশিং অসিসু উমং য়োকখৎপগী পান্দমদা তৌবা ওইরবদি খরবু কান্নগদবনি। গ্লোবেল ব্রার্মিংগী লাউরিবশিংদা খজিক্তসু কান্ননি অদুবু মদুগী স্বভাবতি মখোয়গীসিদা য়াওবা উদে!

শারবা কালেনগী নুংশাসি খাঙনবা হোৎনরিঁঙে লাই হরাউফমদগী খোংলকপা মাইককি খোঞ্জেল অদুনা নাকোং অসি কায়গদৌবগুম খলহল্লি। অসুম্না তৌরিবসি নুমিৎ খরা কুইশিল্লক্লবনি। নীনি হুমনিগী মমাঙদা 'মাইকতু খরা তপ্পা থাসি নক্তগা মমায়দু লৈথোকপিয়ু' হায়রুবদা 'লাইগী থবকনি খরা খাঙন্তু ইবুংঙো, কয়াম কুইনেগে?' হায়না লাই হরাউবদা থব্রাই য়াওজগ্লবা খুরা ইবোহলনা ইয়াং য়াংনা খুল্লকই। য়ুনিভর্সিতিগী মেস মতম খরা লৈরোই হায়বদুদা য়ুমদা মতম খরা লৈদুনা ঈংনা লাইরিক পাবা য়াগদ্রা খন্দুনা লাকপনি। অদুবু ওইরম্লিবসিদি পুম্নমক অরেম্বা ওইরে। নুংথিলগী পৃং অমরোম তারন্নগনি। মৈশাসি খজিক্তং ঈংথনবা ঈরুথোকসিরা খন্দুনা খুদৈ বালতিন্নচিংবা পুদুনা ঐখোয়গী থোঙ্গাল লমজংফম মপান্দা লৈবা পুখ্রি মচাদুদা চৎলে। নুংশা মৈশাদু খাঙবা ওইনা উরুম অমদা বালতিন্দু মথক্তুদা মোরাগুম ফমজিন্দুনা ঙাইহাক পোৎথারম্মী।

- 'আনন্দ, লাই হরাউবা য়েংলোইদ্রো? হোরেল লাকউনে। মাইবী মৌনহা ফজ ফজবা য়াওরিনে। য়ুমদা সুংজিন্দুনা কান্নরোই।' লাই হরাউবা য়াওবা চৎলিবা ঐগী অঙাং ওইরিঁঙেগী মরূপ রতন্না ঐখোয় থোঙ্গাল মপা লান্দুনা চৎখিবদা হায়রকপনি। চহীসিগী লাই হরাউবগী সেক্রেটরি মানা পুরি হায়। মহাকসি মেট্রিক ফাওবা লাইরিক তন্নম্নগা মখা তমথখিদ্রে। অসিগুম্বা থবক থৌরমদা চেন্দুনা লৈরবনি।

- 'করি কুমহৈবু লৈ'গেনে নুংঙাইবা ? ঙসিগীবু?'

- 'লাক্তা লাকউনে। কুমহৈ কুমহৈ ঙাক্তনি। মাইবী চরা অমা পীজগে লাউনে?' নোকফেৎ তৌনা শাথিরবা ফাগী অমা তৌরকই। ঐগী মপা লাম্থোক্তুনা চৎখ্রে।

- 'ঐ লাক্কে', ঐনা চুম্নতা খুমখিবনি।

ইশাদা ফাওরিবা নুংশাগী মৈশাদু ঈংথনবা ঈরু লুজথোকলে। য়ুমদা কারক্লগা লাইরিক ঙাইহাক য়েংসিরা খন্দুনা ঐগী কাদা থারিবা চৌকিদুদা ঙাইহাক ফমথে। লাই হরাউফমদা খোংলিবা মাইক্কি অহৌবা খোঞ্জেল অদুনা ঐখোয় মপাদা চপ চানা ওনশিল্লক্তুনা লাইরিক পাবদা পুক্লিং চিংশিনবা ঙমদ্রে। অসিগুম্না লাঙবা মখোল অসিনা ঐদা নত্তনা অতৈ খুঙ্গং অসিগী হাত্র ছাত্রিশিংদসু শোয়দনা অকায়বা পীবিগনি। লাইরিক পাবসু য়াদ্রে। শাবগা, মাইক্কি খোঞ্জেলসিনা লাঙবগা। হন্দক্কী অমুক্তসু চৎলুদ্রি লাই হরাউবদুম য়েংলুরগে খন্দুনা ফি শেৎচিন্দুনা চৎলে। লাইকোল য়ৌরগাদি, ঐনা অমুক্তা আশা তৌদ্রিবা মওংদা লৈরমলে। ঐনা অসিগুম্বসি কয়া হৈনরুদবনা খঙদবনি। ঐখোয়গী খুন অসি পংচাউ চাউবা নত্তে। অদুবু তাইনবা খুনগী মীশিংসু লাকপনা অঙকপা ফংনা মী তিল্লমলে। লাইকোনগী খরা খরা মতাইদা চৎথোক্লগা অচা অথক য়োনবী, ক্বা য়োনবীনচীংবা কয়া ফল্লি, চা-বোবা য়োন্নবা শঙ মচাশিং শাদুনা পরেং পরেং লৈরি। অসিদা নত্তনা অনৌবা মতম মতমগী য়াওল হায়দৌরিবরা রেষ্টোরেন্টনি হায়দুনা মঙা তরুকসু মতম খরগী ওইনা শেমদুনা হোৎনরি।

ঐখোয় খুলগী ইনখৎলকপা অয়াম্বা লৈশাবীশিং মখল মখলগী, হকচাংগী এনাতোমিশিং তরং তরং উবা ফিজোলশিং শেৎলদুনা অরাকপা গাড়ী মচাশিং তোংদুনা লাকপা পাখঙ মচাশিংগা নত্ত্রগা খুন অসিমক্কি পাখঙ মচা কয়াগা রেষ্টোরেন্টনি হায়না তৌরিবশিং অসিদা চাকতারি। মরক মরক্তা ক্কা য়োল্লিবশিংদু অয়াম্বনা মৌ নহাশিং ওইবতা নত্তনা মখোয়গীদু ক্কা য়োনবদগীদি মখোয়গী কেরি-মৌরিবদু উৎথোনীংবগী মওংদুনা হেনবা মাল্লি। ঐ লাইকোল য়ৌরগা চঙক্রদুনা লৈরিঙৈদা তুংদগী,

- 'কনা য়েংলি'নো তৌরি'দুবু? ঙসিদি সাধু অমা লাইকোন্দা লেঙথোকলকইসিবু' য়েংথোক্লবদা মরূপ রাজেন ওইরম্মী।

- 'য়ুমদসু মাইক মখোলসিনা লৈবা য়াদ্রে। ঐসু লাই ওনবা য়াওরগে হায়দুনা থোক্লকঅবনি' ,ঐনা ফাগী ওইনা খুম্মি।

- 'নখোয় পরিক্ষ্যাবু লোইখ্রব্রা? - অসোম নাকলগী শঙ'সিদগী য়েংশি লাকও।' মাগী তুংইন্দুনা চৎলম্মী।

- 'হৌদ্রিদা। মতম খরা ছুটি লৈ, য়ূমদা ঈংনা লাইরিক খরা পাসিরা হায়না লাকপনি অদুবু 'সিদনা হেন্ন শাথিদৌরিব্রা করিনোমা তৌরি।'

রাজেন ইবানি চঙশিন্দুনা অৱাং থংবা শঙ অদোমদা লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংলে। লাইবৌ শারি। মৌনহাশিং অমসুং খরা লৈশিল্লবা মৌশিংনা খরা খিৎ নম্বগুম তৌই। কেরি তৈরিবা, শেৎলি চারিবা মওংশিংদু লাইগী থৌগল লাকপা মানদে 'ঐ ফজৈ' হায়সনু হায়বসিনা মরু ওইবা মাল্লি। মাইবী মরি মঙা য়াওরিবদুগী অভিনয়সু অঙকপনি। ইরাংনা তাদুনা শাবগুম উরি।

- 'লাইকোন'সিদি য়াম' শেমগৎলগ্লেনা ?', অরাঙবা মরক্তুদা ঐনা হায়।

'চাউখৎ থৌরাংগী, লোকেল এরিয়া ডিভেলপমেন্টকি লাকপা ফন্দ অয়াম্বা 'সিগুম্বা লাই হৱাউবগী শঙ, মৈরা পায়বীগী শঙগুম্বা শাবদা লোইশিল্লিবা লম্নি কৈনো, 'সিবু অনৌব্রো?'

লাইবৌ শাবা লোইরে। চিত্রহার হৌদৌরে হায়না লাউরি। ঈশৈগী শুব অমা খোং লগা মদুগা চাননা জগোয় শাজিনবা মওংদুনি। মসি লাই হৱাওবদা কান্নরিবা মচল অমরা খঙদে। লাই হৱাউবগী খরদং য়াওরিবা কলচরেল ভেল্যূদু মাঙখিনবা পোৎয়ান অমনি ঐগী মোৎতদি । ইনখৎলকপা লৈশাবী মচাশিংনা ফি লিকনা, হকচাংগী অকুৎ অতোং পুম্বা উৎতুনা ইরাং থাংনা জগোয় শারি। ঙাওশিন্নবা নুপামচাশিংনা জগোয় শা শাদুনা চঙলগা শেল থারি। মরক মরক্তা য়ু ঙাওরগা চঙলকপসু য়াওরি। অসিগুম্বা কুমহৈ মখলসিবু লৈবাকসিগী কলচরদা কয়া কান্নহল্লিবগে? লাই হৱাউবা হায়বসিমক দরকার ওইরিব্রা হায়বদু খঙ্গানহল্লি। নুমিৎ তাশিল্লক্লদুনা মৈ মমশিল্লকলে। খুঙ্গং অসি মৈ চাং নাইদবা কুইরক্লবনি। অদুবু লাইকোন অসিদদি জেনেরেটর শীজিন্নদুনা পুমঙাল ঙাল্লি। ঙসি

ঙসিগী চানীংঙাই ৱাবা ইমুং ফাওবদগী শেনখাই লৌদুনা কন্না হোৎনরিবনি। খুঙ্গং অসিগী লম্বী থোং, ঈথৈ লৌখোং , সেনিটেসন পুন্নমক অরায়বনি। লাইদি হরাউদবা য়াদ্রবনি। চিত্রহারনি হায়না তৌরিবদু য়েংবা ইকাইরক্লদনা করিনো অমতং চারু থক্লুসি হায়দুনা রাজেন ঐখোয়নি থোরক্লে।

-'মখোয়গী রেষ্টোরেন্টনি হায়না তৌরিব'সিদুম য়েংলুসিরো?'

-'য়াইনে।'

নাতে খরা চাগদবা মানবা অমদা ঐখোয়নি চঙলে। তান চান্নরুদুনা মরূপ রতন্দু মাইবী মৌনহা অনিগা করিনো খরা চাদুনা লৈরম্লদু ঐখোয়গা রেষ্টেরেন্টনি হায়না তৌরিবদুগী মনুংদা থেংনরে। ঙসাই লাইবৌ জগোয় য়াওহৌবা খরা নহা ওইবী অনিদুগী অমদি রতনগা ফমিন্নে। অমদুনা মতোমতা নাকল অমদা ফমলম্মি। রতন্না ফম্মিনরসি হায়দুনা কৌশিল্লকপদগী ঐখোয় পুন্না ফম্মিন্নদুনা করিনো খরা চাম্মিন্নরে। নাইতোম ফল্লিবী মাইবীদুদি ওস্থোক্লা মতৌ লৈনা ফজে। মৌ ওইরবসু হৌজিক্তা মপুং ফারকলিবগুম তৌরি। শক-চুসু য়েংবদা হেক পাম্বা থোকই। মমিৎ মনাদি খরা ইরাং থাংই। হায়রুদুনা কান্নদে। মখোয়গুম্বা মাইবী নহা খরা য়াওবসিদা লাই কমিটিদা য়াওবা অহল নহা খরদি লাইবুংদা নোং ঙানবগা য়ৌনরকই হায়না হায়নরিবনি। অসুক নহা ওইরিবী অসিনা ফীভমনা য়াদদুনা মাইবীগী লম্বী অসিদা চঙলক্লিব্রা নত্রগা লাইগী থৌইনশিল লৈদুনা চঙলক্লিব্রা খঙনীংলকখি। - 'চহী কয়ামরুম সুবিরগে?' নমহায়দা তাইননা ফমলিবা ঐনা হংলুই।

- 'চহীনা করি তৌনগে হায়'নো? নখোয়গী লেঙ্গানি হায়না খল্লো। ইমা কৌ। নবুক্লীং চোইনু।' ইয়াং য়াংনা খুমলকই। খল্লিবা ঐগী নুংগী ৱাখলসি লোয়না উরবগুম হায়রকই। শায়াম থেংনরক্লবা ৱাহৈনি । ঐ হঞ্জানখি । ঙাইহাক ফাগী-জুগায় তৌদুনা ৱারী শাদুনা ফম্মিন্নরে।

- 'ঐ জগোয় কৎকদবা লৈ', ঐঙোন্দা হাইরপ ওন্সিল্লগা, ' জগোয় য়েংখো ঐখোয় খজিক্তং হাল্লমলগে' হায়রম্লগা মাইবী অনিদু থোকখ্রে । মরূপতসু চৎনীংবগী মওং উবে ।

- 'ঙাইহাক ফমখোদা নঙগী মাইবীশিং'সি কনাসু লৌরম্লোই। কন্না শেন্নর্মল্লি', ঐনা ফাগী তৌই ।

- 'হেরো, নঙোন্দা খুদোং চাবা লৌজৌ হায়দুনা ফমমিন্নহল্লে অদুগা উয়ুং শাদনা লৈহৌরগা ঐঙোন্দা অমুক কোৎলক্কনু', রতন্না খুল্লকই । ঐখোয় নোকমিন্নে ।

- 'য়াম্না চোপ্লা হায়ববু অমদু পক্লমদনানে মশা চৎখ্রগা লায়না ওইনা থমজরমজনিকো।', রাজেন্না ফাগী ওইনা হায়রকই ।

ঐখোয় ঙাইহাক ফল্লমলগা চারি-থকলিবদুগী শেল পীরম্লগা থোক্লক্লে। এলেভেন, টুয়েলপ তম্বা ইনখৎলকপা পাখঙ লৈশাবী মচাশিং চিকথনহৌরি । রতনসু 'কুমহৈ ঙাইহাক য়েংখো করিনো' হায়রম্লগা লাইমাঙদা চঙখ্রে । ঐগী মরূপ রতনসি 'লাই হরাউবা কমিটিগী

সেক্রেটরিনি' হায়নরম্বদগী 'লাই কমিটিগী সেক্রেটরি' হায়না, অদুগা অমুক্কসু হেন্না শমজিন্দুনা 'লাই' সেক্রেটরি' হায়রগা খঙনরে। লাই ওনখ্রে। লিচংসু লাইদা লাই ওনখ্রে।

রাজেন ঐখোয়নি লাইকোন্দা ঙাইহাক্তংগা জগোয় য়েংখিসি হায়দুনা চঙলে। ইকুই কুইদনা অতে যৌরম খরগী মতুংদা ঙাইহাক্কি মমাঙদা ঐখোয়গা চামিন থকমিনখিবা মাইবী শকহেনবীদু জগোয় শাগনি হায়দুনা থোক্লকলে। জগোয় হৌখ্রে। মাইবীনা শাবগী ব্রাতনি মাইবী জগোয়দি নত্তে। কদায়দগী লৌরকপা জগোয়গী মওংনো হায়বদি খঙদে? ওইরিবা মওংদি নুং-পান ওনবমখৈ ইরাংনা হৈজিন্দুনা শাবগুম তৌরি। অয়েংবা পুম্নমকসু হরাউবা মাল্লি। অপসারাখোয়গী জগোয়দু অসুক ইরাং থাংলিদ্রা? লাইবুংদা লৈরিবা মী খুদিং লাইরৈবাক্তা লৈবগুম খল্লমাল্লে, নুংঙাইনরি। পুম্নমক লাই ওল্লবগুম তৌরি। জগোয়দু লোইখ্রে। মসিগী মতুংদা লাই যৌগল য়াওরিবা লৈশাবী পাখঙ মচাশিংগী থাবল চোংগনি হায়না লাউথোরক্লে। য়াওশং মতমগী থাবলদু লাই হরাউবগী ময়াল অমগুম তৌনরক্কি। থাবল চোংবা য়াউদ্রবদি লাই হরাউবদা পাখঙ লৈশাবী মচাশিং য়াওবিয়ু য়াদবগী ফিভম লাকলে। হৌজিক্তি তঙাই ফদবা যৌরমগুমখ্রে। মসিনা লাইহরাউবদা য়ানশিল্লকপসি চুমলিব্রা? রাজেন ঐখোয়নি মতাংসিদা হল্লসি হায়দুনা থেক্লকলে। খরা চংলগা মাসু ময়ুম মপা য়ৌরদুনা চঙহৌরে। লাইকোন লাপথোক্লক্লবনিনা মৈসু মমলে। অতিয়াসু থা থোকপা নত্তে। কুইনা লৈরক্লবা খুঙ্গংনিনা লম্বীশিং খুৎলোয়রবনি। চৎপদা থোইদোক্লা অরুবদি ওইদে। মাঙদা ইরাপ লাপ্তুনা লাইবৌ শাবদা লাইগী পোৎচৈ পুরুবা ইনখৎলকপা নুপামচা খরা করি করিনো ব্রারী শাদুনা চৎলি। মখোয়গী মতুংদা ঐ লাকলিবদু খঙদবা জাৎনি।

- 'ঙসিদি ঐদি দাউ য়াইহে। কুইরবনি ঐনা লুপ্লকইসি। মমাঙগী ইতৈমা নোনিদু ঙসাই লাইরেল মথেক চৎপগীদুদা খুদি থিশিন্নরগা থজিন্দুদা লেংজুম্না ব্রাইববু, ইস! নুংঙাইহে।' হায়রিবা অঙাংসিগী মখোলদু ঐনা খঙ্ঙবা অঙাংনি। মখা লৈকায় নোবিনগী ঙাওশিন্নখ্রবা মচানুপাদুনি।

- 'করিম' হায়দ্রা?' মখোল খঙদবা অঙাং অমনা হংই।

- 'করি হায়নেগে? শোয়শিন্নরগা তৌরিবা থবকপু, নোকমি নোকমিদুম তৌরকই।'

- 'অশ! মখোয়সু অদুগী লাকইনিবা। তৌরিবা খুৎকেদু উদ্রো? লাই শেবাবু অদুম্মাই লাক্কদ্রা?' অতোপ্পা নুপামচা অমনা শমথরকই।

- 'হয়েংদি মমাঙলৈকাই লৈশাবীশিং লাইপুবা পাল্লি তাবনি। বনিতাদু য়াওরকঅদি লাইবক য়েং তারে।' অমনা অমুক হায়রকই।

মখোয়গী ব্রাখল্লোন অসিসু অঙকপনি। মখোয়গী ব্রাখল্লোনদু চুম্বা লানবা তোকথোক্লগা লাই হরাউবা অসিনা মখোয়দা অসিগুম্বা ফত্তবা ইথীল খরা পীরব্রা হায়না খন্না খন্না লাকপদা য়ুম মপা য়ৌরম্লে। নুপামচাশিংদু মখা ব্রারী শা শাদুনা চৎখ্রি। ঐসু য়ুমদা চঙহৌরে।

মথং নুমিৎতা ঐ য়াহৌ খজিক্কং থেংদোকখ্রে। থোঙ্গাল ময়াগী পুখ্রিদুদা মায় মিৎ তাগে হায়দুনা চৎলম্মী। মায় তারিঙৈদা ঐখোয় লৈকায়গী খুরা মনিদু লাকপা উই। ঐনা কৌই, 'খুরা কদোমদা লেঙবিদোইনো?'

- 'এ! ইবুংঙো নঙদি তারমখিরোই। মনিং তোম্বগী নুপী ইবেম্বীদো লাই হরাউফমদা কনাগনো চা থকমিন্নরম্মী হায়দনা মতৈ মনাও খৎনবদগী ঙরাং নহান্দগী খাইনদনা লৈবনি। ব্রা লোইননি হায়য়ে। ঙাইহাক য়াওরুল্লাউ হায়দনা কৌররি।

- 'করিনোনে খুরা চহী ফনা লৈশিল্লবশিংদুনবু!?'

-'এ! ইবুংঙো 'সিনি লাই হরাউবগী ফল হায়দু । লাই হরাউরিবনি লাই।' মখা তাথরকই, 'সিদা নক্ত্রি মমাঙগী শরৎকি মচানুপী অরাঙবী অমা লৈবদুসু কনাগনো অমম্বদা লৈমিন্নরম্মি হায়দনা কৈন্যা কৎখ্রবনি, ঙসি নিনি হুমনিগী মমাঙদা।'

-'কৈনো খুরা তাহৈদবা ঙাক্তা?'

-'তাহৈদবা নত্তে, থোক্লিবনিনে থোক্লিবা', ঙাঙ ঙাঙদুনা চৎখ্রে। ঐসু করিনো তারিবসিবু খন্দুনা লৈহৌরে। য়ুমদা চঙলক্লগা ঘরী য়েংবদা অয়ুক্কী মাপল তারল্লে। পাবুংসু মপান্দা খবর পাদুনা ফমলি। লাইরিক ঙাইহাক ঔরাইসিরা হায়দনা চা-নুং থক্লবা মতুংদা চৌক্রিদা ফমথৈ । লাইরিক ঔরাইবা য়াদ্রে। খুরা মনিনা হায়রম্বদু খল্লুরি। থৌদোকশিংসিবু মীশিংদুনা লীচৎ কামজবদগী তৌরিব্রা ? নক্তুগা লাই হরাউবনা অসিগুম্বা থৌদোকসি থোক্লবা তাঞ্জা অমা পীবব্রা? লৈখায় তাদে। মপালদা পাবুংনা হায়বা তাখি -'রতনখোয় মাল্লিদা থোঙ্গাললোমদা চঙলকলিসে।' ঐনা ঐগী কাগী থোঙনাও ফাওনা য়েংবদা মরুপ রতনগা ঙরাংগী মাইবী মৌনহা ফজবিদুগা ঐখোয়রোমদা চঙলকপা উরে। মপালদা পাবুংদা ঐ হংখিবা তাই। পাবুংনা, 'লৈবনি মাগী কাদা চঙগেরা, মপান্দা ফমগেরা নুংঙাইদৌবা তৌ' হায়বা তায়। মখোয় ঐগী কাদা চঙলকলে।

-'করিনো কাদা অদুম সুংজিন্দুনা লৈরব্রো?', রতন্না হায়রকই।

-'করি তৌনি? - চঙলকউ ফমসি।' ঐনা খুমখি।

ঐনা ঐগী কাদা লাইরিক পানবগী চৌক্রিদু খজিক্কং থাংদোক্লুনা 'সিদা ফম্বীয়ু' হায়দুনা মাইবীদুদা নমহায় তৌরম্মী। রতনদি ঐগী ফমুংদা ফমখ্রে। ঐসু ফমুংদুদা ফমথরদুনা,

- 'করি চানি ঐখোয়দা লাকপদি?' হায়দুনা মাইবীদুদা ওনশিন্দুনা হংলুই।

-'য়ানিদা, করিসু শীনবিরুনু।' মাইবীদুনা খুম্লকই।

-'ঐখোয় খুনসি য়াম্না নুঙাইদৌ মাল্লেয়ে। ইমা মাইবীসিনা কোয়থোক্লীংই হায়য়ে। নখোয়দা কোইরুসিনা লাকইনি', রতন্না হায়রকই ।

-'অদুদি করি চাসিগে?'

-'ইমা মাইবীসিদা হঙউসে। নখোয়দা চৎকনি হায়দুনা য়াম' হরাউবনি।'

-'য়ারনি, ঐনা চানীংবা পীজবা ঙমগদবসু নত্তে', ইয়াং য়াংনা ফগী ওইনা হায়রকই।

-'ইমাসু চৎথোকখি। ঐ শঙ্গোম লোল্লককে ফমবিরম্মু' হায়রল্লগা ঐ চাখুমলোমদা চঙলে। মখোয়না 'য়ানি শেল্লুরনু' হায়হৌবনি। ঐ তাশিন্নদনা চঙলকখি। রতন মখোয়নি ফমদুনা লৈহৌরে। মখোয় করি ৱারী শারিবা করম লেপ্লিবা ঐ থোইনা খঙলুদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ঐনা শঙ্গোম অশেম্বা পুদুনা চঙখিবদা মখোয় মশা মশাগী ফীভম শেমজিন্নবগুম তৌখি।

-'সে থকসি' ঐনা গিলাস অমমম পীরম্মী। মপালদা পাবুংদসু অমা পীরম্মী। ঐখোয় শঙ্গোম থকমিন্নরিঙৈদা পাবুংনা মপালদগী লাউনা হংলকই, 'রতন হন্দক্কী লাই হরাওবগী শেল কয়াম কারবা?'

- 'ইকা কাদ্রিদা পাবুং। লীশিং কুম্মুক্তি কারল্লনি হৌজিক ফাওবগী ওইনদি - ঐ পাবুংগা ৱারী শাগে নখোয় ৱারী শারম্মু' হায়রল্লগা রতনদু মপালদা থোকখ্রে।

-'য়াম্না হাউত্রব্রা? করি চাসিগে হংবসু হায়বিদেদো?' ঐনা অচিকপদু থুগাইদুনা হংই।

-'পীজবা ঙমলোই হায়রগা?' ইয়াং য়াংনা খুন্নকই।

-'হায়দদি হায়য়ু ঙমদ্রসু করিনো খঙহৌনিদনা।'

-'নঙনি নঙ। ঐনা চানীংইসি' লৎকপ তৌরগা, 'পীজবা ঙন্নরিরোইনে?'

-'এ! মীবু চাবা য়াব্রনে?'

-'চাউদৌ ৱাংলি খঙখিরোই। চীন্ন চাবদনা চাবরা?'

-'অস!' ঐ করিসু খুম্বা ঙমদ্রে। কয়াদা লায়না খল্লিবা।

-'ঙমসু ঙমলোইদবদা কায়দেসে। খুবাক ময়িদুম য়েংবিগে।' হায়দুনা ঐগী নাক্তা ফমুংদা ফমথরগা ঐগী খুৎসি লৌরগা পাম্বোম্না ঐগী পাম্বোমদা কোৎশিল্লগা খুবাক ময়ি য়েংলিবনি হায়দুনা তৌরি। মাগী হকচাংগী ঈনিলদু খজিক্তং ফাওরকপগুম তৌই। 'চুম্লিব্রা তৌরিসিবু' ঐনা ৱাখলদা খনজে। ইচম চম্না মঙাও থিজবগী মওংসু মানদ্রি।

-'কুইনা নুপী থিবা খঙখিরোই হায়না ইরি মইসিদা।'

-'করিগীনো অদুদি', ঐনা শম্না হংই।

-'নঙসি য়াম্না পাঙদে হায়না ইরি।'

-'করি তৌরগা ফনি অদুদি?' ঐসু মাগী মতৌদুদা নুংঙাইহল্লদুনা ফাগী ওইনা হংই।

-'মীগী ঈহুন খঙবা তম্মু।'

তাঞ্জাসিদা মপালদগী রতন চঙলকপগী শামিন ফংলম্মী। মাইবীদুসু হন্দোক্তুনা চৌক্রিদা ফমখ্রে।

- 'ঐ লাইকোন্দা মাইক্তা কৌরকলে। চৎসিরা ইমা মাইবী।' রতন্না হায়রকই।

-'করি লৈরজাৎনো?', ঐনা হংই।

-'শেলগী ওইরমগনি। হিসাব চয়েৎনবা লৈবনি। লাই হরাউবৈ হৌনবিনি।

চৎলগে হায়রগা মখোয় অনি চৎখ্রে। ঐদি উংদুনা লৈহৌরে। ঐনা খলহৌই। তশেংনা লাই হরাউবা হায়বসিবু অফবা কলচর ওইরিব্রা, লাই হরাউবগী নুংগী ওইনা ফজরবা অর্থদু খুন্নাই অসিনা কয়াম খঙনা হরাউরিবা? মসিনা শীরিবা ঈথিলসিগী অমাঙ অতোঙ কনানা হেল্লিবা? ঐগীসি ফত্তবদা উমল্লব্রা? পেসিমিষ্ট ওইমনখ্রব্রা? শুদুনা নোমদুনা ঙাক লৈবনা পুন্সিগী মহাউ থোক্লোই কুমহৈ হরাউ হায়বসিসু খরা দরকার লৈ হায়বা ঐসু য়ায়। অদুবু হরাও তয়াম্বতনা সমাজ অমবু খুন্নাই অমবু লাকথুহনবদি চুমগদ্রা ? স্কুলশিং অনৌবা মতমগী লাইশঙনি, মন্দীরনি হায়বা ব্রাখল্লোল পুথোক্লখ্রে । হৌজিক্কী মতমদা মীবু মী ওইনবা শেল্লিবদি মহৈ মশিংননি, লাইনা নত্তে হায়নরে । য়াল্লবা মণিপুরগী লাইকোনশিংসি লাইগী মকোল 'লাইকোল ' হায়বগী মহুৎতা লাইরিক্কী মকোল 'লাইকোল' ওইহন্বদা করি কায়বগে? ওইরোইদবদা খম্মনখ্রবরা ? থাধরিবা শেল ময়ামসি লাইকোলবু লাইব্রেরি ওইহন্দুনা মদুদা থাধরবদি কমদৌবা ? ঐ খনফম খঙদ্রে।

ইমা লাকখিবা মখোল তারে। থোক্লুনা হায়রুই, 'ইমা ঐগী পোৎ চৈ খরা লাঙথিয়ু, ঐ ঙসি নুংথিল হোসতেলদা চৎখ্রগে'

-'করিনোনে ? নঙবু থা অমরোম লৈ'নি হায়'দাইনে। লাই হরাউবা লোইরগা চৎলুনে।'

-''সিদা সুম লৈরদি ঐসু লাই ওল্লক্পদা তারে?' হায়বল্লগা ঐ চঙলকলে।

-'কবিনো 'সিনা ঙাঙ শারি'সিনা ?' ইমানা গ্যান ইতা তাদনা হায়হৌই।

নুংথিলদা ঐহাক যুম থাদোক্লনা য়ুনিভর্সিটিগীদমক অমুক খোঙশাল্লে । ০

# পেবেৎ মথি



*নাওরেম বুদ্ধচন্দ্র সিংহ, ইং ১৯৫২গী মার্চ ১, য়ুমশকৈশা নুমিৎতা তেম্থা খুঞ্জাও নাওরেম লৈকায়দা তাইবঙদা পোকখিদা য়ুমদা থোক্লকই। অপোকপা নাওরেম যাইমা, অপোকপীনা মোইরাংথেম নিংথৌজম অগিতোম্বী দেবি কৌই। মহৈ মশিংগী থাক গ্রেজুয়েৎ ফাওদা তমহৌই। সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলুপ, তেম্থাগী সেক্রেটরি জেনেরেলনি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী মেম্বর ওইরি।*

*'... মিৎচগে উরি ওইনা, মদুনা পেক্লগে থম্মোয়, পমজিংবিয়ু নতুং ইনবিগে পমাংনগনবা পুম্সি পম্বীসিদা। ওইহনবিয়ু নঙগী সেবাতনা পুম্সিগী হুৎথী।'*

*নহাক্কী অশাদা-*

*তোমশাংলৈ*

চিঠিগী অরোইবা শরুক্কি। হন্না হন্না পারে। অমুক খুমজিল্লি অমুক হাংদোকই। চাউকান চাউকান অমুক পাই। ময়েক খুদিং অমুক য়েংই। মশাদু নুঙাইবনা মখুম মবাং হৌই, নুংঙাইবনা থল্লি পুমথন থল্লি। থাজদে তোমশাংলৈনা মঙোন্দা য়ারক্কনি হায়বা মঙদসু মঙদে তাইবংদসু সেকেণ্ড অমফাও খল্লুদে, অবেম্ননি খন্না মতম মাঙহল্লুদে মাগী রাখলদা।

অদুবু অতৈ তোঙান থম্লগা অমরোমদা য়ারকফম থোকপসু লৈ, করিনা, শীল্লিবা মীদু অরায়বা নত্তে, কোকিলানিদনা! লৈকাই নুপী শেম্বদদি কোকিলা হায়খ্র লোইরে। মাগী হায়'বু শেল খরা চোপ্পদুনি। মদুমক্তনি মাপু লৈকায়না থোল্লবা 'কালেন কোকিল'গী মমাংদা ডাক্তর অমসু হন্দক নৌনা হাপচিন্দুনা দাঃ কে কে থোনখিবা। মশা খঙদবা উপাধিনি যাম পোপুলরদি ওইবা মানা শেম্বনি তোমশাংলৈ লিশিং অনি লৌথোক্লগা মঙালজাওদগী।

এস.দি.ও. খোগেন্দ্রো সাহেবকি মচানুপী লৌবা ময়ানুপাক ওইবা ফংজরদি মা মশাশু এস.দি.ও. মচা অমদি ওইদৌরিনি হোৎপা মঙালজাওগী অঙ্কদা পন্থুংদুগীদমক লিশিং অনি কৈসু নত্তে। ভাইবা ভোসি রাংলসু রিটনদি খনবগা চপ মান্নবে চিঠি অমা ফংজবদু। লৈতাফম খঙদে উননিংবা থেংননিংবগী সুনামিনা রোমান্সকি থোনগৎপদা ভাইরিবা লৈবুং মচাদুদা বম বম তোরৈ কুণ্ডনা য়ৈশিল্লকই। চত্তবা ঙমদ্রে, খোঙ থাংদোরক্লে কোকিলাদা শীলহল্লগা ঙসিমক উনরগে চপ য়ুংনা লেপ্লে।

এম কে গান্ধি য়াঙইকাইদু কচ্চানি মানা ঈশৈ ঙং ঙংদুনা লাকপদু। মহৌশাদি লেঙম শাঙমদবনি, থৌশাগন্দবগী চাংদা মীগী চাকচা হৈজানবকা চৎপদা চাক তোক্লরম্বনা অয়াম্বনি অদুবু লাংতক্লবগী থৌরিনা কন্না চিংই ঙসিদি। গম গম লাকই মিৎকুপ অমতসু লমদন্দে। মীগী

শুমাংদু য়ৌরম য়ৌফাংত্রিঙৈদগী কৌই "তা কোকিল ! হো, তা কোকিল" মী অমনা খুম্না নংগদবা মতমদু লৈত্রিঙৈ অমুক কৌশিল্লি "তা কোকিল লৈব্রো?" ঙসাইনা তারবনি খুমগেসু হোৎনবনি, নংদবনি, হন্দক্তি খুন্নকই "থোরকএ লাকএ।" কোকিলাগী খেঞ্জেলনি। নুংশিবনরা য়াম খোইথুম্লনা তায় ঙসিদি। 'ঐনে তাকোকিল মঙালজাওনে' উরদৌবা লৈরদুদা ঙাইঙমদে মশাবু অমুক তাকচৈ। কোকিলাদু পরপ পরপ থোরক্লনা তম্মী, "হাই নঙগীদু য়ারনি," লানফমদগী মায় পাক্লক্লবা লাম্মিগুম য়াম্না লেমই মা। মঙালজাওদু মানা ঙাংবদু কয়া থোইনা তাদে, মানা তমনিংবগী লাংতক্লবদুনা লাকহৎলি, তন্নকই "য়াবা হায়ববু মশানা দাইরেক্ট ইরকপা চিঠি পারবনেমি। নুঙাইমনখ্রদুনা চেল্লকইবনি।" থেক্ক্যা হায়বদুখক্তনদি পেনফাত্তে য়াম থাগৎনিংই হায়ফম খঙদবগী ৱানি।

মতাং চারে খন্দুনা কোকিলাদু মাগী ভাসন কামথরকই "নয়াম্বসু য়াবনিদা ইবো! ঐ নত্তনা মালেমসিদা তোমশাংলৈ থেম্বীগদবা লৈতে। নয়াম্বা মসিমদি চাউথোকনা হায়গেনে হা!" কোকিলাগী নুংঙাইজবীদু য়ৌরে। মানা খ্বাইদগী নুঙাইজবীসি মশানা মশা থাগৎপসিনি। মীনা তাগেরা তারোইরা ফল্লপ ফল্লপ ঙাংজবসিদা মাগী নুঙাইবা স্বর্গ য়ৌরবনি। মদু খঙনা মঙালজা ওসু মাগী নুংঙাইবগী ঈনোৎ হাপচিল্লকই "চুম্মী তা কোকিল, মদু লাল্লি হায়বর্বাদ মীদু মীনম্নবনি। চুমখ্রেদা ! অদুনবু ননাওনা তাদা খঞ্জরিবনে। তা কোকিল নৎলমদ্রবদি হন্দক্লিসি মায় পাকপদি লায়রদনা চোপতনবু তোক্লমগনি।"

মঙালজাওনা খরা থাগৎপগা মশানা থাগৎচবগা হন্দক্তি মা লাই মচাবু হেনখ্রে। লোইবা নাইদে মাগী ৱারী, মানা শেমখিবা নুপী মশীং - কায়নহনখিবা - থুংনহনখিবা - মশানা য়াফাত্তবদা ফাখিবা, মথং মথং নোবেল মচা অমদগী তেন্না শাংলনি মানা ঙাঙলিবা। লৎকক তৌরক্পা তাঞ্জা অমদা মঙালজাওগী অনীংবদো ফোঙদোকই "তা কোকিলনা হায়বিবিবদো লোয়না চুম্মী অদুগা ঐনা হৌজিক লাকইশিনু মাগা থেংনবা হৌজিক অমুক্তা শীনবিয়ু হায়গে লাকপনি। তা কোকিলা নৎত্রদি ওইরবোই।" হৌজিকমক উন্ননবা ফৎ হায়জিল্লকপসিদা মাসু হায়ফম খঙদে মরমদি হৌজিক ফাওবদা তোমশাংলৈ মশাদি খঙবা নৎত্রি। মঙালজাওনা ফংলিবা চিঠিদু কোকিলানা শেমজিল্লগা ইখিবনি। কোকিলাগুম্না চাবচৌবিস., ওক্তবানা নম্বর চল্লিবা অমনা তোমশাংলৈদা ৱাহৈ অমা বায়ন ঙাংলুনা তমজপোৎতে। লৈকায়দুদা শক- চু চংখোনবা, লাইরিক লাইশু হৈবা, ইমুং মনুং লিংবদা তোমশাংলৈ গুম্বী য়াওবা নৎত্রি। ইবায লায়না য়ারক্কদবা, য়াহনবা ঙম্বা নত্তে, শেম্বীগে হায়রগা লুপা লিশিং অনি লৌথোকলুবদুগী হেক্তা শাজিল্লগা ইখিবা চিঠিনি।

করিনো অমা হায়জিল্লগা লৈথোক্লিংলবনি অদুবু ঙসাইদগী মশানা থাগৎচবা তৌবা ঙম্বগী গুনশিংদুনা মরম ওইরগা পাক হায়দোকপা ঙমদ্রে। অমরোমদা খৌরাংবনা ঙাওরবা মাদি গৃগৃ তকশিল্লক্লি, 'তাকোকিল তঙাইফদনা মিনিট খরদং কাইথোকপীরোবা ঐ খরচ খরসু তৌরমগে।' ঙসাইদগী খঞ্জানরম্বদু খরচ হায়রকপদুদদি মতিল চোরকই হিদাক থকনিংঙাই

লুপা অমা পায়দ্রবনি, নিরগতা থকমন্দনা মীনা নুংশিদ্রে, মা উবদা থৈ থৈ চৎনরে হায়বা মশাগী খঙলবনি। অদুবু শীনবদি ঙমলোইদবা থবকনিনা হায়ফম খঙদনা ঙাইহাক খঙ্গানরিঙে অমুক থৌরকই 'চঙবা ঙম্লোইদ্রা তা কোকিল ?' সিরিঅস ওইবা ৱাহংনি অদুবু থবক্তু ইরাই লায়বগী মওংদা থৱা শাদনা খুমলকই 'হেরাদা ! নঙ তা কোকিলনা চঙবা ঙমদবা জগা লৈতে মালেমসিদা চক্র বিহুফাউ চঙগে হায়রিম্লিদা, অদুবু মা থোরকপদো মশাদা লুগদ্রা অদুগী ৱানি। নঙগী খল্লগা তঙাই ফদনা য়েংবা তাবনি।' খরচতু লৌথোক্লবা উপাই থিবদা পীরকপা পাউখুমদুনা মঙালজাওবুদি নোকফেৎ তৌহল্লে। তবিৎ তবিৎ কোকিলাগী মতুং ইন্নদুনা তোমশাৎলৈখোয়গী ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

ফনা শাংই লৈরক্তু। মীসু ইচিক চিকই। কোকিলাদু চঙশিল্লক্লে। লৈরক মচিন্দুদা থৌরাংনা ঙাইরি মঙালজাও! লেপ্তুনা থাংলিবা খোঙ জুরা অনিদুনা তপ্না তপ্না পুশিল্লকলি কোকিলা করি তৌশিগে খল্লিবা কোক অমগা লোয়ননা। য়ুময়াদি য়ৌশিল্লক্লে গ্যানদি তাদ্রি করিনো মানা তৌগদবা, চেক্কি ফক্লাংনা কোয়না খাজিনবা তোমশাৎলৈগী চাউখ্রবা য়ুমগী মী অমা নিংথিনা খঙনবসু নত্তে মাদি। তৌফম খঙদনা ঙাইহাক লেপ্লগা মওল মওল খল্লি অমম্বদুদা। ফনা লুই মানা তৌগদবা, লৈরক্তুদা ফাউদোক্লগা অদুম চেনখ্রসিরা য়ৌনা খল্লে মদুসু ফাউফম চৎফম লৈতে, লৈরক্তুদা হন্দুনা থোরকপদা মতায়। উপায় লৈতে নানথোকফম লম্বী উদে। খনবা য়াবা খল্লবা তুংদা ঙাইহাক ফল্লগা অমুক থোক্লগে নীঙলে, করি করিনো মচিন্দ থোকপা খরা হেক্তা হাজিল্লগা লোইরে খল্লে। অমম্বা ওইরবসু মীগী য়ুম ময়ানিনা নীঙ তম্না মশা ফ্রি ওইনা লৈবা ঙমজদে, হায়ফেৎ মীরক নারক য়েংলগা গেতকি মতায়দা হৌরিবা নাপী মরক্তুদা ফমথরই। হেক ফমথরকগা হুই অনি অহুম গেত ফাওবা চেনশিল্লক্তুনা য়ৌ য়ৌ খোংজিল্লকই।' 'হেরা নুংঙাইখিদ্রেদা মী অমুক থোরক্তুনা তোকঅরনি' মুরুম মুরুম শোল্লগা চৎকদৌগী ফুক হৌগৎলকই। খোংথাং অম'নি থাংদোরকপা তাঙ্গাদুদা গেততুদা ফোগ লাইট অমা ফৎ থাল্লকই। পাখৎপনা কোকিলাদু তু চুংই! মী থোরক্তুনা ফা খোৎ তৌদৌ শরুক তিংদনা চেলহৌরগে খল্লে, হায়ফেৎ লয়দুনা মী য়েংলকপদা ইনক নক্না গেততুদা খোগিন্দ্রো সাহেব লেপ্তুনা লৈরম্মী।

চিংনবমদি শাউনিংবগী অপুনবা মাগী মিৎয়েংদু কোকিলানা য়েংথোরকপগা মীৎচান্নরুরি। ৱা অমতা ঙাংদনা মীৎ অনিদু ঙাইহাক য়েংনদুনা লৈ। ফিংবদা লম্না লৈতে হায়নরিবা খোগিন্দ্রো সাহেবনি গেৎতু গ্রোং গ্রোং হাংদোক্লগা শাউরংননা থোরকই অদুগা লাল্লকই 'হে! কনানো নঙবো। মীগী থোঙ্গালসিদা করিনো কিরুক কিরুক তৌনা লেপ্লিবো অমম্বসিদা? হা?' মীগীদা পোৎ হুরানবা চংবদা মপু থেংনদুনা ওইদবা ঙাংলগা নানথোরকপা, মচিন থিরুবদা ফান্নরকপগী ৱাফংনবদা লয় লয়দুনা খুম্বগী, অতৈ অতৈ কাংলম হারম চাদবা ময়াম অমগী এক্সপরিএন্সনা তারবা কোকিলানি অদুমকপু নাতৈচাদবা থৌদোকশিংশিদা মায়থোং মকা লাম্বদি ঙমদে ফিংলপ খুন্নকই 'তামো, ভাই মনিখোয়সিবু সিদা নত্রা?' "মনি" কনানো খঙদে মানসু খোগেন্দ্রো সাহেবনসু, লৈথোকপা য়ান্নবা মচিন্দা থোকপদু হায়জিনখিবনি। সাহেবতু ইরায়

লায়বা মীদি নত্তে মচানুপীগী চহি মতাংদুদা মতম চাদনা কোইরকপা পাখং খুদিংদা পারা অমমম তম্বীনি খল্লিবনি। মাগী দক দক হংজিনগনবা, দোঙ দোঙ হায়দোকপা মওংদু হৌরকই 'ভাই- সু হায়রগা ময়ুমসু খঙদবা? হা? নঙ হুরানবরা ? পুলিসতা ফোন তৌরগা ফাহল্লুরো নত্র' নহারোল তাক্লগা ফুগাইহল্লুরো? হ ! ঐখোয়সি অপংব ওইনগা খনমাল্লেনে !' লৈখৎপা য়াররোইদৌবা ফিভমদুদা হায়জহৌবনা জয়নি খল্লক্লে, হায়রকই, 'তামো ঐ লানখ্রে' খোঞ্জেলদু জহাজগী ইঞ্জিল্‌দগী হেন্না নিকখ্রে, মাগী কপ্লাকতা নিক্লিবদুনা মরম ওইরগা অয়ুক নুংথিলদা ওইরবদি ঙসাইনা জেল য়ৌরনি, অদুবু অমম্বসিনা ঙসিদি মাগী মরুপ ওইখ্রে।

'তশেংবদি মম্বসিদা লম্বী ওন্নখিবনি অদুবু তামোনা লান্না উবিরে।"

"য়ারে য়ারে য়ৌরোকো ! ঐ মীনা শান্নবা য়াবা মীদু নত্তে খঙলব্রা! মতুংদদি 'সিগুম্বা খদ্রকসি তৌনু অরেম্বদা মাঙ তোক্কনি!"

মাগী অশাওবগী ব্রজদু মথং মথং খাকথরম্লগা চংশিনখ্রে হন্নফাউ য়েথোক্লমদনা, গেত লোনশিনগ্রে, ইমুংদা চঙখ্রে, ফোর্ক লাইটতুসু মুৎখ্রে। হুইশংদুদি য়ৌ য়ৌ খোংলি।

নিক্লিবা কপ্লাক্তুনা তুরোই - ঙাবোই থাংদুনা পুথোরক্লে কোকিলা শাথিনা চনৈনববা কোক অমগা লোয়ননা। থম্মোয়দু চোংবা লেপ্পি। নুপী শেম্বীনি লৌথোক্লবা লিশিং অনিদু হন্ন হন্ন নীংশিলকই। থকপা চাবদা শিজিন্নখিবা শেললি। মদুগীদমক ঙাঙলিবা ওইদবা পরেং, তাবকপা য়াবা কিরবা দশা ময়াম খঞ্জিল্লুবগা মা তম্বা পোক্লক্লে, লিশিং অনিদু হন্দোকখ্রসিরা খল্লক্লে অদুবু হন্দোকপগী খল্লুবদা শেলগী মথা অমুক শারকই । লিশিং অনি ! খোগিন্দ্রো সাহেবকি শারবা মিৎয়েং ! মঙালজাওগী ইখৌলাংবা মতৌ ! মানা পীনি হায়হৌবা ঙসিগী খরচ ! খনফম খঙলক্তে গ্যান মাঙগে তৌরকই। মপুক্লিংদু পিকপা য়াবা পিকশিল্লক্লে। তৌফম খঙদ খঙলকত্রবদুদি অমুকসু খল্লকই হেরাদা! নিপামচানবু অসুক পিকশিনবা হৌনদে, থোকঅ থোকঅবা খুম্বা হায়দুনি। মশোংদু ফন্দোরক্লে অদুগা লৈরক মচিল্লোমদা অমুক থোরক্লে।

রাগ নুংঙাইবা শাদুনা ঈশৈ ঙংলকই । মফমগী, তাঞ্জাগী শকফম হোংদোক হোংজিন ঙম্বা অমা মঙোন্দ য়াওরি। মসিনি মাগী চংকি চৌরকফম ! ঈশৈ হৌনা ঙংলকই মায় পাক্লকপা শাদুনা। মাগী খোঞ্জেলদু লাংদ্রো তাবদা মঙালজাওদু ফুক হৌগৎলি। ঙংলিবা ঈশৈদুগী অর্থদি মায় পাকপানি খঞ্জদুনা চংগে মংগেই কাজৈ। কোকিলানা য়ৌশিল্লকপগা ঙাইঙমদ্রে, পরপ পরপ চঙশিল্লকই, মমা কায়নরুরবা শন্নাওদু মঙাই ফন্ন য়াঙই মানা চেনশিনখিবদু । লাংতকন্না হংই,

- কমাই তৌরে?

- হয়েং পীরকতারে।

- চিঠীরা করিনো?

- নত্তেনে বোক্কু! ঐ চিঠি লৌবা চংলুবা নত্তেনে। উন্নবগী মতমদো মানা হয়েং থারক্লনি হায়বা !

- মফমদি?

- পুন্না হায়রক্কনি।

- অস! হয়েং। হয়েং, অস!

- কৈদৌরে ? করি লৈ ?

- ঙাই ঙমদৌ মান্দবা।

- হংচিৎ হায়রক্লিদু ফরে হায়দেনে।

- ঐদি আশাসে আ য়ৌরুরবা, অদুননি।

- হান্নসু হায়নদনা খুদক্তা য়াপ্লোতেদা ভাই।

- হোয় অদুবুদি অমরোমদা ...।

- খল্লুরনু লাকও।

মঙালজাওগী মখুৎতা কাবক চিংলদুনা থোকমিন্নরক্লে। তন্দে মান্দে মঙালজাওদু কোকিলাগী মতুং ইন্নরকই। থাংলিবা খোঙথাংগী মাইকৈফাও য়েংদ্রে ব্রাখল পুন্না তোমশাৎলৈদা লৈখ্রে। উনবা ফংদ্রসু মাগী ব্রা হেক্তা হংনিংলকই - মশা থেংনরকপ্রো তাকোকিল? হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোকতুগী মনম কোকত্রিবা কোকিলাদু পংহংদা হংজিল্লকপদুদা শাউরপ তৌরকই - মশা থেংনরক্রুদি মপাগা মতম থানগদ্রো?

ব্রা অমুক ঙাংনদ্রে। মফমদু উন ব্রাইমুক তিকখ্রে। চৎন· চৎনা অমনা অমগী স্বর হোনবা তানরি। মঙালজাওসু মখা হংথগদবা হঙ্গোইরে, কোকিলাসু হংলক্তবনা ফরে খল্লে। ঙাউহাক তুমিন্না ব্রাখল খল্লবা মতুংদা কোকিলাদু ওইজবা মাঙলনি খনবদগী মখা শমথরকই- মীগা অমত্তা লৈরমদে, মতোমতনি টি.ভি. য়েংলম্বা। নঙগী অফবা ফনা য়াম্না হায়থরম্লবনি। হেরাদা! নঙদি অদু য়ৌনা ফপোত্তেদা। মা ঙাওবনি কৈনোনে, ময়া কার তাবনি।

মঙালজাওদু খরা ফন্দোরক্লে অদুগা নোকমি নোকমি তৌবা হৌরক্লে নোক নোকতনা ব্রাহং মথং মথং হঙলকই। ফজ- ফজনা খুন্নকই কোকিলানা। মপাউ তারবদুদদি নুঙাইবগী স্বর্গদা মখুৎনা থেংলে হরাও মথোই কারক্লে মঙালজাও, ব্রাখলগী জাগোই শারক্লে। মতৌ উবদা লোন্না মোমোন নোক্লি কোকি লা। অচিকপদু থুগাইরদুনা অনৌবা য়াকাইবোল শক্লকই, 'হয়েং নঙ অমুক শোইরক্কনিকো ইবো। অদুদি ঐ শিবনা ফরবজাংনি,' শৎ খুন্নকই, 'করিনো তা কোকিল! ঐবু অঙাওবদৌন! মীগী মচাদু থোরক্লগা ইকাইগদবদুবু কমাই' তৌদোইনো ঐনা?'

- ফরে শোইনররোইশি।

- হোয় শোইনরগুমশি।

তাঙ্গাদুগী অর্থ খঙনা হংলকই- 'নঙবু ঙসাইদি খরচকা পনখিদাই? থবক লোইরনিনা কাউরজাংলা?' ব্রা ঙাংদে চান্ম চৎপী অমা শৎ লাম্থোরকই মঙালজাওনা। প্রেক

প্রেক লাউবা চাম্ম চৎপীদু উবদৈদি ফজখ্রবা ভোট ওফ থেঙ্কস পীথরক্লে, মদুনা ক্লোজিং সেরেমোনিসু ওইখ্রে নুমিত্তুগী।

মথংগী নুমিত্তু নুমিদাংবাইরম য়ৌরকপগা ঙাইবা ঙমদনা মঙালজাওদু অশা অমগা লোয়ননা চেঞ্জরকই। ঙসিকা থেংনরদি মানা করি হায়রকপা ঐনা করি খুম্বা মখল মথেলনি লম্বীদা খল্লকইবা অদুবু কোকিলাদি ইম্ফালদা থবক অমা চৎথোকখ্রে হায়দুনা লৈরমদ্রে। অদুদগী থংনবা নুমিত্তুদনা ব্রাকিং থোকখিগুম তৌই হায়রকই।

নোংমা হৌখি নিনি হৌখি তোমশাংলৈগা মাগা থেংনবগী তাঞ্জাদু তপ্না লাংখোংদগী সমুদ্র ওথোকখ্রে। নুংতিগী কোকিলাখোয়দা চৎপদু তনবদগী চত্তবা নুমিৎ মশিং য়ামশিল্লক্লে। থেংননিংবগী নিশানা চিংদুনা করিগুবদা হংবা চৎলুবদসু ময়ুমদা অমুক্তা লৈরমদ্রে। মথম্মোয় প্রোক প্রোক চাকচরগা হল্লকপা নত্তনা উপাই লৈত্রে মঙালজাওগী।

কনা ওইরিজাৎনো খন্না থোংদু হাংদোক্লুই। নিপামচা অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। চিঠি অমা পিরদুনা হায়রকই, ‘তোমশাংলৈনা পীরকপনি হায়’, অদুগা মমায় লৈথোক্লুনা অমুক চেনখ্রে। ব্রাহে অমফাও হায়বা নঙদনা মঙালজাও লেপ্তুনা লৈহৌরে। মাগী কাদকা চঙশিন্না নংদখৈ চিঠিদু হাংদোক্লে,

*তামো,*

*নচৌগী থম্মোয়দি নঙগী নুশিবনা মচু শঙখ্রবা ঈশিংগুম্বনি, করম্বু হন্দোক্লুগনি লম্বীসিদগী? পাম্বৈগী রারক অচেৎপনা য়োংখ্লিং ওই, ঈনিং তম্বসু ঙমজদা, নত্তৌবু লোৎনা য়েংজবতনা হুখৌ ওইরিবিনি। নঙগী নপাউজু হংজবদা শৈতাদ্রবি রাধানি। কৈদৌবগে চিঠিদো হুরা তোইনসু থাবিরকউ নপাউ ঙাইজবদা মীৎকুপ্পা কুমজা ওইরে পাঙ্গণ শোনবী এঙোন্দা। এবু ওৎলগা নফমদা করিবু তোংজবা ?*

*য়া অমনা, তাকোকিলদসু খোইন য়েৎপিরকনু হৈকাইজে। এগী একজাম লোইবগা পাউ পীজরক্কে, নঙনা পুবা মফমদা নতুংইনবী ওইনা লোয়নজগে, তাংজবীনি খন্না মীরাইবীনুকো। মথং শাংনা ইজরক্লগে ঙসিগীদি লৈপচরেকো নুংশিখোইবা।*

*মতম চুম্নগী নথাকী*
*তোমশাংলৈ*

‘য়া - হূ!’ অঙাওবদৌনা লাউই। চিঠি পাবা হেক লোইবগা কোকিলাগী মনাক্তা চেল্লক্লুনা য়েংহল্লে। হায়ফেৎ শৎ শৎ পারগা কোকিলানা শোল্লি ‘অঙাংসি চিঠি ইবকা হৈরেনে হা!’ - ‘তা কোককিলা থম্মোয়দবু পাল্লদি মতোমতা হৈরকপা জাৎনিদা, ননাও খোয়না ইথরিদুসু পারদি তাদাসু ঙাওনি।’

- নঙসু ব্রাকা জাৎ জাৎ ঙাওলেনে হা!

- সিনি পানবা হায়বদো।

- দাইলোগতি ...।

- পানবৈ দাইলোগ, নত্রো ? তাকোকিল মঙোন্দা ঐনা চিঠি পুরকপৈ পাউসিদি য়ৌহনখিবা য়াদেকো। উরেদনা লোইরমদাইদা লোল্লকইসে?

- দাইরেক্ত হায়দ্রসু ফাগীদদি তৌনিদনা।

- এ!এ! শোয়রে ! তোয়না ইজরকপসু নত্তবসিদা অঙাংদু ইকাইখিনি।

মঙালজাওনা ৱাজবদু মাদি থওইনা নুংঙাইবা অমা য়াওরক্লে, নোকনিংবসু পোক্লকই। তোমশাংলৈগী ৱারী শাব য়াবা শাজিল্লে, লেনবা য়াবা ল্লেলগা অমুক থাদোরক্লে। রাগ নুঙাইনা ঈশৈ ঙঙলগা হল্লক্লে মঙালজাও।

মঙালজাওনা খ্বাইদগী থাজবসু কোকিলানি। কোকিলানা হেক হায়রবদা লোয়রে ফাইনেলনি, মানা ফজৈ ফজরে, থী থীরে, ৱাংই নেমই লোয়নমক। মমীৎনা উবদগী কোকিলানা হায়বনা হেন্না থাজে। মরক মরক্তা কোকিলনা হেক হেক হায়রকপা 'মানা নঙ নীঙজবসিদি লায়রবনা ইনাক খুন্নিংববুদি হেনবজাৎনি সৈত্য'গা হায়বদুদা অদুম খঞ্জিল্লুরগা মতোমতা মোন্দ্রং শান্নদুনা নোকচরিবনি।

কোকিলা খোয়গীদা পাউ অনৌবা তারুগে হায়দুনা হোবে হোবে থোরকপনি, থাপতক্লা নুপী অমা লাক্লিবদু উবদা লকক তৌই। মশা পুন্বা তু চুংই! মীহুল দং দং চোংই!মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈরে। শোয়দ্রে লাক্লিবী নুপীদু খরা খরা সুম নকশিল্লকপদুদদি তোমশাংলৈনি হায়বা কনর্ফাম তৌরে। মাদি করমহাইনা তৌরিজাৎনো মখোঙনগা লাকইনা! কলেজ কাবা কুন্বা, থবক চংথোক খোংতোকপা মপাগী কারদা নত্রগা এক্তিভাখক্তদা চংপনি, মখোঙদি শোয়নাইরবগুম্বনি নোংমতা মখোঙনা চত্তবনি। ঈশ্বরগাসিসু লৈবজাৎনিকো। কয়াদা ফজনা পীরিবা তাঞ্জানো ! মসি নানথোকহনবা য়াদে, ৱাহৈ অমতসু হায়হৌবগে খল্লে মঙালজাওনা। গম গম ইন্নদুনা তান্নরকই। খরা নকশিল্লকপদগীদি কৌরক্লে, " তোমশাং ! তোমশাংলৈ !"

তাদবনরা লক্লবোই খনবনরা য়েংথোরক্তে। অমুক কৌই, "তোমশাংপি! তো- তোমশাংলৈ!" নোত্তনা কৌশিল্লকপদুদদি চপ লেপ্পগা য়েংথোরকই।

"ঐনে মঙালজাওনে"

- ও! করি তাকপীগদবা?

চুং ফিরাল চানা ফজরবা মুর্ত্তিদুনা মমাঙদা লেপ্পরবদুদদি মঙালজাওদু মিংচান্নবা ঙমদে, হায়নীংবা খুদিং স্বাই স্বাই মাঙখিগুম তৌরে। লকক তৌদুনা লৈবদুদা তোমশাংলৈনা মখা তারকই,

- ঐ থেঙথ্রে, করি ...?

- অস্বাইফাউ সুম চংমিন্নবা য়াইকো?

- সিদা সুম হায়বিরসু য়ানি।

- ৱাবুদি থোইনা লৈতে, অমরোমদা হায়নিঙবগী হায়নিঙবা ঙাক্তনি, য়াম' কায়রদ্র ঙাইহাক্তং ৱারী শাবশিবো?

- ককাগীদু ঐ ভাব অমা তাজদ্রেবো।

- করিনি, একজাম লোইবা হায়বদুবু কয়াম ৱাংলিগে?

- করম্বা একজাম?

- অদু লোইরগা ইবান্নি থেংনসে হায়বদুবো হায়বা?

করি করিনো মানা পঙাং ঙাঙবদু তোমশাংলৈ য়াম্না হৈনদ্রে। নুপী ওইরবসু মীনা হেনজিল্লকপদি খাঙবা ঙমদে, মাগী অশাউবদু মায়থোঙদা ফোংনা শান্নরকই। খোঞ্জেলদু কল্লপ থারকই- কনাদা করি পাউ তম্মুগে ? খরা শেংনা হায়বীয়ু ককা, ঐ ভাব তাজদ্রে।

মানা খল্লম্বগা ওন্নরবা মওংদা করি হায়সিগে খল্লিবা মঙালজাওগী কোকথক্তুদা মোরোক তোংলবা অশাওবদু অমুকসু হৈথরকই- ককাখোয়না তৌবিরিসে করিনো ? লৈশাবী মচা অমত্তা মনিং তমনা চৎপা ঙমদ্রে । খরা গ্যান তান্নশি, থায়নগী মতমদু নত্রে, সিবিলাইজেসনসি আ য়ৌরবনি। প্লিজ দোন্ট বিহেভ সো রদ। নুপীশিংবু ইচল ইচেগুম খরসু খনবীয়ু।”

খল্লমদবা থৌদোক অমা শক্তম ওইনা থোরক্লবদুদা মঙালজাওদু স্বাই লাঙই ! নুংশি চিল্লোক্লগে খঞ্জরম্বনি অদুবু অশাউবগী ব্রজ লিশিংনা চৈথেং পীররে। ফন্নমক ওইদুনসু চিঠিদি মশিং খঙখিদ্রবনি মখোয় অনিনা থান্নখিবা। চিঠিগী ব্রাদু পল্লগা ফগদ্র খন্দুনা হায়রকই- “নঙগী চিঠিশিংদো- - - ” মাগী ব্রাদু মপুং ফাদ্রিঙৈ খোয়শাউনরবি লিন অমোমদু কামলকই- “কনাগী চিঠি ? আই নেবর রোট টু য়ু। করিগী মীনমশ্বীরিবনো? ঐবু শাশিন্নবা চিঠি উৎলগা মরী লৈনৈ প্রামান তৌগে খশ্বীগনু, আইম নোট এন ইদিয়ত, য়ু নো! নেবর দির্স্টব মি নেক্স টাইম।” মমিৎ মনা শংদোক্তুনা ঙাঙলল্লগা থুনা য়াঙনা মফমদু থাদোক্লমলে, হন্নফাউ য়েংলমদনা গম গম চৎখ্রে। মঙালজাওদি মমিৎ মমায় ঙাঙশঙ ঙাঙ, মরু ইরুক লুকথরদুনা উয়ুংগুম লেপ্তুনা লৈহৌরি।

মমিত্তু অমুক পাংথোকই অমুক উইশিল্লি! মঙলা হারা খঙহৌদে হৌজিক্কিদু। কোকিলানা তমলিবা পাউ লোয়নল। চিঠিগী ব্রাহৈশিং অমুক ঙসিগী মতৌ কন্ট্রাস্ত ইচং চৎলি মমৈগা মকোক্কা তোঙান তোঙাল্লি। ফুম্বংনা ঙাইহাক লেপ্লম্লগা কোকিলাখোয় তম্মা লাক্লে। কোকিলাবু থাজদবসু ঙমদে, ঙসিগী থৌদোকতুসু মঙাদি নত্তে । খল্লুগা চমম্নবগী থারবা ফি অমনা মাগী হকচাং শিম্বা থুংনা য়োমশিল্লকই। হেক লৌবগা হংই, “ তাকোকিল তোমশাংলৈসিবু কয়া শুংগে শ্বাইসিদা ?” ঙসি করি খোকপ্লগে খঙদবা কোকিলানি, ইচম চম্না খুন্নকই, “নঙগীদুদনি : কৈদৌরে?”

- মাবু ঐঙোন্দা করে হায়দায়নে?

- চিঠিদুনা শাখিনিদনা।

- ঐসু খল্লুবনি, খুপাকপু চারমদৌই।

- কৈনোনে হায়রিসিবো?

মঙালজাওনা মখুৎ- ও, মশা- ওতম তমদুনা লী। কোকিলানা কোক শান্নরি। পাউ তম্বা লোইরকপদা কোকিলানা শাউরদুনা হায়রকই, ‘মানা কৈদৌবা ঙমগনি, য়েংবা তারেদনা! হৌজিক মাগী অচেংবা তাঞ্জা ঙাইবা তাবনি।” মশাগী পুন্সিদগী হেন্না নুংশিজবী তোমশাংলৈনি

অদুবু ফাবা খোংপগী ব্রা লাকপসিদদি মঙালজাওদু পাখৎতবা ঙম্লকত্রে, হংলকই 'কান ফত্তবসিদা তাকোকিল অদুবু ...?' 'হেরাদা! নঙসু কিমনগ্রে! ঐগী মী য়াম্না লৈ কৈনো ভাই। মশানা য়ারমদবসু নত্তবা, নত্রো?'মাগীদমক কোকিলাফাওবনা অদু য়ৌনা পাম্বোম তিংলক্লবদুদদি মাসু মখা তাদ্রে, থোকঅবা অমা হায়দুনি খল্লক্লে। তোংশাৎলৈ মাগী শোয়দ্রে খনবদা থম্মোয়নুংদা হরাওজবদুগী মমি মায়থোংদা ময়েক শেংনা তারকই। তাঞ্জা খঙবা কোকিলাসু নুমিত্তুগী খরচতি ব্রাদনা তালহৌরে।

নুমিৎ ফন্না য়াম্না হৌজিনগ্রে হৌজিকফাবদা ফাবগী চপ চাবা থৌরাংদি উদ্রি। মঙালজাওনা হংলুরবসু তাঞ্জা চাদনা তৌবা য়ারোই খুম্লকই। মঙালজাও মশাদি মদুগী মরমদা খঙবা নত্তে কোকিলানা লোয়নমক শিনবনি। ইরায় লায়বা য়ারোই নোংমৈ মচা অমসু য়াওগদবনি হায়দুনা লুপা লিশিং তরা অমসু লৌগ্রে। অহলশিংনা থম্বীরম্বা লৌফম মচা অমা বন্ধান থম্লগা শেলদু খুৎশিন্নবা নুমিত্তা য়াম্না থাজহল্লদুনা কোকিলানা কা-নুং শেংদোক্লবা হায়রকরপদুদগী মাদি কাগাসু লোয়না শেংদোক্কুনা থম্লবনি।

ফান্নবা শেম শারকপা থা অম'নিসিগী তুংশিদা ঙসি থাজদনা পাউদু তাবদা মঙালজাও খাঙমখিদে! মপী চদুম চদুম শিন্থদুনা কনা খঙহন্দনা ওঃখোঙনা কপখি! য়াম কপখি। কোকিলাখোয়দা অমুক চৎলুবগী অর্থসু লৈত্রে চৎলরোই খল্লে। কানুংদগী হেন্দোক্তব ফন্ন কুইরবনি অদুবু মদুনসু অব্রাবা কোকহনবদি ঙমদে। অতোপ্পগা ব্রারি ব্রতাই শান্নরগা খরা পোত্থাগদ্রা খন্দুনা য়ুমদগী অমুক থোরক্লে। চৎলরোই খল্লুরবনি অদুবু য়াদে কোকিলাখোয় তম্না লাক্লে।

- ঐসু মানা অদুমায়না তৌনিদি খন্দবনিনে। কোকিলানা থেমজিল্লদুনা হায়রকপনি। অমুকসু মখা তারকই, 'অদুবু নুপী মতোমতা নত্তে, মঙোন্দগী হেম্বী অমা ঐনা শোয়দনা শিনগনি সৈত্য।'

- ঐ কৈসু খন্দ্রেদা তাকোকিল।

- অদুনি নীপামচা হায়বসিদি, ব্রাখল পীকশিনবা য়াদে।

- অদুবু চাকতি চাকখ্রেদা।

- অদুনিনে, ঐসু মাবু ফানবা ইমান্নবদা পাউ লোয়ন পীখ্রবনি অদুবু মানা অমুক চেনথোকখ্রবনিনা ...

- তা কোকিলসু ঐগীদমক পঙব্রা মব্রারে।

- কৈসু খন্দে, মায় পাকহৌদবসিদা নুঙাইতবগী ব্রানি।

- ঐগী লাইবক্তা তম্লমদবনি, খল্লরোইসি।

- চুম্মী খল্লরোইসি। লাক্ষ লাক্ষনিদা ঐখোয়সু কায়নখিবা অদুবু কৈসু খনখিদে।

থেমজিন থেমজিন কোকিলানা মাবু থোঙ্গালফাওবা থিন্দোকপীরক্লে। মথা শাবা ফননবা ফন্না য়াম্না হায়রক্লে অদুবু 'কৈসু খন্দ্রে' হায়না হায়না মায়থোংদি মকশিল্লি। নুঙাইতে হায়দুনা লেক-চাদনা লৈথোকপদি য়াদবনিনা কোকিলাগা বিদায় পীন্নরম্লগা ময়ুম মাইকৈ পাঙলক্লে। খজিক্তং লাপথোকখিবদগীদি কোকিলাদো ইশি শিনা নোকহৌই। ০

# মোবাইল ফোন



*থোংগ্রাতাবম্ বিশ্বামিত্র সরম(সরমা) (১৯৭৫): ৱারেং শৈরেং ড্রামা, ৱারি মচা মখল সুনা ইরি। রেদিও লিলা অহুম ইদুনা সানুনখ্রে। লোইনন রেদিওগী সৈরেংব অমসুনি। মনিপুরি সাহিত্য পরিসদ, থৌবাল দিসত্রিক ব্রান্চ, মনিপুরি সংগিং নাকত বিদ্যালোই, দলিং সাহিত্য একাদমী অমদি মনিপুরি সাহিত্য প্রচারক সভা ৱাংজিং ময়ামসিংগী লাইফ মেম্বরনি। হৌজিক্না প্রচারক সভাগী জোইন্ত সেক্রেতরিনি। লাইরিক ৬ ফোংলে।*

- নংসিদি ইবেমমা,
  ফোনবু সনাগুম লুনা তৌরিহে
  অমুকত পিয়ু কদাই।
- য়ারোই য়াবোই
  মি ইপামদৈ লৈবিরকপানি,
  নংসু তৌনিংলগা অমা লৈয়ো।
- যাইতে, অদুদি নহাক্না কনাগি ?
- ঐসে নংগি ওইরসু,
  ফোনসিন ঐগি খংলবো ?

ফোন্সি বিনাদ ময়াংগী ফি সাবা, অসিদ পাও ফাওদোক কাওাউন্ তৌনদ খুদোংচানব পাইদুনা অপোকপি মমান লৈবিরক্পানি। ৱাফম অমন লমদম অসিদ ওসিদি মোবাইল ফোনসি ইং অমা থোকলে, ইচা ওসিদ মোবাইলদ ভাওজবিব কাওসিংগি মরাইলক কনানু তমব ডমদে। নিয়োম চুমন ফোনবু সিজিননব মিওই কয়া অমসু য়াওদব নংতে। অমরোমদ সান্নপোৎ ওইন অমদি ফেসন ওইন পাইবসু কোংগাই অমনি। পাখং লৈসাবিসিংগি মফমদদি কান্নবগি চাং হেললে হাইনিংঙি। মসা ইনখৎলকপ কয়াগি মফমদন নৎতবা কয়া মোবাইলদা দাওনলোদিং তৌদুন অরানব মাইগৈদ সিজিন্নবসু য়াওরি। অমদি ময়ুম পাললব কাংবুন নৎতব অরোনব কয়া তৌনরি।

বিনান অয়ুককি চাকলেন থোংলি, মনেম সকখিন মতেং পাংলি। মমৌসি মখৌদা পুকনিং চংদব মতৌদু উবদ সকখি হৈনিংব ৱাংলি। তানজা অসিদ ফোন লাকপগি রিংতোন পিরকই, হেনদ সেংতু মনাদ থমলগ,

- হলো হলো, (য়াম মোরদন ওইন) হা!

ঐ চাক থোংলিয়ে, কোন্ন তৌরকলগে।

মাগি থৌদৌদু হৈনিংদন মনেমন,

- কনানো?

- ঐখোয় ইমানি,

সকখি মখা সাংথদ্রে, থমোইনুংদদি চিংন- নুংনাং ফাওরি। তাল্লকসিদ মপানদ মি লাকপগি সমিন্ ফংঙি, মপান্ থোকতুন য়েংঙি মখা ইমুংগি ইচে ইনাকখুনবি লেপ্লম্ব উবদ মথমোইনুংদ হৱাওজব ফাওরি,

- ইবেমা সকখি, নংবু থবক সংব্রো?

- ইচেগিবু করি সংদনি।

- নুংঙাইরে, ঙসি নুংথিলদগি মনিং পুখ্রি তৌরিব অসি য়াওরো।

- হোই ইচে।

ইনাখুনবি হনখ্রে সক্খি হৌখিব থৌদোক্ কয়া থমোই সোকন নিংসিংলকই, লৈমাইদ ফমপ্রেকন ফম্লগ। মতম্ অমদদি ঐখোইসু ইজং লৈন ফুতানি অমগা লোইনান ইচা-ইমৌসিংনু কাব তোংহনদুনা নুঙাইনা পানা লেম্বনি। অদুন ঙসিদি লাইরিকসু লৈত্রবা, লাইসুসু পাওনা ইপুরোইবন সেল পাইত্রে, লৈকাই মমাংদ দম সা তৌনুনা থাক্ মানন্দব সংগ কনা লোইনরে। নিসাদ মতোল লোমলে। মসিখক্ নংতে ভুবান নুগি অনিমক লাইচুখ্রে। ময়ামসিগি কোলন সনা কোনসং হান্দুনা তুংসিন্জব সেল পুমনমক মিকুপত উং ওনখ্রে। কাব অদসু কোংকি সেল সিংদবদগি ফাগৎখ্রে। ঙসিদি লৈইবে, হাইহৈদে হাইদু মঙাইরে। ইচানুপা তেগালন হৌজরকপ অদুসু তৌফম খংদুনা তন্নগুম করিগুম্ নিগি উসংদা য়াওখ্রে, মপাদি কদি হং চুনি নিসাগি মনাই ওইখ্রে, ইকাই ইকি ৱাংম লানখ্রে। অদুবু ঙাংথোনকপগদি উমিনা চামনবু হেললি। তানজা অসিদা মমৌনা চাকপাও লাকই, মনেমসু চাকসংদা চংখ্রে।

চাক তোক্লগ মপান্দ মসুগ সান্নরিব মনেমগি নাকত চংসিল্লকতুন হাইবে,

- ইমা, ঐ মরুপকি সেল থিনদোকলুখিগে।

সকখি ঙকন য়েংঙি, মমৌগি ফিজোল অদু উরুদ অমুকসু ঙকপগি ইনোৎ হাপকৎলি। পাওখুম পিব নংদ্রিবৈদ,

- অঙাংদি পুররোই।

মখা তারমদন বিনা থোংগাললোমদ থোক্খ্রে। মতৌদু থমোইদ ৱাখল কয়া তৌহললি। তাং

তরাদ হুনগদবা সেনবু, নৎতে মিগিদ হৌবুব ফিদু লৌবুরগ চৎথোক্প নংলোই হাইদুন মাংজৌনন থিলদোকলুব ওইগনি খল্লমানে, মাইথোংদ নুংসুকনব উখিদরে। ব্রাফম অমন হনদকতি বিনাসে লৈকাইন ব্রারিনরিবনি, মসা নাললে সেৎতোক চাথোরকপদ ইচু তারদন, করিগিদি নিংথিরোই মসা নহানি। মসিগি মথকত ইসোরন ফজব সক্ মঙোনদ খুদোল্লমলবনি।

গারি লাক্পা ঙাইরিঙৈদ রিংতোন্ অমা লাক্ই ফোন্ পাইখৎতুন,

- হলো ... এ ঐ গারি ঙাইরিয়ে,

মরকসিদা দিজল ওক্তোগি মখোল্ন ব্রারিদু ময়েক সেংহনখিদে,

- গারি লাক্এ, লৌবা লাকঅনু,

নিংবা থুংলে হাইদুনা হরাও হরাও গারিদু তোংখৎতুন বজাররোমদা চৎখ্রে।

নুমিদাংব্রাইরম্ ওইরক্লে, মচানুপাসু উসংদগি হল্লক্লে, মখোং- মখুৎ হমোক্লগ মমাগি মনাক্ত চংসিল্লকই মপা উবদুদ মসুনুপাদু হবাওন চেন্সিন্খি। হরাও- ওইনজন সান্নজখি। ঙাইহাক্কি মতুংদ মমাদ,

- ইমা নমৌবু কয়াম ঙন্ন চৎখিগে?

- অদুম্ ঙন্খিবনিনে, কম্দৌরবনো খংদেনে।

অঙাংদু মবোক্ত সিন্নরমলগ থোংগাল্লোমদ থোরকই। বিনা হল্লকপ উদবদ খুনগি লম্বি অচৌবা ফাওব থোরক্ই। ঙাইহাক্কি মতুংদ গাবি মচাগি মখোল অমা তারকই। য়েংখিবদ বিনা কুম্থরকপ উই, ঙসি মৈ লাকপ নুমিৎ ওইদুন ইলেকত্রিক্ পোসত থাললিব ব্লবকি মৈঙাল্দ উবনি। পাখং মচাদু চৎখ্রে। হাথু হাথুন মপুরোইবগি মনাক্ত বিনা চংসিল্লকই, অদুগ,

- ইমা থবক চৎথোক্লমদুন ঙাইরকপদ থেংদোক্খ্রে, গারি ফরক্ তারনি হাইদন ইপ্পাসিং অমদ থিল্হল্লকপনি। মখোই অনি তুংদ- মাংদ চংমিন্নবকখি।

মিগি লুগোংব ওদর সুবনি ঙসি ঙন্ন লোইরে হাইদুন ময়ুম্দ ঙন্তান হল্লকই, সুমাংদ চেন- চেংদুন সান্নেখিব মচাবু নুংশিন পমবিদুন ঙাইহাক সান্নমিনরি, মরক্সিদ মচাদ,

- থোই মমাদি?

-লৈতে।

পাওখুম্ অসিদ খোইরাং খোইসাওনন থমোইনুংদ মওন্ মওন্ খললি। ঐগি নুপিসি গ্যান ব্রাৎলিদ, মসা নহানি থবক্ চৎপদ মতম্ চান হল্লকপ ফৈ হাইবসি কাওব্রিনে। অসুম্ন য়ুম পান্মিন্নবদি নুঙাইব ব্রাৎকনি। তাল্লক অসিদ ইমুংদগি পাখং মচা অমা হাথু হাথু থোক্খিব উই। করি তৌনব য়াওরে খন্দুন অঙাংদু সান্নহল্লমলগ ইমুংদ চংলকই, থোংজিন্ য়ৌরকপদ মমা মপান সান্নরমব ব্রারিদু তাই,

- সকখি নং পংমল্লি।

নংন মতম্ চান সেন্নরমলবদি...

ওনথোক্ন ইকাইখ্রেদ

ঐগি ইমৌনবো রেসতোরেন্ত মৈরা

পাইবিন কৈন্যা কৎখ্রব।

য়াফম অসি তাবদতু খ্যাও চুংখি। ঙাইহাক্ তরংদ লৈখি। গ্যান- মেন্ তাদন ফম্থখি, অদুগ মচিনদ ঙাংথোরক্ই,

- বিনা, নংন মোবাইল্ ফোন্বু

লুন তৌজখিবদুদি ঙসি থোক্লিব

থৌদোক্ অসিগি ওইরেকো।। ০



## মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাগী
## ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। ঐগী থন্মোয় কুরুক্ষেত্রদা (শৈরেং)- ২০০৪
অইবা : শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

২। কাইদা কাইদনা (শৈরেং)- ২০০৪
অইবা : শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৩। সৌরজগৎকী লৈঙাক্লোল (উপন্যাস)- ২০০৫
অইবা : সম্বান্দুরাম নন্দকিশোর সিংহ

৪। থৱায় হাপ্পীদ্রবা ঈশৈ (ঈশৈগী লাইরিক)- ২০০৭
অইবা : সরত সলাম

৫। কৃষ্ণদগী হেন্বা কৃষ্ণ নামগী মহিমা (ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০০৮
অইবা : শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৬। কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা (ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০০৮
অইবা : শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৭। শান্তীগী তুংনফম গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম(ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০০৮
অইবা : সনসম রামেশ্বর সিংহ

৮। চীংগী লম্মৈ তমগী থাউমৈ (ৱারী মচা) -২০০৯
অইবা : নহাকপম বিরেন সিংহ